# ঋগ্বেদঃ

——:(+):——

শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মণাকৃত—অন্বয়ানুবাদ,—অনুবাদ-
ব্যাখ্যা সমেতঃ।

( আদিতঃ ২৫ সূক্ত- পর্য্যন্তং )

——(০)——

চূড়াচান্দ প্রিন্টিং ৱার্কস মণিপুর—ইত্যত্র মুদ্রিতঃ।

শ্রীমধুমালী সিংহেন
বিশ্বভারতী মন্দিরে ভাগ্যবতী কার্যালয়ে
প্রকাশি[illegible]।
[illegible]
তাং ২৬ . [illegible]।১৯৬০ ইং

মূল্য— ৫৲ মাত্রং।

# ভূমিকা।



## চতুর্ব্বেদ।

[illegible]গ্, জজুঃ, সাম অমস্তু' অথব্ব কৌবা বেদ মরিনি। তাইবংপানবদা লাইবি[illegible]পুন্নামক্কী অহানবদি—বেদ'নি। ব্রাফম অসি তাইবংপানবগী পণ্ডিত অযাম্বনা যানববা ব্রাফমনি। ঋষি বাল্মীকিনা বামাযণদা মাহুম্না কৃষ্ণদ্বৈপায়ন-বেদব্যাসনা মহাভাবতত্তা বেদগী ব্যাখ্যা তৌহুনা হাঙ্গৈবমই। মাহুদি,—“তাইব পানবদা লৈবা লৈপাক পুন্নমক্তগী মিতৈ লৈপাক মণিপুবনা অহানবনি, তাইবংমী পুম্বগী অহানবদি ইম্ফাল মণিপূবগী প্রাচীন অধিবাসী মিতৈনা অগানবনি” অম্মুন্না হাঙ্গৈবমই। মাহুদা হাঙ্গৈ,— বেদনা তাকপা অহানবা—বৈদিকধর্ম্ম'না ইখ্বাইগক্তগী অহানবদা ইম্ফাল, মণিপূরদা থোক্লগা অতোপ্পা মযম—ব্রহ্মাবর্ত্তনাচিংবদা কোন্না সন্দোকখিবনি।

মথক্তা হাঙ্গৈখ্বা ব্রাফম অসিগী মচিনথোকপা সাক্ষীদি— মিতৈগী প্রাচীন সাহিত্যনি। খূদম্ দমক মিতৈনা চৈত্রমাসবু ‘মচাফু' কৌই, অর্থদি মণ্ডনা মচা হোৌবা থা হাঙ্গৈবনি। ব্রাফম অসি পৃথিবীদা লৈবা জাতি অমত্তা-দম্ভু চংনদে, মাহুম্না—বেদ নত্তবা অতৈ লাইবিক্তস্থ হাঙ্গৈদে, সুপ্নগী কৃষ্ণ-যজুর্ব্বেদ সংহিতাতদা হাঙ্গৈ। মিতৈতনা হুজিক ফাউবা মনাৎ ওইনা চংনৈ। মাহুম তেতুনা ভবতীয হিন্দুসংনা চংলিবা ধর্ম্ম অপুম্বা ব্রাএন অসিগী মথক্তা হাপতুনা চংপনি। মাহুম তৌহুনা মিতৈগী প্রাচীন কালদগীনা চংন-বকপা পুন্নামক আসগী মরু থিরুবদা বেদত্তদা লৈবম্বা অহু সংসংনা উবা ফংই। মরম অসিনা এথোইনা তৌগৈবদি—ঋগ, যজু, সাম অমস্তু অথর্ব্ব বেদ সংহিতা মরিমক্কা লোইননা মিতৈগী প্রাচীন সাহিত্যসীংবু মাংদনবা রক্ষা তৌবনা মিতৈ পুম্বগী তৌদবা যাদবা থবক অমনি।

এথোইগী বেদ পুম্বাবু নত্রগা থোইদোরমক তৌদবা যাদবা ঋগ্বেদবু মিতৈরোনদা অনুবাদ তৌথোকপা, অহুগা লোইনাহুনা মিতৈগী মনাৎকা—তুলনামূলক সমালোচনা তৌহুন এবা অসিনি। মরম অসিনা উজাতি

পুম্বদা নোল্লুকপা ৱাহৈনা নিংশিংজরি, মাতুদি,—অহানবদা ঋগ্বেদ সংহিতাবু অনুবাদ অমসু ব্যাখ্যাগা লোইননা পুথোকতুনা মিতৈগী প্রাচীন সাহিত্যগা থানছুনা ( সরীক্ষা তৌছুনা ) এংবা অসিনি। মাসিগীদমক ঐখোইগী জীবন চুপ্পা হোৎনজরকপবু হুজিক ফাউবা পা থোকপা ঙমদবি। মহাকপু ঐখোইগী খাদোকপা য়াদবা থবক ওইবনা ঐখোইগী পীকখ্রা জ্ঞান অসিদা ফংজবগী মখৈ মতেক মতেক ( খণ্ড খণ্ড ) ওইনা যেংবা হে দবগে হাঙ্গীহুনা ঈজাতি পুম্বদা নোল্লুক্লা হাঙ্গীজরি। ঐখোইগী পাঙ্গলনা ঙমখৈ হেৎনজ্জতুনা পাঠক-সীংগী পাবিবদা অরাক-তম্না সমালোচনা তৌনা যানবা চিংহিদা পেজ ৮ না ফার্ম্মা ওইবদা পেজ ২৬৯ না খণ্ড অমমম ওইতুনা ঋগ্বেদসংহিতা মণিপুরীয ভাষা, ভাষ্যগা লোইননা যোংনবা হৌজরি।

ঐগুম্বা কবিসু লৈতবা জীব অমনা বেদবু অনুবাদ তৌনা ব্যাখ্যা তৌগে হাঙ্গীবা ৱাহৈ অসিদি— হাঙ্গীগদবা ইতিক নত্তে, মাদুগী মরমদা চিনবা লৈতে। তৌইগুম্বসু মতাং অসিদা বিশ্বকবি কালিদাসবু নিংসিং— 'প্রাংশু লভ্যফলে লোভাদ্ উদ্বাহুরিব বামনঃ" অদুবু ঐখোইনা নিংতম, কালিদাসগীনা চিংথংখোম্বা ফাউবনা চিংবা নিংথৌদনসা না লেংবা চংবনা "মনৌ বজ্রসমুৎকীর্ণে সূত্রস্যাস্তি মে গতিঃ।" হাঙ্গীতুনা হৌ মিতৈগী কলচরগা ঋষি প্রণীত শাস্ত্রগা অনিনা লৌখৎলগা বেদগী ব্যাখ্যাদা হৌজরনি। মাদুদদি ঐসু মিতৈসনালৈপাক মচানবা থোইদোকপা হাঙ্গীবনেই।

## "বেদ" ৱাহৈ অসিদা তৌবা বিচার।

"বেদ" ৱাহৈ অসি মখল অনি থোকই। মাদুদি—অমনা আদ্যুদাত্ত "বেদ", অমনা অন্তোদাত্ত "বেদ" নি। পাণিনিনা উঞ্চাদি (৬।১।১৬০) অমসু বৃষাদি (৬।১।২০৩) দা গণ অনিদা পাঠ তৌই। মাদুদা উঞ্চাদিদা হাঙ্গীবা বেদ শব্দদি করণবাচাদা 'বেদ' অন্তোদাত্তনি। বৃষাদি গণদা পাঠ তৌবা বেদ শব্দদি আদ্যুদাত্তনি।

আদ্যুদাত্ত 'বেদ' শব্দনা বেদ অর্থ অসিদা ঋগ্বেদ মশা পুন্নমক্তা যাওদে। ঋগ্বেদদা মথম ১৪ দা 'বেদ' ৱাহৈ অসি যাওই। তৌইগুম্বসু মাদুদি—ধনবাচী 'বেদস্' শব্দনি। অথর্ব্ববেদদা 'বেদ' শব্দ অসি অনিবক হননা

য়াওই। অর্থদি, বেদ—( জ্ঞানময়, মন্ত্রময় বস্তু ) অর্থদা সিজরে। মাদুদি—

( ১ ) এষ মাতস্মান্মা হিংসীদ্‌বেদঃ পৃষ্টঃ শচীপতে।

( অথর্ব্বঃ ৭৫।১।১ )

( ২ ) ঋচঃ প্রঞ্চস্তন্তবো যজুংষি তির্যঞ্চঃ।

বেদ আস্তরণং ব্রহ্মোপবর্হণম্ ॥

( অথর্ব্ব ১৫।৩।৭ )

মথক্তা লৌখৎলিবা অসিদা ঋক্, সাম, যজুঃ নাচিংবগী রাফমনি মাসুম তৌদুনা যজুর্বেদদা স্তপনগী মফম অমত্তংতদা "বেদ" শব্দ য়াওই।—

বেদেন রূপে ব্যপিবৎ সুতা সুতৌ প্রজাপতি।

( যজুঃ ১৯।৭৮ )

বেদদা মফম কয়ামুক্তা বেদ বাচক বাক্কী বর্চস্ নাচিংবা শব্দ প্রয়োগ তৌই।

## বেদ শব্দগী ব্যুৎপত্তি।

প্রাচীন পণ্ডিতসিংনা "বেদ" শব্দগী ব্যুৎপত্তি মথল মখা য়াম্না পুথোকই, মাদুদি,—

"বেদেন বৈ দেবা অসুরাণাং বিত্তং বেদ্যমবিন্দত।

তদ্ বেদস্য বেদত্বম্ ॥" ( তৈ০ সং ১।৪।২০ )

বেদনা 'বেদ' কৌনবগী মরমদি মাসিনি।

বেদির্দেবেভ্যো নিলায়ত তাং বেদেনান্ববিন্দন্।

বেদেন বিবিত্তঃ বেদিং পৃথিবীম্ । ( তৈ০ ব্রা০ ৩।৩।৯।৬১ )

বেদিনা লাইবু উহন্দদুনা লোৎখরে, অদুদা মহাকপু বেদনা তাকতুনা ফংহনখি। বেদনা তাকতুনা পৃথিবীবু বেদনি হাঙবা খংখি।

আয়ুরস্মিন্ বিদ্যতেঽনেন বা আয়ুর্বিন্দতি, ইত্যায়ুর্বেদঃ।

( সুশ্রুত সূ০ ১।১৪ )

আয়ুর্বেদয়তি ইত্যায়ুর্বেদঃ। ( চরক, সূ০ ১।১৪ )

সুশ্রুত অমসু চরকনা "বেদ" শব্দগী "বিদ্" ধাতুবু লৈবা, ফংবা অমসু

খংহনবা অর্থদা তোঙান তোঙান পুথোকই, মাস্তম তৌদুনা পণ্ডিতসীংনা 'বেদ' অর্থদা তোঙান তোঙানবা ব্যাখ্যা তৌই।

## বেদ মরিমক চপ মান্নবা থোকমিন্নরকই।

বেদগী মিং হাঙ্গৈবা মতমদা ঋগ্, যজুঃ, সাম অমসুং অথর্ব্ব অমুম্মা মথং মনাও লাইনা হাঙ্গৈ। তৌইগুম্বসু বেদনা তাইবদা থোরকপদদি— মাস্তম্মা অকোন-অহান লাইনা মথং মনাও থোরকপা নত্তে। বেদদি জ্ঞাননি, মশাক্তি নিত্যনি। মবমদি জ্ঞানগী তুংলমমদ ঈশ্বরনি, মশাক্তি নিত্যনি। ঐথোইনা তাংনবা মতমদা ঋগ্বেদবু হান্ননা হাঙ্গৈনবতনি। বেদমন্ত্রদসু করি করিগুম্বা মতমদা বেদনা অহাংবা থোরকপগী রা হাঙ্গৈ; মাদুদা বেদ মরিমক চপ মান্নবা থোরকই, হাঙ্গৈ। মাদুদি, পুরাণ মন্ত্রদা হাঙ্গৈ,—

তস্মাদ যজ্ঞাৎ সর্ব্বহুত ঋচঃ সামানি জজ্ঞিরে।
ছন্দাংসি জজ্ঞিরে তস্মাদ যজুস্তস্মাদজায়ত॥

( ঋগ্বেদঃ ০।৯০ ৯. যজুঃ ৩১ ৭ )

যস্মাদ্ ঋচোঽপাতক্ষন যজুর্যস্মাদপাকষন্।
সামানি যস্য লোমানি অথর্ব্বাঙ্গিরসো মুখম।
স্কম্ভং তং ব্রূহি কতমঃ স্বিদেব সঃ॥ ( অথর্ব্বঃ ১০।৭।২০ )

স্তোম আত্মা ছন্দাংসি অঙ্গানি যজূংষি নাম। সামতনূ০।

( যজুঃ ১২।৪ )

ঋচঃ প্রাঞ্চ স্তনবো যজুংসি নিধয়ঃ।৬॥
বেদ অস্তরণং ব্রহ্ম উপবর্হণম্। সাম আসদ উদ্গীথ উপাশ্রয়ঃ।৭॥

( অথর্ব্বঃ ১৫।৩।৬ )

কালাদ্ ঋচঃ সমভবন্ যজুঃ কালাদজায়ত।

( অথর্ব্বঃ ১৯।৫৯।৩ )

হাঙ্গৈথুবা উদাহরণসী, অসিদা সর্বহুৎ যজ্ঞ সুপর্ণ, কাল, স্কম্ভ মিং পুম্নমক অসি বেদ পুথোকপগী মিং তাক্লি। মাখোই অদু তোঙানবা নত্তে, পুম্নমক অদু ঈশ্বরগী মিংনি।

পরম জ্ঞানময় পরমেশ্বরদা লৈবা বেদদা মাসিনা লৈরনি, মাসিদি—

নৌরিবনি হাঙ্গৈবা লৈতে। পরমেশ্বরনা তাইবং পুম্বা অসি সেম্বনি, অদুগা লোইননা জ্ঞানময় বেদসু ইবুঙো মানা পুথোকপনি।

## বেদনা করমদৌনা থোরকই ?

বেদমন্ত্রনা করমনা থোরকপগে ? অসুম্না হংবদা পণ্ডিতসীংনা মহাক মহাক্কী মতকী মতুংইন্না হাঙ্গৈ। বেদবু আদিকালগী ওইবা ঈশ্বরগী জ্ঞাননি, অসুম্না মানৌবা সন। ঋষিসীংবু বেদমন্ত্রগী কর্ত্তানি, অসুম্না মানিদে। বেদ-মন্ত্রসীংবু মাখোইনা লৌই,—মাখোইনা উবা—দ্রষ্টানি, অসুম্না লৌই। মাদু-মক নিরুক্তদা য়াস্কাচাযনা হাঙ্গৈরমই,—

সাক্ষাৎ কৃত ধর্ম্মাণ ঋষয়ো বভূবুঃ। তে অবরেভ্যোঽসাক্ষাৎ কৃতধর্ম্মেভ্য উপদেশেন মন্ত্রান্ সম্প্রাদুঃ॥ ( নিরুক্তঃ অঃ ১।৬।৪ )

ঋষিসীংনা ধর্ম্মবু সংসংনা খংখি, মাখোই অতুনা ধর্ম্মবু সংসংনা খংদবা মথংগী মীসাংদা তাকতুনা মন্ত্রসীংসি পীরমই।

## কনা কনানা ইহান হানুনা উথিবগে ?

ব্রাহ্মণ গ্রন্থসনা হাঙ্গৈ,—

"তেভ্যস্তপ্তেভ্য ঋযোবেদা অজায়ন্ত। অগ্নেঋর্গ্বেদো বায়োর্যজুর্বেদঃ সূর্য্যাৎ সামবেদঃ॥" ( শতপথঃ ১১। অঃ ৫ )

মথক্তা লৌখৎলিবা শ্রুতি অনিসু মনুনা নিসংলমই,—

অগ্নির্বায়ু রবিভ্যস্তু ত্রয়ং ব্রহ্ম সনাতনম্।
দুদোহ যজ্ঞসিদ্ধার্থমৃগ্ যজুঃ সাম লক্ষণম্॥

অর্থাৎ— অগ্নিদগী ঋগ্বেদ, বায়ুদগী যজুর্বেদ, অমসু সূর্যদগী সামবেদ থোকই।

## শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাস।

ব্রহ্মানা বশিষ্ঠ, মহাক্না শক্তি, মহাকনা পরাশর পোকই। মহাক্না দ্বৈপায়নত্রদদা বাসবী সত্যবতীগী গর্ভদা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন পোকই। মহাকনা কালনা মাংহনখরবা ইচোই চোইনা লৈথরবা বেদবু খোমজিন্দুনা ইথোকই। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণদ্বৈপায়ননা বেদব্যাস কৌহনা ফাউই। মাহুগী মতুংদা

কাঙ্গৈনাথংদা পাশ্চাতী পণ্ডিত মতিক চাওরবা ম্যাক্সমুলারনা ছাপা নমখোক-লমই। মাতুগী মতুংদা প্রাচ্য পাশ্চাত্য পণ্ডিতশীংনা সায়নাচাযনাচিংবগী— ব্যাখ্যা মতুংইন্না তাইবংমগী মরোনদা অনুবাদ তৌই। অসিগী মতুং কাঙ্গৈনা থংদা ঐখোইনা সায়নাচার্যগী ব্যাখ্যাগী মতুংইন্না মিতৈগী অফাউবা পণ্ডিত-শীংগী মতকা তুলনামুলক সমালোচনা তৌদুনা মিতৈলোননা অনুবাদ ব্যাখ্যা তৌনিংদুনা হোৌগংলি, ৺ভগবান্ বেদ পুরুষনা করম তৌহনবিগদগে হাঙ্গৈবদি ভবিষ্যংকী গর্ভদা লৈ। পাকথবা ককচেং ঐখোইগুম। পাঙ্গলনা সমুদ্রবু ঙৈরোইদুনা লানগানি হাঙ্গৈবদি থাজবা য়াবা নত্তে। অদুবু তাইবংপানবগী মপুনা করি তন্নিগদগে হংঙভা ওমদবে। ঙৈরৈপাক ঙৈজাতি পুন্নমককা থৌজ্ঞানতনি। অলমিতিবিস্তরেণ—

নিঃ—শ্রীঅতোম্বাপু শর্ম্মা।
তাং ২.৬.১৯৬০ ইং



বিশ্বেষাং ভারতীং ভক্ত্যা "ভারতী" নামনামতঃ।
হৃদা প্রবর্ত্তিকাং বন্দে মমজীহ্বাগ্রনর্ত্তকাম্ ॥

## বেদনা করি হাঙৈ ?

বেদনা অচুম্বা—থাক্লেশোবা হাঙৈ। তৌইগুম্বস্তু অতোবশীংদা খেন্নৈ। মবমদি,—বেদদি স্বয়ংভগবান্ পরমেশ্বরনি মহাকনা পোক্তেনগী মশক ওই-দুনা তাইবংপানবা অসিবু হিংকন্দনা নৈ, মবম ওদুনা বেদবু 'শব্দময় ব্রহ্মরাশি' কৌই। মহাক্কী অর্থদি গুরুগম্যনি, গুরুগী থৌনম—বেদকী অর্থ খংনবা উপায় লৈতে। মবম অসনা ঐগী গুরুশিংগী কংগা বেদকী অর্থগী হোং-দোকতুনা ঋগ্বেদগী মিতৈলোনদা অনুবাদ, ব্যাখ্যা তৌই, মাদুদা যাওনা অবানবা মখোদ ঐগী দোষনি, করিগুম্বা অচুম্বা যাংদ্রিবাসং অদুনা গুরুগম্য ওক্কনি। ঐখোইনা ঋগ্বেদকা প্রথমাষ্টক, প্রথমমণ্ডলদা সূক্ত রূপনাগী বুন-মডাক্তংতগী অন্বয়ানুবাদ, অনুবাদ অমসু মবক মবক্তা ব্যাখ্যা তৌই। মাদুদা পাঠকশীংনা অনি অনিংবা মতোং অদু পাঠতৌবা যানবা ব্যাখ্যাগী নির্ঘণ্টপত্র অসি ইজবি।

১। তাইবংপানবদা লৈবা আর্য্যজাতি অযাম্বনা—মৈ ঈড খলি, মাখোইগী লোন্দা মৈগী মিং অদু আনভাসাগী অপভ্রংসদগী থোকখিবনি, তাকপা পৃ ১-পৃ ২

২। তাইবংপানবগী লাইবিক অহানবা বেদ, তাইবংপানবগী সভ্যতা হান্না ফংবা জাতিনা তাইবংপানবাগী অহানবা ধর্ম্ম চৎলি, মাদুগীনা আর্য্যজাতি, ধর্ম্মনা বৈদিকধর্ম্মনি পৃ ২ দা—পঙ ৯—পঙ ১৮ ফাউবা।

৩। পৃথিবদা লৈবা করম্বা জাতিনা করম্বা মংমদা করম্বা মফমদা—বেদ ফংবগে? বেদ অদু ফংলগা বেদনা তাকপা ধর্ম্ম অদু কদাইদা চৎপা হৌখিবগে, মথ দানা কদাইদা হান্না সন্দোকখিবগে? হাঙৈনা থিবা, মাদুদা—মিতৈ লৈপাক মণিপুরদা যুম্ফালদা লৈবা মিতৈসীংনা ইথু ইমক্তগী ইহান হান্না বেদ ফংই, বেদনা হাঙৈবা ধর্ম্ম চৎলি, মতুংদা ব্রহ্মাবর্ত্ত, আর্য্যাবর্ত্ত, দগী অতৈ অতোপ্পদা চৎলি, হাঙৈনা পৃঃ ২ গী পঙ্ ১৯ দগীনা পৃঃ ২৩ ফাউবা হাঙৈ। মথক্তা হাঙৈখরবা ব্যাখ্যা অদু আন্তর্জাতিক ভাষাদা নিথৌ খোংজম শ্রীতোম্বীসিংহ, এম, এ, প্রোফেসারনা অনুবাদ তৌবা পৃঃ ২৩দগীনা পৃঃ ৪৩ ফাউবা। মিতৈলোনগী খোলহাঙৈ, অসি বৈদিকভাষাগুম্বা উদাত্ত,

অনুদাত্ত স্বরিত অসুমা অকুমথোকনা খাই, অহুনা বেদ পাবা মতমদা খংন-বগীদমক মিতৈয়োন অমসু বৈদিক শব্দগী মনুংদা অচেৎপা মড়ী লৈনবা খংনবগীদমক ভাষাবৈজ্ঞানিক ব্যাখ্যা, পৃঃ ৪৪ দগীনা ৪৬ ফাউবা, মাতুগী আর্য্যাভিত্তাযাদা উক্ত প্রোফেসারনা তৌবা অনুবাদ পৃঃ ৪৭ তগীনা ৪৯ কাউবা।

৪। পৃঃ ৫০ দা থাইনগী ঋষিসীংনা মৈ ঈড়াৎপগী মিতৈ পূর্ব্বপুরুষসীংনা মৈ লাৎপগা চাংদমনবা ব্যাখ্যা—পৃঃ ৫০।৫১ দা হাঈ।

৫। পৃঃ ৫২ দা যজ্ঞ তৌবদা লাইগীদমক পীবা হব্যনু মৈবা ভাকতুনা হিংচাবদা পিদহুনা লাইদা পাবা। অমসু মিতৈয়োন্দা ধনবু লন কৌই, লন অসি বৈদিকশব্দ 'রৈ' নি তাকপা।

৬। পৃঃ ৫৩ দা অঙ্গিরা অমসু অঙ্গারা শব্দগী মরমদা ভাবতীয় পণ্ডিত অমসু ইউরোপিয়ান পণ্ডিতসীংগা মতম মান্নদবা।

৭। পৃঃ ৫৫।৫৬ তা বৈদিক 'সোমলতা' গী ব্যাখ্যা।

৮। পৃঃ ৫৮ দা বৈদিক দেবতা ইন্দ্র অমসু বায়ু অমি অসিগী চান্নাবগী মতৌ ওইনা বেদনা হাঈবগী মবমদা সন্দোকপা পৌরাণিক কথা পুথোকই। মাগী পাদটীকাদা বেদগী অর্থ খংনবগীদমক, ঋষিসীংনা—বিদ্যাবু মখল তবা-মিপানথোক্না খ'ইদোকপগী বিচাব তৌই।

৯। পৃঃ ৬২ দগীনা পৃঃ ৬৫ ফাউবা 'মিত্রাবরুণ' দেবতাগী পরিচয় তৌই, মিতৈ লৈপাক্তা ঋাংবেণগী সুগুন্নদা খবম য়াহুনা ঈড়াৎপাগী মরমদা সন্দোকপা ব্যাখ্যা তৌই।

১০। পৃঃ ৬৫।৬৬ তা বৈদিকদেবতা 'অশ্বিদ্বয়' গী মরমদা ব্যাখ্যা তৌই।

১১। পৃঃ ৬৭।৬৮ দা—যুবাকবগী ব্যাখ্যা।

১২। পৃঃ ৭২ দা সরস্বতী দেবী অমসু সরস্বতীনদী অনিগী ব্যাখ্যা।

১৩। পৃঃ ৭৫ দা সায়ণাচার্য্যগী বেদব্যাখ্যাদা মত লৌবা।

১৪। পৃঃ ৭৫ দগী ৭৭ ফাউবদা— বৈদিক দেবতাগা মিতৈগী উমংলাইগা অনিগী আলোচনা।

১৫। পৃঃ ৭৯ দা ইন্দ্র বৃত্রাসুরগী লান ব্যাখ্যা।

১৬। পৃঃ ৮৩ দা পাষণ্ড অমসু মাখোই মত লৌবাসীংনা বেদবু অনি-ত্মাদি, হাঈবাসী চুমদবা খংহনবা।

১৭। পৃঃ ৮৫ দগীনা পৃঃ ৯৪ ফাউবদা ওস্নবা সূক্তগী ভূমিকাদা ইন্দ্র দেবতাগা মরুদ্‌দেবতাগা অনিগী মরক্তদা ঐতিহাসিক ৱাফম কযামুক পুথোক-তুনা ব্যাখ্যা তৌই।

১৮। পৃঃ ৯৫ দগীনা পৃঃ ৯৯ ফাউবদা ভগবান্‌গী বিভূতিযোগবু ব্যাখ্যা তৌই।

১৯। পৃঃ ১০০ দগীনা পৃঃ ১০১ ফাউবা ভক্তিগা জ্ঞানগা অনিগী সমন্বয় তৌবাগী মবম।

২০। পৃঃ ১০২।১০৩ ফাউবদা তাইবংপানবগী মপুনা মুমিৎ ওইনা থোকপাগী ৱা হাঙ্গৈ।

২১। পৃঃ ১০৩।১০৪ ফাউদা মকৎসীনা নুমিৎনা নোদা গর্ভপীবা অমসু ঐগী ওজা প্রসিদ্ধ লাহিড়ীগা অধ্যাত্মিকার্থসু হাঙ্গৈ।

২২। পৃঃ ১০৪ দগীনা ১০৬ ফাউবদা 'পনি' হিরেবমা যণ হুবানববু 'সরমা' লাতগা ভুইমা থিবা বারি হাঙ্গৈ।

২৩। পৃঃ ১০৮ দা তাইবং মপুদা লন পিমু হাঙ্গনানি, মাদুদা লন করম্বা লননো ? হাঙ্গৈবদা মশক তাকপা।

২৪। পৃঃ ১১২ দা 'পঙ্‌ক্তিনাম' গী ব্যাখ্যা তৌই।

২৫। পৃঃ ১২২ দগীনা ১২৪ ফাউবদা ঋগ্‌ অসিদা সাধনা তৌবা ব্যাখ্যা অসু ঐখোইনা লৌবা ওমদে, কবগুম্বা মিতৈগী জাপাই অমগদি ফনা মানৈ, তাকপা। অমসু আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসি ব্যাসদেবনা মহাভারততা ব্যাখ্যা তৌই, মাদু উৎপা।

২৬। পৃঃ ১৩২ দা বলহিংচাবনা লাইগী যণ হুবগী ৱা।

২৭। পৃঃ ১৩৫ দগীনা পৃঃ ১৫৯ ফাউবা ভারতকী ধর্ম্মগী ইতিহাস।

২৮। পৃঃ ১৬৪ দা "আপ্রিসূক্ত" গী মশক উৎপা।

২৯। পৃঃ ১৬৬ তা 'আদিত্য' দেবতাসিংগী ৱা হাঙ্গৈ।

৩০। পৃঃ ১৮৩ দা কক্ষিবান্‌গী ৱারি।

৩১। পৃঃ ১৯১ দা 'ঋভু' সিংগী মরমদা হাঙ্গৈ।

৩২। পৃঃ ১৯৪ দা 'চমস' পাত্রগী মবম।

৩৩। পৃঃ ১৯৪ দা বেদদা 'পাটিগণিত' হাঙ্গৈরম্বগী খুদম।

৩৩। পৃঃ ২০৩ দগীনা ২১১ ফাউবদা পাখংবনী 'বর্ত্তি' মিং কৌবগী

অর্থ তাকপা,—মাচুগী মতুংইন্দুনা মিতৈগী এক, মলাই, গী মশক তাকপা আর্গোকপগী মশক বেদনা তাকপা। মিতৈ জাতিগী চানবা মশক তাকপা।

৩৫। পৃঃ ২১৩ দগীনা ২২২ ফাউবদা মিতৈগী এক তরেৎ, অসি ঋতু তরেৎপু হাঙ্গৈবনি। ঋতুবু বেদনা পিতৃগণ কৌই। মহাক্তি অমোক ৭ অমোক ৬ অমসু অমোক ৫ থোকনা খাইদা অদুগী মরমদা বেদনা তাকপা, বর্ণ মবি ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসু শদ্র ...ইবগী মরম। অমসু— অহানবদা মুপনাগী অমত্তা ৬াইরবদগী মরি থোকনা খাইদোক্লকপা। মী পুন্নামক অসি বেদনা তাকপা ধর্ম্ম তৌবা মতমদা মুপনাগী ব্রাহ্মণতা ওইবাগী মরম অসি-চিংবাগী ব্যাখ্যা, মাহুদা মী পুন্নামক কবিশুম্বা থবক অমত্তং তৌরবদি, হাঙ্গৈবদি ইকস্কবা ফাউবা ঐ ব্রাহ্মণনা হাঙ্গৈনা নিংত্রবদি স্নান— ইরুজবা ফাউবা য়াদে, অহুনা 'গোত্র' বরুণ কৌনা অসিনাচিংবা।

৩৬। পৃঃ ২২২ দগীনা ২২৪ ফাউবদা বিফুনা খোঙথাং অহুমথাংবগী রা।

৩৭। পৃঃ ২২৪ দগীনা ২২৬ ফাউবদা বিফুনা খোঙথাং অহুম থাঙৈদা মিতৈ লৈপাক মণিপুরগী সোমবা চৈউগান। অহানবা খোঙথাং নেৎখি হাঙ্গৈবা।

৩৮। পৃঃ ২৩২ দা 'পৃশ্নি'গী অর্থদা মত মান্নাদবা উৎপা।

৩৯। পৃঃ ২৩৮ দগীনা ২৪৬ ফাউবা শুনঃশেপ ঋষিগী ব্রাবি।

৪০। পৃঃ ২৪৯ দগীনা পৃঃ ২৫১ ফাউবাদা বরুণ—খ্বাংববেণ কৌবা লাই অসিবু গ্রহ মখল অমনি অসুম তাকই। মাসি ইউরোপিয়ান পণ্ডিত-সীনা মাখোইনাসু পুখোক্লে। হিন্দু জ্যোতিষদাসু মাগী ফলসু পুখোক্লে।

৪১। ২৫৩ দগীনা ২৫৪ ফাউদা এখোইনা অহিংদা অরাদা ধ্রুব-তারাবু কোইসিনবা সপ্তঋষি তারাবু ঋক্ষমণ্ডল কৌবাগী উপপাও হাঙ্গৈ।

৪২। পৃঃ ২৫৬ তগীনা পৃঃ ২৫৯ ফাউবদা বেদনা বরুণবু অসুর কৌবগী ব্যাখ্যা হাঙ্গৈ।

৪৩। পৃঃ ২৬০ দা 'ব্রত' শব্দগী অর্থ হাঙ্গৈ।

৪৪। পৃঃ ২৬৩দগীনা ২৬৪ ফাউবদা সৌর অমসু চান্দ্রবর্ষগী সামঞ্জস্য তৌই

৪৫। পৃঃ ২৬৯ দা ২৪ সূক্ত ২৫ সূক্তগী অরোইবা মন্ত্র অনি—মান্নাবগী মরম তাকই।

—:(ক):—

ওঁ তৎ-সৎ।

মৈতৈরোন্না সন্দোক্লা অর্থ হন্দোকপা,

# ঋগ্বেদ সংহিতা।

১ অষ্টক। ১ মণ্ডল। ১ অধ্যায়। ১ অনুবাক।

১বা সূক্তদগীনা সূক্ত ১০ ফাউবা বিশ্বামিত্রগী মচা মধুচ্ছন্দানা ঋষিনি।
মাসিদগীনা গায়ত্রীচ্ছন্দ হৌরে, সূক্ত অসিগী দেবতানা "অগ্নি" নি।

---

ওঁ অগ্নিমীলে পুরোহিতং যজ্ঞস্য দেবমৃত্বিজম্।
হোতারং রত্নধাতমম্ ।১।

**পদান্বয়ানুবাদ,**—যজ্ঞস্য (যজ্ঞগী) পুরোহিতম্ (পুরোহিত) দেবম্ (অঙানবা) হোতারম্ (মানা লাই মশাক্সু ঈরাৎনবগীদমক কৌবা) ঋত্বিজম্ (ঋত্বিক্ কৌবা পুরোহিত ওইবা) রত্ন ধাতমম্ (যজ্ঞ তৌরগা থোকপা মহৈগী মশাক ওইবা হিয়াই পুন) অগ্নিম (মৈবু) ঈলে (ঐনা ঈড়াংলে) ।১।

**অনুবাদ,**—মানা যজ্ঞগী পুরোহিত ওইবা, অঙানবা, লাইপুম্বনা মানা যজ্ঞদা লাই হাঙৈনা কৌব। যজ্ঞ তৌবগা ফংবা মহৈগী মশক ওইবা হি-য়াই পুনা মৈবু ঐনা ঈড়াংলি—লোম লৈথোক্লি ।১।

**ব্যাখ্যা,**—তাইবংপানবগী পাঙ্গল অয়াবনা হিন্দু, গ্রীক, রোমন, পার্শি-য়ান অমসুং চানা জাতিশিং অমা জাতিগী শাখান, হাঙৈ। পূর্বদা মসিবা আর্য জাতি মনা মে ঈড়াংলি গ্রীকশিংনা হাঙৈ,—লাই অমা তাইবং মীগী ধনবুদমক স্বর্গদগা মৈ হুনা তাইবংদা পুরকই। লাই অচৌবু

প্রোমেথিয়স্ (Prometheus) কৌই, মাতুদি সংস্কৃতা "প্রমন্থ" হাঙীবনি। রোমানসীংনা বলকন (Valcan) সংস্কৃতা উল্কা কৌহুনা মৈ ঈড়াৎলি। লাটিন ভাষা চাংবসীংনা অগ্নিবু ইগ্নিস্ (Ignis) অমসু স্লাবসীংনা ওগ্নি (Ogni) কৌহুনা মৈ ঈড়াৎলি। ঈরাণী নত্রগা পার্শিয়ানসীংনা মৈবু অতর কৌহুনা ঈড়াৎলি। ভারতকী সুপ্রাচীন জাতি মিতৈসীংনা মিতৈলৈপাক মণিপুরদা ..হবনীয়, দাক্ষিণ অমসু আবসথ কৌবা মৈকম অহুম পুন্থপ তিন্নহুন ..মগী মামং "ফুঙ্গা" = ভর্গ কৌহুনা য়ুমগী ময়াইদা মৈ য়োক্তুনা অগ্নিবুনা "মৈ" সংস্কৃতা "মন্থ" কৌহুনা ঈড়াৎলি।

তাইবংপানবগী সাহিত্য—লাইরিক পুন্থগী অহানবনা বেদনি, বেদ পুন্থগী অহানবা ওকোক্তা ঋগ্ বেদবুনা হান্না হাঙীনে। ঋগ্বেদগী অহানবা হৌগৎপদা "অগ্নিম্ ঈলে" হাঙীবদি "মৈ ঈড়াৎলি" হাঙীনা হৌই। মাসুম তৌহুনা তাইবংপানবগী মী পুন্থগী মনুংদা আর্য জাতিনা সভ্যতা ফংবা অহানবনি ...রাকম অসি পৃথিবীগী পণ্ডিত অয়াম্বনা য়ানরবা রানি। আর্য জাতিপুন্থনা মৈ লাংলি। মাসিদগী থংবা ভমলে মদুদি,—পৃথিবীদা পোক-লিবা মী পুন্থদগী সভ্যতা ফংবা অহানবা, আর্য জাতিনা তাইবং পানবগী লাইরিক পুন্থগী অহানবা লাইরিক ঋগ্ বেদগী মকোক হেক হৌবদা হাঙীবা ধর্ম্ম পুন্থনা অহানবা মৈ ঈড়াৎপা ধর্ম্ম অসি চৎলি।

পৃথিবীদা লৈবা আর্য জাতিসীং অসি হুজিক্কি মখল য়ামখরে মাখোই অহুগী মনুংদা করম্বা আর্য জাতিনা করম্বা মফমদা লৈদুনা করম্বা মতমদা পৃথিবীগী লাইরিক পুন্থগী অহানবা বেদ.কংহুনা বেদনা তাকপা মৈ ঈড়াৎপা ধর্ম্ম অসি চৎপা হৌখিদগে? হাঙীবা অসিসু এখোঙীনা খিবা চুমই।

মতম অসিদা পৃথিবীগী পণ্ডিতসীংনা মরম অসিদা বিচার তৌহুনা বেদগী অহানবা থোককম খিংবদা মত মান্নদবদগী মানা-মানা থোকপা হাঙীনহুনা তাইবংপানবদা মসিং লাকপা ভমদবা লাইরিক ময়াম থোকখরে। তৌইগুবসু পণ্ডিতসীংগী লাইরিকসীং অহু লাইরিক ওইনবদা মীওইবগী বুদ্ধি চাংশংনবদা অকবা ভাক্তনিদি হাঙীববু মাখোইগী মপুক থোক্লা সেম্বা রাকম অহুনাদ চাননা রা ওইনবদি যারোই। পণ্ডিতসীং অহুদা বেদবু সংসংনা উবা ঋষিদি অমত্তা য়াওদে। ঋষিনা হাঙীবা রাতা লৌগদবনি।

মাতুদি ঋষি বাল্মীকি অমসু ঋষি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা হাঙ্গীবা বেদগী অর্থ লৌগনি। মাখোইনা হাঙ্গীববুদি তাইবংপানবগী পণ্ডিত পুম্বনমু লৌই। রাফম অসি বেদ মশক থংবা পণ্ডিত পুম্বনা য়ানরবা রানি। মাদুগী রাফম উত্তুনা অমোকসু হাঙ্গীবা য়াই, মাতুদি,— বেদবু মহাক মহাক্কী মরোন্দা অনুবাদ তৌথোকপা, দাক্ষিণ ভারত মচানা পুম্নমক্তগী ইহান হানলি। দক্ষিণ ভারত মচা ঐখোইগী গুরু মাধ্বনা মাসিগী মরমদা— স্কন্দ পুরাণগী বচন অমা মহাক্কা বেদান্ত ভাস্যদা লৌখৎলমই, মাতুদি,—

"ঋগ্ যজুঃ সামাথর্ব্বাচ ভারতং পঞ্চরাত্রকম্।
মূলরামায়ণঞ্চৈব শাস্ত্রমিত্যভিধীয়তে॥
যচ্চানুকূলমেতস্য তচ্চ শাস্ত্রং প্রকীর্ত্তিতম্।
অতোহন্যগ্রন্থবিস্তারোনৈব শাস্ত্রং কুবর্ত্ম তৎ॥" ইতি—

মরম অসিনা কককচেংঙুদ্বা পীকখুবা ঐখোইগুম্বনা বেদবু ইমাগী মরোন্দা খজিক্তং ব্যাখ্যা তৌগে নিংজবা অসিদা বাল্মীকি রামায়ণনে কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসীয় মহাভারতনে অমসু মিতৈ প্রাচীন সংস্কৃতিনে অহুম অসিগী তুলনা মূলক সমালোচনা তৌবদগী খোকপা অর্থতা লৌজগনি।

ওঁ

প্রণমা মাতরং ভূয়ঃ শ্রীগুরুং পিতরং মম।
লোকনাথং জগচ্চক্ষুঃ শ্রীসূর্য্যং তমুপাশ্রয়ে॥
বিশ্বেশাং ভারতীংভক্ত্যা ভারতীনাম নামতঃ।
হৃদা প্রবর্ত্তিকাং বন্দে মম জীহ্বাগ্রনর্ত্তকীম্॥

য়ুমফাল।

সৌরজগৎ অসি শোমগংলকপগী অহানবা মতমদদি, মপান নাইদবা অতিয়া অহাংবদা নুমিৎকা মঙান্না ফংলিবা— ঙাল্লিবা মফম পুম্নমক অসি থন্না অসাবা (মনিলগুম্বা) ঙাক্লা লৈরম্ই। মাদুমনা চহি কোটি কয়ামুক হৌখরবদা মৈ অদু মুৎখরে। মৈগী মফমদা ঈশিং ঙাক্লা ঙাহোরে। মতম অদুদা পৃথিবীনা মৈ মুৎলবা মৈতানগুম্না প্রলয়গী ঈশিং মনুংদা লুপতুনা লৈরমই। মাদুমনা চহি কয়ামুক হৌখরবদা প্রলয়গী ঈশিং অদু মথং মথং কংথখরে। মতম অদুদা হান্না ঈশিং মনুংদা লুপতুনা লৈরবী পৃথিবী অসি

ঈশিং মথক্তা লীৎখৎখি। মাস্কম তৌতুনা পৃথিবীনা সমুত্রগী ইন্দুঃবৃন্দগী হেক থিনগৎলকপা মতমদা মুমিৎনা থোকতুনা লৈরম্বা মফম্ব বেদনা (ঋগ্ ১।৩০।৭) "প্রত্নোকস্" কৌই। অর্থদি— ন্মুমৎকী অহানবা থোকফম য়ুম অহানবা অর্থাৎ—"য়ুমফাল" হাঙ্গৈবনি।

ঋষি বাল্মীকনা ঋগমন্ত্র (১।৩০।৭ গী ব্যাখ্যা তৌতুনা রামায়ণদা কিষ্কিন্ধ্যা কাণ্ডদা সীতা থিনবগী দমক নোংপোক মাইকৈ লম তাকপদা বেদগী—প্রত্নোকস্—য়ুমফালবু জগৎ সৃষ্টিগীদমক মুমিৎনা অহানবা থোকখিবা চীঙনি, উদয় পর্ব্বত কৌই, অমসু বৈদিক যাগ-যজ্ঞ তৌবদা মাদোমদা ওনতুনা তৌনবগীদমক পূর্বদিক কৌই, হাঙ্গৈনা তাকই। ব্রাকম অতুদা উদয়পর্ব্বতকী অক্ষাংশ অমসু পূর্ব দ্রাঘিমা তাকতুনা য়ুমফাল—মণিপুর—মিতৈ লৈপাককী ভৌগোলিক বিন্দু প্পথাকই। মাদা হাঙ্গৈ।—

(রামায়ণ, কিষ্কিন্ধ্যাকাণ্ডে, ৪১ সর্গঃ)

তত্র পরং হেমময়ঃ শ্রীমানুদয়পর্ব্বতঃ।৫৪॥
তস্য কোটির্দিবং স্পৃষ্ট্বা শতযোজনমায়তা।
জাতরূপময়ী দিব্যা বিরাজতি সবেদিকা।৫৫॥
সালৈস্তালৈশ্চ কর্ণিকারৈশ্চ পুষ্পিতৈঃ।
জাতরূপময়ৈর্দিব্যৈঃ শোভন্তে সূর্য্যসন্নিভৈঃ।৫৬॥
তত্র যোজনবিস্তারমুচ্ছ্রিতং দশযোজনম্।
শৃঙ্গং সৌমনসং নাম জাতরূপময়ং ধ্রুবম্।৫৭॥
তত্র পূর্বপদং কৃত্বা পুরা বিষ্ণুস্ত্রিবিক্রমে।
দ্বিতীয়ং শিখরে, মেরোশ্চকার পুরুষোত্তমঃ।৫৮॥

অতুগী মথংদা সনা মানবা সজবা উদয় পর্ব্বত লৈ, মহাক মতোম্না স্বর্গ থেৎনা ব্রাক, যোজন চামা শাংবা, মশা পুথা ইরং লংই। অসিগুম্বা চীঙ দান অসিনা লৈতেংলিবা চীঙ মশা অতুনা লৈপূঙগুম্না ফৈ। মতোন্দা লৈবা সাল, তাল, তমাল অমসু কর্ণিকার পানবা মযাম্না সনা মানবা পান শাংতুনা মুমিৎবুম উৎ লংই। উদয় পর্ব্বততা যোজন অমা শাংবা যোজন তরা ব্রাংবা সনাগুম সজবা "সৌমনস" কৌবা চীঙ অমা মতোন মযাম লোতুনা লৈ। অসিগুম্বা (সৌমনস) চীঙ অসিদা মমাংদৈদা বিষ্ণুনা

খোঙথাং অহুম্নক থাংভৈদা অহানবা খোঙথাংনা মঙোন্দা নেৎখি, অনিসুবা খোঙথাংনা মেরুচীঙদা নেৎখি (৫৪—৫৮)।

মাসুমনা হাঙ্গৈরগা উদয়চীঙদা তাইবংদা নুমিৎনা ইহান হান্না থোকখিবা মফম উদয়চীঙগী সৌমনস কৌবা চীঙদোন অহুগী অম্বাংগী লমথৈ—অক্ষরেখা তাকই। মাহুদি,—

উত্তরেণ পরিক্রম্য জম্বুদ্বীপং দিবাকরঃ।
দৃশ্যো ভবতি ভূয়িষ্ঠং শিখরং তন্মহোচ্ছ্রয়ম্॥

নুমিৎনা উত্তরায়ণদা জম্বুদ্বীপপু অরাংলোমদা কোঙ্গৈরকপা লোইদুনা উদয় পর্ব্বতকী সৌমনস চীঙদোনদা থোকপা উই।

অর্থদি—উদয়চীঙগী সৌমনস চীঙদোন অসি কর্করেখাগী মথাদা লৈ; তাকই,— "অয়ং সুদর্শনোদ্বীপঃ পুরো যস্য প্রকাশতে।"

(রামায়ণ, কি০ কা০।৪০।৬১)

অর্থদি—সুদর্শনদ্বীপ মাহু হাঙ্গৈদ্রগা জম্বুদ্বীপ (১) কৌবা ভারতবর্ষ অসিনা উদয়পর্ব্বততঃ লৈবা সৌমনস চীঙদোনগী মনাক্তা লৈ। রামায়ণগী প্রমাণ বচনসীং অসিংগী চিনবা লৈতনা থংলে, মাহুদি,—নুমিৎকী অহানবা থোকফম উদয়পর্ব্বতত লৈবা সৌমনস কৌবা চীঙদোন অসিদি ভারতবর্ষগী নোংপোকথংবা সীমান্তদা কর্করেখাদা লৈ। মাহুদি ইম্ফাল মাণপুরতনি, অতৈনা সিনবা য়াদে। মাসুমনা মহাভারতনসু হাঙ্গৈ,—

(মহাভারত। উদ্যোগপর্ব। অধ্যায় ১০৮)

সুপর্ণ উবাচ।

অনুশিষ্টোঽস্মি দেবেন গালবাজ্ঞযোনিনা।
ব্রূহি কামন্নু কাংযামি দ্রষ্টুং প্রথমতো দিশম্॥১॥

গরুড়না হাঙ্গৈ,— হে গালব! মাবু হানবা লৈতবা বিষ্ণুনা এঙোনদা

---

(১) "ব্যাসর্ষিরচিতে গ্রন্থে জম্বুদ্বীপে চ ভারতম্।" ইতি—ব্যাড়ীঃ। তথা তত্র "পুরঃ" ইতি পুরস্তাৎ সমীপ এবায়ং প্রাগুক্তসুদর্শনসরশিচহ্নোদ্বীপঃ প্রকাশতে। ইতি তিলকাখ্য তৎটীকায়াং ব্যাখ্যাতঃ।

থৌদারকই, মরম অচুদগী নংনা পাম্বা মাইকৈ হাঙৈয়, অহানবদা করমবা মাইকৈদা এংনবা চৎসিগে ? ।১।

পূর্বাং বা দক্ষিণাং বাহমথবা পশ্চিমাং দিশম্ ,

উত্তরাং বা দ্বিজশ্রেষ্ঠ কুতো গচ্ছামি গালব ॥২॥

হে দ্বিজ অথোইবা, হে গালব ! নোংপোক্তরা ? অমস্থুং নোংচুপ্তরা ? নত্রগা অব্বাংদরা ? ঐ কদোমদা চৎকদগে ? ।২।

যস্যামুদয়তে পূর্ব্বং সর্ব্বলোক প্রভাবনঃ।

সবিতা যত্র সন্ধ্যায়াং সাধ্যানাং বর্ত্ততে তপঃ ॥৩॥

মহাক্লা মণ্ডাল পীতুনা থবাইপানবা পুন্নমকপু থবক তৌবা ঙমহনবা নুমিৎনা মমাংঙৈদা ইহান হান্না থোকখিবা মাইকৈ অচুদা সন্ধ্যাদা সাধ্যসীংনা তপ তৌতুনা লৈ ।৩।

যস্যাং পূর্বংমতির্বাতা যয়াব্যাপ্তমিদং জগৎ।

চক্ষুষা যত্র ধর্ম্মস্য যত্রচৈব প্রতিষ্ঠিতঃ ।৪।

নুমিৎকী অহানবা থোকফমদা ব্রাখল লৌশিং ( মতি ) না ইহান হান্না পোকখি, মতুংদা মাইকৈ অতোপ্পদা কোন্না চৎতুনা তাইবং পুন্নমক্তা সিনথুংনা লৈখি, নুমিৎকী অহানবা থোক্নফম অচুদা ধর্ম্মগী মীৎ অনিনা ইখ্বাইমক্তগী ইহান হান্না থোকই, অমস্থুং ধর্ম্মনা লেংদনা লৈ ।৪।

হুতং যতোমখে হব্যং সর্পতে সর্বতো দিশম্।

এতদ্দ্বারং দ্বিজশ্রেষ্ঠ দিবসস্য তথাধ্বনঃ ।৫॥

হে দ্বিজ অথোইবা ! মফম অসিদা হব্যবু পুন্নমক্তগী ইহান হাননা হোম তৌখি, অচুগী মথংদা হোমনা মাইকৈ পুন্নমক্তা কোন্না সন্দোকখি, মফম অসিনা নোংমগী অমস্ত লম্বেনগী থোংনি, হাঙৈবদি কোম্থোংনি ।৫।

অত্র পূর্বং প্রসূতঃ বৈ দাক্ষায়ণ্যঃ প্রজাস্ত্রিয়ঃ ।

যস্যাং দিশি প্রবৃদ্ধাশ্চ কশ্যপস্যাত্মসম্ভবাঃ ॥৬॥

মাইকৈ অসিদা দক্ষগী মচানুপীসীংনা অহানবদা মচা পোকখি, মাইকৈ অসিদা কশ্যপ প্রজাপতিগী মচাসীংনা চাওই ।৬।

অতোমূলং সুরাণাং শ্রীর্যত্রশক্রোঽভিষিচ্যতে ।৭॥

হে বিপ্রযে ! মাইকৈ অসি লাইগী সম্পত্তি পুম্বগী লৈফমনি, মফম

অসিদা শ্বল্লারেন্দবু লাইগী নিংথৌ হাপই, অমসু লাই পুম্নমক মফম অসিদা তপস্যা তৌদুনা লৈ।৭।

এতস্মাৎ কারণাৎ ব্রহ্মন্ পূর্বত্বোমাদিগুচ্যতে।
যস্মাৎ পূর্বতরে কালে পূর্বমেবাবৃতা: সুরৈঃ ॥৮॥

হে ব্রাহ্মণ! থাইনা কুইখরবা মতমদা অহানবদা লাইনা মাইকৈসিদা লৈগে হাঈদুনা লৌখি, মরম অসিনা মাইকৈ অসিবু পূর্ব—অহানবা নোংপোক কৌই।৮।

অতএব চ সর্বেসাং পূর্বামাসাং প্রচক্ষ্যতে।
পূর্বং সর্ব্বাণি কার্য্যাণি দেবানি সুখমীপ্সতা ॥৯॥

অমসু মুঙাইবা পাম্বা পুম্নমক্কা লাইগী ঈড়াৎ থৌনিবদা মাইকৈ—অসোমদা ওন্দুনা তৌই; মরম অসিদগী মাবু মাইকৈ পুম্বগী অহানবা মাইকৈ কৌই।৯।

অত্র দেবান্ জগৌ পূর্বং ভগবান্ লোকভাবন:।
অত্রৈবোক্তা সবিত্রাসৌ সাবিত্রী ব্রহ্মবাদিষু ॥১০॥

মফম অসিদা ইখৱাই মক্তগী ইহান হান্না ব্রহ্মানা বেদ পুম্নমক ছককখি, অমসু সবিতানা বেদবাদীসীংদা গায়ত্রী তম্বিখি।

অত্র দত্তানি সূর্যেণ যজুংসি দ্বিজসত্তম।
অত্র লব্ধবর: সোমঃ সুরৈঃ ক্রতুষু পীয়তে ॥১১॥

হে ব্রাহ্মণ অথোইবা! মাসিদা সূর্যদেবনা যাজ্ঞবল্ক্যদা যজুর্বেদ পীখি, মফম অসিদা লাই পুম্বনা যজ্ঞদা বর ফংলবা সোমরস থককখি।১১।

অত্র তৃপ্তা হুতবহ: স্বাং যোনিমুপভুঞ্জতে।
অত্র পাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিয়মাপ চ।১২॥

মফম অসিদা মৈনা যজ্ঞদা পেল্লদুনা মাগী পোকফম ওইবা ঈশিং থককখি, মফম অসিদা বরুণ — ৱাংবরেণনা পাতালদা লৈদুনা মাগী সম্পত্তি ফংখি।১২।

অত্র পূর্ব্বং বশিষ্ঠস্য পৌরাণস্য দ্বিজর্ষভ।
সূতিশ্চৈব প্রতিষ্ঠিতাচ নিধনঞ্চ প্রকাশতে।১৩॥

হে দ্বিজ অথোইবা! মফম অসিদা মমাঙৈদা পুরাণ ঋষি বশিষ্ঠনা— মিত্রাবরুণগী বীর্যদগী উর্বশীগী গর্ভদা পোকই, লেংদনা লৈ, অমসু নিমিগী শাপনা শি, মাহুমনা তৌহন্না মতম পুন্নমক্তা ভান্দুনা লৈ।১৩।

ওঙ্কারস্যাত্র জায়ন্তে স্রুতয়ো দশতীর্দশ।

পিবন্তি মুনয়ো যত্র হবির্ধূমধ্বধূম্রপাঃ ॥১৪॥

মফম অসিদা বেদগী শাখা লীসিং তরাগী মশক ওইবা উপনিষৎ পুন্নমক থোকখি, মফম অসিদা যজ্ঞগী মৈখু থকপা মুনিসীংনা হবিগী মৈখু থকখি।১৪।

প্রোক্ষিতা যত্র বহবো বরাহাদ্যা মৃগা বনে।

শক্রেণ যজ্ঞভাগার্থে দৈবতেষু প্রকল্পিতা ॥১৫॥

মফম অদুদা ইন্দ্রনা যজ্ঞদা লাইদা পীনবগী দমক লমশুকনাচিংবা— অশেংবা শা মরাম লৈহনখি।১৫।

অত্রাহিতাঃ কৃতঘ্নাশ্চ মনুষ্যাশ্চাসুরাশ্চ যে।

উদয়ংস্তান্ হি সর্ব্বান্ ক্রোধাদ্ধন্তি বিভাবসু ॥১৬॥

মফম অসিদা ফত্তবা—বেদগী য়াথং ইংনবা, তৌবিমন হংদবা মী অমসু হিংচাবা মরাম লৈ, মাখোই পুন্নমক অহুবু মাঙতুনা নুমিৎনা থোকতুনা— থোকতুনা মাংহল্লি।১৬।

এতদ্দ্বারং ত্রিলোকস্য স্বর্গস্য চ সুখস্য চ।

এষ পূর্বদিশাংভাগো বিশ্বাবোহত্র যদীচ্ছসি ॥১৭॥

মফম অসিদি মরোল অহুমগী, স্বর্গগী অমসু মুঙাইবগীসু থোংনি, মফম অসিদি নোংপোক মাইকৈনি. নংনা মাদোমদা চৎনি লবদি ঐখোই অনি চৎমিন্নসি।

## রামায়ণ অমসু মহাভারত অনিগী

## তুলনামূলক সমালোচনা।

১। রামায়ণনা— তাইবংপানবদা নুমিৎনা ইহান হান্না থোকখিবা মফম অহুবু উদয়পর্বতকী সৌমনস কৌবা চীঙদোলনি হায়না তাকখ্রে।

২। রামায়ণনা মাসিসু তাকখ্রে, মাহুদি,— উদয়পর্বতকী সৌমনস

কৌবা চীঙদোন অদুবু কর্করেখাদা অমস্ত ভারতবর্ষগী নোংপোকথ বা লমথৈ দা লৈবনি, হাঙৈনা তাকই।

৩। রামায়ণনা মাসিমস্ত হাঙৈ, মাদুদি,—পৃথিবীনা ঈশিং মন্থুংদগী—লিংথংলকপদা মুমিৎ থোক্লম্বা মফম অদুবু পূর্ব=নোংপোক কৌই, হাঙৈ-খরে। মহাভারতনস্থু মাদুমক পূর্বা=নোংপোক কৌই। চৎনবীদদি নোংপোক কৌবা মফম অমা কক্লুনা থম্বা তৌনদে। হাঙৈরিবা মফম অসিবু বেদ-নাদি (ঋ০ ১।৩০।৯) "প্রাস্ত্রীকস্" কৌই। মাদুগী অর্থদা নিতৈবোনদা চপচানা হল্লবদি (হাঙৈববদি) "মুমফাল" কৌই।

৪। নোংপোক কৌবদি,—করিগুম্বা বিন্দু অমদগী মালেমদা চপচুম্না লয়ি চিংথ্রবদি লযি অদুনা অংশ ৯০ মুবদা বিষুব বৃত্তদা তাকুগনি। অদুগুম্বা মফম অদুবু "পূর্ব স্বস্তিক" ই, ইষ্ট = ইষ্ট কার্ডিনেল পোইন্ট হাঙৈদি বিন্দু অদুগী অচুম্বা নোংপোক কৌই। অহিং মুংথিন শাবা মায়া মুমিন্থা-বিন্দু অদুদা মুমিৎ থোক্লবগা উগনি, মাদুবু ব্যবহারিকতা নোংপোক কৌদুনা সভা-জগতা চৎলি। ইথাইনা চৎনবা নোংপোক অসিবদি বৈদিক কর্ম্মদা চৎনদে। মুক্লগা বেদনা নোংপোক কদি জগৎ সৃষ্টিগী হৌগৎপদা মুমিৎনা অহানবা লৈরম্বা মফম অসিদুবু নোংপোক কৌই। মরম অসিনা বৈদিক ধর্ম্ম-কর্ম্ম কৌবদা মুংমৎক অহানবা থোকফম অসিদুবু শিজিন্নে। বেদনা নোংপোক কৌবা লম অসিদি মুমফাল=মণিপুর অসিনি।

৫। ব্রাহ্মণ অসি শুম্ম উৎদুনা প্রমাণ তৌবি,— বেদগী করিগুমবা থবক—যাগ-যজ্ঞ হমতং তৌবা তারবদ অহানবদা "নোংপোক—প্রাচী" মাইকৈ থংনা যাদে। মবন অসিনা ব্রাহ্মণ ভাগতা বেদনা নোংপোককী মশক তাকই। মাদুদগী চিংনবা লৈতনা থংলে,—বেদনা তাকলিবা নোং-পোকতি শাস্ত্রনা হাঙৈবা অমস্ত ইথাইনা চৎনবা নোংপোক অসি নত্তে। মিতৈ লৈপাক মণিপুরতবু বেদনা নোংপোক কৌই হাঙৈনা তাকই। মাদুদি শতপথ ব্রাহ্মণনা হাঙৈ,—

"একং দ্বে ত্রীণি চত্বারি বা অন্যানি নক্ষত্রাণ্যথৈতানি যৎ কৃত্তিকা স্তদ্ভূয়ষ্ঠানমেতদুপৈতি তস্মাৎ কৃত্তিক স্বাদধীত। এতাহবৈ প্রাচ্যৈ দিশো ন চ্যবন্তে, সর্ব্বানিহবা অন্যানি নক্ষত্রানি, প্রাচ্যৈদিশশ্চ্যবন্তে, তৎ

প্রাচ্যামেব তদ্দিশাহিতৌ ভবতস্তস্মাৎ কৃত্তিকাস্বাদধীত ” ইতি—

থৰাম্মচাক অতৈদি অমা, অনি, অহুম নত্রগা মরি থোকই, কৃত্তিকাস্তা সংযোম চাওই, ভাগ্নি। মরম অসিদগী মাওান্দা মৈ হৌগদবনি। কৃত্তিকা— খোংচোংনুবীনা নোংপোকপু থাদাক্কে, থবাম্মচাক অতৈদি নোংপোক থাদোকই। মবম অহুদগী খোংচোংনুবীদা নোংপোকনে অফবনে অনিমক লৈ। মরম অসিদ। খোংচোংনুবীদা মৈ হৌগদবনি। মাহুমা শ্রুতিনা হাঙ্গৈবদগী "নিয়ম-বিধি" কৌবা ব্রাএন অমা শেমগনি। মাহুদি—খোংচোংনুবী এংহনা নোংপোক চিংগনি। মাসুমা কর্ম্মান্ত-সূত্রদা দেব-যজন-কল্পদসু হাঙ্গৈ,—

"প্রাগ্বংশ-শালাং স্থাপয়ন্তি যৎ কৃত্তিকা থল্বিমাঃ প্রাচীংদিশো ন পরিক্রহতি তাসাং দর্শনেন মাপয়েৎ।" ইতি—

খোংচোংনুবীনা প্রাগ্বংশ-শালাবু লৈহনাল, মাথাই অসিনা নোংপোকপু থাদাক্কে, মাথাইবু এংহনা চন্নু। খোংচোংনুবীবু এনবদি কাত্যায়ণগী—শ্লোকসূত্রদা হাঙ্গৈ,— "এতৎ প্রাচ্যাদিশাব্দাং যুগমাত্রাদিতে পূর্বঃ।" অর্থদি মাসিনা নোংপোক্কী মণককনি, মাসিদি—খোংচোংনুবীনা মাদ যুগ অমা ব্রাং থৎনা থোন্দপা নকাংহু লোংনকি। মাসিদা যুগ অমা ব্রা বা হাঙ্গৈবগী অর্থসু মহৌধবনা মহাক্কী ভাষ্যদা হাঙ্গৈ, —"বৃষভস্কন্ধাগাবি দীয়মানং কাষ্ঠং যুগং তৎ ষড়শীতাঙ্গুলাঃ।"— মগী লাবগী মখংদা হায়বা চৈ, হাঙ্গৈবাদি— পোপপুবু যুগ কৌই; মাহুদি খুৎপী ৮৬ নি। মরম অসিনা খোংচোংনুবীবু লৈপাকক্কা নোংথোগা সম্নবা মফমদগী খুৎপী ৮৬ ব্রাংথৎপা মফমদা উবা মফম অতুবু প্রাচী কৌই, হাঙ্গৈবাদি—নুমিৎকা অহানবা থোকক্কন নোংপোকনি। মাতুদা ব্রা অমনা থিন্দুনা এংগনি, ব্রা অদুবু প্রাগ্বংশ কৌই। মাহুনা মথাইদা থমলগা অরত্নী তবা পাকপা অমসু শাংবা যুম অমা শাগনি, মাহুবু প্রাগ্বংশ-শালা কৌই। মাতুদা যজমাননা যজ্ঞগা ব্রা মতোন্না থিল্লিবা মাইকৈ অতুদা ওন্দুনা ফম্না যজমানবু যাগগী দীক্ষা তৌগনি. অমসু যুম অতুদা হোম—তৌনবা পোৎ চৈ থমগনি। হোম তৌনবা নোংপোক ওনবা লম্নি চিংবসু প্রাগ্বংশনা তারিবা নোংপোক অতু ওন্দুনা চিংগদবনি। মাসুম তৌহনা—প্রাগ্বংশনা তারিবা নোংপোক অতুদি—যুমফাল মণিপুরভবু হাঙ্গৈবনি। খুদমগী দমক কুমারিকা অন্তরীপতা অমা, কুরুক্ষেত্রদা অমা অমসু হরদ্বারদা অমা,

ইকম অহুম অসিদা মতম অমত্তদা হোম তৌই। মফম অহুমগী প্রায়শ্চিত্তদগী তেন অমামম কাপ্লক্রবদি কেন অহুম্মক অহু মুমফাল চাওদা থাগনি, মাখোই তেম অহুম্মকনা ইষ্ট কার্ডিনেল পোইন্টদা চৎলোই—থুংলোই।

৬। মথক্তা লৌথৎখ্রবা ব্যাসকী বচন—১২ সুবা শ্লোক,—

'তত্র তৃপ্তো হুতবহঃ স্বাং যোনিমুপভুঞ্জতে।

অত্র পাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিয়মাপ চ॥"

অর্থ—মফম অসিদা মৈনা যজ্ঞদা হব্য চাবামক্তনা পেল্লহুনা মহাক্কী পোক্কম ঈশিং থকখি। হাঈবদি—মণিপুর অসি অহানবদা চাও ময়ামনা কোঈসিন্দুনা সমুদ্রগী ঈনুংবুংদা লুপতুনা লৈরমই, মতমগী মতুংইন্না কংথহুনা হুজিক্ত তম্পাক ওনখরে। অতুনা মহাকপু ঈশিং কংখিবা মফম্নি, হাঈহুনা "কংলৈ" কৌই। মাম্লম তৌহুনা মফম অসিদা বরুণনা পাতালদা লৈহুনা মাগী সম্পত্তি ফংই, হাঈবদি—মিতৈরোনদা বরুণবু ব্রাংবরেণ কৌই। মহৌ- শাদি মণিপুর অসি সমুদ্র মনুংদা লুপতুনা লৈরম্বদগী য়ুমফালগী থা নোং- পোকতা ঈশিং চেম্ব্বখিহুনা কংখ্রবদা হুজিক ফাউবা ঈশিং চেম্বফম অহুদা বরুণ=ব্রাংবরেণ মফম লৈরি, মাগী চহি খুদিংগী দেবযাত্রা তৌরি। মিতৈ- সীংনা বরুণবু—ব্রাংবরেণ—ঈশ্বর বরুণ কৌহুনা ঈড়াংলি। হিংচ বাওমনা মপুক ফত্তবনি হাঈনা থাম্না কিনৈ। মাগী যাকাদা ঈড়াংপদা অরানবা য়াওরবদি মী অহু হেক্তা শি. অসিনাচিংবা খুদম ময়াম লৈ, মিতৈনা য়াম্না কি। হিন্দুগী ধর্ম্মশাস্ত্র পুম্বদা বরুণদি নোংচুপকী মপুনি. হাঈবাবু ব্যাস- দেবনা নোংপোক মাইকৈদা লৈবা ওইনা বরুণবু হাংরিবা অসিনি। মিতৈ- সীংনা অনাদিকালদগীনা হুজিক ফাউবা অসি বরুণবু মী চাবনি হাঈহুনা কিনৈ। মাওোন্দা থোক্লকপা খুদমম্মু মী পুম্নমককী অদকপা ওাক্তা তৌই। মাওোন্দা কৎপা সনা, লুপা পুম্বা চাওথক্তা হুন্দোকংনা লৈ, মী অমহুনম্মু সিগনি হাঈহুনা লৌনদে।

৭। মথক্তা লৌথৎখরবা ব্যাসকী ১৩ সুবা শ্লোক,—

"অত্র পূর্ব্বং বশিষ্ঠস্য পৌরাণস্য দ্বিজর্ষভ।

সৃতিশ্চৈব প্রতিষ্ঠাচ নিবন্ধঃ প্রকাশতে॥১৩॥"

হে দ্বিজ অথোইবা! মফম অসিদা মমাংঙৈদা পুরাণ-ঋষি বশিষ্ঠনা

মিত্রাবরুণগী বীর্যদগী উর্বশীগী গর্ভদা পোকই, লেংদনা লৈ, অমসু নিমিগী শাপনা শি, মাসুম তৌগুনা মতম পুম্নমক্তা শান্দুনা লৈ।

তাৎপর্য্য,—"পুরাণ ঋষি বশিষ্ঠ" হাঙ্গৈবদি—যজ্ঞদা হোম তৌনবা মৈরি থোক্লা চাকলিবা "মৈ" হাঙ্গৈবনি। "নিমি" হাঙ্গৈবনা মৈরি-থোক্তবা * হোম তৌবা য়াদবা মৈবু হাঙ্গৈবনি। মাসি পৌরাণিক কথা ( Mythology ) দা য়ারী অমা পুথোকই, মাহুদি,—বিবস্বান্ কৌবা সূর্যনা মেরুচীঙদা প্যাল-লমই, মাবু শুমিংনা পোকপনি, অসুম্না ইখ্বাইনা খংনরমই ; অহুনা মাগী থারাবু সূর্যবংশ ক্ষত্রিয় কৌনৈ। বিবস্বান্না মনু পোকই, মনুনা ইক্ষ্বাকু পোকই। ইক্ষ্বাকুগী মচা নিমি কৌবা নিংথৌ অমা পাল্লমই। মাদি ধর্ম্ম য়াম্না খংই, বেদ হৈ। মানা হোম তৌগে নিংই, মানা মাগী গুরু—পুরো-হিত বশিষ্ঠদা হোম তৌবিয়ু হাঙ্গৈজে। বশিষ্ঠনা খুমই,—ঐদি ইন্দ্রগী হোম তৌনবগী দমক নিমন্ত্রণ হান্নরা লৌরুরে, ইন্দ্রগী হান্না তৌগে, নংগীনা কোন্না তৌগে, নং ঐবু ঙাইখো, হাঙ্গৈ। নিমিনা খুমদে, বশিষ্ঠনা খুমত্রবদি যারবনি হাঙ্গৈহুনা ইন্দ্রগী হোম তৌবা হৌখ্রে। নিমিনা মীওইবদি ঙসি শিগনি খংদে. হয়েং শিগনি পাউজেন্দে, ধর্ম্মদি শিদাবিডৈদা তৌগদবনি, ধর্ম্ম তৌবদা ঙাইবা য়াদে, অসি হাঙ্গৈহুনা নিমিনা অতোপ্পা ব্রাহ্মণবু পুরোহিত ওইহন্দুনা হোম তৌবা হৌরে, বশিষ্ঠবু ঙাইদ্রে। বশিষ্ঠনা উবহুনা সাওরে। ন না গুরুবু উশিন্তহুনা ঐবু ঙাইদরে, "নং শিরো" হাঙ্গৈহুনা সাওহুনা শাপ তৌরে। নিমিনা খুমলে,—নংদি ধর্ম্ম খংদে, লন্ পামহুনা করাম্লে, "নংসু শিরো" হাঙ্গৈ-হুনা বশিষ্ঠবু চৈরে। নিমিসু বশিষ্ঠসু অনিমক শিরে।

বশিষ্ঠগী অশিবা থরাইনা ব্রহ্মলোকতা চৎহুনা মপা ব্রহ্মাদা—"ঐদি নিমিনা চৈহুনা শিরে" হাঙ্গৈহুনা তাকল্লবে। ব্রহ্মানা হাঙ্গৈবে,— "বশিষ্ঠ! নংদি মিত্রাবরুণগী বীর্যদগী উর্বশীগী গর্ভদা চংহুনা পোকল্লরো, অহুগা হান্নগী

---

* শুক্ল যজুর্বেদীয় মাধ্যান্দিন শতপথ ব্রাহ্মণদা "১কা॰, ২য় প্র॰, ৫ ব্রা॰, ৪অ॰, ১ব্রা॰" গা পৌরাণিক বশিষ্ঠ নিমিগী কথাগা অমসু অঙোম-পোকপা লাই পুরৈলোম্বগী কথাগা অহুম অসি তুলনা মূলক আলোচনা তৌরগা নিমিগা বশিষ্ঠগা মাখোই অনিনা খৎনবগী অর্থ লৌবা ঙমই। মাহুগীদমক ঐগোইগী মৈহোৱোন কৌবা প্রবন্ধদা অমসু ঐখোইগী ব্যাখ্যাত শ্রীভাগবততা উগনি।

বশিষ্ঠ অহু অহুম্মক ওইরো" অসি হাঙ্গৈত্নুনা বর পীরক্নে। মিত্রাবরুণনা উর্ব্বশীগী গর্ভদা চংহল্লক্লবদা উর্ব্বশীনা বীর্য অহু।হুন্দোক্নে, অহুদা মিত্রাবরুণনা উর্ব্বশীবু বীর্য য়াংহুনলি হাঙ্গৈত্নুনা শাপ তৌগনি, হাঙ্গৈনা কিরহুনা লৈপাক্তা তাথরবা বীর্য অহু খুন্দুনা চক্রু অমদা হাপত্নুনা থমই। চক্রু মমুংদগী বীর্যনা বশিষ্ঠনে অগস্ত্যনে মুনি অনি পোকই। মাহুম তৌহুনা বশিষ্ঠনা অমোক হিক্লংখি।

নিমিদি বশিষ্ঠগী শাপনা শিরবদা মচা লৈত্তবা মরম্না মাগী হৌগংলুরবা যজ্ঞ অহু লোইবা যাদ্রে; যজ্ঞ কাইবা তারে। মতম অহুদা নিমিগী যজ্ঞ তৌবা ব্রাহ্মণসীংনা মাখোইনা হৌগংলুরবা যজ্ঞ অহু লোইবা য়ানবগীদমক নিমিগী অশিবা হকচাং অহু মনম সুংশিবা হিদাক হাপত্নুনা পুমহন্দনা— থমই। মাহুম তৌহুনা যজ্ঞ অহু লোইরবদা যজ্ঞদা লাকপা লাইসীংদা নিমিবু শিহনবিগনু, অমুম্না ব্রাহ্মণসীংনা হাঙ্গৈজরবদা, মতম অহুমক্তদা— নিমিগী মথব্রাইনা অতিযাদা লৈরহুনা হাঙ্গৈরকই,— "ঐদি মীওইবা ওমজ-ররোই, ওইনিংদে। ঙা গুম্না অঙম অঙম চানবা মী ওইনিংদে" হাঙ্গৈত্নুনা নিমিনা হিংউ হাঙ্গৈবা যাদবে। মতম অহুদা লাইনা হাঙ্গৈরে—"নিমিদি বি-দেহ ওইবে—মাগী হকচাং লৈতবে। মাগী থরাইনা তাইবংমীগী মিংতা লৈসনু, মিৎ নুপ্পগী উইসিনবা পাংথোকপদা কুফেৎ কাফেৎ তৌবদা হকচাং য়াওদ্রবা নিমিগী হকচাং থংনবা খুদম ওইবসনু" অসি হাঙ্গৈরম্নগা লাই মরাম চৎখরে।

ব্রাহ্মণসীংনা হাঙ্গৈরে,— নিংথৌ পাম্রবদি হুরানবা ডাকুনা লুট পাৎ তৌহুনা লৈপাক খুঁনপানবা ঙমলোই। নিমিদি মচাসু পোক্তে, হিংউ হাঙ্গৈ-বসু য়াদরে। অসি হাঙ্গৈত্নুনা নিমিগী অশিবা হকচাং অহুবু কম্না নোইহুনা তক্তুনা নৈথাইরে। মঙ্গোম নৈরগা মাখোন থোরকপাওম নিমিগী নৈথাই-রবা হকচাংদগী নিপা অমা থোরকই। মাহুবু মথন্তা পোক্লকই, হাঙ্গৈত্নুনা "জনক" কৌই। হকচাং যাওদ্রবা নিমিনা পোকই, হাঙ্গৈত্নুনা "বিদেহ" সু কৌই। মাহুম তৌহুনা নৈবদগী পোকই, হাঙ্গৈত্নুনা "মিথি" সু কৌই।

ঐথোইনা বশিষ্ঠগা নিমিগা থংনবা, মাখোই অনিমক শিবা অমসু হিংগৎপা পুরাণগী ৱারী অহু মথক্তা লৌথংথরবা অসিনি। কৃষ্ণদ্বৈপায়ন

বেদব্যাসনা বেদগী ব্যাখ্যা তৌহ্নুনা হাঙীরি,— অসিগুম্বা পুরাণদা হাঙীরিবা নিমিগা বশিষ্ঠগা অনিগী থৌদোক অসি নুমিৎকী অহানবা থোকফম— য়ুম অহানবা—য়ুমফাল—মণিপুর কৌই, অস্তুম্বা হাঙীরি। মাহুদগী ঐথোইনা খংবা ওয়ালে, মাহুদি,— নুমিৎকী অহানবা থোকফম য়ুম অহানবা—মণিপুর অসিবু মিতৈ লৈপাক কৌবদি মিথিনা পানবা লৈপাকনি, হাঙীহুনা "মিথি লৈপাক" হাঙীবনি। মাস্তুমনা মণিপুরদা লৈবা প্রাচীন অধিবাসীসীংবু— মিতৈ মাহু হাঙীত্রগা মৈতৈ হাঙীবা অসিদি মিথি নিংথৌগী বংশনি হাঙী-বনি। মাসিগী মরমদা চিংনবা লৈতে। তৌইগুম্বস্তু নিমিগা বশিষ্ঠগা খংনবদগী থোকখিবা থৌদোক অসিবু বেদব্যাসনা পুরাণগী বানি, হাঙী। মাহুদি "পুরাণস্থ দ্বিজর্ষভ"—"হে দ্বিজ অথোইবা গালব! পুবাণ ঋষি বশিষ্ঠগী" অস্তুম্বা হাঙী। পৌরাণিক কথা হাঙীবদি— "বৃটার্থ কাল্পনিক কথা" মাগী অর্থবু হোংদোকপা য়াদনবা মনুংদা ফুম্নগা মপানদা রাফম অমা ওইনা—লেনজিনবা হাঙীবনি। মাবু আন্তর্জাতিক-ভাষাদা 'Mythology' হাঙীনৈ। অমস্তু শ্লোক অসিগী অরোইবদা "প্রকাশতে" হাঙী, মাহুদি—মতম পুম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈ, অস্তুম্বা হাঙী। মাহুদি,—

"সুপ্তিশ্চৈব প্রতিষ্ঠাচ নিধনঞ্চ প্রকাশতে।" অসিনি।

মাসিগী তাৎপর্যদি—মিতৈ লৈপাক মণিপুরদা বশিষ্ঠ পোকই, লেংদনা লৈ, অমস্তু শিবস্তু শি, মাহুম তৌহ্নুনা মতম পুম্নমক্তা ঙান্দুনা লৈ, হাঙীবদি নুমিৎকী অহানবা থোকফম য়ুমফাল—মণিপুরদা ইথ্বাইমক্তগী অহানবদা—মৈবা চিংহ্নুনা মৈ লৌখি, মৈ অহুবু মুৎহন্দনা লেংদনা লৈংনলি। শি হাঙী-বদি অমোকস্তু মৈরি মুৎতুনা লৈ, মাহুদগী মৈরি অমোক থোক্তুনা ইঙান ঙাননি হাঙীবনি। খুদমগী দমক হুজিক ফাউবা লৈশেম্নকৈদগী অন্দ্রোদা মৈফম অমা লৈরিবা অসিনাচিংবনি। মতম অসিদা সভ্য জগৎতা "অখণ্ড জ্যোতি." য়োকুরি। মাথোই পুম্নমক অহুদি কোম্না কাইনাথংদা তৌজবনি. য়ুমফাল—মণিপুরদা য়োক্লিবা মৈ অসিনা অহানবনি. অস্তুম্বা মহাভারততঃ কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা ভাক্লিবনি। রামায়ণ, মহাভারতনা ব্যাখ্যা তৌহ্নুনা বেদগী অর্থ অসি চিংনবা লৈতনা খংলে, মাহুদি,—কংলৈবু য়ুমফাল কৌবা অমিদি বেদনা প্রত্যক্ষ্ কৌবগী অর্থনি। মাঙান্দা লৈবা প্রাচীন অধিবাসীবু

মিতৈ শত্রুগী মৈতৈ হায়রিবদি পুন্নমজনী ইহান হায়রা মৈবা চিংথুনা মৈ লোয়নবা মৈবু যজ্ঞ তৌথুনা উপাসনা তৌবা জাতি, মানা সভ্যতা ফংবদা তাইবংগী পুম্বগী অহানবা হায়রিবনি। মাসিদগী চিংনবা লৈতনা হয়লে,—মাখোইনা— মৈবা চিংলগা থোকই হায়রিথুনা অগ্নিবু "মন্ত্র" হায়রিবদগী "মৈ" কৌই। ব্যাসদেব বাল্মীকি অনিগী বচন, প্রমাণ অসি চুমই চুমদে হায়রিবদি বেদগা চান-তুনা এংলগা খংগনি। ঐংখোইনা মতাং অসিদা রামায়ণ অমসুং মহাভারতকা তুলনা মূলক সমালোচনা তৌনবগী দমক "শুক্ল যজুর্ব্বেদীয় মধ্যান্দিন ব্রাহ্মণগী য়ারী অমা লৌখৎলি।—

## শুক্ল-যজুর্ব্বেদীয় মধ্যান্দিন শতপথ ব্রাহ্মণম্।

(১ম-কা০,২য-প্র০,৫ম-ব্রা০,৪র্থ-অধ্যা০,১ম ব্রা০)

ঘৃতাচ্যেতি। বিদেঘোহ মাথবোঽগ্নিং বৈশ্বানরং মুখে বভার, তস্য গোতমো রাহুগণঃ ঋষিঃ পুরোহিত আস তস্মৈ হস্ম আমন্ত্রমানো ন প্রতিশৃণোতি নেমেঽগ্নির্বৈশ্বানরো মুখান্নিষ্পদ্যতা ইতি।১০॥

তমৃগ্‌ভির্হ্বয়িতুং দধ্রে। বীতিহোত্রং ত্বা কবে দ্যুমন্তং সমিধীমহি অগ্নে বৃহন্তমধ্বরে বিদেঘ৩।১১।

স ন প্রতিশুশ্রাব। উদগ্নে শুচয়স্তব শুক্রা ভ্রাজন্ত ঈরতে তব জ্যোতীং ষ্যর্চয়ো বিদেঘ৩ ইতি।১২॥

স হ নৈব প্রতিশুশ্রাব তন্ত্বা ঘৃতস্নবীমহে ইত্যেবাভিব্যাহরদথাস্য ঘৃত কীর্ত্তাবেবাগ্নির্বৈশ্বানরো মুখাদুজ্জজ্বাল তন্ন শশাক ধারয়িতুং সোঽস্য মুখান্নিষ্পেদে স ইমাং পৃথিবীং প্রাপাদ।১৩।

তর্হি বিদেঘো মাথব আস। সরস্বত্যাং স তত এব প্রাঙ্দহন্ন ভীযায়েমাং পৃথিবীং তং গোতমশ্চ রাহুগণো বিদেঘশ্চ মাথবঃ পশ্চাদহন্তমন্বীয়তুঃ ইমাঃ সর্ব্বা নদীরতি দদাহ তা ং হস্ম তাং পুরা ব্রাহ্মণান তরন্ত্যানতি দগ্ধাগ্নিনা বৈশ্বানরেণেতি ১৪॥

তত এতর্হি। প্রাচীনং বহবো ব্রাহ্মণাস্তদ্ধা ক্ষেত্রতরমিবাস স্রাবিতরমিবাস্বাদিতাগ্নিনা বৈশ্বানরেণেতি।১৫॥

তদ্ধৈতর্হি। ক্ষেত্রতরমিব ব্রাহ্মণা উহি নূনমেনদ্‌যজ্ঞৈরসিষ্বদন্ত

সাপি জ্বলন্তে নৈদাঘে সম্রিবৈব কোপয়তি তাবচ্ছীতাদত্তি দগ্ধাহুগ্নি বৈশ্বানরেণ।১৬॥

সহোবাচ। বিদেঘো মাথবঃ ক্বাহং ভবানীত্যত এষতে প্রাচীনং ভবনমিতি হোবাচ সৈষা প্যেত্মহি কোসল বিদেহানাং মর্যাদা তেহি মাথবাঃ॥১৭॥

'ঘৃত' মিং অসিতা হাঙ্গৈবতনম্নু মৈবু চাকথংহল্লি হাঙ্গৈবা খংনবগীদমক থেজনা ঘারী অমা লীতুনা তাকই। ঘারী অদুদি মাসিনি,—মথুগী মচানিপা 'বিদেঘ' কৌবা অমা লৈরমই। মানা তাইবংপানবা পুম্বগী ফননবা তৌবা মৈবু মচীনদা হাপতুনা থম্নমই। রহুগণগী মচানিপা গোতম কৌবা ঋষি অদুনা বিদেঘ নিংথৌগী পুরোহিত ওই। পুরোহিত ঋষিনা কৌবদা নিংথৌনা মানা পুখিবা মৈ অন্ত তাখিগনি হাঙ্গৈতুনা থুমদবে।১০।

পুরোহিত ঋষিনা নিংলে, মাহুদি,— ঋগমন্ত্র মখাম সোন্দুনা, হাঙ্গৈতুনা বিদেঘ নিংথৌ অদুবু কৌগে, অমুম্না নিংলে; মাতুম্না পুক্লিংদা লেপ্লতুনা—"বীতিহোত্রং……" অসিনা হৌবা মন্ত্র অসি হাঙ্গৈবগা 'বিদেঘ০" (১) অমুম্না কৌই।১১।

নিংথৌনা (থুমদরে) অদুগী মতুংদা ঋষি পুরোহিতনা অসোকন্নু—"উদগ্নে শুচয স্তব শুক্রা ভ্রাজন্তে তব জ্যোতী গুং ষ্যচযঃ বিদেঘ০॥" মাসি হাঙ্গৈতুনা কৌই।১২।

অদুম্না কৌতুনম্নু নিংথৌনা তাদে (থুমদে) পুরোহিত ঋষিনা অমোকম্নু "ত্বা ঘৃতস্রবীমহে" মন্ত্র অসি হাঙ্গৈবদা যাওরিবা 'ঘৃত' মিং অসি হেক তাবদা তাইবংপানবগী ফনবতা তৌবা মৈনা বিদেঘ মাথব নিংথৌগী মচীন্দা লৈরম্বদগী মৈরি থোকতুনা মপান্দা থোরক্লে। নিংথৌনা মচীন্দা মৈ অদু পুবা ওমদরে। মৈনা নিংথৌগী মচীন্দগী মপান্দা থোকখিতুনা লৈপাকতা তাথরে।১৩।

মতম অদুদা মথুগী মচা বিদেঘনা সদানীরা তুরেনদা লুপতুনা মৈশা থাংলমই। মৈনা মফম অদুদগী হৌতুনা প্রাক্=নোংপোক (২) লোমদা

(১) মাসিদা "০" অঙ্ক অসি প্লুতস্বরগী খুদমনি। (২) প্রাক্=প্রাচী অসি মুমিংকী অহানবা থোকফম নোংপোক হাঙ্গৈবনি। মুমিংকী থোরকফম =মমাংলোম পুক্কমকপু নত্তে, ইষ্ট কার্ডিনেল পোইন্টনু নত্তে।

পৃথিবী পুম্বা সিদ-থুংনা চাকতুনা চংখি। রহূগণগী মচা গোতমসু মথুগী মচা বিদেঘসু চাকতুনা চংখ্‌রবা মৈগী মতুং ইন্দুনা চংখরে। মৈ অতুনা— পৃথিবীদা লৈরম্বা ভুবেল পুম্নমক চাকতুনা কংহনখি। অমাং চীঙদগী চেন-লকপী সদানীরা তুরেনবুদি মৈনা চাকথেকতুনা লানবা ঙমখিদে। সদানীরা তুরেনগী নোংপোক্লামদদি ব্রাহ্মণসীংনা লৈরমদে। তাইবংপানবগী ফনবা তৌবা মৈনা মফমসীং অতুবু চাক্লগদে। মৈনা চাক্তবা লমনি, অতুনা— ব্রাহ্মণনা লৈরমদে।১৪।

অতুগী তুংদা হুজিক্তি নোংপোক (প্রাচী) কৌবা লমদা ব্রাহ্মণ মযাম্না থাদোকপা লৈতনা লৈরে। মরম অসিদগী হুজিক্তি লম অতু লম অথোইবা লংলেন ওমলে। মমাংঙৈদদি বৈশ্বানব- তাইবং পুম্বগী ফনবা তৌবা মৈনা মযম অতুদা চাত্তবিবা ওইহনা ংগম অতুদা তৌবা দান, ধর্ম্ম পুমনমকনা চফু অকাইবদা হাপ্পা ঘীগুম্না মহি মাংই।১৫।

হুজিককী মতম অসিদদি অফবা লম ওইবে, মাঙোন্দা ব্রাহ্মণ মযাম লৈরে ব্রাহ্মণসীংনা লৈহনা মফম অতুদা যজ্ঞ তৌবদগী বৈশ্বানর কৌবা মৈনা লম অতু শেংদোকলে। সদানীরা কৌবা তুরেননা কালেন থাগী চাক-লুবা মহাও মাওরবা মতমদসু মাঙোন্দা ঈশিং যামনা লৈবা মরম্না সাও-হনতা লৈবমই। তাইবং পুম্বগী ফনবা তৌবা মৈবু মাগী অইংবনা থৎতুনা থম্নমই। মতম অতু কাউবা মৈনা লম অতুবু শেংদোক্লমদে।১৬।

( মাহুম তৌতুনা মৈনা লৈপাক পুম্নমক চাকপা লোইরবদা ) মথুগী মচা বিদেঘনা মৈদা হংই,—'ঐ কদাইদা লৈগদগে?" মাহুদা মৈনা খুমই, "ইত্যন্ত এব তে প্রাচীনং ভবনমিতি।"— মাসিমক্তদগী হৌহনা "প্রাচীন ভবনম্"—সুমিৎকী অহানবা থোককম— প্রাচীন ভবন অসি মৈ নহাককী লৈকমনি।" মাহুমনা মৈনা খুমই। হুজিক কাউবা সদানীরা তুরেন অসিনা কোসল অমসু বিদেঘ লৈপাককী লমখৈ ওইনরি। মরম অসিদগী ( মৈনা মংগীনি, হাঈনা তাকপদগী ) মাথোই অতসু ( প্রাচীন ভবনসু ) মাথব—মথুগী মচাগী লম ওাক্তনি।১৭। *

* সদানীরা তুরেনবু কনাগুম্বসীংনা 'গণ্ডক' তুরেননি, হাঈ। মাহু চুমদে।

পুরাণ স্মৃতিগী কথানে শতপথ ব্রাহ্মণদা হায়ীবা শ্রুতিগী আখ্যায়িকা অনিগী তুলনা মূলক সমালোচনা তৌবদগী মথাদা ইরিবা অর্থ অসি ফংলে মাথুদি,—

## শ্রুতিগী অর্থ।

অণ্ডানবা মৈরী থোক্তবা মৈবু শ্রুতিনা মাগী হকচাং যাওদরি হায়ী-তুনা থিদেঘ কৌই। মৈবু সিড তন্নবদগী থোকই হায়ীতুনা মথুগী মচা—মাথবস্থ কৌই। মৈবী থোক্কা চান্নবা অণ্ডানবা মৈবু মাঙোন্দা হোম তৌই হায়ীতুনা মাবু বেদনা পুরোহিত কৌই (ঋগ্ ।১।১ অগ্নমীলে পুরোহি-তম)। মবম অসিনা অণ্ডানবা মৈরা থোন্নবা মৈবু শ্রুতিনা আখ্যায়িকা অসিদা হায়ীবি,— "ঋষি গোতমনা বিদেঘগী পুরোহিতনি।" (গোতমঃ= মণ্ডান অথোইবা=যামনা ডানবা=মৈবী চাওনা থোন্নবা মৈ=মৈদে° অবা-বনি) অমসু মৈগী হকচাংদি মহাবকী অবাবা মডান্না ওই। মাতুনা থুপ-তুনা লৈবা মৈরী থোক্তবা মৈবু শ্রুতিনা বহুগংগী মচ বাতুগণ কৌই।

হোম তৌবমদাগীদা মৈবু মৈব থোকনা চাক্কগী দমক পুরোহিতনা সাম'ধনী মন্ত্র সোন্দুন চিনন ফু যু কাময়ই। মতম অতুদা মৈ তৌদ্রবদি পুরোহিত মৈ কাম্বনা সাওনিংই।

— — —

অমন্ননা "করতোয়া সদানীরা" অস্তুমনা হায়ী। মহাভারততা জরাসন্ধ-হাৎপা শ্রীকৃষ্ণ, অর্জ্জুন অমসু ভীমনা চৎপদা গংক অমসু সদানীরা তারন অনি থোকনা হায়ী, তুরেন অনি অতু যামনা লাপনা লৈবা ওইনা হায়ী। শতপথগী ব্রাবী অসিবু ব্রেববনাচিংবা ইউরোপিয়ান স্কোলারসীংনদি অতি বঞ্জক ওইনা মবমনা ঐতিহাসিক শব্দ হায়ী। মাখোইনা হায়ী,— ভারত্তা আর্যসীংনা খুন সন্দোকপগী কাল্পনিক কথানি হায়ী। মাখোইনা হায়ী,— ভারততা আর্যসীংনা খুন সন্দোকপ অসি মথাং অতুম্নকনি। অহানবদা—পঞ্চনদ প্রদেশ ফাউবনি। অনিসুবদা সদানীর = করতোয়া ফাউবনি। অতুমলক সুবনা নোংপোক যৌখি সদানীবাদি করতোয়ানি, বগুড়া জেলা অসিনি। মাগী নোংপোকতি ময়ফান্ মণিপুরনি। মফম অসিদি ব্রহ্মাবস্তু-বুম্ব মুমফালনা হানলি।

"তত্বা ঘৃতস্ত্রবীমহে"—"অতুদি নভোন্দা ঘী হৈরগে" অসি হাঙ্গৈবা ঋগ্ মন্ত্র অসি সোন্দুনা মৈদা ঘী হৈহুনা কামই, মাহুদা মৈনা ফুং হেক হৌহুনা মৈবী হেক থোকই। মাসিবু শ্রুতিনা— "বিদেঘ নিংথৌগা পুরোহিত—গোতম ঋষিগা কৌবা খুমদে" হাঙ্গৈনা খংনবা ওইনা আখ্যায়িকা অসিবু লেংথোকপনি।

ব্রাহ্মণ অসিবু শ্রুতিনা হাঙ্গৈরি,— মথুগী মচা বিদেঘনা মচীনদা মৈ উমহুবা লৈ। মাগী পুরোহিত বহুগণগী মচা গোতম ঋষিনা বিদেঘবু কৌই (কামই), বিদেঘনা খুমদে (মৈবী থোক্লে— মৈ হৌদে)। পুরোহিতনা নিংলে,—বিদেঘগী মচীন্দা লৈবা মৈবু ঋগ্মন্ত্র মথাম সোন্দুনা লৈসি লৈথোনসগা কৌগে নিংলে। মাহুম তৌহুনা গোতম পুরোহিতনা ঋগ্মন্ত্র সোন্দুনা 'বিদেঘ৽' হাঙ্গৈনা কৌই (কামই), খুদে (মৈ হৌদে), পুরোহিতনা সাওনি লে। "তত্বা ঘৃতস্ত্রবীমহে"— "অতুদি নভোন্দা ঘী হৈবগে" ঋগ্মন্ত্র অসি সোন্দুনা ঘী হৈবগা 'বিদেঘ৽' হাঙ্গৈনা ঘ দা লৈবা অ কারবু প্লুত ওইনা (সাংনা হাঙ্গৈহুনা) কৌহ। মৈ ফুং হেক হৌহ। মাহুবু শ্রুতিনা অতিশয়োক্তি অলঙ্কারদা হাঙ্গৈ। বিদেঘগী মচীন্দা লৈবা মৈন। 'ঘী' মিং অসি হেক ভাবতদা হেক হৌই। মাহুম তৌহুনা হোম তৌনবগী দমক মৈ চাকখংহনবাবু নিংথৌ বিদেঘ মাথব, যজমানবু গোতম রাহুগণ পুরোহিতন— কৌবা খুদনগী মাথোক ওহনা থোহিন্দুনা শ্রুতিনা আখ্যায়িকা অসি সেমদোকপনি।

মাসিদা খংনদবা ব্রাহ্মণ অমদি,— ঋগ্ ৩।২৩।৪ দা হাঙ্গৈ, মাহুদি,— পৃথিবীগী খোঙ্গদোংগী মশক ওইবা, মুমিৎকী অহানবা থোকফম প্রস্তোবস্ মুমফাল মণিপুরদা ইখ্বাইমতংগী ফহান হান্না মীওইবনা মৈ ফংই, মৈ অহুদা ইখ্বাইমতংগী অহানদ মীওইবনা হোম তৌই, অমসুং মম অহুদা মৈ অহুনা লেংদনা লৈ, মতুংদা কোন্না দৃষদ্বতী, আপয়া অমসুং সরস্বতী তুরেনসীং— অসিগী মনাক্তা লৈবা ব্রহ্মাবর্ত কৌবা লমদমদা কোন্না চংথখিবনি। ব্রাহ্মণ অহু কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসন (ঋগ্ ১০।১২।৯১ গী) ব্যাখ্যা তৌহুনা মুমিৎনা ইখ্বাইকণ্ডগী অহানবা থোকখিবা মফম তাকপদা হাঙ্গৈখরে। ঐথোইনা লৌথখ্রবনি, মাহুদি,— "হুতং যত্তো মথে হব্যং সর্পতে সর্বতো দিশম্।৫॥"

অসিনি। শতপথগী আখ্যায়িকা অসিনা হায়রিবা অসিদি য়ুমকাল মণিপুর-দগী ব্রহ্মাবর্ত্তদা চংখিবা মৈনা অমোক নোংপোক্লোমদা সন্দোক্লকপগী য়াকতি। য়াকম অসি খংনবগী দমক শতপথগী শ্রুতিনা হায়রি, মাহুদি.— বিদেঘগী মরাদগী মৈনা হোত্থনা পৃথিবী পুম্নমক থম্না চাকথরে, মৈশা অহু খাংবা—শুমদহুনা বিদেঘ নিংথৌনা সরস্বতী তুরেন্দা লুপতুনা খাংতি।

বেদগী ধর্ম্ম অহানবা হোম কৌবা ধর্ম্মনা সরস্বতী তুরেমাচিংবগী মনাক-তগী হায়বদি ব্রহ্মাবর্ত্তদগী পৃথিবীদা অতৈ অতোপ্পদা সন্দোকখি। মাহুম্না সন্দোকপদা অহানবদা অরাংথংবা ভারততা আর্য্যাবর্ত্ত পুম্না সিনবা থুংনা—সন্দোকই। অহুগী মতুংদা অতৈ অতোপ্পদা কোম্না সন্দোকই। মাহুমনা সন্দোকপদা ব্রহ্মাবর্ত্তদগী হোমনা নুমিৎকী অহানবা থোকফম পৃথিবীগী—নাভিস্থান—মণিপুর তম্না চংখি, অহুমনা শ্রুতিগী আখ্যায়িকানা তাকলি। মাহুদি,—"প্রাগদহন্ ন ভীয়ায়েমাং পৃথিবীং" অসিনি। মৈনা মফম অসি দগী প্রাক্—নোংপোকলোমদা পৃথিবীবু সিন-থুংনা চাকতুনা চংখি, অসিনি। মাহুম তৌহুনা হোমনা আর্য্যাবর্ত্তদা মথং মথং সন্দোক্লকপদা সদানীরা তুরেনগী নোংচুপ থংবা ফাউবা সন্দোক্লগা নোংপোক থংববুদি সূর্য্যোদয়গিরি মাহু—হায়ব্রগা য়ুমফাম্নবুদি য়োরমদে, মতম থরা পন্দুনা লৈরমই। মাহুবু শ্রুতি-গী আখ্যায়িকা আসনা হায়রি, মাহুদি—মৈনা চাকপদা নোংপোক্লোমদা মথং মথং মথং লাকপদা সদানীরা তুরেনবুদি রাংমা লানবা শুমদরে।

সদানীরা তুরেনগী রাংমা—মমাং অহুবুদি মৈনা চাক্তে। ব্রাহ্মণসীংনা যজ্ঞ তৌহুনা মৈনা শেংদোক্তবা লমনি, অমাংবনি, লম অহুদা দান, ধর্ম্ম তৌবদি মাংই, হায়বদি মৈগা লোইনরকপা নিংথৌ বিদেঘ মাথব অমসু গোতম রাহুগণনা চত্তে—য়োদে অহুমনা হায়রি।

তৌইগুম্বসু সদানীরাগী মমাংলোমদা লৈবা পৃথিবীগী নাভি— খোঙ্গ-দৌ, নুমিৎকী অহানবা থোকফম প্রাচী—নোংপোক লৈপাক লৈ। মৈনা ব্রহ্মাবর্ত্তদগী লাকপদি মহাকপু তমত্তনা লাক্কপনি। মরমদি— মফম অহুদা মীওইবনা ইথ্রাইমক্তগী ইহান হান্না মৈ ফংখি, হোম-ধর্ম্ম তৌখি। অতৈ মফমদনা কোম্ন তৌখিবনি। মাহুম তৌহুনা মফম অহুদা হোমগী মৈনা মুৎপা লৈতনা লেংদনা লৈ। মরম অসিনা শ্রুতিনা আখ্যায়িকা—য়ারী অসি

হাঈখিবনি। 'মাহুদি "ভস্তুহৈত্তর্হি" না হোৌবা ১৬ সূত্রা শ্রুতি অসিনি। হুজিকী মতমদগি অফবা মকম ওইরে, ব্রাহ্মণ ময়াম লৈরে। ব্রাহ্মণসীংমা লৈহুনা যজ্ঞ তৌবদগী বৈশ্বানর অগ্নিনা লম অহুবু শোংদোকলে, হাঈববুনা—মুমিৎকী অহানবা খোক্রকম প্রাচীগী লম—য়ুমফাল মণিপুরবু হাঈবনি। য়ুমফাল হাঈবদি কংলৈত্তবুনি। অহানবদা মণিপুর অসি অহুম খোক্না খাঈরমই। মাহুদি,—অৱাংথংববু কংলৈ (য়ুমফাল), ময়াইথংবনা খুমন অমসু মথাথংববু মোইরাং কোৌরমই, হুজিকসু মুন্তরি।

অহুগা শ্রুতিনা হাঈবা—"সাপি জযন্ত্র" না হাঈবা সদানীরা তুরেনা কাংলেনগী চাক্লবা মহাও য়াওদ্রবা মতমদসু মাডোল্দা ঈশিং য়ান্না লৈবা মরল্লা সাওহুনতা লৈরমই। ভাইবং পুন্নগী ফনবা ওইবা মৈবু মহাককী অইংবল্লা থংতুনা থল্লমই। মতম অহু ফাউবা মৈনা লম অছুবু শোংদোক্লমদে, অসুম্না হাঈংনা সদানীরা তুরেনগী মমাং মণিপুর নত্তবা লমদা হোম তৌদবা মফম্বু হাঈবনি।

মাসুম তৌহুনা বেদগী হেম কৌবা ধর্মনা ব্রহ্মাবর্তদগী লাকপদা—সদানীরা তুরেন মপান্দগী মণিপুরদা চংখি, অসুম্না শ্রুতিনা হাঈ (সহোৰাচ বিদেঘ ......। ৬) মথুগী মচা বিদহুনা মৈদা হংই,—"এ কদাইদা লৈগদগে?" মাসদগী প্রাচ ভুভোনন= নোংপোক কৌবা লম অসি নংগীনি, মাশুমনা মৈনা হাঈ। মাসদগী খংলে,— প্রাচীন ভুবনদি হান্নগা মৈগী—অহানবা খোককম, কফম অমসু ঈড়াংফম্নি। মরম অহুদগী শ্রুতিনা প্রাচীন ভুবনদি মৈ নংগীনি হাঈবনি, অসুম মাসিদা শ্রুতিনা অমোক হন্না হাঈবগী ভাবতি, নোংপোগী মৈ য়োকপা ধর্ম সন্দোকপা কোন্না লাকপা অসিনা হান্না কংলৈদা লৈরম্না মৈ লাংপগা তিনসিন্নখি হাঈবসু থংহনলি। মরম অসিনা শ্রুতিনা অমোকসু হাঈরি, মাহুদি— "সৈবা পোতর্হি কোসল বিদেঘানাং মর্যাদা তেহি মাথবাঃ।"—হুজক ফাউবা সদানীরা তুরেন অসিনা কোসল অমসু বিদেহ লৈপাককী লমখৈ ওইনা লৈরি। মরম অসিদগী—(মৈনা বিদেঘদা নংগী ন, হাঈনা ভাকপদগী) মাথোই অমসু তে (প্রাচীন ভুবন পুন্নমক অহুসু মাথব=মথুগী মচাগী লম ভাক্লনি, অসিনি। মাসিদগী খংলে,—প্রাক্লোকস=প্রাচীন ভবন=য়ুমফাল।

## শ্রুতিগী অর্থবু মিতৈগী পুরাণনা নিংসংবা।

অসিগুম্বা শ্রুতিসিং অসিবু মিতৈ পুরাণনা নিংসংই, মাস্তদি মিতৈগী পুরাণনা হাঙ্গী,—লাই পুরৈলোম্বনা ময়াদা নোংলুম উমচুনা চৎপবু লাইনা ইছুনা কন্নিনো ? মচানদা উম্লবা অদো ? হাঙ্গৈনা হংই, কৌই। মহাক্না খুমৈ. মাসিদি মচাম্না পোৎসু উমচুনা পুই, মরেম্ব লোমই, ঋা ঙাংদে, অসি হাঙ্গৈদুনা মাবু মিং ( পুরৈরোম্বা ) অসি থোনবনি।

মতম অমদা থাইনা নিপা অমা কংলৈদা লাকই, মানা হাঙ্গৈ,—"ঐদি নিংথৌনি, ইমিংদি পুরৈরোম্বা কৌই, নিথৌ ওইগে" হাঙ্গী। মতম অদুদা মিতৈ নিংথৌ পাখংবদি কোঙ্গৈথি, লৈতে। লৈপাক্না 'করে' হাঙ্গৈহুনা য়াঁরে—পুরৈরোম্ববু কংলৈগী নিংথৌ হাপলে। থরা লৈরগা নোংমাই নিংথৌ চিংশোনবা কৌবা নিপা অমা লাক্লে। মানা হাঙ্গৈরে,—"ঐগী ইনাওনিপা অমা অসিদা নিংথৌ ওইরি, হাঙ্গৈনা তাই। মাবু উনগে, ঐদি মাংখ্রে—হাঙ্গৈদুনা থিবা লাকপনি।" অসি হাঙ্গৈরে। লৈপাকনা—"পুরৈলোমবদি মচিন মনাও লৈতে, হাঙ্গী। নংবু থাজদে।" অসি হাঙ্গৈনা খুমলে। সামু য়াইসা থাজন্দুনা পরীক্ষা এগে হাঙ্গৈরে। সামু থাজিন্দুনা এনবদা সামু য়াইসানা ময়া লৈপাক্তা যেংশিন্দুনা চিংশোনববু উংগা থুকমই। মকোকতা হাপত্নুনা পুরে, লৈপাকনা থাজরে। 'নং নিথৌ ওইবো" হাঙ্গৈরে। চিং-শোনবনা য়াদে। "ঐদি ইনাও উনবা লাকপনি, নিথৌ ওইবা লৈকপা—নত্তে" হাঙ্গৈরে। লৈপাকনা—'অদুদি নখোই আনমক নিথৌ ওইয়ু" অসি হাঙ্গৈরবদা পুরৈলোম্বসু চিংশোনবসু অনিমক নিথৌ ওইরে। পাহংবা—হল্লকলে। মানা পুরৈলোম্বা অমসু চিংশোনবা অনিংকপু হাৎকে হাঙ্গৈদুনা তাম্বোকথি। মাখোই অনিমক্না নোংমাইচৌঙদা কাদুনা পানথি; হাননগী অঙোমদা তিনথি।

ঐখোইনা মথক্তা লৌখংলিবা মিতৈ পুরাণগী য়ারী অসিগা শতপথগী আখ্যায়িকাগা থান-তুনা এংবদগী শতপথ ব্রাহ্মণগী য়ারী অসিগী অর্থ খংবা ঙমদে। মৌবিজ্ঞানিমক মশা অমত্তন। পুরৈলোম্বা অসি—বিদেঘ মাথবনি, মাদি মৈয়ী খোকনা চাক্লবা মৈনি। লাইসোংনা গোতম পুরোহিতনি। যজ্ঞ তৌগদবগী মৈ থামখৎপদা মৈরী হৌদবা অচৌবু কৌবা খুমদে, হাঙ্গিবনি।

অন্বয়ানুবাদ :— বায়োঃ ( হে মুংশিৎ-ও ! ) সুত সোমাঃ ( অভিষুত— অভিযবনাচিংবা সংস্কারগী মশক ওইবা থবক তৌহুনা শেংদোক্লবা সোমরস-গা লোইনবা ) অহর্বিদঃ ( নোংমগী মশক থংবা হাঙ্গৈবদি নোংমদা তৌগদবা অগ্নিষ্টোমনাচিংবা ক্রতু থংবা, হাঙ্গৈবদি ক্রতু হৈবা ) জরিতারঃ ( লৈসি লৈ-থোনবাসীং—ঋত্বিক, যজমাননাচিংবাসীংনা ) অচ্ছা— অচ্ছত্বাম্ ( অরুবা—নহাকপু ) উক্থেভিঃ ( লৈসি লৈথোনবা ব্বাহৈ অমসু মন্ত্র খিবিক্লা ) জরন্তে ( লৈসি লৈথোল্লি ) ।২।

অনুবাদ :—হে মুংশিৎ-ও ! শেংদোক্লবা সোমরস পাইহুনা যজ্ঞতৌবা থংবা, লৈসি লৈথোনবা হৈবাসীংনা অরুবা নহাকপু নিংথিবা ব্বাহৈনা থা-গৎতুনা লৈসি লৈথোল্লি ।২।

বায়ো তব প্রপৃঞ্চতী ধেনা জিগাতি দাশুষে ।
উরূচী সোম পীতয়ে ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— বায়ো ( হে বায়ু ) তব ( নহাকী ) প্রপৃঞ্চতী ( সোমগী মগুণ য়াম্না থাগৎপা ) উরূচী ( সোমযাগ তৌবাসীংবু থাগৎপা ) ধেনা ( ব্বা-হৈনা, য়াথংনা ) সোম পীতয়ে ( সোমপান তৌনবগী দমক ) দাশুষে ( সোম পীথককে হাঙ্গৈহুনা থাজহনবা যজমানগী মফমদা ) জিগাতি ( চৎলি ) ।৩।

অনুবাদ ঃ— হে মুংশিৎও ! নংনা সোমগী মগুণ থাগৎতুনা সোমযাগ তৌবা মীবুসু থাগৎতুনা সোম থক্কে হাঙ্গৈবগীদমক সোম পীথক্কে হাঙ্গৈহুনা মংবু কৌরিবা যজমানগী মফমদা চৎলি । ৩ ।

ইন্দ্রবায়ূইমেসুতা উপপ্রয়োভিরাগতম্ ।
ইন্দ্র বোবা মুশন্তিহি ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্রবায়ু ( হে ইন্দ্র অমসু হে বায়ু) ইমে (সোমসীং অসে ) সুতাঃ ( সেমলে ) প্রয়োভিঃ ( ঐখোইগী পীনবা চীঙ্গাক মরামগা লোইনাহুন ) উপআগতম্ (ঐখোইগী নাক্তা নখোই অনি লাও ) হি

(মন্ত্রার্থ) ইন্দবঃ (সোমসীং অসিনা) বাম্ (নখোঙ্গী অনিবু) উশন্তি (পামলে)। ৪ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্র! অমসু হে বায়ু। সোমরস ময়াম অসে ঐখোঙ্গীদা নখোঙ্গী অনিগীদমকনি, হাঙ্গীহুনা সেমলে, মরম অসিনা নখোঙ্গী অনিদা ঐখোঙ্গীদা পীনবা চীঞ্জাক ময়াম পুত্নুনা ঐখোঙ্গী নাক্নী লাকও, মরমদি,—সোমরসসীং অসিনা নখোঙ্গী অনিবু পামলে। ৪।

ব্যাখ্যা-ঋক্ অসিদা ইন্দ্র অমসু বায়ু দেবতা অনিবু লাও হাঙ্গীহুনা কৌরি, মাসিদগী খংবা ওমই, দেবতা অনিসি, চান্নবা, লৈমন্নবা, ওইনা মন্ত্র অসিনা ফোংদোকই। বায়ু দেবতাদি বেদগী দেবতা অমনি, হাঙ্গীবাতনি, বেদদা মাহুপ যাম্না মাবু হাঙ্গীদে, অদুগা বেদগী দেবতা পুম্নমক্তগী ইন্দ্রবুনা য়াম্না ইহেন হেন্না হাঙ্গী। * ইন্দ্রগা বায়ুগা অনিগী লৈমন্নবা চান্নবগী মরমদা পৌরাণিক কথা অমা লৈ। ইন্দ্রনা অদিতীগী মচানি. দিতীনা অসুরগী মমানি। মাখোঙ্গী অনিমক মচিন মনাওনি অমসু কাশ্যপকী মতুনি।

অদিতীগী মচানা লাইনি, দিতীগী মচানা হিংচাবনি। লাই, হিংচাবা অনি অসি খুৎকন পাঙ্গন্নবদা হিংচাবনা হেল্লি, লানদি লাইনা হেক্তা ওমই।

---

* বেদগী অর্থ খংনবগীদমক ঋষিসীংনা বিদ্যাবু মখল তরানিপাল থোক্লা খাইদোক্লমই, মাখোঙ্গী অদুগী মন্নুংদা মখল অমত্তং ব্রাৎপনা বেদগী অর্থ খংবা ওমদে। মাদুগী মন্নুংদা পুরাণ অমসু ইতিহাস লাইবিক মখল অনি অসি বেদগী অর্থ খংনবগী মরুওইবা বিদ্যানি, তৌইগুম্বসু ইতিহাস হাঙ্গীরগা হিষ্টোরি হাঙ্গীনা খংনাল্লিবা অদুদি নত্তে, কূটার্থ কাল্পনিক কথা (Mythology) অর্থ হোৎদোকপা বাদনবা খংহন্দনা মন্নুংদা থম্লগা মপান্দা রারি অমা শেমদুনা হাঙ্গীবাবু পুরাণ কৌই। ইতিহাস কৌবদি "ধর্ম্মার্থকাম মোক্ষাণামুপদেশ সমন্বিতং। পূর্ব্ববৃত্তং কথা যুক্তমিতিহাসং প্রচক্ষ্যতে॥" সগোলখন খোংনাং অহোঙ্খিদা অহিং অথেংবদা শান্নসি থোবকউ, হাঙ্গীরুরবদি লাই অমা থোরক্তুনা মুক্লা হেক্তা সান্নে, হাঙ্গীনৈ, কনানা তৌকই, রাদি মাগা সান্নে, তৌখি, হাঙ্গী, চান্নবা ঐনা হেক উই, হাঙ্গীবুদি লৈভবা অদু ঐতিহ্য কৌই—মাদু হাঙ্গীবা লাইবিকপু ইতিহাস কৌই।

অমুম তৌহুনা দিতীগী মচাপুম্বা লাই খরায়েন্দনা হায়নবদা দিতীনা লাই হায়নবা মচা অমা পোকে হায়ীহুনা মপুরোইবা কশ্যপতা বম নিহুনা গর্ভ পুরে। মাসি অদিতীগী মচা ইন্দ্রনা খংলহুনা মমাগা পোকমিন্নবী দিতীগী গর্ভ থুগাইগে হায়ীহুনা মচা অফবা পোক্লবা ব্রত তৌরিবী দিতীবু ইন্দ্রনা সেবা তৌহুনা সংহুনা লৈ। দিতীগী গর্ভ অদু অকাইবা লৈতহুনা ইন্দ্রনা গর্ভ থুগাইবা ওমদরে। নোংমদি গর্ভ মপুং ফারক্লবা মতমদা গর্ভ অদু—পোক্কদবা নকশিল্লক্লবদা দিতীনা গর্ভগী বেদনানা চোকথ হুইথরকহুনা থংহৌ-দনা ফমুংদা মোনথাংকমলোমদা খোঙ কাওহুনা, কোকনা থুয়ারোমদা ওন্দুনা ঙাহাক্কং উরোরোন তুমলুরে। মতম অদুদা দিতীনা য়াহিপ লান্না হিপপগী মাংলিঙে মতমদা ইন্দ্রনা ব্রতগী অহোবা ফংলহুনা মমাগী গর্ভদা চংহুনা—গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অদু মতুপ তরেৎ থোকনা ককথৎলে। ব্রতগী পাং-গননা অঙাংসীং অদু সিবিদরে। মাখোই তরেৎনা গর্ভ মনুং অদুদা মখুৎ লোমহুনা ইন্দ্রদা "ঐখোইবু হাৎপিগনু" হায়ীজে। ইন্দ্রনা— "হুনাও-সা! ঋগনু, নখোইগী ফনবনি" হায়ীহুনা অমোকসু অমামনু তরেৎ তরেৎ থোক্লা হায়ীবদি নিফুমাপন থোকনা ককথৎলে, মাখোই নিফুমাপনমক অঙাং অমামম ওইরে। মতম অদুদা অঙাংসীং অদু পোকপা মতম ওইরহুনা ইন্দ্রগা—লোইননা মাখোই য়াথ্ঠে চপ মান্ননা দিতীগী গর্ভদগী পোকলে। দিতীনা মচা ময়াম অদু উরে। ইন্দ্রনা হায়ীজরে—"ইমা! ঐবু ঙাকপিয়ু, ইমানা কোকওন লান্না হিপতুনা মাংবা উহুনা ঐনা ইমাগী গর্ভদা চংহুনা গর্ভ অদু মজুনা ককথৎলি, ইমাগী ব্রতগী পাঙ্গননা কনমনখরহুনা মাখোই লোইনামক হিংলে।" ঋ অদু তাবদা দিতীনা হায়ীরে,— "ঐনা ব্রত কাইহুনা মাংহুনা গর্ভগী ফত্তবা থোক্কদববু ব্রতনা কনমন্দুনা ইচাসীং অসি হিংলবনি, ঐগী—ইচা নিফুমাপম অসি বায়ু (মুংসিৎ) নিফুমাপননি। বনাওসীং অসি নহাক লোজরো, সিদবা নাদবা থুংকন পাঙ্গনবনি।" অসি হায়ীহুনা দিতীনা অদিতী গী মচা ইন্দ্রদা পীরকই, অহুনা বায়ুগা ইন্দ্রগা য়াম্না চায়ে। মরম অহুনা বায়ুবু ইন্দ্রগা লোইননা ঋগমন্ত্রনা লাও হায়ীহুনা কৌই। মরমদি বায়ু—মুংসিৎ কৌবা লাইনা ইন্দ্রগা মীৎনা কুপ্পদসু থাদোক্লদে। মাখোই অনিনা হেক থাদোক্লবগা ডাইবং অসি প্রলয় তৌগদবনি। মাসিদা থংজিনগদবা

লৈব্রি, মাতুদি,—বায়ু—মুংসিং হায়বা বেদগী লাই অসিদি করিনো ? হায়না ঐখোইনা অমোক থিব্রবস্থ মী পুম্নমকনা ইথং থংনৈ। মাস্থম তৌবদা—বেদগী হৌগংপদা ঋগ্মন্ত্র মাপননা 'অগ্নি=মৈ' কৌবা লাইবু ভাকথরে। মাতুদস্থ মৈ কৌবা লাই অতু করিনো ? হায়না ঐখোইনা করিমত্তা থিব্রবস্থ বায়ু কৌবা লাইবু মশক থংবগুম্না মৈবুস্থ ঐখোইনা ইরাই লাইনা থংলে। আলোচ্য ঋগ্মন্ত্র অসিদা ইন্দ্র হায়বা লাই অসিবুস্থ ঐখোইনা মশক থংদবা য়াদে। মরমদি' বেদনা হায়বা লাইসীংগী মন্থংদা ইন্দ্রবুনা ইহেন হেন্না যান্না হায়। অতুনা পুরাণনা ইন্দ্রবু লাইগী নিংথৌনি, অস্থম্না ব্যাখ্যা তৌই। থুদমগী দমক হায়রবদা—অতি সুপ্রাচীন দেশ—প্রত্নৌকস্—যুমফাল মণিপুর গী সুপ্রাচীন জাতি মিতৈসীংনা প্রাচীনকালদা উপাসনা তৌরম্বা দেবতা মযাম লৈ। মাখোই লাই মবাম অতুগী ইন্দ্রনা মপু ওইনা লাংলমই। ঐখোইনা আগ্নেয়সূক্ত ব্যাখ্যাদা লৌখংখরে,—ইন্দ্র অতু মিতৈলৈপাক্তা পোকই, চাওই অমস্থ মাবু লাইগী নিংথৌ হাপ্নগী অভিষেকস্থ মণিপূরদা তৌখি, হায়। মবম অসিনা হুজিক ফাউবা মিতৈসীংনা কবিগুম্বা দেবতা অমগী ঈডাংপদা—"হে লাইনিংথৌ !" অসি হায়তুনা ইন্দ্রনি হায়না লাই অতুবু চাওখংনবা, পেন্নবা কৌই। মাতুগী অর্থদি ইন্দ্রবু মতিক মগুণ চাওবগী অর্থদা সিজন্নৈ অতুনদি মযেকনা তারে,— মিতৈগী মততস্থ লাই পুম্বগী নিংথৌদি ইন্দ্রনি, হায়। মাতুদি,—"হে লাইনিংথৌ ব্রাংবেণ-ও !" অসিনাচিংবনি। বেদদা ইন্দ্র হায়বগী অর্থদি—ঈসিং পীবা=নোং তাহনবা হায়বনি। মিতৈরোন্দস্থ 'ইনথৌ'=ঈসিং পীবা হায়বনি, মানা অতিযা অহাংবদা লৈতুনা পৃথিবীদা বীর্যগী মশক ওইবা ঈসিং পীববু ইন্দ্র কৌই, মাতুদি ইন্দ্রস্থ অতিযা অহাংবদা লৈ, মুংসিংস্থ অতিযা অহাংবদা লৈ। অতুনা আলোচ্য ঋগ্মন্ত্র অসিদা বায়ু—মুংসিং অমস্থ ইন্দ্র—শ্বরাবেন্দগা পুন্না হায়তুনা মন্ত্র অসিগী অপুনবা দেবতা ওইনা হায়বনি ।৪।

—:(0):—

বায়বিন্দ্রশ্চচেতথঃ সুতানাং বাজিনীবসূ।

তাবাযাতমূপদ্রবৎ। ৫।

**অন্বয়ানুবাদ** :—বাযো ( হে বায়ুও—হে মুংসিৎ ! ) ইন্দ্রঃচ ( ইন্দ্রনে মুংশিৎ নংনে অনিনা ) সুতানাম্ ( সুমচুনা শেন্নবা সোমরসগী মথল অসি) চেতথঃ ( খংউ ) বাজিনীবসূ ( চাননবা যাওবা হব্যদা লৈবা হো অনি ! ) তৌ ( অদুগুম্বা—মুংসিৎ অমসু ইন্দ্র নখোই অনিনা ) দ্রবৎ ( থুনা ) উপ আযাতম্ ( নাক্তা লাও )। ৫।

**অনুবাদ**—হো মুংসিৎও। ইন্দ্রনে মুংসিৎনে নখোই অনিনা নিংথিনা সেমদোক্লবা সোমরসগী মথল মথল অসি যেংউ, চান্নবা যাওবা হব্যদা লৈবা হো অনি, অদুগুম্বা নখোই অনিমক থুনা নাক্তা লাও। ৫।

রাযবিন্দ্রশ্চসুন্বত আয়াত মুপনিষ্কৃতম্।

মক্ষিৎথাধিয়ানরা ॥ ৬ ॥

**অন্বয়ানুবাদ** ঃ—বাযো ( হে বায়ু। ) ইন্দ্রঃ চ (ইন্দ্রনে নখোই অনিনা) সুন্বতঃ ( সোমবসবু নিংথিনা সেমদোক্লবা যজমানগী ) নিস্কৃতম্ ( নিংথিনা শেংদোক্লবা সোমগী) উপআয়তম্ ( মনাক্তা লাউ ) নবা ( হে নিপা অনি) ধিযা ( থবক অসিনা ) মক্ষু ( থুনা পাংথোক্কনি ) ইৎথা ( অওইবনি )।৬।

**অনুবাদ** ঃ—হে বায়ু! অমসু হে ইন্দ্র! সোমরস পীবা যজমানগী সেংদোক্লবা সোমরসগী নাক্তা লাউ, হে নিপা অনি - নখোই অনি লাক্লবদি থবক অসি থুনা পাংথোক্কনি, অওইবনি। ৬।

মিত্রং হুবে পূতদক্ষং বরুণংচ রিশাদসম্।

ধিয়ং ঘৃতাচীং সাধন্তা ॥৭॥

অন্বযানুবাদ :— পূতদক্ষম্ ( অশেংবা পাঙ্গন কনবা ) মিত্রম্ ( মিত্রবু ) রিশাদশম্ ( থরাই পানবা হাৎপবু মানা হাৎপা ) বরুণম্ চ ( বরুণবুসু ) হুবে

( ঐনা কৌই,—তৌরিবা থবক অসিদা হবি পীগে হাঙ্গইহনা কৌই ) ঘৃতাচীম্ ধিয়ম্ ( লৈপাক্তা নোং চুথববু ) সাধন্তা ( মাখোই অনিনা তৌই ) ।৭।

অনুবাদ :—অশেংবা পাঙ্গন য়াম্না কনবা মিত্রবু, থৱাইপানবা হাৎপবু মানা হাৎপা বরুণবু ঐনা তৌরিবা থৌ অসিদা হবি পীনবগী দমক লাকউ হাঙ্গইহনা কৌরি, মাখোই অনিনা লৈপাক্তা নোং চুহল্লি ।৭।

ঋতেন মিত্রাবরুণাবৃতাবৃধাবৃতস্পৃশা ।

ক্রতুং বৃহন্তমাশাথে ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—ঋতাবৃধৌ ( ঋত—যজ্ঞ চাওখৎহনবা-ও ! ) ঋতস্পৃশা ( ঋত—যজ্ঞবু শোকপা-ও ! ) বৃহন্তম্ ( চাওখৎলবা ) ক্রতুম্ ( যজ্ঞবু )—আশাথে ( সিনথুংনা লৈও ) ।৮।

অনুবাদ ঃ— হে যজ্ঞবু চাওখৎহনবা ! হে যজ্ঞবু শোকপা ! হে মিত্র ! হে বরুণ ! নখোই অনিনা যজ্ঞ তৌরগা সোইদনা ওইগদবা—যজ্ঞগী মহৈ পীনবা ওইহনা চাওরবা যজ্ঞ অসিবু সিনথুংনা লৈ-ও ।৮।

কবীনো মিত্রাবরুণা তুবিজাতা উরুক্ষয়া ।

দক্ষং দধাতে অপসম্ ॥৯॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— কবী ( মেধা য়াম্না ফবা ) তুবি জাতা ( ময়ামগী উপকার তৌবা ওইনা পোক্লকপা ) উরুক্ষয়া ( লৈফম য়াম্বা ) মিত্রাবরুণা ( মিত্র অমসুং বরুণনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) দক্ষম্ ( পাঙ্গলবু ) অপসম্ ( থবকপুসু ) দধাতে ( য়োকপিসনু ) ।৯।

অনুবাদ ঃ— শাস্ত্রগী বুদ্ধি য়াম্না ফবা, ময়ামগী উপকার তৌবা ওইনা পোক্লকপা, লৈনফম য়াম্বা, মিত্র অমসুং বরুণ অনিনা ঐখোইগী পাঙ্গন অমসুং থবক পুম্বা য়োকখৎপীসনু ।৯।

ব্যাখ্যা— "মিত্রাবরুণ" পদ অসি মিত্র অমসুং বরুণদেবতাগী মিং অনিগী সমাস তৌরবদা "দেবতাদ্বন্দ্বে চ" অসিনা পূর্বপদগীসনগ্‌ আদেশ তৌহনা

"মিত্রাবরুণ" ওইবনি। অদুনা মিত্র কৌবা দেবতা অমা, বরুণ কৌবা দেবতা অমা পুন্না লাই অনিগী মিংনি। মিত্র হাঙ্গৈবা অসি আর্যসীংগী লাই মখন অমনি, ঈরানীসীংনা মহাকপু "মিথ্র" মিং অসি কৌদুনা ঈড়াংলি। বরুণ লাই অসিদি মিত্রদগী মানা হেন্না প্রসিদ্ধ ওইবা লাইনি। ইরানীসাংনা— মহাকপু "বরণ" কৌদুনা ঈড়াংলি। গ্রীক্‌সীংনা উরানোস ( Uranos ) কৌদুনা লাই পুন্নাবু পোকপা লাইনি, হাঙ্গৈনা ঈড়াংলি ঃ আলেকজেণ্ডারগী মততদি বরুণ অসি অহানবদা অতিয়াগী লাই ওইরমই, মমৈদা ঈসিংগী লাই ওইখি, হাঙ্গৈ। রোথনা হাঙ্গৈবদি বরুণদি সমুদ্রগী লাইনি, হাঙ্গৈ। বেদদা মফম কয়ামুক্তা বরুণবু মিত্রগা লোইননা হাঙ্গৈমন্নৈ। মাসি পুন্নমক এংদুনা বিচার তৌরগা ঐখোইনা লেপই, মাদুদি,— মিত্র অমসু বরুণ অনি অসি প্রসিদ্ধ ওইবা দেবতা অনিনি। ভারতকী সুপ্রাচীন জাতি মিতৈসীংনদি বরুণতা মিত্রদি য়াওদনা উপাসনা তৌই।

মিতৈনা বরুণবু য়াংবরেণ কৌই, মাদুদি— 'ঈশ্বর বরুণ" হাঙ্গৈবনি। মিতৈরোনদা ঈশ্বর শব্দনা শ্বাং নত্রগা য়াং ওই। লোন্নরিবা লোনগী— হৌনবী ঈশ্বর শব্দ অসি ইভৎতত্তনা কুইনা লোন্নরক্লগা শ্বাং নত্রগা য়াং ওল্লি। খুদমগী দমক মণিপূরগী চকপা কৌবা জাতি অদুনা হুজিক ফাউবা মা-খোইগী লোনদা ঈশ্বরবু শ্বাং নত্রগা য়াং কৌই।

ভগবান্ পতঞ্জলিনা মহাভাষ্যদা পশ্‌পশান্তদা হাঙ্গৈ,— "লক্ষ্য লক্ষণে ব্যাকরণম্"—লোল অদুগী লোল অদুনা ব্যাকরণনি। মিতৈলোনদা স্বরবর্ণগী মথংদা লৈবা অন্ত্যস্থ 'য়' না বিরাম ওইরবা নত্রগা ব্যঞ্জননা মখাদা লৈরবদা অনুস্বার ওই। খুদমগী দমক— ঈশ্বর=শ্বর্=শ্বাং=য়াং অসিনি। মরম অসিনা প্রাচীনজাতি মিতৈসীংনা ঈশ্বর বরুণবু "য়াংবরেণ" কৌই; মাদুদি ঈশ্বর বরুণ হাঙ্গৈবনি।

মিতৈলৈপাক মণিপূর অসি থাইনা কুইখরবা মতমদা মহাক্কী চীং মরোন মরোন ময়াম অসিনা পুক মথক্তা লৈবা খোঙ্গীগী অকুৎপাগুন্না কোঙ্গৈসিন্দুনা সমুদ্র মনুংদা লৈরমই। অদুনা মহাকপু তন্ত্রশাস্ত্রগী মততা মণিপূর চক্র মাল্লি, হাঙ্গৈদুনা মহাকপু বেদব্যাসনা মহাভারততা মণিপুর কৌনা মমিং থোল্লম্বনি। মহাক্কী বেদনা কৌবা চান্নবা মিংদি 'প্রত্নোকঃ'=য়ুমফাল হাঙ্গৈবা মিং অসিনি।

মচিঠৈঙ্গদদি মিতৈসীং অসি তমদি সমুদ্রগী ঈসিংনা থুমহুনা লৈবা মরম্না চীঙতদা লৈরমই। অহুনা ব্রহ্মাণ্ড পুরাণনাচিংবনা মিতৈলৈপাকপু মণিপূর গিরি কৌরমই. হুজিংক্তি সমুদ্রগী ঈসিং কংথখরবা মতমদদি মহাকপু ভীম সেনবু ভীমতা হাঙ্গবগুম্না "মণিপূর গিরি" হাঙ্গরম্বদগী "মণিপূর"তা হাঙ্গরগা থংনৈ। মতুংদা সমুদ্রগী ঈসিং অসি থরা থর। কংথবক্লবদা যুমফালগী খা নোংপোকথংবা চীঙদা মথন্তা হোগাইহুনা কুবো উপত্যকাদা সমুদ্রগী ঈসিংপুম্বা চিঙথখি, মফম অহু হুজ্কি ফাউবা প্রপাত অফাউবা অমা ওইহুনা লৈরি। প্রপাত অহুদগী চেনথখিবা তুরেন অহুবু 'মণিপূর নদী' কৌই। মহাকনা সমুদ্রদা তিল্লি। মণিপূর গিবিগী লোক মযামদা লৈবম্বা সমুদ্রগী ঈসিং মযাম অহু অরাংথংবরোমদগী হান্না মথং ২ কৈথে। অতুনা মণিপুরগী অম্বাংথংবা—শরুকপু 'কংলৈ' কৌই। মখাথংবা শরুক মোইবাং কৌবা মফমদি সমুদ্রগী ঈসিং অহু হুজিক ফাউ চান্নমা কংবা লোইদবি। মফম অহুবু লোকতাক্ হ্রদ কৌহুনা ইথরাইনা খনবি। মণিপূবগী ঈসিং পুম্বা তিনসিন্দুনা চীঙমুংহুং প্রপাত তাম্না চেনখিবা তুবেন অহুবু "সুগ্নু" তুবেন কৌই। তুবেন অতুগী মন্নুদা রাংবরেণ—ঈশ্বর বরুণ লৈ। মহাক্না লৈবা মপা অহুদা—লৈবা চীঙদা বরুণগী ঈডাংফম থৃবম যাহুনা থমলি। মফম অহুবু মহাভারতনা হুমিংকী অহানবা থোকফম-চীঙদা পাতালদা বরুণ লৈ, মাহুদা—বরুণনা মাগী সম্পত্তি ফংই, অসুম্না হাঙ্গ,—

"অত্র পাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিযমাপ চ।"

(মহাভারত, উদ্যোগপর্ব্ব, অধ্যায—১০৮)

মিতৈনা অতি প্রাচীনকালদা লাংলম্বা লাই ৪০০ বোমগী মমিং হুজিক ফংই। মাথোই অহুগী মন্নুদা সনামহী, পাখংবা অমসু রাংবরেণ অহুম অসিনা লুচিংবনি। অহুম অসিগী মন্নুদা মপুকখাবা রাংবরেণনা হেনলি, অসুম্না লাই অসিনু যাম্না কিনৈ। মহাকী চহি থুদিংদা দেবযাত্রা তৌই; মাহুদা করিগুম্বা থবক অমত্তং তৌকবগা মী অহু হেক্তা শি। মাঙোনদা কংপা সনা, লুপা, নোংমৈ অসিনাচিংবা পোৎ পুম্বা মী লৈতবা চীঙথক্তা হুন্দোকহুনা অহুম্মক থমই, কনাগুম্বা মী অমত্তনা লৌনদে, হুরানবনসু—লৌদে থুথক্তা হেক্তা শি। খৃষ্টাব্দ ১৮৮৯ দা রাংবরেণগী লাঙ্গকোন মহুং

চীঙথক্তা নোংমৈ য়ামনা কাপ্পবগী খোঙ্গেন ঙাক্তা মী পুম্নমক্কা তাখি, মতুংদা চহি অহুম সুবদা মণিপুর বৃটিশনা লৌসিনখি। অনি সুবা রিশ মহাযুদ্ধ হৌগদবা চহি অম, ব্রাংলিঙৈদা ব্রাংবরেণগী লৈফম তুরেন মনুংদা য়োংকী—পৌরোন ফুট ৪০ সাংবা, ইঞ্চ ৬ চাওবা, ঈসিং মনুংদা তেক্লমই। ঙুম্নিং নিনিরোম তত্তনা নোংমৈ কাপ্পবগী খোঙ্গল তাখি। লাই কাবদা মাইবীনা "নোংপোক থোং হাংলে, নোংচুপ হারম্মচা মমাই খুমতুনা ময়ুমদা হল্লগনি, হাঈখি। মতুংদা থিন্দনা জাপাননা আক্রমন তৌই, বিশ্বযুদ্ধ লোইরগা—বৃটিশনা ভারত থাদোকখি। বৈদিক যুগকী রাজসূয যজ্ঞবু মিতৈনা ফম্বান কৌই। বেদদা রাজসূয তৌবগী ব্রাএন অপুম্বা মিতৈ ফম্বান তোংবদা—সিজন্নে। নিংথৌ অদুগী মপা, মপু অনিমক নিংথৌ ওইরবদি নিংথৌ অদু ফম্বান তোংব' যাই। মাদুদি বৈদিক রাজসূয যজ্ঞগা চপ মান্নে। অভিষেক্ তৌনবা ঈশিংদি ব্রাংবরেণগী লৈফম তুরেন অদুদগী শোল্লগা হিদা হাপতুনা পুরকই, মতম অদুদা মীনা তুবেন লানবা যাদে, ঈশিং অদুনা নিংথৌবু—অভিষেক্ তৌই, অসিনাচিংবা হুজিক ফাওবা মণিপূরগী মিতৈসীংনা চৎনরি।

৩সূক্ত। অশ্বিদ্বয় = অশ্বিনীকুমারনাচিংবনা দেবতানি।

অশ্বিনাযজ্বরীরিষো দ্রবৎ পাণীশুভস্পতী।

পুরুভুজাচনস্যতম্।। ১ ॥

**অন্বয়ানুবাদ** ঃ—অশ্বিনা ( হে অশ্বি অনি। দ্রবৎপাণী ( হে হবি লৌনবগীদমক খুনা খুৎ তিংথোকপা।) শুভস্পতী ( হে অফবা নিংথিবা থবকপু ঙাকপা।) পুরুভুজা ( হে পাম্বোম তিংথোকপা।= হে যাম্না চাবা।) যজ্বরী ( যাগ তৌনবা ) ইষঃ ( অন্ন-চানবা চিঙ্গাক ময়াম অসি) চনস্যতম্ (লৌহনা চাও )। ১ ॥

**অনুবাদ** ঃ—হে খুনা খুৎতিংথোকপা! হে অফবা থবক-যাগবু ঙাকপা। অমসু—হে পাম্বোম অনিমক তিংথোকপা।= হে য়াম্না চাবা। হে অশ্বি অনি। যাগ তৌননবা চীঙ্গাক মযাম লৌহনা চাও। ১ ॥

**ব্যাখ্যা** ঃ—অশ্বি কৌবা লাই অনি, মাদু হাঈদ্রগা অশ্বিনীকুমার কৌবা

লাই অনিগী মরমদা ঋগ্‌বেদদা মন্ত্র ময়াম লৈ। আলোচ্য সূক্ত অসিবু আশ্বিসূক্ত কৌই। অতুম্বদি ওইরগা বিষয় অসিদা মতবাদ য়াম্না লৈ, মাহুদি,— লাই অনি অসি কনানো? য়াস্কগী মততাদি "অশ্বি কৌবা লাই অনি অসিদি মত অমদা দ্যাবাপৃথিবী লৈপাক নিংথৌ অনিবুনি," হাঙ্গী। কনাগুম্বানা হাঙ্গী, "অহিং দুংথিলবুনি" অমুম্না হাঙ্গী। কনাগুম্বনা হাঙ্গী,—"সূর্য্য চন্দ্র"নি কনা-গুম্বনা হাঙ্গীবনাবু পুন্যচেনবা নিংথৌ অমনি, অমুম্না হাঙ্গী। ম্যোর্স সংস্কৃত টেক্‌ষ্টতা নোট ইবা ডাক্তর গোল্‌ডষ্টকরগী মততি, অশ্বি অনি অসি ঋভু-গণগুম্বা ইথম্বাইনা থংনবা মীনি, হাঙ্গী। অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই অনি অসিগুম্বা গ্রীশতা "কৈষ্টর অমসু পোলক কৌবা লাই অনি লৈ। ম্যাক্‌স মুলরগী মততদি অশ্বি কৌবা লাই অনিসি, অমম্বগা অঙানবগা অনিবু হাঙ্গীবনি, অমুম্না হাঙ্গী। পুরাণদদি, লাই অসি, ফাইবোক পোকপনি, অমসু মাখোই লাই অনি অসিনা পুকনিংগী লাইনা অমসু হকচাংগী লাইনা মথল অনিবু কোকহনবা লাইনি, হাঙ্গী। ঋগ্‌বেদ অসিদা লাই অনি অসিবু দস্র অমসু নাসত্যসু কৌই। ঋগ্‌বেদগী ১০ মণ্ডদা সূক্ত ১৭ তা অশ্বি কৌবা লাই অনিগী পোকপাগী ৱা হাঙ্গী, মাহুদা হাঙ্গী,—অশ্বি কৌবা লাই অনিসি ত্বষ্টাগী মচানুপী সবণ্যুদা সূর্য্যনা অশ্বিনী কুমার পোকই। ঋগ্‌বেদগী ১বা মণ্ডলদা সূক্ত ১১৬ তা হাঙ্গী, লাই অসি লাই এংবা য়াম্না হৈবনি, হাঙ্গী খেল কৌবা নিংথৌগী বিশপ্লা কৌবী নুপীগী মখোং অনিথোক্লা তেকই। মাহু লাই অনিসিনা য়োংনা খুকউ অনি সাহুনা সমই। ঋজশ্ব নিংথৌগী মপা মমিৎ তাংবা লাই অনিসীনা লাইএংহনা ফৈ। মণ্ডল অসিদা ১১৭ সূক্তদা ইরি, কক্ষিবানগী মচানুপী ঘোষা কৌবীগী কুষ্ট—লাইথুং কোকহল্লি। মাসুম তৌহনা ১মণ্ডলদা ১৭ সূক্তদ, অমসু ৩৪ সূক্তদাসু অশ্বি অনিগী মতিক হাঙ্গী। ২০ সূক্তদা অসিদ্বযগী মড়ীদা মন্ত্রদা লাই অনি অসি লাইনা অমসু অৱা অনং কোক্লবা দেবতানি, হাঙ্গী।

অশ্বিনা পুরুদংসসা নরা শবীরয়াধিয়া।
ধিষ্ণ্যাবনতংগিরঃ। ২ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—অশ্বিনা (হে অশ্বী অনি) পুরুদংসসা (হে থবক যাম্না ভৌবা!) নরা (লুচিংবা নেতা ওইবা) ধিষ্ণ্যা (হে লৌসিংফবা!) শবীরয়া (অপনবা লৈতনা চৎপা) ধিযা (বুদ্ধিনা-লৌসিংনা) গিরঃ (ঐখোইনা লৈসি-লৈথোনজবা অসিবু) ধিযা (বুদ্ধি ভৌহনা) বনতম্ (নখোই অনিনা লৌ। ২॥

**অনুবাদ**ঃ—হে থবক য়াম্না ভৌবা! হে লুচিংবা মকোক ওইবা! হে লৌসিংফবা। হে অশ্বি অনি! ঐখোইনা নহাকপু লৈসি লৈথোঙবা পুন্নমক অসি, নহাক্কী অপনবা লৈতনা চৎপা লৌসিংনা লৌবিয়ু। ২॥

দস্রা যুবাকবঃ সুতা নাসত্যা বৃক্তবর্হিষঃ।

আযাতং রুদ্রবর্তনী। ৩॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—দস্রা (হে হকচাংগী লাইনা অপুম্বাবু মাংহনবা।) নাসত্যা (হে অওইবা ৱাতা ঙাংবা।) রুদ্রবর্তনী (হে এরুবা মাংহনবও। অশ্বি অনি।) যুবা কবঃ (নিপা অধ্বর্যুসীংনা শোকপনি, হাঙ্গৈহনা একধন কৌবা, বনভীবরী কৌবা ঈসীংগা তিন্নবা) বৃক্ত বর্হিষঃ (মরুদা ককথৎ-লবা কুশগী মথক্তা হাপলবা) সুতাঃ (সুমহনা লৌরবা সোমরসসীং অসিবু থরুবগীদমক) আযাতম্ (নখোই অনি লাও)। ৩।

**অনুবাদ**ঃ—হে হকচাংগী লাইনাপুম্বা কোকহনবও! হে অওইবা অচুম্বতা ঙাংবাও! হে একনবাবু মাংহনবা! হে অশ্বি অনি! ঈসিংনা শেংদোক্লবা সোমরসসীং অাস নখোই অনিনা থরুবগীদমক কুশ মনাগী মথক্তা হাপতুনা থমলে লাও থরুরো। ৩।

**ব্যাখ্যা** :—আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিদা "যুবাকবঃ" পদ অসিবু সাযণা-চার্য্যনা সোমযাগগী পরিভাষাগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা ভৌই, কলিদদি বৈদিক যাগদি মী পুন্নামকনা ইভৌ ভৌনাদ্রবনা সাধারণ পাঠকনদি খোইনা খংনাদরে, অহুমা সায়ণাচার্য্যগী পদগী ব্যাসবাক্যদা হাঙ্গৈবা সোমযাগগী পরিভাষা থরা অসি, ইথোকলি, "যুবাকবঃ" পদ অমি "যু+আকব"— যু ধাতুদগী আকব প্রত্যয় ভৌরগা যুগী উনা উব্ ওইরগা "যুবাকবঃ" পদ অসি

থোক্কই। যু ধাতুগী অর্থদি, য়াম্নাবা হাঙ্গৈবনি। মাহুদি সোমযাগদা অধ্বর্যুনা মাখোইবু তৌরু হাঙ্গৈহুনা থৌদারবা চমসাধ্বর্যুসীং অমসু যজমান পত্নী মাখোই অসিনা ঈসিং চফুদা সোকই, মাহুদা নিপানা শোকপা ঈসিংনা "একধন" কৌই, মুপীনা শোকপা ঈসিংবুনা "পানেজনম্" কৌই। অতুনা অশি কৌবা লাই অনিবু যজ্ঞ অসিদা লাও, সোমরস থকলো, হাঙ্গৈনা কৌবদা সোমরস অহুবু সোমযাগগী অধ্বর্যুসীংনা ঈসিং চাইহুনা সোমরসসাং অসি শেংলবনি, থকলোলাও অসুম্না অশ্বিদেবতা অনিবু কৌবনি। ৩।

ইন্দ্রায়াহিচিত্রভানো সুতাইমে ত্বায়বঃ।

অম্বীভিস্তনা পূতাসঃ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ—চিত্রভানো (হে নঙান ফজবা!) ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) আয়াহি (মাসিদা লাক্উ) অম্বীভিঃ (ঋত্বিক্সীংগীখুৎচা খিবিকনা) সুতাঃ (পাইহুনা সুমহুনা লৌবা) তনা (অরেপ্পা ওইবা) পূতাসঃ (অশেংবা ওইবা) ইমে (অসিগুম্বা সোমসীং অসিনা) ত্বায়বঃ (নহাকপু পামহুনা ভাইহুনা লৈরে) ॥ ৪ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র! লাও, ঋত্বিক—পুরোহিতসীংনা মাখোইগী খুৎকী মচা খিবিকনা সুমহুনা লৌবা, মহৌসানা ইশেংশেংবা সোমরস ময়াম অসিনা নহাকপু পামহুনা ভাইহুনা লৈরে। ৪ ॥

ইন্দ্রায়াহিধিয়েষিতোবিপ্রজুতঃ সুতাবতঃ

উপব্রহ্মানি বাঘতঃ। ৫ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—ইন্দ্র (হে শ্বরারেন্দ!) সুতাবতঃ (অশেংবা সোমরসগা লোইনবা) বাঘতঃ (ঋত্বিক্কী) ব্রহ্মানি (বেদগী মন্ত্র ওইবা লৈসি লৈথোনবা বাহৈ খিবিকপু) উপ-উপৈতুম্ (তাবা লাক্লাবশীদমক) ধিয়া (ঐখোইগী শাস্ত্রগী জ্ঞাননা) ইষিতঃ (ফংলবা, হাঙ্গৈবদি ঐখোইগী ভক্তিনা ইমসিনলবা) বিপ্রজুতঃ (ব্রাহ্মণ শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈবা ঋত্বিক্সীংনাসু ইনসিনলবা নংনা) আয়াহি (লাক্উ)। ৫ ॥

**অনুবাদ**ঃ— হে ইন্দ্র—মরারেন্দ! ঐখোইনা তৌজবা ভক্তিনা পেনবিহুনা অমসু শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈবা ঋত্বিক্ ব্রাহ্মণসীংনাসু মহাকপু ঐখোইগী নাক্তা লাকনবা লৈসিলৈথোনজরে, অশেংবা সোমরসগা লোইনবা ঋত্বিক্ সীংনা বেদগী মন্ত্রনা নংবু লৈসিলৈথোনজবা অসি তাবা লাকপিয়ু। ৫।

ইন্দ্রা যাহি তুতুজান উপ ব্রহ্মাণি হরিবঃ।

সুতে দধিষ্ব নশ্চনঃ ॥ ৬ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—ইন্দ্রহরিবঃ (হে সগোনতোংবা ইন্দ্রও) তুতুজানঃ (তফিংতফিংবা নংনা) ব্রহ্মাণি উপ (বেদগী মন্ত্র খিবিকপু তানবগীদমক আয়াহি (লাউ) সুতে (সোমরস য়াওবা থবক অসিদা) চনঃ (হবিগী মশক ওইবা চানবা অসিবু) দধিষ্ব (পাইচনা থাজথলো—লৌরো)। ৬ ॥

**অনুবাদ**ঃ—হে সগোন তোংবা ইন্দ্রও! তফিংতফিংনা নংনা বেদগী মন্ত্রসীং অসি তানবগীদমক লাউ, সোমরস য়াওবা, ঐখোইগী থৌ অসিদা হবিগী মশক ওইবা অচাবা পোৎ অসি লৌরো লাও। ৬ ॥

ওমাসশ্চর্ষণী ধৃতা বিশ্বেদেবাস আগত।

দাশ্বাংসো দাশুষঃ সুতম্ ॥ ৭ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—বিশ্বেদেবাসঃ (হে বিশ্বেদেব কৌবা লাইসা!) ওমাসঃ (নখোইদি ঙাকপীবনি) চর্ষণীধৃতঃ (মীওইবাবু পুথিবনি) দাশ্বাংসঃ (মহৈ পীবনি) দাশুষঃ (নখোইদা হবি পীবা যজমানগী) সুতম্ (সুমচুনা লৌরবা সোমরস অসি লৌনবাগীদমক) আগত—আগচ্ছত (লাকলো)। ৭ ।

**অনুবাদ**ঃ—হে বিশ্বেদেব কৌবা লাইসা! নখোইদি মীওইবাবু ঙাকপিশেনবিহুনা পুথিবনি, হোম তৌবগী মহৈ পীবনি, মীওইবাবু নখোইনা পুহুনা লৈবনি, নখোইদা হবি কৎচবিবা যজমানসীং অসিগী সুমদোক্লনা মহি লৌরবা সোমরস অসি থক্তবীদমক লাকও।। ৭।

ৱিশ্বেদেবাসো অপ্তুরঃ সুত মাগন্তুতূর্ণয়ঃ

উস্রাইবস্বাসরাণি। ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ৱিশ্বেদেবাসঃ (হে বিশ্বেদেব কৌবা লাই কাংলুপও।) অপ্তুরঃ (মতম চানা নোংচুহনবা) তূর্ণয়ঃ (ঈরাৎচবা যজমানবু থৌজানবিবদা অতনবা লৈতবা) উস্রাঃ (সুমিৎকী মঙাননা) স্বসরাণি (অয়ুক সুংথিল পুম্নামক্তা) ইব (অতনবা লৈতনা লাকপাগুম্না) সুতম্ (সোমরসদা) আগন্ত (লাকসনু)। ॥ ৮ ॥

অনুবাদ ঃ—হে বিশ্বেদেব কৌবা লাই কাংলুপও। মতম চানা নোং চুহনবা, ঈভাৎচবা যজমানবু থৌজানবিবদা অতনবা লৈতবা। নখোইনা সুংশানা অয়ুক সুংথিনদা অতনবা লৈতনা লাকপগুম্না সোমরস অসিদা লাক্লসনো। ৮ ॥

ৱিশ্বেদেবাসো অস্রিধএ হিমাযাসো অদ্রুহঃ।

মেধংজুষন্তবহ্নযঃ। ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— অস্রিধঃ (অমাংবা লৈতবা) এহিমাযাসঃ (পুম্নামক্তা সিনথুংবা অথোইবা জ্ঞান লৈবা) অদ্রুহঃ (মাংনবা তৌবা লৈতবা) বহ্নয়ঃ (লন মযাম ফংহনবা) ৱিশ্বেদেবাসঃ (বিশ্বেদেব কৌবা লাই কাংলুপনা) মেধম্ (যজ্ঞগী হবিঃবু) জুষন্ত (সেবন তৌসনু=চাসনু)।৯॥

অনুবাদ ঃ—বিশ্বেদেব কৌবা লাই কাংলুপ অসি, মাখোইনা মফম পুম্নামক্তা সিনথুংনা লৈ, মাখোইদা জ্ঞান অথোইবা লৈ, মীবু মাংনবা তৌদে, লন মযাম পী, অসিগুম্বা লাইসীং অসিনা যজ্ঞগী হবিঃ চিঞ্জাক অসি চাবিসনু। ৯ ॥

পাৱকানঃ সরস্বতী ৱাজেভির্ৱাজিনীবতী।

যজ্ঞংবষ্টু ধিয়াবসুঃ। ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—পাবকা ( অফবাপুম্বা কোকহনবী ) রাজিনীবতী (চিঙ্গাক থোক্লবা লা থবক তৌবী ) ক্রিয়াবসুঃ ( থবক তৌতুনা লন ফংহনবী ) সরস্বতী (সরস্বতী লাই রমানা) রাজেভিঃ ( হবিগী মশক ওইবা চিঙ্গাক খিবিক্লা মরম ওইতুনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) যজ্ঞম্ ( যজ্ঞবু ) বস্তু ( পামসনু ) ।১০॥

ফত্তবা পুম্বা কোকহনবী, চিঙ্গাক থোক্লবা থবক তৌবী, থবক তৌতুনা লন ফংহনবী সরস্বতী লাই রমানা হবিগী মশক ওইবা চিঙ্গাক খিবিক অসিনা মরম ওইতুনা ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসি পাম্বীসনু ।১০।

চোদয়িত্রী সূনৃতানাং চেতন্তী সুমতীনাম্ ।

যজ্ঞংদধে সরস্বতী ॥ ১১ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ— সূনৃতানাম্ ( ফজরবা অচুম্বা ব্লাহৈ খিবিক ) চোদয়ত্রী ( মানা ভাংহনবী ) সুমতীনাম্ ( বুদ্ধি লৌশিংফবা যজমানসীংবু ) চেতন্তী ( তৌগদবা থবক খংহনবী ) সরস্বতী ( সরস্বতীনা ) যজ্ঞং ( যজ্ঞবু ) দধে ( পুবীয় ) । ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—ফজবা অচুম্বা বা ভাংহনবী, বুদ্ধি লৌসীং ফবাসীংবু তৌগদবা থবক খংহনবী সরস্বতী লাইরমা মহাক্না যজ্ঞ পুবীই । ১১ ॥

মহোঅর্ণঃ সরস্বতী প্রচেতয়তিকেতুনা ।

ধিয়োবিশ্বা বিরাজতি । ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—সরস্বতী ( লাইরমানু তুরেনগী মশক ওইবী সরস্বতীনা ) কেতুনা ( ঈসিং ঈচেনগী মশক ওইবা থবকনা ) মহঃঅর্ণঃ ( ঈসিং ময়ামগী মশকপু ) প্রচেতয়তি ( য়াম্না নিংথিনা খংহল্লি ) বিশ্বাধিয়ঃ ( যজ্ঞ তৌবসীংগী লৌশিং পুন্নামকপু ) বিরাজতি ( য়াম্না ভাম্ভোকহনলি—খংহল্লি )।১২॥

অনুবাদ ঃ—সরস্বতী লাইরমানা মাগী ঈসি' ঈচেনগী মশক ওইবা থবক তৌতুনা ঐদি ঈসিং ময়াম অসিনি, অসুম্না মাগী মশক খংহনলি। মাসুম তৌতুনা অসিংবা যাগযজ্ঞ তৌবাসীংগী বৃদ্ধি-লৌশিং পুন্নামক মানা ভানথোকহনলি । ১২ ॥

ব্যাখ্যা—মা ভাংবাগী মবেমা সরস্বতী দেবী—লাইরমা অসি, মাগী অচৌবা মশক্তি হৃজিক্তি লৈন্নুংদা চংখৎবা কুরুক্ষেত্রদা চেল্লরী সরস্বতী তুরেলনি,—অসিগুম্বা ভাব অসি আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিনা খংহল্লি, অসুম্মা সায়ণাচার্যনা পুথোকই। মাহুগী মতুংইন্না ঐখোইনা মন্ত্র অসিগী অনুবাদ তৌরি। মাসিদা সায়ণাচার্যনা ব্যাখ্যা অসি তৌবদা মানা তৌবা ব্যাখ্যা অসি, মহাক্তনা তৌবা নত্তে, যাস্কাচার্যনা তৌবগী মতুংইন্না তৌবনি, হাঙ্গইদুনা য়াস্কাচার্যগী বচনস্থ লৌখৎলি। জার্ম্মন মচা অফাউবা ম্যাক্‌স মুলারগী মতক্তি. আর্যসীংনা সরস্বতী তুরেনগী মপানদা যজ্ঞ তৌদুনা লৈরম্বই, মতুংদা মতম খয়া লৈরগদি মাখোইনা যজ্ঞদা শোল্লিবা মন্ত্রগী অধিষ্ঠাত্রী অমসুং য়াজাংহনবী দেবীবু সরস্বতীনি হাঙ্গনা লৌখিবনি, অসুম্মা হাঙ্গ। কনাগুম্বা পাশ্চাত্য পণ্ডিতসীংনা হাঙ্গবনাবু আর্য কাংবু খরানা মধ্য এসিয়াদগী লাকপদা ভারততা চংলকই, মাহুদা লম্বেনদা সরস্বতা তুরেলগী হাওরবা ঈসিং থকপদা য়াম্না পেনখি, মাহুদা মাখোইনা সরস্বতী তুরেলবু কাওবা ঙমদহুনা লৈসিলৈথোনখিবনি অসুম্মা হাঙ্গ। লৌখৎলিবা মত পুন্নাম্নক অসি ঐখোইনা করি অমত্তা লৌনিংদে, মরমদি বেদমন্ত্রদি অনাদিনিত্যনি, সরস্বতী নদীদি অনিত্যনি, মতম খরা মরক্তা লৈরম্লগা মাংখিবিনি, মহাকপু বেদনা হাঙ্গগনি হাঙ্গনা ঐখোইনা থাজবা ঙমদে। য়াস্কাচার্যনা ব্রহ্মাবর্তদা চেনলম্বি সরস্বতী তুরেল ওইনা সরস্বতীবু হাঙ্গ-ব্রম্বদি, মতম অমদা ব্রহ্মাবর্তদা চেলম্বী ইখৱাইদগী হেন্না মানা মতিক্তা মগুণদা যাম্না চাউবা অদু উবদা মাবু ঈশিং অফবা মযাম পুহুনা চেনবা অসিনা তুরেল অহুবু বেদগী সরস্বতী অসিনি, অসুম্না থোনখিবাতনি। আলোচ্য মন্ত্র অসিগী চাম্নবা অক্ষারার্থদি,—

"সরস্বতী ( সরস্বতী কৌবী যাথংগী মবেমা দেবীনা ) কেতুনা (ঈশিং ঈচেনগী মশক ওইবা থবক্তা মরম ওইদুনা ) মহঃ অর্ণঃ ( ঈশিং ময়ামগী মশক সমুদ্রবু মশক খংহনলি মাসুম্মা ) বিশ্বাধিয়ঃ ( জগৎকী জ্ঞান পুন্না-মকপু ) প্রচেতয়তি ( য়াম্না নিংথিনা খ.হল্লি )। ১০ ॥

অনুবাদ :—"ঈশিং ঈচেন ময়াম্না ইতৎ তৎতনা চেনসিন্নুনা ঈসিং

মন্নানা পীক থন্নবা চাওনবা সমুদ্রবু মশক খংহনলি, মাদুগুম্বা য়াথংগী মথেমা সরস্বতীনা য়াহৈ মচা মচা মরাম্বু মশক খংহন্নগা য়াহৈ মন্নানা পীক থন্নবা শব্দ সমুদ্রগী অর্থ জ্ঞান সাগরবু মশক খংহনলি॥ ১০॥"

মাসিদা প্রথম অনুবাক লোইরে।

——:(০):——

২ সুবা অনুবাক। ৪ সুবা সূক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি।

সুরূপকৃত্নু মূতয়ে সুদুঘামিবগোদুহে।

জুহূমসি দ্যবি দ্যবি॥ ১॥

অন্বয়ানুবাদ:—সুরূপকৃত্নু ম্ (ফজবা থবক তৌবা ইন্দ্রবু) ঊতয়ে (ঐখোইবু ঙাকপিনবগীদমক) দ্যবিদ্যবি (নুমিৎ নুমিৎ খুদিংদা) গোদুহে (সঙ্গোম শুন্নাবগীদমক) সুদুঘাম্ ইব (মখোম থোকপী যণবীবু কৌবাগুম্বা) জুহূমসি (ঐখোইনা কৌই)। ১॥

**অনুবাদ**:—ঐখোইবু ঙাকপীনবগীদমক ফজবা থবক তৌবা ইন্দ্রবু ঐখোইনা নুমিৎগী কৌই, মাগুদি মখোম শুন্নাবগীদমক মখোমথোকপী যণবীবু নুমিৎগী কৌবগুমই॥ ৪॥

উপনঃ সবনাগহি সোমস্যসোমপাঃ পিব।

গোদাইদ্রেবতোমদঃ॥ ২॥

**অন্বয়ানুবাদ**:—সোমপাঃ (হে সোমথকপা ইন্দ্র!) নঃ (ঐখোইগী) সবনা (সবন যজ্ঞ অহুমগী) উপ (মনাক্তা) আগহি (লাউ) সোমস্য পিব (সোম থকউ) রেবতঃ (লন লৈবা নহাক্কী) মদঃ (হরাওবদি) গোদাইৎ (যণ পীবামকনি)।২।

**অনুবাদ**:—হে সোমথকপা ইন্দ্র! ঐখোইগী সবন যজ্ঞ অহুম অসিদা

লাউ, সোম থকউ, নহাক্তি এনাকথুনবা লন লৈবনি, অহুনা নহাকনা হয়াওয়বদি ঐখোইদা নহাকনা ঘণ পীগনি ॥ ২ ॥

অথাতে অন্তমানাং বিদ্যামস্থমতীনাম্ ।

মানোঅতিখ্য আগহি ॥৩॥

**অন্বয়ানুবাদ** ঃ—অথ ( অহুগী মতুংদা—সোম থক্লবগী মতুংদা ) তে ( ইন্দ্র নহাকী ) অন্তমানাম্ ( মনাক্তা য়াম্না নক্না লৈবা ) স্থমতীনাম্ ( পুকচেনফবা নিপাসী'গী মরক্তা—লৈহুনা ) বিদ্যাম ( ঐখোইনা নহাকপু খংগে ) অর্থ অমদি,—স্থমতীনাম্ ( অফবা বুদ্ধি—থবক তৌনবা বুদ্ধি অফবা ফংনবগীদমক নংবু নিংসংজগে ) নঃ ( ঐখোইবু ) অতি ( হুন্দোকতুনা ) মাখ্যঃ ( নশক হাঙ্গৈদোকনু ) আগহি ( ঐখোইগী নাক্তদা লাউ ) ॥ ৩ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র ! নহাকনা সোমথক্লগাগী মতু দা ইন্দ্র নহাকী ননাক্তা য়াম্না নকনা লৈবা, পুকচেনফবা নিপাসীংগী মরক্তা লৈহুনা ঐখোইনা নহাকপু খংজগে, অমদি থবক তৌনবা অফবা বুদ্ধি ফংনবগী দমক নংবু নিংসংজগে, ঐখে'ইবু হুন্দোকতুনা অতৈদা নশক হাঙ্গৈদোকপিগনু, ঐখোইগী নাক্তা লাউ। ৩ ॥

পরেহিবিগ্রহস্তৃতমিন্দ্রং পৃচ্ছাবিপশ্চিতম্ ।

যস্তেসখিভ্য আবরম্ ॥ ৪ ॥

**অন্বয়ানুবাদ** ঃ—যঃ ( মানা ) তে ( যজমান নহাকী ) সখিভ্যঃ ( চান্নবা ঋত্বিক্‌সীংগীদমক ) আবরম্ ( অথোইবা—মচা মরন পুম্নামক খমথেংনা পিবা ) বিগ্রম্ ( মেধাফবা ) অস্তৃতম্ ( মাংনবা তৌদবা ) ইন্দ্রমুপরাইহি ( ইন্দ্রগী নাক্তা চংউ ) বিপশ্চিতম্ ( লাইরিক যাম্না হৈবা হোত্তা ঐবু ) পৃচ্ছ ( হংউ—হোত্তা অসিনা নিংথিনা নহাকপু লৈসিলৈথোনবরা ? হাঙ্গৈনা হংউ ) । ৪ ॥

অনুবাদঃ—হে যজমান ! ইন্দ্র অসিনা নহাকী চান্নবা ঋত্বিক (পুরোহিত)

সীংগীদমক অথোইবা মচা মরন য়াম্না পী, ইন্দ্র মঠ়াঙ্গীনা কৌবা য়াদে, য়াম্না ফবনি, অমসু মাদি মাং ভারুবা, ফত্তনবা ভৌদবনি, অ।অসিদা বেদবু অসিগী মনাক্তা চংহুনা লাইরিক য়াম্না হৈবা হোতা ঐবু "হোতা যা ওইনা ইন্দ্র ! নহাকপু লৈসিলৈথোনবরা ? হাঙ্গীনা হংউ। ৪ ॥ পী

ব্যাখ্যা :—ঐখোইনা সায়নাচার্যগী কর্মকাণ্ডগী মতুংইন্না ঋগ্বেদ সংহিতাগী ব্যাখ্যা তৌই। মত অসিদা আলোচ্য ঋগ্মন্ত্র অসি হোতাগা যজমানগা ভাংনবা ওইনা ব্যাখ্যা তৌরি। মাহুগী মতুংইন্না থোকপা অর্থ অহুদা অনুবাদ তৌরে। ঋক্ অসিদা "পৃচ্ছা" পদ অসি ছান্দসনি, "পৃচ্ছ" অমুন্না অর্থ তৌই।

উত ব্রুবন্তু নো নিদো নিরন্যতশ্চিদারত।

দধানা ইন্দ্র ইদ্ দুবঃ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ— নঃ ( ঐখোইগী—ঋত্বিক্সীংনা ) ব্রুবন্তু ( লৈসি লৈথোন সনু ) উত ( অমদি ) নিদঃ ( হে ইন্দ্রবু নিন্দা তৌবসা। ) নিয়ারত ( নখোই ইন্দ্রবু নিন্দা তৌবসীংনা মফম অসিদগী চৎখিসনু ) অন্যতঃ চিৎ ( অতোপ্পা মফমদগীসু চৎখিসনু ) ইন্দ্রদুবঃইৎ ( ইন্দ্রমক্তবু ঈড়াৎপাসীংনা ) দধানাঃ— ( ঈড়াৎতুনা ইরেং লেংদনা লৈসনু )।৫।

অনুবাদ ঃ— ঐখোইগী পুরোহিতসীংনা ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোনসনু; ইন্দ্রবু নিন্দা তৌবাসীংনা মফম অসিদগী চৎখিসনু, মাখোই অহুদি মাখোইনা লৈরু লৈরুবা মফমদগী অমোকসু অতোপ অতোপ্পা মফমদা ইতৎতত্তুনা চৎখিসনু, ইন্দ্রতবু ঈড়াৎপাসীংনা মাখোইনা লৈবা মফমদা ইরেং লেংদনা লৈসনু।৫।

**ব্যাখ্যা :**— বেদদা হাঙ্গবা দেবতাদি স্তুপনগী অমত্তা ভাইবা, অনি স্তুদবা ভাইবংপানবগী মপুতবু হাঙ্গী। ইবুঙো মহাকপু ঐখোইনা মিতৈলোনদা লাই কৌই। তৌইগুম্বসু ইবুঙো মহাক্তি মথন্তা ভাইরগা মমিং অমসু থৌদোদি মসিং লাকপা ঙমদে। আলোচ্য ঋগ্ অসিদা তাইবংপানবগী মপুবু বেদনা 'ইন্দ্র' মিংকম অসিনা খুদম ওইনহুনা লৈসি লৈথোনলি,

অমসু তাইবংপানবগী মপু ইন্দ্রগী শক্রবুনা তাইবংপানবদা লৈতনবা তান-থোকনবসু হাঙ্গীরি। পুরাণকার ঋষিসীংনা বেদদা লেংবা তাইবং মপুগী—তোঙান তোঙানবা মিংসীং অদুদা পৌরাণিক কথা ময়াম সেমদুনা পুরাণনা-চিংবদা বেদবু ব্যাখ্যা তৌই। পৌরাণিক কথা হাঙ্গীবদি "কৃটার্থ কাল্পনিক-কথা"—মহাক্কী অর্থবুনা লেংদবা হোংদোকপা ওমদনবা থম্নগা মপান্দা থারী অমদা পানসিন্দুনা হাঙ্গীববু পৌরাণিক কথা কৌই। মাসি আন্তর্জাতিক ভাষাদা হৌজিক্কি "মাইথোলোজি" হাঙ্গীরগা খংনরে। পুরাণকারসীংনা—পৌরাণিক কথাদা ইন্দ্রবু দেবতা (লাই) গী নিংথৌনি, হাঙ্গীনা লেংথোকই। মাদুগী অর্থদি—বেদগী মন্ত্র খুদিংমক মন্ত্র অদুগী দেবতা লৈ, মাগী দেবতা লৈতবা মন্ত্র লৈতে। মাসুম তৌদুনা বেদবু এ বদা বেদ পুম্নমক্তা ইন্দ্রগী মন্ত্রনা ময়ামলে, মথংদা মৈগী মন্ত্রনা থামই। অদুনা পৌরাণিক কথাদা—ইন্দ্রবু লাইগী নিংথৌনি, হাঙ্গী। কংলৈ য়ুমফাল প্রত্নৌকঃ দা লৈবা সুপ্রাচীন জাতি মিতৈসীংনা থাইনা প্রাচীনকালদা বৈদিকদেবতাসীংবু পৌরাণিক কল্পনাদা উপাসনা তৌরমই। মিতৈসীংগী এলহৌতৈদগী লৈপাক অসিদা উপাসনা তৌরকপা লাইসীং অদু কালগী চাংদম্নবা লৈতবা পাঙ্গলনা মশক, মওং, মমিং পুম্নমক হোংলকই, অমসু অযাম্বসু মাথোইগী অকাউবা সমুদ্রগী লৈথাদা লুপথরে, লৈহৌরিবা থরা অদুসু চাওরাক্না এংবদা মশক খংদবনা য়ামলে, অদুমদি ওইরগা মাথোই অদু বৈদিক দেবতানি হাঙ্গীবা খুদমদি মুত্তে। মাথোইনা লাৎলক্লবা লাইসীং অদুবু হৌজিক্কি উমং-লাই কৌথরে। মাদুগী অর্থদি—বনদেবতা হাঙ্গীবনি। লাইসীং অদুবু ঈড়াং থৌনিবদা—বৈদিকী ভাষাগী কাইথরবা মচেৎনা "লাইনিংথৌ" হাঙ্গীনা লৈসি লৈথোক্লি। মাদুগী অর্থদি—লাই পুম্নমকপু ইন্দ্রনি, তাইবংপানথা পুম্নমক্কী মপুনি হাঙ্গীনা চুম্নবা উপাসনা অসি মিতৈনা তৌবনি। খুদমগী দমক বরুণবু মিতৈনা—ঈশ্বর বরুণ হাঙ্গীবদগী থাংবরেন কৌই। লাবু লৈসি লৈথোনবদদি "লাই-নিংথৌ। হাঙ্গীনা কৌই। মাদুম্না কুবেরবু মিতৈনা কৌবরেণ কৌই। মাবুসু লৈসি-লৈথোনবা মতমদদি "লাইনিংথৌ কৌবরেণ!" হাঙ্গীনা কৌই। মাসুম তৌদুনা প্রাচীনকালগী দেবতা পুম্নাবু—লাইনিংথৌ,—হে লাই ইন্দ্র!" হাঙ্গীনা ওয়া কৌই। তৌইগুমসু মতম অসিদা মিতৈনা শ্রীরাধাকৃষ্ণবু উপাসনা

তৌরে। শ্রীকৃষ্ণবু লৈসিলৈথোনবদদি "লাইনি থৌ!" হাঙ্গনা কৌবা য়াদে, করিননো? মরম থংদে। হৃজিক্কী কালগী অনৌবা মুংসিং অসিদা বেদবু থোঁওইদবা, মবমদগী বেদগী ব্রাহে অশেংবা অহুবু মিতৈনা অমাংবা ওইনা নিংথিবনি। সংস্কৃত ওইনা "গোকুলেন্দ্র" হাঙ্গিরবদি মিতৈনা মমিৎত পী তাই, ওনথোকপনি, মতমগী পাঙ্গল অসি ওস্থোক্লা কনথরে। মহুম্নদি ওইবগা কংলৈ যুম্ফাল, মিতৈ লৈপাকনা ভারত পুম্বাগী নোংপোক থংবা খুনদোংদা মচেৎ খজিক্কং নপচুনা লৈবনি। অসিগুম্বা লম অসিদা লৈবাস্থ প্রাচীন জাতি মিতৈগী সংস্কৃতি অসিগা ভাবতকী অব্বাং-নোংচুপতা লৈবা ইরানগী সংস্কৃতিগা অনি, অসি তৃশন। মূলোক সমালোচনা তৌহুনা এংসি। মিতৈনা উপাসনা তৌবদা লাইনংবা মনিং অতদি হাঙ্গিখবে। হৃজিক্কি ইবানগী সংস্কৃতি খবা হাঙ্গিবি। আলোচ্যমন্ত্র অসিদা ইন্দ্রবু নিন্দাতৌবা-সীংবু মাথোইগী লৈফমদগী ভাবত আমাবর্তদগী তাম্থোকপনি হাঙ্গ। মাসি নিংসংচুনা পণ্ডিত মধাম্না লেপনখি মাহুদি,— "তৌইগুম্বস্থ পারসীসীংনা বৃত্রঘ্ন মাসি হাঙ্গিদ্রগা বেবেথঘ্নবুদি পূজা তৌই, অহুম্নদি ওইবগা ইন্দ্রবুদি যাম্নাথিনা খমথেংনা এংথিনবা শক্র ওই। মাহুদি,— "জেন্দঅবস্থা" (তরা মুবা ফর্গাদ) তা ইন্দ্রবু পাপকী পুকচেন চেনবা কৌই অমস্থ তাইবং পানবদা ইন্দ্র লাইনি, হাঙ্গিদুনা ঈডাৎপা কাবুবু লৈহন্দবা তানথোকপা হাঙ্গ। মাসিগী প্রতিবাদ তৌবা ওইনা আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিনা হাঙ্গিবি, ইন্দ্রগী এক্লবা পাবসীসীবু তাইবংদগী তানথোকখিনবা হাঙ্গিরি। ঐখোইন্দা মতাং অসিদা তুলনা মূলক সমালোচনা তৌবা অসিদগী থংলে, ভারতীয় আর্যগা মিতৈগা অমস্থ পারসীগা জাতি অহুম অসি তৎনবা য়াদ্রবা মডী লৈ, তৌইগুম্বস্থ মিতৈ অমস্থ মযা আমগা পাবসীগা মতম অমদা থৎন-চুনা পারসীসীং অসি আর্যগী এক্লবা ওইখ্রবনি, মিতৈদি এক্লবা নত্তে, মিতৈদি বেদগী অহানবা থোকফম মচানি। ভাবত আর্যবর্তগী অহানবনি। যুম্ফাল মণিপুরনা অহানবা প্রস্থোকংনি। ৫।

উত নঃ সুভগাঁ অরির্বোচেযুর্দস্মকৃষ্টয়ঃ।
স্যামেদিন্দ্রস্য শর্ম্মণি ॥ ৬ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ— দস্ম (হে এক্লবা মাংহনবা ইন্দ্র!) অরিঃউত (একনবামকনাস্ত্র) নঃ (ঐখোইবু) সুভগান্ (লন নিংথিনা লৈবা অমুম্না) বোচেয়ুঃ (হাঙ্গৈরবনি) কৃষ্টয়ঃ (ঐখোইবু চানবা মীনা হাঙৈবদি করিদবু হাঙৈগনি) ইন্দ্রস্য (ইন্দ্রগী) শর্ম্মণি (—ইন্দ্রগী থৌজাল্না ফংবা নুঙাইবদা) স্যাম-ইৎ (ওইজগে) ॥ ৬ ॥

**অনুবাদ**ঃ—হে এক্লবা মাংহনবা ইন্দ্র! ঐখোইবুইন্দ্র নহাক্কী থৌজাল্দগী একনবামকনবু নুঙাইনা পাল্লে হাঙৈবর্নি, ঐখোইবু চানবা মীনাদি করিদবু হাঙৈগনি, ঐখোইদি ইন্দ্রগী থৌজাল্না নুঙাইনা পানবতা ওইজগে। ৬ ॥

এমাশুমাশবে ভরযজ্ঞশ্রিয়ং নৃমাদনম্।
পতয়ন্মন্দ যৎ সখম্ ॥৭॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—আশুং (সবনযজ্ঞদা সিনথুনা লৈবা) যজ্ঞশ্রিয়ম (যজ্ঞগী ফজবা সম্পত্তি ওইবা) নৃমাদনম্ (ঋত্বিক যজমান পুম্নামক্কী হরাওনবা ওইবা) পতয়ৎ (থবক্তা চংলক্লবা) মন্দয়ৎ সখম্ (যজমানবু হরাওহন্বা ইন্দ্রগী চান্নবা) ঈম্ (অসিগুম্বা সোমবু) আশবে (সোমযাগগা মশাপুম্বা সীনথুংনা লৈবা ইন্দ্রদা) আভর (পিয়ু)। ৭ ॥

**অনুবাদ**ঃ—হে যজমান! সোমরস অসে, য়াম্না থুনা ময়াই কাইহনবনি, অমসু যজ্ঞগী সম্পত্তিনি, মহাকনা মীওইববু হরাওহল্লি, থবক ভৌহনবা, অমসু হরাওহনবা ইন্দ্রগী অচানবা মরুপনি, মাবু যজ্ঞদা সিনথুনা লৈবা ইন্দ্রদা পীয়ু। ৭ ॥

অস্য পীত্বাশতক্রতোঘনো বৃত্রাণামভবঃ।
প্রাবোবাজেষু বাজিনম্ ॥ ৮ ॥

**অন্বয়ানুবাদঃ**—শতক্রতো (হে শতক্রতু—থৌচিল্লবা!) অস্য (সোমরস অসিগী—শরুক) পীত্বা (থকতুনা) বৃত্রাণাম্ (বৃত্র কৌবা হিংচাবনাচিংবা এক্লবসীংবু) ঘনঃ অভবঃ (হাৎপা ওইয়ু) বাজেষু (লানফম খিবিক্তা) বাজিনম্

(লান শোক্লরিবা—নংগী ভক্তবু) প্রাবঃ (নংনা নিংথিনা কনবিবানি) ।৮।।

**অনুবাদ**ঃ— হে ইন্দ্র। থবক ময়াম তৌবা!—থৌচিনবা। ইবুঙো নহাক্কী শরুক সোমরস থকতুনা বৃত্র হিংচাবানচিংবা এক্লবাবু হাৎলু, লান-ফমদা লান শোক্লবিমা নহাক্কী ভক্তবু ইবুঙো নহাক্না নিংথিনা কনবিবনি ।৮।।

**ব্যাখ্যা**ঃ—ইন্দ্রগী এক্লবা বৃত্র হিংচাবগী ৱারি. অসি, শাস্ত্রদা অফাউ-বনি, মাগা মকুণ্ডহবা ৱাধমদি ইন্দ্রনা অকনবা বৃত্র কৌবা হিংচাবা অমা দধিচ মুনিগী শরুনা বজ্র সাদুনা হাৎলি, মহাক্কি পৌরাণিক্কী কথানি, অদুনা মরুদা মশা অমত্তা ওইরবাসু ৱাফমদি পুবাণনাচিংবদা থরা থরা ইমানমান্নদে, ৱারি অসি হিন্দুগী যুম শৃদিংদা ইতাতানবা অফাউবা ৱারিনি। প্রসিদ্ধ, বেদহৈবা রমানাথ সরস্বতীনা ৩২ সূক্তদা ইবমই, মাদুদি, বৃত্র হাঙ্গৈবসি,—অসীবিযাগা অফাউবা, দলপতিনি। আবস্তাদা হাঙ্গৈবদগী খংবা ঙমই, মাদুদি, বেবীলোন নগবদা আনজাতি লৈতনবগীদমক বৃত্রনা অদ্বিশূর কৌবা দেবা উপাসনা তৌই, অদুন্নদি ওইবগা মহৈ যানবদি ঙমখিদে মমৈদদি আর্য ইন্দ্রনা মাবু মাংহনখি। বৃত্র হাঙ্গৈবসি, আর্যসংগী যান্না যেংথিনবানি, মরম অসিনা মাব হাৎপদা আযসীংনা যান্না হবাওখি। ফারসকী নিংথৌ সাইরসনা টাইগ্রাশ তুবেন থিঙ্গৎতুনা বেবীলোনবু ঙমখি। মাস্তম তৌদুনা বৃত্রসু আর্য-ভূমা লৈনবাগীদমক যান্না থনখি মাস্তম তৌদুনা রাফমসি যান্না কুইরবা ৱাবিনি, মাগী চান্নবা অচুম্বা খংবা যান্না লুবে। অদুম ওইদুনসু ঋগ্বেদ, তমসু আবস্টা লাইবিক অনি অসিগী ৱাফমদগী খংবা ঙম্বদি "ইন্দ্রগা বৃত্রগা লান শোরখি" অসিগীমখৈদি খংবা ঙমই কনাগুম্বগী মতম "ঋগ্বেদগী বৃত্র অমসু অহি শব্দ অসি নোংগী মিংনি মাদুদি ইন্দ্রনা নোং নুগাইদুনা চুহনলি। ৱাফম অসিদা সেমভিন্দুনা বৃত্রাসুর হাৎপা ৱারি অসি পুথোক-পনি। ৱাফম অসি ঋগ্বেদগী ৱাফম অসি এংলগদি সাসি চমই, হাঙ্গৈবা ভাব ফংই। পুবাণদাসু হাঙ্গৈ, ইন্দ্রগী বজ্রনা বৃত্রাসুরগী মতক্ ককপদা মুমিৎ ৩৬৫ চংই, অসুম্না হাঙ্গৈদুনা নো তাবগী রূপক তৌবা ৱাযম্নি, হাঙ্গৈবা ফোংদোকই।৮।

তং ত্বা বাজেষু বাজিনং বাজয়ামঃ শতক্রতো।
ধনানামিন্দ্র সাতয়ে ।।৯।।

অন্বয়ানুবাদ :— শতক্রতো ( হে থৌচিনবা, জ্ঞান য়াম্না লৈবা ! ) ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) বাজেষু ( লান খিবিক্তা ) বাজিনম্ ( পাঙ্গনবা ) তম্ ( অদুগুম্বা) ত্বা ( নহাক্কপু ) ধনানাম্ ( লন ময়াম ) সাতয়ে ( ফংনবগী দমক ) বাজয়ামঃ ( ঐখোইনা হবিষ্য পীরি ) ।৯।

অনুবাদ :— হে থৌচিনবা, হে ইন্দ্র ! নহাক্কি লানদা যাম্না পাঙ্গনবনি, ঐখোইনা লন ফংনবগী দমক নঙোন্দা হবিষ্য পীরি ।৯।

যো রায়োঽবনির্মহান্ত্সুপারঃ সুন্বতঃসখা ।

তস্মা ইন্দ্রায় গায়ত ।।১০।।

যঃ ( অদুগুম্বা ) রায়ঃ ( লন ) অবনিঃ ( ঙাকপা ) মহান্ত ( মগুণ য়াম্না লৈবা ) সুপারঃ ( অফবা থবক ঙাকপা ) সুন্বতঃ ( যজমানগী ) সখা ( চান্নবা ওইবা ) তস্মৈ ( ইন্দ্রগী দমক ) অগায়ত ( লৈসি লৈথোল্লু ) ।১০।

অনুবাদ :— মহাকনা ঐখোইগী লন মাংদনবা ঙাকপী, মগুণ য়ামনা চেনবা অথোইবনি, অফবা থবক পুম্বাবু ঙাকপি, যজমানবু চানবিবনি, অদুগুম্বা ইন্দ্রবু মগুণ থাদুনা ছকউ ।১০।

---

৫সুবা সূক্ত ইন্দ্রনা দেবতানি ।

আ ত্বে তানি ষীদতেন্দ্রমভিপ্রগায়ত ।

সখায়ঃ স্তোমবাহসঃ ।।১।।

অন্বয়ানুবাদ :— স্তোম বাহসঃ ( হে স্তোম খিবিকপু ফংহনবা !—লৈসি লৈথোনবা ! ) সখায়ঃ ( হে মরুপ—ঋত্বিক-সা ! ) তু ( থুনা ) আইত, আইত ( লাও লাও ) নিষীদত ( ফম্মু ) ইন্দ্রম ( ইন্দ্রবু ) অভি প্রগায়ত ( লৈসি লৈথোনলু ) ।১।

অনুবাদ :— হে লৈসি লৈথোনবা মরুপ সা ! থুনা লাও লাও ফম্মু, মাহুম তোঁহুনা ইন্দ্রবু লৈসি লৈথোল্দুনা ছকউ ।১।

I I I
পুরূতমং পুরূণামীশানং বার্যাণাম্ ।

I
ইন্দ্রং সোমে সচা সুতে ।।২।।

অন্বয়ানুবাদ :— সোমে সুতে ( সোমরস শেন্নবা অসিদা ) স চা— ( নখোই ময়াম তিন্নহুনা ) পুরুতমম্ ( এরুবা পুম্বাবু মাংহনবা ) পুরূণাম্— ( অযাম্বা ) বার্যাণাম ( পুন্নমক্কা মাবু লৌনিংবা লন পুম্বগী ) ঈশানম্ ( মপু ওইবা ) ইন্দ্রম ( ইন্দ্রবু ) [অভি প্রগাযত (ঋত্বিক সা লৈসি লৈথোনলু।] ।২।

অনুবাদ :— হে লৈসি লৈথোনবা মরুপ সা। সোমরস সেম্বা লোইরে নখোই মযাম তিন্নহুনা এরুবা পূম্বা মাংহনবা, পুন্নমকনা লৌনিংবা লন পুম্বগী মপু ইন্দ্রবু লৈসি লৈথোন্দুনা ছক্লো লাও ।২

I I I
সঘানো যোগ আভুবৎ স রায়ে সপুরংধ্যাম্ ।

I I
গমদ্বাজেভিরাসনঃ ।।৩।।

অন্বয়ানুবাদ : – সং ঘ ( অহুগুম্বা হাঙ্গীখবনা গুণ অহু ওইবা ইন্দ্রনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) যোগে ( ফংদ্রিবা মীওইবগী কান্নবদা ) আভুবৎ ( ফংনবা সেম্বিসনু ) সঃ ( মানা ) রায়ে ( লনগী দমক ) আভুবৎ ( সেম্বিসনু ) সঃ ( মানা ) পুবংধ্যাম্ ( মখন মখা যামলবা বুদ্ধিদা ) আভুবৎ ( সেম্বিসনু ) সঃ ( মানা ) বাজেভিঃ ( চৌঙ্গাক খিবিক্কা লোইনহুনা ) নঃ ( ঐখোইদা ) আগমৎ ( লাকসনু ) ।৩।

অনুবাদ :— মতিক চাওবা অহুগুম্বা ইন্দ্রনা ঐখোইগী অপাম্বা ফংনিংবা কান্নবা পুম্বা ফংহনবিসনু, অহুগুম্বা ইন্দ্রনা ঐখোইগী দমক লন পীবিসনু, মখন মখা য়ামলবা অফবা লৌসিং পিবিসনু অমসু অহুগুম্বা ইন্দ্রনা— চানবা চৌঙ্গাক পুহুনা ঐখোইগী নাক্তা লাকপিসনু ।৩।

I I I
যস্য সংস্থেনবৃন্বতে হরীসমৎসুশত্রবঃ ।

I
তস্মা ইন্দ্রায় গায়ত ।।৪।।

**অন্বয়ানুবাদ**— সমৎসু (লানফমদা) যস্য (ইন্দ্র মহাকী) সংস্থে (রথতা) হরী (চিংলিবা সগোল অনিবু) শত্রবঃ (এরুবাসীংনা) নবৃন্বতে (খাংবা ঙমদে,—সগোল উরগা কিদুনা এরুবনা হেক্তা চেল্লি) তস্মৈ (অদুগুম্বা) ইন্দ্রায় (ইন্দ্রগী পেম্নবগীদমক) গায়ত (লৈসিলৈথোনলু) ।৪।।

**অনুবাদ**ঃ—লানফমদা মাগী রথ চিংনরিবা সগোন অনি উবতদা এরুবসীংনা কিবনা খাংবা ঙমদানুনা হেক্তা চেল্লি, অদুগুম্বা ইন্দ্রগী পেম্না-বগীদমক মাবু নখোইনা লৈসিলৈথোন্দুনা ছকউ। ৪ ॥

সুত পাবেসুতাইমে শুচয়োযন্তিবীতয়ে।

সোমাসো দধ্যাশিরঃ ॥ ৫ ॥

**অন্বয়ানুবাদ**ঃ—সুতাঃ (সেংদোক্লবা) শুচয়ঃ (অশেংবা) দধ্যাশিরঃ (যঙ্গোম অফম্বা য়ানসিন্দুনা ফত্তবাপুম্বা কোক্লবা) ইমেসোমাসঃ (সোমরস ময়াম অসিনা) সুতপাবে (সোমরস থকপাগী) বীতয়ে (থরুবগীদমক) যন্তি (মনাক্তা চংই)। ৫ ॥

**অনুবাদ**ঃ—সেংদোক্লবা, অশেংবা অমসু যঙ্গোম অফম্বা হাপতুনা ফত্তবা শরুক শেংদোক্লবা সোমরস ময়াম অসিনা সোম থকপগী থরুবগীদমক মনাক্তা চংলি। ৫ ॥

ত্বং সুতস্য পীতয়েসদ্যোবৃদ্ধো অজায়থাঃ।

ইন্দ্রজ্যৈষ্ঠ্যায়সুক্রতো। ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) সুক্রতো (হে ফজবা থবক তৌবা অর্থ অমদি,—ফজবা জ্ঞান লৈবা!) ত্বম্ (নহাকনা) সুতস্য (সুংদুনা শেং-দোক্লবা সোমরসগী) পীতয়ে (থরুবগীদমক) জ্যৈষ্ঠায় (লাইপুম্বগী অহেম্বা ওইবগীদমক) সদ্যঃ (খুৎথক্তা) বৃদ্ধঃ অজায়থাঃ (পুম্নামক্কগী অহেনবা ওই)। ৬ ॥

অনুবাদঃ—হে ইন্দ্র হে ফজবা থবক তৌবাও। সোমরস থকনবাগী

দমক, মহোশানা নহাকনা অথোইবা ওইবা মরম্না নহাকনা পুন্নামক্কী অহানবদা লৈ-ও। ৬॥

আত্বা বিশন্ত্বাশবঃ সোমাসইন্দ্রগির্বণঃ।

শন্তেসন্তু প্রচেতসে॥ ৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—গির্বণঃ (থাগৎপা ৱাহৈনা লৈসিলৈথোন্নফম ওইবা) ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) আশবঃ (সবন অহুমদা থাদোক্কনা লৈবা) সোমাঃ (সোমরস ময়াম্না) ত্বা (নংঙোন্দা) আবিশন্তু (চংসনু) তে নহাক্কীদমক) প্রচেতসে (চংখোনবা জ্ঞান ওইনবগীদমক) শম্ (নুঙাইবগী মশক ওইবা) সন্তু (ওইসনু)। ৭॥

**অনুবাদ** :—থাগৎপা ৱাহৈ খিবিক্লা লৈসিলৈথোন্নফম ওইবা হে ইন্দ্রও! সবন অহুমদা থাদোক্কনা লৈবা সোমরসনা নঙোন্দা চংসনু। নুঙাইবগী মশক ওইবা সোমরস অসিবু নহাক্না খংবিবা ওইসনু। ৭॥

ত্বাং স্তোমা অবীবৃধন্ত্বামুক্থাশতক্রতো।

ত্বাং বর্দ্ধন্তুনোগিরঃ॥ ৮॥

অন্বয়ানুবাদ :- শতক্রতো (থৌয়াম্বা নত্রগা জ্ঞান য়াম্না লৈবা হে ইন্দ্রও!) ত্বাম্ (নহাকপু) স্তোমাঃ (সামবেদগী স্তোত্র খিবিক্লা) অবীবৃধন্ (চাওখৎনলি) উক্থা (ঋগ্‌মন্ত্র খিবিকনা) অবীবৃধন্ (চাওখৎহল্লি। নঃ (ঐখোইগী) গিরঃ (য়াথং খিবিকনা) ত্বাম্ (নহাকপু) বর্দ্ধন্তু (চাওখৎহনসনু)। ৮॥

অনুবাদ :—জ্ঞান য়াম্না লৈবা হে ইন্দ্রও! নহাকপু সামবেদগী মন্ত্র খিবিক্লা ঋগ্‌বেদগী মন্ত্র খিবিকনাসু চাওখৎহনলি, ঐখোইগী য়াথং খিবিক্লসু চাওখৎহনলি। ৮॥

ব্যাখ্যা :— আলোচ্য ঋগমন্ত্র অসিদা 'স্তোম' হাঙ্গৈবনা সামবেদগী মন্ত্র হাঙ্গৈবনি, অমসু উক্থা হাঙ্গৈবনা ঋগ্বেদগী মন্ত্রবু হাঙ্গৈবনি। বেদবু নিত্যনি, মতম পুম্নমক্তা লেংদনা লৈবনি, হাঙ্গৈবা থাজদবাসীংনা ঋগ্বেদনা হায়্না লেই,

মতুংদা সামবেদ লেংই, অমুম্না হাঙ্গৈ। মাখোই অদুদি রমেশচন্দ্রনাচি-বনা বেদবু নিত্যনি হাঙ্গৈবা যাদে। পাষণ্ড মত চৎপা কাংবুসীং অদুনা আলোচ্য ঋগমন্ত্র অসিদা সায়নাচার্যগী ব্যাখ্যা অসিবুদি ককপা ঙমদবি, মতুংদসু সায়না-চার্যনা তৌবা ব্যাখ্যা অসি ককপা যাবা 'হৌনদে।৮।

অক্ষিতোতিঃ সনেদিমং বাজমিন্দ্রঃ সহস্রিণম্।

যস্মিন্ বিশ্বানি পৌংস্যা ॥৯॥

অন্বয়ানুবাদ :— আক্ষতোতিঃ (থাদোক্তনা ঙাকপীবা) ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) সহস্রিণম (লীসাঙ অমা সুবা যাগ পুন্নমক্তা লৈবা— মসি যাম্বা) বাজম (সোমগী মশক ওইবা অন্নবু) সনেৎ (লৌবিগদবা ওই) যস্মিন্ (অম্ন অদুদা) বিশ্বানি (অযাম্বা) পৌংস্যা (পাঙ্গন পুম্বা লৈ)।৯।

অনুবাদ :— ইন্দ্রনা মতম পুন্নমক্তা ঙাকপিদুনা মসিং লাকঙমদবা— সোমগী মশক ওইবা অন্নবু লৌবিগদবনি, অম্ন অদুদা পাঙ্গল পুম্বা লৈ।৯।

মানো মর্তা অভিদ্রুহন্ত নূনামিন্দ্রাগির্ব্বণঃ।

ঈশানো যবযাবধম্ ॥১০॥

অন্বয়ানুবাদ :— গির্বণঃ (থাগৎনবা ওইবা) ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) মর্ত্তাঃ (মহৈ মহৈ এংথিনবা মীওইবনা) নঃ (ঐখোইগী) তনূনাম্ (হকচাংগী) মা অভিদ্রুহন্ (মাংনবা তৌদবা ওইসনু) ঈশানঃ (তৌবা ঙম্বা মপুনা) বধং (এক্লবনা তৌবা মাংনববু) যবযা (ঐখোইদগী তোঙান্না থাইদোকপিয়ু, হাঙ্গৈবদি ঙাকপিযু)।১০।

অনুবাদ :— হে থাগৎনবা ওইবা ইন্দ্র-ও! মহৈ মহৈ এংথিনবা মীওইবনা ঐখোইগী হকচাং মাংনবা তৌহনবিগনু, তৌঙম্বা মপুনা ঐখোইগী এক্লবনা মাংনবা তৌবা ঙাকপিসনু।১০।

## ৬শুবা সূক্তগী ভূমিকা।

সূক্ত অসিবু বৈদিক সম্প্রদায়না "তৃতীয়েন্দ্র-সূক্ত" কৌনৈ। সূক্তসিদা ঋক্ তরা লৈ। ৫শুবা সূক্তগুম্না সূক্ত অসিসু ইন্দ্রনা দেবতানি, হাঙ্গৈহ্না ঐন্দ্র-সূক্ত কৌই। অহুমদি ওইরগা মহাক্কী তোঙানবা মশক্তি ইন্দ্রদেবতাবু ঋক্ কয়ামুক্লা স্তুতি তৌবাগুম্না মরুৎদেবতাবুসু স্তুতি তৌই। মাহুগী মতুংইম্না সূক্ত অসিদা অহৌপা ঋক্ অহুম অমসু তরাসুবা ঋক্না ইন্দ্রতবু স্তুতি তৌই. মরিসুবা তরুক্ক সুবা, নিপানসুবা মাহুমনা মাপনসুবা ঋক্না সুপনাগী মরুৎ দেবতাতবু স্তুতি তৌই, মঙাসুবা অমসু তরেৎ সুবা ঋক্ অনিনা ইন্দ্র মরুৎদেবতা অনিবু স্তুতি তৌই। ইন্দ্রদেবতাবু স্তুতি তৌবা সূক্তসীংগা মন্নুংদা হাঙ্গৈগদৌরিবা সূক্ত অসিগী অতোপ্পা মশক্তি মাসিনি।

'ম্রিয়তে প্রাণী যস্যাভাবাৎ"— মা লৈত্রগা থরাইপানবনা শি, অর্থ অসিদা মৃ ধাতুদগী 'মরুৎ' শব্দ অসি থোকই। মরুৎকী অর্থনা ঙুংসিৎ হাঙ্গৈবনি। হিন্দু শাস্ত্রগী মততা ঙুংসিৎ ৪৯ নি। পুরাণনাচিংবদা মরুৎসীংনা পোকপগী রা হাঙ্গৈ। কশ্যপকী ঔরসদগী দিতিগী গর্ভদা মরুৎ ৪৯ পোকই। পুরাণনা হাঙ্গৈ, দিতিনা গর্ভ লুমলবা মতমদা ব্রাহ্না মকোকনা খুয়াদা মখোঙনা লুখুমদা ওন্দুনা ভহাক্তং তুমলুরে, মাসিগুম্বা অমাংবা থবক অসি তৌরুহ্না দিতিনা মাংলিডৈদা গর্ভ হাৎকে ঙাইবা ইন্দ্রনা দিতিগী গর্ভদা চংহ্না গর্ভ অহু তরেৎথোকনা বজ্রনা ককৃথৎলি, গর্ভ অহু শিদে, মাখোইনা ইন্দ্রদা ঐখোইবু হাৎপীগনু হাঙ্গৈহ্না কপই, মাহুদা ইন্দ্রনা "মারুদন্ধম্"— কপকনু, হাঙ্গৈহুনা— তরেৎ অহু অমোক তরেৎ তরেৎ ওইনা ককই। অহুনা গর্ভ অহু ৪৯ থোকখি, ইন্দ্রনা 'মারুদন্ধম্" হাঙ্গৈবদগী লৌহ্না মাখোই ৪৯ অহুবু "মরুদ্" কৌখি, হাঙ্গৈ। মাখোই অসি মচিনমনাও য়াম্না চাম্নৈ, অহুনা ইন্দ্রগা মরুদ্গনগা থক থানদে, অসুম্না হাঙ্গৈ।

ঐবু বেদ তত্ত্ববা ওজা প্রসিদ্ধ লাহিড়ী পণ্ডিতনা সূক্ত অসিদা বৈজ্ঞানিকভিত্তিদা ব্যাখ্যা অমা তৌরমই, মাহুদি. ইন্দ্রদেবতাগা মরুদ্দেতাগা লোইননা উপাসনা তৌবগী মরমদা অনৌবা অর্থ অমা পুথোকই, মাহুদি,

শাস্ত্রগী মততা মুমিৎকা মরুৎকা অনি অসি মশা অমগুনি। মুংসিংনা তাইবং পুম্বা সিনথুংনা লৈ, মুংসিং লৈতবা মফমদা তাইবং লৈতে। ঐখোইনা মাগী মথক্তা লৈবিবী মালেম ইমা লৈপাক লৈমা অসি মুংসিংকী মণ্ডলদা তাউতুনা ঈসিংদা উনা তাউবাগুম লৈবিবনি। মুংসিং নত্তনা থব্রাই পানবগী হিংনবা পাঙল লৈতে। অমসু লৈপাক, ঈসিং, মৈ, মুংসিং অমসু অত্তিবা মতাসিবু শাস্ত্রনা পঞ্চভুত কৌই পৃথিবী লৈপাক লৈমা অসি. পঞ্চভুতনা সাবা পোং অমনি। মবম অতুনা মুংসিং যাওদ্রবদি উরিবা লেংলি পাল্লিবা তাইবং অসি ওইবা যাদে। ইন্দ্রনা নোংগী মপুনি। মরুৎনা নোংগা লোইনবনি। নোং লৈরবদি মাগা লোইনাতুনা বায়ুসু হেক্তা লৈরে। মরম অসিনা ইন্দ্রগা মরুৎকা থানবা লৈতবাগী মবমদি অসিনি। অতুনা বেদনা ইন্দ্রগা লোইননা মরুৎপু লৈসিলৈথোনলি।

মরুৎপু মিতৈরোনদা মুসিং কৌই, অর্থাদ— মানা আত্মাগা লোইনা তুনা হকচাংগী মমুদা সৌংতুনা সিনথুংনা লৈবা, হাঈবনি। থব্রাইপানবগী পোকপা, হিংবা, শিবা অমসু লানবা মথন মবিমক অসি মুসিংতনা আত্মাগা লোইনতুনা তৌইনবনি। তাইব পানবদগী লানগে হাঈববদি স্নপনাগী যোগতনা লানগদবনি। যোগ সহাযদি স্নপনগী মুসিঙান। যোগ কৌবদি—"চিত্তবৃত্তি নিরোধঃ"—পুকনিংগা বৃত্তি থাজিনববু যোগ কৌই। অতুনা স্নপনগী মুংসিংকী সহাযতনা পুকনিংগী বৃত্তি থাগদবনি। পাণিনিনা মহাকী শিক্ষাদা মায়ু প্রবাহবু কাথাগি কৌই। মহাক্তি যামনা কুপথরবা মতৌনি। মহাককী মমুংদা প্রাণ কৌবা মুসিংনা চংতুনা হকচা পুম্নামক সিনথুংনা লৈ। মাসুম্না প্রাণ কৌবা মুংসিংনা হকচা দা লৈরিতৈদা হকচাংদা সাই। মানা লৈরিতৈ মতমবু চণ্ডলিবা (হিংলিবা) কৌই। প্রাণ কৌবা মুংসিংনা হকচাং থাদোকতুনা চংথিবগা হকচাংদা মৈ লৈতরে— হকচাংগী অশাবা লৈতরে— ঈঙলে. মতম অতুদা হকচাংবু অশিবা, মাতুম হাঈদ্রগা শিরবা কৌই। অসিগুম্বা হকচাংগী অসাবা অসিবু আধিদৈবিক অবস্থাদা মুমিৎ, আধিভৌতিকতা মৈ অমসু আধ্যাত্মিকতা প্রাণ, মাবু মিতৈরোনদা— থবাই কৌই। মাসিদা থব্রাই হাঈবদি প্রাণ কৌব মুংসিংনা হকচাং পুম্নমক্তা সিনথুংনা চংনবা লম্বেন ওইবা কুপথরবা মড়ী মবাম্ন অনৌবা বিত্তাদা স্নায়ু-

প্রবাহ কৌই। স্নায়ু প্রবাহ অসি মখন অনি থোকই। স্নায়ু প্রবাহ মখন অমনা পুকনিংনা পাম্বা থবক তৌহনলি। মাখোই অসিগী থবক তৌকম যন্ত্র (কোল—মরৈ) দি থোপনি (মস্তিষ্কনি)। মহাকপু (থোপপু) তন্ত্র শাস্ত্রনা "সহস্রার" (মনা লীসীং অমা পানবা থম্বাল) কৌই। জ্ঞানেন্দ্রিয় মডা (মীৎ, না, নাতোন, লৈএং অমসু উন মাখোই মডা) অমসু কর্ম্মেন্দ্রিয় (চীন, খুৎ, ঈসিংথোং, অমাংঙগী থোঙ অমসু থোঙ মাখোই মডা) পুন্না অসিগুম্বা ইন্দ্রিয় তরা অসিনা পুকনিংগী অপাম্বাগী মতুংইন্না মাখোইগী—মশিল—থবক তৌই। মাদুদি,—পুকনিংনা চানিংলগা চীননা চাই, পাঙ্গনিং-লগা খুৎনা পাঙ্গৈ, খোঞ্জেল তানিংলগা নাকোংনা তাই। অসিনাচিংবা… ইন্দ্রিয় তরানা মা মাগী মশিল তৌবদি পুক্নিংগী অপাম্বগী মতুংইন্না তৌই। অসিগুম্বা ইন্দ্রিয় তরাগী মথৌবু পুকনিংগী অপাম্বগী মতুংইন্না তৌহন্নবগী দমক থংবনা মশক ওইনবা অমসু লেং ওৎপনা মশক ওইনবা (Sensory and Motor) স্নায়ু শিরা (মড়ী) না য়াংলেনগী তীঙদা চৎতুনা হকচাং পুম্নমক্তা সিন্নথুংনা লৈ। অসিগুম্বা শিরাদা বায়ু প্রবাহ (Neurval cu-rrent) না চৎলি। অসিগুম্বা স্নায়ু প্রবাহনা চৎপনা হকচাং পুমনমককী মশুংসীংবু পুক্নিংনা থংই; অমসু মাংসপেশীনা (হকচাংগী তোঙান তোঙানবা মফম্বু লেং-ওৎনবা যন্ত্র—তোশানা সেম্বা যন্ত্র) পুক্নিংগী মতুংইন্না লেংহল্লি। স্নায়ু প্রবাহ মখন অমাবুনা সহানুভূতিক মণ্ডলী (Sympethatic system) কৌই। অসিগুম্বা স্নায়ু প্রবাহ অসিনা মরম ওইদুনা হকচাংগী মন্নুংদা—লৈবা যন্ত্র ময়াম্বু পুক্নিংগী অপাম্বা পামদবা এংদবসু মথৌ তৌহনলি। মাদুদি পুকনিংনা ইথং থংদনা মথৌ তৌবা হকচাংগী যন্ত্রদি থবোম্বীনা স্বর হোন্দোক হোঞ্জিন, থজিনগী উমশিনবা ফন্দোকপা, চাথরবা পোৎপু তুমহনবা কংহনবা, ঈ ওলহনবা, যন্ত্রগী থবক অসিনাচিংবা হকচাংগী মন্নুংদা লৈবা যন্ত্রসীংগী মথৌ অসি পুকনিংবু ইএং এংদনা মথৌ তৌবা ঙাকনি। মাদু তৌহনবা স্নায়ু প্রবাহসীং অদুবু সহানুভূতিক মণ্ডলী কৌই। ঐখোইনা—তুমখরদুনা পুকনিংনা করি অমত্তা খল্লবা মতমদসু থবোম্বীনা স্বর হোনবা কাঙ্গদে, থজিনগী মিন্থুন অদুম্মক হুল্লি। থিবোংখাওনা চাথিবা পোৎপু তুম-হনবা, ঈবু মফম মফমদা চৎহনবা অদুম্মক তৌই।

হকচাংদা লৈবা যন্ত্রসীং অসিদা ঐখোইগী পুকনিংনা করিগুম্বা অমত্তা তৌহনবা ঙমদে। অসিগুম্বা পুকনিংগী মতুং ইন্দবা হকচাংগী যন্ত্রসীং অসিনা মাপী মাগী মসিন কাইদরিবামখৈ মাখোই অতুবু পুকনিংনা করি অমত্তা খংদে, তৌইগুম্বস্থ মতম অতুদা পুকনিংনা মুংঙাই, অতুগা মন্ত্রসীং অতুদা করিগুম্বা অকাইবা অমত্তং হেক যাঙবগা পুরিংনা থান্না ব্রাই,—লৈবা ঙমদে। মাসিদগী ভাব অমা তাবকই, মাতুদি,—যন্ত্রসীং অতুগা পুক্লিংগা খাদোক্লবা যাদবা মড়ী অমা লৈবগনি। মড়ী (সম্বন্ধ) অতু খংলবদি পুকনিংগী মতুং ইন্দু হাঙ্গবা থাদবা যন্ত্র পুন্নামক অতুব পুক্লিংনা শাসন তৌবা যাগনি, হাঙ্গবা ভাব অসি ফই। মাসিদগী যোগগী থোং হাংবা হৌই। যোগীসীংগী "ইড়া, পিঙ্গলা, অমসু সুষুম্ন" কৌবা মড়ী অহুম অমসু চক্র তরুক মাখোই মাপন অসি, হাঙ্গখ্রবা সহানুভূতিক মণ্ডলী মন্নুংচনবা স্নায়ু প্রবাহনি। ইডা কৌবা মড়ীনা যালেনগী তিঙদা ওইরোমদা পিঙ্গলা মড়ীনা এৎলোমদা অমসু সুষুম্না মড়ীনা মযাইদা লৈ। ইড়া অমসু পিঙ্গলা কৌবা স্নায়ু প্রবাহ অনি অসিদি পুকনিংগী অনীংবা তৌবা স্নায়ু প্রবাহসীংদগী তোঙানবা স্নায়ু প্রবাহনি। মাখোই অনি অসিদা পুকনিংগী শাসন অমত্তা চংদে। সুষুম্না মড়দি যালেন তিঙগী ময়াইদা লাকতুনা মখাবোমদা মচিন মেনসিন্দুনা লৈ। মাগী মনুংদা চিত্রা কৌবী মডী লৈ। মানা লব্রাইলেন্ফ,—ব্রহ্মচক্র ব এৎসিন্দুনা লৈ। থোপকী মনুংদা গুহা মণ্ডা (Ventreles at the Brin) থিঙ্গাইতুনা মেডুলা অবলঙ্গেটা অমসু যালেন তিঙ মযাইদা চৎলি।

## হকচাং মনুংদা লৈবা চক্র তরুক্তি :—

(১) কুলকুণ্ডলিনী— ( Ganglia )
(২) স্বাধিস্থান— ( Sacrual plexus )
(৩) পুকমনুংদা মণিপুর— ( Abdominal plexus )
(৪) থবাক্তা অনাহত— ( Cardiane plexus )
(৫) ঙক্তা বিশুদ্ধ— ( Medulla of longata )
(৬) থোপতা আজ্ঞা— ( Frontal plexus )

থব্রাইপানবগী চিঙ্গাক্তা লৈবা পাঙ্গলবু সৌরশক্তি কৌই। মহাক্তি মুমিৎতগী লাকপা পাঙ্গলনি। থব্রাইপানবনা মামাগী মচিঙ্গাক চাই। মাত্থদি হকচাংদা সৌরশক্তি হাপচিনবনি। মাথু নোংমতুং হাপচিন্দবগা পাঙ্গল হেক্তা হনথৈ। মাথু হাপচিন্দ্রগা শি। ঐখোইনা হিংলিবা অসি সৌর-শক্তি—মুমিৎকী পাঙ্গল্থনা হি বনি। মুমিৎকী পাঙ্গল অদু মুতিগী থব্রাই পানবনা মচিঙ্গাক চাত্থনা মুমিৎতগী মাগী পাঙ্গল সৌরশক্তি লৌশিনবনি। ঐখোইনা চাত্থনা লৌসিনলিবা মুমিৎকী পাঙ্গলবু হকচাংগী মফম অনিদা লীত্থনা থমই, মাত্থদি থোপতা অমনা কুলকুণ্ডলীনীদানি। থোপতা থম্বা সৌবশক্তিনা পুক্রি'গা মথৌ, অমসু মীৎ, না, নাতোন, লৈএং উন, খোঙ, চীন, ঈসিংথো', গুহ্য, অসিগুম্বা হকচাংগী ইন্দ্রিয় মখল তবাগী পুক-নিংগী অপাম্বা তৌনগী মশিল তৌবদা শিজিন্নৈ। অত্থগা কুলকুণ্ডলীনীদা থম্বা সৌবশক্তিনা পুকনিনা সীজন্নবা ভমদবা মন্থংদা লৈবা যন্ত্রসীংগী মসিন তৌবদা সীজিন্নাত্থনা হকচাংগী হিংনবা থবক তৌনৈ। মাস্থম তৌত্থনা চাত্থনা চিঙ্গাক্ত লৌসিনবা— সৌবশক্তিবু হকচাংগী থবক মখল অনি তৌবদা তোঙান তোঙান্না শিজন্নৈ যোগীনা যোগগী পাঙ্গলনা সুষুম্না মডীগী মচিন খুমখিন্দুনা লৈবা হাংদোকত্থনা তুমত্থনা লৈবা কুলকুণ্ডলীনীবু হৌদোকই। অত্থগা পুকনিগী মখাদা লৈতবা সহানুভূতিক মণ্ডলীগী থবক তৌবদা পুকনিগী মখাপোননা তৌবা ভম্নবা তাল্লি। মাসিনি, যোগীসীংনা ফগে তানবদি। সহানুভূতিক মণ্ডলীবু পুকনিংনা খংদনা তৌরিবা স্বর হোনবা, মীহুন হুনবা, চাখিবাবু তুমহনবা, ঈ ওলহনবা, ঈ অত্থবু হাকচাংগী মড়ী খুদি দা চেলহনবা বস, ওজ, বীয সেম্বা অসিনাচিংবা হিংনবগী থবক পুম্বা পুকনিংনা তৌহনিংবা তৌবা ভমই, খুদমগীদমক ঐখোইনা মপান্দগী চীঙ্গাক চিন্না চাত্থনা লৌসিনলি। মাত্থদা পুকনিংনা ব্রাএন তৌই। শাইবা য়োৎপা, মাত্থন্না অমাংবা থাদোকপা, পুকনিংনা থাদোকনিংলগা থাদোকই। তৌইগুম্বসু চাখিব্রা পোৎ হকচাংদা চাকখাওদা থম্বা, অন্ত্রদা থমত্থনা ঈ ওলহনবা মাখোই অসিদি পুকনিনা করি অমত্তা খংত্রবনি। অত্থগা মাত্থদা খজিক্তুং সোইরবদি যেকপা থিনবা তৌরকত্থনা হেক্তা খংই। পুকমংদা লৈবা মণিপুর চক্রগী মশিন্না পাকাশয় অমসু অন্ত্রগী মশিন

তৌহল্লি। অছুনা মণিপূরবু পুকনিংগী মথাদা থম্বা ঙমলবদি, চাখিবা পোৎ নিংখিনা ভুমহনবা ঙমগনি ঈনাচিংবা নিংথিনা সুংহনবা ঙমই, হকচাংদা অনাবা লৈহন্দবা অমসু শিনিংত্রিবা মখৈ শিদবা ঙমই।

যোগীসীংনা হাঈ,—থোপকী মন্ত্রদা মীৎ অমা লৈ। মীৎ অছুবু পাংথোকপা ঙম্লবদি, উদবা, খংদবা, পুংবা উট্রি গই মতম অছুদগী যোগীসীংনা থোপ্তা মথাদা পীনিযাল গ্লাণ্ড লৈবম্বগা মফম উই। থাইনা মীওইবদা লাইপক মযাইদা মীৎ অমা পাল্লমই, মতমগা মতুংইন্না মীওই-বগী মশক হোংলকপদা মীৎ অছু লৈশিন্দবনি। ঐখোইনা মহাদেব, দুর্গাগী মূতবু থাইনা মীওইবনা ওইবম্বা মূতি ওইনা পবিবল্লনা তৌই। অছুনা থাইনাগী মীওইবগী লাইপক মযাইদা মীৎ অমসু পাল্লম্বা অছুগী মফমদা মীৎ অহুমসুবা অমা হেন্না হাপালবা অসিনি। ঐখোইনা হুজিকসু তন্ত্র, যন্ত্রগী মন্ত্র সোনলমদাইদা মীৎতা মন্ত্র সযেক হাপ্পদা মীৎ অহুমদা হাপই "ক্লীং নেত্রত্রযায বৌষট" অসিনাচিংবা, হাঈদুনা মীৎ অহুমদা হাপলিবা অছু থাইনা তাইবংমী ঐখোইদা মীৎ অহুম পাল্লম্বগী থদগনি। অহুম সুবা মীৎ অছুদি থাইনা মীওইবদা পাল্লম্বগী মফমদি হুজিক ফাউবা মী-ওইবগী কোক্তা মন্থংদা লৈব্বি। মীওইবনা থাংনাদি মীৎ অহুম পাল্লিবৈদদি আধ্যাত্মিক জ্ঞান উরমই। উদবা, খংদবাপুম্বা উবমই, খংলমই মাত্র পাম্দ-বৈদগী মীওইবগী জ্ঞান হনথখি। হুজিকসু যোগসাধনাগী পাঙ্গলনা মীৎ অছু পাংথোকহল্লবদি উদবা খংদবা, সু খবা, উবা জ্ঞান থোবকই। হঠ যোগীনা তানবনা কুলকুণ্ডলীনীবু হৌদোকতুনা শদবা, নাদবনাচিংবা ফংগে তানবনি! রাজযোগীনা তানবনা অহুমসুবা মীৎ পাডুনা উদখংদবাবু খংনবা তানবানি।

থম্বাই পানবনা চীঙ্গাক চাডুনা হবচাদা সৌবশক্তি লৌসিনলি, চাখিবা চিঙ্গাকনা চাকখাও খোইড়ীদা মথং মথং মার্গ। থবক অদু তৌডুনা পুং ২৪ লৈরগা 'রস' কৌবা পোৎ অমা ওই। বসনা মীওইবদা লৈরগা মুঙাইবা, থৌনা ফবা, অমসু ফিগত্তবা ওইহনলি সক, সিল্লি, তীঙ, তোং অমসু ঈ, মখোই তঙ্কক আসদা বসনা পুঙ ১২০ গা মিনিট ৬ চুপনা মথং মথং লৈহুনা মুমিৎ ২৫ নিগা কলা ৭৫ চংই, অছুগী মতুংদা

পুন্ড ৬০১ গী ভুংদা পুন্ড ৭২১ দি হেন্দরিবৈদা রসনা নিপাদা বীর্য, সুপীদা ঋতুগী ঈ ওল্লি। রেতঃ হাঙ্গৈরবদি নিপাগী বীর্য অমসু সুপী রক্ত অনি মকপু থংনৈ। বেতঃ লৈরগা মী অচুদা পাঙ্গল অমা পোকই। পাঙ্গল অচুবু 'ওজস্' কৌই।

ওজস্তি বস অমসু পাঙ্গল অনিগী লেংদবা মচিনি। অণ্ডকোষ (মরুম) দা শুক্রগা লোইনচুনা পোকমিন্নৈ। শুক্রনা ঈসিংগী তুংনকমগী নাক্তা লৈবা শুক্রগী লৈফম ( Vesiculae Seminalis ) দা পৈশিন্দুনা লৈ। ওজস্না ঈদা তো চুনা চৎখি চৎখিচুনা থোপতা অমসু কুলকুণ্ডলিনী, স্বাধিস্থান, মণিপুর, অনাহত, বিশুদ্ধ অমসু আজ্ঞাদা তুংশিন্দুনা লৈরুই। স্ত্রী সহবাসকী মতমদা শুক্রনা শুক্রাধারদগী তারকই। শুক্রনা শুক্রাধার থন্না লৈরবদি স্ত্রী সহবাস নত্তবাদসু ম ( স্বপ্ন ) নাচিংবদা তাথি। মাসুম তৌচুনা রেতনা হেন্না চৎলবদি হকচাং ওজস্ মযেং তাই। ওজস্তি স্নায়ু মণ্ডলীগী চীঞ্জাক্লি। মী অচুগা কোকতা—থোপতা ওজস্ যাম্না লৈবা মীদি মানা নিংবা পাম্বা—ইচ্ছাশক্তি অচু যাম্না মপাঙ্গল কনলি। মী অচুনা খজিক্তা তৌবদা মীযাম্নু ইবাই লাইনা ঙমই, অমসু মাগী পুক্নিংদি মতিক যাম্না চাওই। মানা করি-গুম্বা অমঙ থনবদা পুক নং অনি লো দবা ঙমই। মরম অসিনা রেতবু থাদোক্তবা ব্রহ্মচর্য্য ব্রত তৌবা হাঙ্গৈবসি মী পুক্নমক্কী কান্নথোহ্বনি; অচুনা যোগীনা উর্দ্ধরেতা ওই।

ঐখোইনা ই৺ৎতত্তনা স্বর হান্দোক হোঙ্গিন তৌই, মাসি মিনিট ৫দং থিংলবদি হকচাং অসি মুশিল্লরই, প্রাণনা মপান্দা থোকখি। অসিগুমবা সুংশাস্বর হোনবা অসিবু সহানুভূতিক স্নায়ুমণ্ডলীনা তৌই। মাদি যাংলেন্দা লৈবা তিঙদা বেন্দ্র ওইনা লৈ। তুমদবা মতম— তাইব দা ঐখোইনা—স্বর হোনবাবু থিঙ্গে থাদোক্কে ঙমই। অচু ওইববদি মন্ু'দা লৈবা যন্ত্রসীং অতৈসীং অচুসু থিঙ্গে হাঙ্গৈবা ঙমই। থিঙ্গে থাদোক্কে ঙম্ববনিনা মাখোইগী যন্ত্রসীং অচুগী মথক্তা পুকনিংনা ৱাযেন তৌবা ঙম্ববা হোৎনখা যাবা তাই। মরম অসিনা যোগগী হৌবদি যোগীসীংনা স্বর হোনবদা ৱাএন সেমবা—অসিনা হৌই, মাচুবু প্রাণাযাম কৌই।

যোগীসীংনা প্রাণায়াম তৌই, সুংশাস্বর অসি হোন্দোকপদা অমসু

হোঙ্জিনবদা নাতোন অনিমক্তা চপ মান্নবা চত্তে অমস্তু চংদে। নাম-দা চিং-শিনবা, নাম্ম থিংত্নুনা থম্বা, নাম্ম অমবোমদা থাদোকপা অসিনা হৌই।

ঐথোইনা স্বর চিংশিনবদা মপানগী মুংসিৎ থবোম্বীদা পুশিল্লি, মাত্নুনা শোকপদা মন্নুংদা লৈবম্বা ঈনা মচু মুবম্বা ঙাঙথোকই। ঈগী হাম্না মুবম্বা মচুবুনা স্বর হোন্দোকপদা পুথোকত্নুনা মপান্দা থাদোকই। মাসুম তৌত্নুনা নাতোন্দগীনা খোঙ্গ ফাউবা, অমোক খোঙ্গদোদগীনা নাতোন ফাউবা চৎলিবা স্বর অসিবু "প্রাণ" কৌই। মাবু মাইবগী লাইরিকনা মুংসিৎনি, হাঈ। অত্তু ওইরবসু মাদি মপানগী মু সিৎ অসি নত্তে। মানা হঙ্গৎ হন্দা চৎপদা মপানগী মুংসিৎকা সন্নকই, মপানগী মু সিত্তগী অন্নজান লৌশিল্লকই, মাত্নুনা মন্নুংদা লৈরম্বা ঈ ঙাংহল্লি, ঈনা পুশিনখিত্নুনা হকচাং পুম্বাবু ফগৎহনলি। ঈদা লৈরম্বা অমুবা অত্তুদি ফওবা কার্বলিক এসিড অত্তু পুথোকখি, মপান্দা মাংহনখি।

প্রাণাযাম তৌত্নুনা মহৌশাগী তৌবিব থবক অসিবু মাগী পুকনিংগী মতু ইন্না ব্রাএন তৌবা ঙমই। মতম কুইনা প্রাণাযাম তৌত্নুনা অসুম অসুম পুকনিং তপনা সান্নরগা প্রাণ (নাতোনদগীনা খোঙ্গ ফাউবা, খোঙ্গদগীনা অমোক নাতোন ফাউবা চৎলিবা) কৌবা মু সিৎ, মাসুমনা খোঙ্গদগীনা—গুহ্য ফাউবা হঙ্গৎ হন্দা চৎপা অপান, মাখোই অনিসি মশা অমত্তা ওইরকই। মাসুম্না হাঈরোই হাঈরগা মণিপুরদগী মথক্তা চৎলিবা স্নায়ু প্রবাহ, মাসুম্না চৎলিবা স্নায়ু প্রবাহ, প্রবাহ অনি অসি মশা অমত্তা ওইত্নুনা তিনসিনলি। মতম অত্তুদা নাতোনদা লৈবা ঈডা অমসুং পিঙ্গলা মডী অনি হৌদোকই, হাঈবদি— মডী অনিত্তু লেং-ওৎলকই। মাত্নুম তৌত্নুনা প্রাণাযাম তৌত্নুনা প্রাণবায়ুনা লব্বাই লেনফুদা চংলবদা মাংদগীনা মূলাধার তম্না যা লেনগী—তিঙদা চৎখিবা সুষুম্না মডীনা হৌগৎলকই—লেই; মাগী মচীন উমসিনবা অত্তু কাথোকই। মতম অত্তুদা কুলকুণ্ডলিনী (Ganglia impar) না তুম্নম্বদগী হৌগৎলি। মাত্নুবু যোগগী মবোন্দা 'কুলকুণ্ডলিনী উত্থাপন'—কুল কুণ্ডলিনী হৌদোকপা কৌই। মাসি যৌবদা যোগীনা যোগগী থোং হাংলে। অত্তুদগীদি মথং মথং যোগগী লম্বেলদা চংখবে, চান্দ্রবসু হিংবা ঙমলে, শিবাসু মাগী মনিং ওইরে; মাসিনা যোগসিদ্ধগী অহানবা থোঙনি। থোঙ অসি

হাংদরিবামখৈ মীওইনা পোকপগী মহৈ যান্দরি, মরম্অসিনা যোগগী লম্বেনন্থু অসিদা চংখিবা ঙাক্তনি। মাসিদগী খংলে— তাইবংপানবদা পোকলিবা অসিনা তানগদব দ যোগসিদ্ধ ওইবা অসিত্তনি। যোগনা থব্রাইপানবাবু— তাইবংপানবগী মপুদা খূজেং পাংলোইননা পীবি। যোগদি স্ফুংসিংনি, প্রাণ-বাযুনি। অতুনা ঐন্দ্রসূক্ত অসিদা ইন্দ্র অমসু মরুৎ দেবতা অনি অসি তিন্নরা হাঙ্গমন্নে।

কংলৈ যুম্ফাল—মিতৈ লৈপাক অসিনা পৃথিবী মাতাগী খোঙ্গদোনি। মবম অসিনা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মিতৈ লৈপাক অসিবু মহাক্কী মহা-ভারত তাইবংগী সাহিত্য অথোইবদা মণিপুর হাঙ্গনা মিং থোন্দুনা নরাবতার তাইব মা ওইবগা মশক অর্জুননা যোগসিদ্ধ ওইবাবু আদিপর্ব্বদা লেংলমই, মাতুগী অশম্বদি অর্জ্জুননা দ্রৌপদীগী ব্রশক কাঙ্গবদগী ব্রহ্মচারী ব্রত তৌত্নুনা তীথ চৎলি, অহানবদা হরদ্বারদা গঙ্গা তুরেনদা লুপ্তুনা উলুপী লৌই, মচানিপা ঈডাবান্ পোকই, মথদা মণিপুরদা চৎতুনা মণিপুর নিংথৌগী মচানুপী চিত্রাঙ্গদা লৌই, মচানিপা বভ্রুবাহন পোকই, মথংদা দক্ষিণদা সমুদ্র মপান্দা চত্তুনা অগস্ত্যতীর্থ, সৌভদ্রতীর্থ, পৌলোম তীর্থ, কারন্ধমতীর্থ অমসু ভারদ্বাজতীর্থ পঞ্চতীর্থদা বর্গা, সৌরভেয়ী, সমীচী, বুদ্‌বুদা অমসু লতা কৌবী অপ্সরা মঙা লানবিবা, ব্রারি অসিনা কুল-কুণ্ডলী উৎথাপন তৌত্নুনা নরাবতার— তাইবং মীওইবনা যোগসিদ্ধ ওইবাবু ব্রারি ওইনা তাহনবনি। অর্জ্জুননা হরদ্বারদা ঈসিং মনুংদা লুপ্তুনা উলুপী লৌই, মাদ লিন নিংঙোননি, মাঙোন্দা মচানিপা ঈরাবান্ পোকই,—কুল-কুণ্ডলিনী উত্থাপন তৌই, মণিপুরদা চৎলি, মণিপুর্বদি খোঙ্গদা পুকমুংদা লৈবা Abdominal plexus নি, মহাক্কী মবেমা চিত্রানাড়ীবু মহাভারতনা চিত্রাঙ্গদা কৌই, মহাকপু অর্জ্জুননা লৌই, হাঙ্গবদি খোঙ্গদো শায়ৈ, সিদ্ধ ওইরে হাঙ্গবনি, মচানিপা বভ্রুবাহন কৌবা অমা পোকই, হাঙ্গবদি খোইদৌব্রা সান্নবা সিদ্ধ ওইরে, হাঙ্গবনি, বর্গানচিংবী অপ্সরা ময়াম লানবিহ্নুনা তীর্থ মঙা সেংদোকপা হাঙ্গবদি যোগীনা খোইদৌব্রা সান্নাবদা খোঙ্গদোদা লৈবা তীর্থ মঙা অদু উত্থাপন তৌবাবু অমসু তীর্থদা যোগধ্যাননা স্নান তৌবাবুন্থু অপ্সরা বর্গানাচিংবিবু লানবা হাঙ্গবনি, অর্জ্জুনগী তীর্থ যাত্রাগী ব্রারি

অসিনা যোগসাধনাবু ব্যাখ্যা তৌবনি, মাসিগী মরমদা চিংনবা লৈতে। মাফম অসি মাইথোলোজীনি। ভগবান্ বেদব্যাসনা মহাভারতকী পৌরাণিকী কথা অসিনা মরম ওইদুনা কংলৈ মিতৈ লৈপাকপু যোগসাধনা তৌনাফম যোগসিদ্ধ ফংফম পুণ্যতীর্থ অথোইবনি, হাঈন' তাকপনি, মাদুগী অউবা থুদমদি, মিতৈ লৈপাকতা হুজিক ফাউবা যোগধ্যানদা লুপ্তুনা লৈবা, মরক মরক্তাসু তাইবংমী ঐথোইবুসু উহনবা যোগসাং অসিনি। ব্যাখ্যা অসিনা মরম ওইদুনা ঐন্দ্রস্কুদা মরুৎকা ইন্দ্রগা হাঈমন্নাবগী ব্যাখ্যা অসি ঐথোইনা ঈথোকপনি।

পাওল— মোসলমানসাগী 'কোরাণ' ধর্ম্ম লাইবিক্তসু মরুৎসীংবু লাইগী দূতনি হাঈ। মবৎকী মাফমদা কোরাণনা হাঈ,— আদমগা মচাসীংগী ফত্তবা লমচৎনা পৃথিবীদা যান্না অৱাবা পীবে, স্বর্গগী দূতসীনা ফত্তবা লমচৎনা যান্না মাহনলবদা ফত্তবা লমচৎ অদু ডাকপিনবগীদমক তাইবংপানবগী মপুন্না চংজৈ। আদমগী মচাসীংগী লমচৎ ফত্তবা কোক্লবাগী-দমক তাইবং মপুনা মকুং অমসু হাকুৎ কৌবা দূত অনি থাবকই, মাখোই অনিনা যান্না হৈসীবগা লোইননা মাখোইগী তৌফম থোকপা থবক পুন্না তৌহ, অদুনা মাখোই অনি অসি যান্না মমিং চৎতুনা ফাডহ। মাখোই অনি অসিগী যান্না হৈাসংবা উবদা জোত্রা ( ঈবাহ গ্রহনা ) না মুপীগী মশক লৌরদুনা পৃথিবীদা বুম্লকই। মবৎ অমসু হারুৎনা মুপী অদুগী মশক ফজবা উবদা ইসুমহুমহৎখবে। মুপীগী মশক লৌরিবা জোত্রানা স্বর্গদা চৎলবদা মকুৎ অমসু হারুৎ অনিসু মতুং ইনলে। তৌই-গুম্বসু স্বর্গগী থোঙ ডাকপা রিদ্বাননা মাখোইবু স্বর্গদা চংহন্দবে, মাসুম তৌদুনা মাখোইনা মুপীগা সন্নাকুবগী পাপ কোক্লবা প্রায়শ্চিত তৌবা হৌই। বিচারগী অরোইবা মুমিৎ ফাউবা বাবলিন নগরদা ফাদুনা থম্বা ডাখি। মাফম অসি ঐগী বেদগী ওজা প্রসিদ্ধ লাহিড়ীগী পাদটীকানি।

---

৬সুবা সূক্ত। ইন্দ্র অমসু মরুদ্‌গণনা দেবতানি।

যুঞ্জন্তি ব্রধ্নমরুষং চরন্তং পরিতস্থুষঃ।

রোচন্তে রোচনা দিবি ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—পরিতস্থুষঃ ( লোক অহুমক্তা লৈবা থব্বাইপানবাসীংনা ) ব্রধ্নম্ ( অতিযাদা নুমিৎ ওইনা লৈবা ) অরুষম্ ( থব্বাইপানবাবু মাংহনদবা মৈ ওইনা লৈবা ) চবন্তম্ ( নুংসিৎ ওইদুনা মফম পুম্নমক্তা চৎপা ইন্দ্রবু ) যুঞ্জন্তি ( মাখোইগী মথৌদা লাই ওইনা ঈড়াৎলি ) দিবি ( নিংথৌ লৈপাক্তা ) রোচনা: ( ইন্দ্রনা থব্বাম্মচাক মযাম ওইনা ইবং ল না থোকতুনা ) রোচন্তে ( ঙানলি ) ।১।

অনুবাদ ঃ— ভূঃ, ভুবঃ, স্বঃ কৌবা লোক অহুমদা লৈবা থব্বাইপানবা পুম্বনা, অতিযাদা নুমিৎ ওইনা থোকপা, থব্বাইপানবাবু মাংহন্দবা মৈ ওইনা লৈবা, নুংসিৎ ওইনা মফম পুম্নমক্তা চৎপা, ইন্দ্রবু মাখোইগী মথৌদা লাই ওইনা ঈড়াৎলি, নিংথৌ লৈপাক্তা মানা থব্বাম্মচাক মযাম ওইনা থোকতুনা ঙানলি ।১।

ব্যাখ্যা— ঐখোইনা আলোচ্য ঋক্ অসিবু গুরু পরম্পরাগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌই। গুরু নাইদবা ইউরোপীয়ান স্কোলারসীংগী মততদি ঐখোই-না তৌবিবা ব্যাখ্যা অসি যাদে। খৃদমগী দমক রমেশচন্দ্র দত্তনা সায়ণগী মত মতুংইন্না ঋক্ অসি ব্যাখ্যা তৌরগা হাঈ, মাতুদি,—"সায়ণগী ব্যাখ্যাগী মতুংইন্না ঋক্ অসিগী অর্থ মথক্তা লৌখৎলে, মাগী অর্থগী মরমসু থংলে। মাতুদি,— সূর্য, অগ্নি, বায়ু অমসু নক্ষত্রসীং অসি সূর্যগী তোঙান তোঙানবা মূর্ত্তিনি। তৌইগুম্বসু মূলদদি ইন্দ্রগী নত্রগা সূর্যগী নত্রগা মৈগী নত্রগা— বায়ুগী মিংদি য়াওদে, মুপনগী বিশেষণ ঙাক্তনি। সায়ণনা অনুমান তৌদুনা দেব—লাইসীংগী মমিং ব্যাখ্যাদা হাপচিনবনি। মাতদি,— মূলদা "অরুষ" শব্দ যাওই, সায়ণনা মাতুগী অর্থ তৌই,—'হিংসা লৈতবা।' হিংসা লৈতবদি কনানো? সায়ণনা অনুমান তৌই, মাতুদা হিংসা লৈতবদি "অগ্নি—মৈ" নি, হাঈনা তৌশিল্লে, মাসুন্না অর্থ হনবা অসি ম্যাক্স মুলারগী মত নত্তে।

মরম অতুনা মানা সূক্ত অসিগী অর্থ অমা ওন্নতৈননা তৌই, মাহুদি, "Those who stand around him, while he moves on, haviness the bright red steed, the light of heaven shine earth" 'অরুস' গী অহানবা অর্থদি অঙাংবা মচু হাঈবনি। মাতুন্না 'অরুষ' বু বিশেষ্য ওইনা শিজন্নববদি সূর্যগী সগোল অমগী মিনি ময়াগী মুংবনা অমসু হাঈ, সূর্যগী সগোল অঙাংবা অসি গ্রীস্ লৈপাক্তা মশক থৈখিহুনা— "Eros" অমুন্না কৌনখি। ( Cupid in Latin ) প্রেমগী লাইনি হাঈন। ঈডাংনৈ। Glips from a German workshop voll II (1867) p. 28 to 140. সূর্যগী চুম্নগী সগোলগী মিংদি 'হরিৎ' কৌই। মবম অতুনা সূর্যবু হরিদশ্ব কৌই। Max Muller না বিচাব তৌখি, সূবগী সগোলসী অসিবু গ্রীস লৈপাক্তদি মশক থৈখিহুনা "Charte" কৌহুনা ( The graces ) মশক ফজবী অমসু মাবু যাম্ন পাম্নবী দেবী অমা ওইনা পূজা তৌনৈ। ( ঐগী ওঝা লাহিড়ীগী পাদটীকাদগী লৌবনি )।

আলোচ্য ঋক্ অসিগী ব্যাখ্যাদাসু তোঙান তোঙানবা ব্যাখ্যা কায়সীংগা তোঙান তোঙানবা অনৌ অনৌবা ব্যাখ্যা ফোংদোরবি। মাহুদা সুমিৎ মাহুন্না থব্রানমচাক মযাম অসি লে ওৎলি, হাঈব। খ দবা জড়পদার্থনি, হাঈনা লৌই। সুমিৎনা সগোন তোংহুনা চৎলি, হাঈবা অসিদি থাইনাগী মীচমসীংনা নিংলহনি, ব্যাখ্যাদাসু মাহুগুম্বা ভাব অতুতা ফোংদোকই। কনাগুম্বা অমনা তৌবা ব্যাখ্যাদগী খই, মাহুদি সুমিৎ, থা, থব্রালমচাক মযাম পুম্নামক অসিবু লাই ওইহন্দুনা কনাগুম্বা চঁবোন তৌবা কাংবুনা পূজা উপাসনা তৌই। ইউবোপিযান পণ্ডিতসী গী খোঙ্গুল লীহুনা চৎলগা বেদগী মন্ত্রসীং অসিবু "লৌমীসী গী ঈশৈ—অসভ্য—হাওনাই অপংবা জ্ঞান লৈতবাসীংনা জড়োপাসনা" তৌবনি, হাঈনাবগীদমক, মাখোইনা মাসুন্না বেদব্যাখ্যা তৌরমই, মাহু হাঈরুবগা রাযাম ভাংবা ওইনা থোকই। মাহুগুম্বা ব্যাখ্যাদা ঋক্কী করিগুম্বা তাৎপর্য অমত্তাসু ফংগদবা লৈতে। অমুন্না ঈরাইলাইনা হেক্তা খংই।

মাসিদা রা য়াম্নাবিবদি 'অরুস' শব্দ অসনি। মহাক্কী অর্থদি.— সগোন হাঈবনি। হিংসার্থ রুষ ধাতুদগী "অরুষ" শব্দ ওই। মহাকনা

হিংসা তৌদবা, মাতু হাঙ্গৈত্রগা মহাকপু হিংসা তৌদবাবু 'অরুষ' কৌই। মরম অসিনা অরুষগী ধাতুগী অর্থ লৌরবদি 'অরুষ' শব্দনা 'সগোন' হাঙ্গৈবা ওমদে। ধাত্বর্থ অতুগা চানাহন্দুনা অর্থ পুথোক্লবদি অকাই অতোই পুম্বা কোকই. 'সূর্যনা সগোন তোংতুনা কোঙ্গৈনা চৎলি' হাঙ্গৈরবদি মহাক্কী তাৎপর্য খংবা যাম্না লুই, তৌইগুম্বস্তু অরুষ শব্দনা মাবু হিংসা তৌবা লৈতবা, মৈগী মশক ওইতুনা ব্রহ্মগী মশক ফোংদোকফমনি, অস্তুম্না অর্থ লৌরবদি, ঋক্ অসিদা ওন্নাতৈনবা ভাবপুম্বা খংবা য়াই, অর্থ অতুনা চান্নবনি অমস্তু অর্থ অতুনা শাস্ত্রগা সম্মত ওই।

খজিক্তং পুকনিংচংনা এংলবদি, হেক্তা উই ঋক্ অসিদা য়াংখ্রবা ফিদম্ অমা সেম্বা য়াই, মাতুদি ঃাসান. ইন্দ্র অগ্নি, বায়ু নক্ষত্র—পুম্নামক অসি, স্থপনাগী অমক্তনা ফোংদোকপনি। পুম্নামক অসি, অতুগুম্বা অমত্তা ওাইবা মহাক্তগী বিভূতি ওাক্তনি। স্থপনাগী অমত্তা.ওাইবা মহাক্তনা স্বর্গ, মর্ত্য, নাচিংবা মবোল তবাগা মবিমক্তা মতমপুম্নামক্তা মফম পুম্নামক্তা সিনথুংনা ওান্দুনা লৈবনি, অমস্তু মাওোন্তদা পুম্নামক অসিনা ময়ুং মফেন ওইদুনা লৈবিবনি। ভগবদ্গীতাদা বিশ্বরূপ উবদা অর্জ্জুনগী য়াহৈদা অতুগুম্বা ভাব পুম্নামক অতু লোইনা ফোংদোকই। বিশ্বরূপ উবদা কিরবা, মুংসা থিরবা অর্জ্জুনগী য়াহৈদা ভাব অসি লোইনা ফোংদোকই। কিরবা, মুংশা থিরবা অর্জ্জুননা লৈসিলৈথোনলি,—

"পশ্যামিদেবাংস্তবদেবদেহে সব্বাংস্তথাভূতবিশেষসঙ্ঘান্।
ব্রহ্মাণমীশংকমলাসনস্থমৃষীংশ্চসর্ব্বানুরগাংশ্চ দিব্যান্ ॥
অনেকবাহূদরবক্ত্রনেত্রং পশ্যামিত্বাংসর্ব্বতোঽনন্তরূপম্।
নান্তংনমধ্যং নপুনস্তবাদিংপশ্যামিবিশ্বেশ্বরবিশ্বরূপম্ ॥
কিরীটিনং চক্রিণঞ্চ তেজোরাশিং সর্ব্বতো দীপ্তিমন্তম্।
পশ্যামি ত্বাংতুর্নিবীক্ষ্যং সমন্তাদ্দীপ্তানলার্কদ্যুতিমপ্রমেয়ম্ ॥
ত্বমক্ষরংপরমং বেদিতব্যংত্বমস্য বিশ্বস্য পরংনিধানম্।
ত্বমব্যয়ঃ শাশ্বতধর্ম্মগোপ্তা সনাতনস্তং পুরুষোমতোমে ॥
অনাদিমধ্যান্তমনন্তবীর্যমনন্তবাহুংশশিসূর্যনেত্রম্।
পশ্যামি ত্বাং দীপ্তহুতাশবক্ত্রংস্বতেজসাবিশ্বমিদংতপন্তম্ ॥

দ্যাবাপৃথিব্যোরিদমন্তরংহিব্যাপ্তংত্বয়ৈকেনদিশশ্চসর্ব্বাঃ।
দৃষ্ট্বাদ্ভুতংরূপমুগ্রংতবেদংলোকত্রয়ংপ্রব্যথিতংমহাত্মন্॥
রুদ্রাদিত্যাবসবোযেচসাধ্যাবিশ্বেঽশ্বিনৌমরুতশ্চোষ্মপাশ্চ।
গন্ধর্ব্বযক্ষাসুরসিদ্ধসঙ্ঘাবীক্ষন্তেত্বাং বিস্মিতাশ্চৈব সর্বে॥

নহাক্কী হকচাংদা লাই মবাম, থব্রাইপানবা মযাম, থম্বান্‌দা ফম্বা ব্রহ্মা, ঈশ. ঋষি মযাম, লন মযাম, দিব্যমূর্ত্তি—খিবিক, পুম্নামক লৈবা উরে, লোইবা নাইদবা পাম্বোম মযাম, নহাক্কী মসি. লাকঙমদবা পাম্বোম পুক, মাই, মীৎ, পুম্নামক্তা লোইবা নাইদনা লৈবা নশক পুম্বা উবে, হে বিশ্বেশ্বর! বিশ্বপুম্বনা নশক ওইবা নহাকপু উরে, নহাক্কী অবোইবা, মযাই, নহাক্কী অহোবা লৈতে লুহুপ উপ্পা, গদা পাইবা, চক্র পাইবা, অঙানবানা নশক ওইহৃনতা ঙানবা, এংবা ওমদবা, পুম্নামক্তা চাক্লবা মৈ, সুমিৎনা নঙান ওইবা, থাঙ্গৈশেংবা জ্ঞাননা খংবা যাদবা, নহাক্তি পুম্নামক্কী অথোইবনি, তুংনাযমনি, নহাক্তি মযেং তাদবনি. মতম পুম্নামক্তা লেদনা লৈবনি, ধর্ম্ম ঙাকপনি মতম পুম্নামক্তা লৈবা লেংদবনি, নহাকপু এনা পুরুষোত্তমনি, অসুম্না খ ই, নহাকপু হানবা, মযাই. অপোইবা লৈতে, নহাক্কী পাঙ্গনগা ঙমখৈ লৈতে, লোইবা লৈতবা পাম্বোম পানবনি থানে সুমিৎনে অনিনা নহাক্কী মীৎনি। নহাক্কী চীন মনুংদা চাক্তুনা লৈবা মৈ অসি উবে, নহাক্কী নঙাম্না তাইবং পুম্বা থনলে, লৈপাক নোংথৌ খনিমক লোইনা থু না লৈবা অকিবগী মশক ওইবা নহাক্কী নশক উবহুনা মরোল অহুম্মক অসি হে মহাত্মন্ ব্যবে, রুদ্র, আদিত্য, বসু. সাধ্য, বিশ্বেদেবা, অশ্বী অনি, মরুৎ, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, অসুর, অশ্বীঅনি, মরুৎ উষ্মপা, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, অসুর, সিদ্ধ মযাম্না নহাকপু এংলি, মাখোই পুম্নামক ঈঙক ঙকলে অসিনাচিংবনি।

শ্রুতিদাসু (কঠোপনিষৎদাসু) হাঙ্গি, –

"অগ্নির্যথৈকো ভুবনং প্রবিষ্টো রূপং রূপং প্রতিরূপো বভুব।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা রূপং রূপং প্রতিরূপো বহিশ্চ॥
বায়ুর্যথৈকো ভুবনং প্রবিষ্টো রূপং রূপং প্রতিরূপো বভুব।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা রূপং রূপং প্রতিরূপো বহিশ্চ॥

সূর্যো যথা সর্ব্বলোকস্য চক্ষুর্ন লিপ্যতে চাক্ষুষৈর্বাহ্যদোষৈঃ।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা ন লিপ্যতে লোকদুঃখেন বাহ্যঃ॥
একোবশী সর্ব্বভূতান্তরাত্মা একং রূপং বহুধা যঃ করোতি।
তমাত্মস্থং যেঽনুপশ্যন্তি ধীরাস্তেষাং সুখংশাশ্বতং নৈতরেষাম্॥
নিত্যোঽনিত্যানাং চেতনশ্চেতনানামেকো বহূনাং যো বিদধাতি কামান্।
তমাত্মস্থং যেঽনুপশ্যন্তি ধীরাস্তেষাং শান্তিঃ শাশ্বতীনেতরেষাম্॥

অর্থদি—তাইবংপানবদা চংদুনা লৈবা মৈনা অমত্তা ওইরবসু মানা চংলু চংলুবা অদুগী মশক ওইবগুম, মশক মমিং তোঙান তোঙানবা পোৎ পুমনমক্কী মনুংদা লৈবা আত্মানা অমত্তা ওইরবসু মপান্দা পোৎসীং অদুগী মশক ওইদুনা তোঙান তোঙানবা মশক ওই। তাইবংপানবদা চংদুনা লৈবা—মুংসিৎনা অমত্তা ওইদুনা চংলু চংলুবা পোৎ অদুগী মশক ওইবাগুম্না, মশক মমিং পানবা পুম্নমক্কী মনুংদা লৈবা আত্মানা অমত্তা ওইরবসু মপানদদি—চংলু চংলুবা অদুগী মশক ওই। মুমিৎনা লোক পুম্নমক্কী মীৎনি, অদুম্না ওইদুনসু মীৎকী দোষনা মাঙোন্দা শোক্তে, মাদুগুম্না মশক মমিং পানবা পুম্নমক্কী মনুংদা চংবা আত্মাবু মপানদা ওইবা লোককী অৱাবনা শোকপা ঙমদে, মশক মমিং নাইবা পোৎ পুম্নমককী আত্মা—ব্রহ্ম অদু অমত্তা ওইরবসু মখখন মখা য়ামনা তোঙান তোঙানবা মশক্ ওইনা থাইদোকই, অদুগুম্বা ব্রহ্ম—আত্মাবু ধীর ওইবাসীংনা উই। অদুগুম্বা ধীর ওইবাসীংতনা অমাংবা লৈতবা মুংঙাইবা ফংই, অতোপ্পনদি ফংদে। অরেপপা (ধীর) লৈতবাসীংগী মনুংদা মাতদি অরেপপা ওইবা, খংবা পুম্বগী মহাক্না খংবা ওইবা, মাদি অমত্তুদি ওইরগ, ময়ামগী অপাম্বাবু পুবা, য়োকপীবা, অদুগুম্বা মাঙোন্দা লৈবা ব্রহ্মাবু ধীর ওইবাসীংনা উই. অদুগুম্বা মী অদুতনা লেংদবা অরেপপা শান্তি ফংই, মাদু নত্তবা মীনদি চান্নবা মুঙাইবা শান্তি ফংদে।১ঃ

যুঞ্জন্ত্যস্যকাম্যাহরী বিপক্ষসারথে।
শোনাধৃষ্ণূ নৃবাহসা ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— অস্য (অসিগুম্বা—ইন্দ্রগী) রথে (রথতা) কাম্যা

( ইখ্‌ৰাইনা মাবু পাম্লবা ওইবা ) বিপক্ষয়া ( রথগী নাক অনিদা অমামম—লৈবা ) সোমা ( মচু ভাংবা ) ধৃষ্ণু ( অকি অথং লৈতবা—নিঙাইদবা ) নৃবাহসা ( ইন্দ্র, সারথী অসিনাচিংবাবু মাখোইনা পুবা ) হরী ( সগোল অনিবু )—যুঞ্জতি ( চিংনবা পানসিল্লি ) ।২।

অনুবাদ ঃ— ইন্দ্রগী রথতা নাক অনিদা ইখ্‌ৰাই পুখনা পাম্লবা ওইবা রথগী নাক অনিদা অমামম লৈবা, মচু ভাংবা, অকিবা লৈতবা—নিঙাইদবা, ইন্দ্র, সারথীনাচিংবাবু মাখোইনা পুবা, সগোল অনি রথ চিংনবা পানলি ।২।

ব্যাখ্যা—ঋগমন্ত্র অসিগী সাধারণ, অর্থদি,—ইন্দ্রগী রথতা সারথি শীংনা সগোন অঙাওবা অনি পান্দুনা চিই, অসিতনি। তৌইগুম্বসুং সাধারণ অর্থ অসিগী ব্রাংমদা য়াম্না থুংখ্রবা অথ লৈবি, মাহুবু চুম্নগী ভাষ্যকারনাচিংবনাদি থোইনা হাঙ্গৈবিরমদে মাহুদি কনাগুম্বা অতম্লবা মী খরতনা এংসিনলি। ঐগী বেদ ভম্বীবা ওঝা প্রসিদ্ধ লাহিড়ীনা খবদং হাঙ্গৈ—মাহুদি,—"হরী" পদ অসি হরি শব্দগী দ্বিতীয়া বিভক্তিগী দ্বিবচন রূপনি, মাসিগী বিশেষণ খরা আলোচ্য ঋগ্‌ অসিদা হাঙ্গৈবি, মাদামদা এ সিনলবদি, ভাবরাজ্যগী অনৌবা থাক অমদা থু লৈ হরি শব্দ অসিগী অর্থদা কিরণ মাহু হাঙ্গৈদ্রগা জ্যোতিঃ মঙান অমুম্না অর্থদা লৌবনা চাবা হেনলি। সগোন তরেৎনাচিবা রথ তোংহুনা মুমিৎন চৎলি, হাঙ্গৈগা মঙান তরেৎনা ভান্দুনা মুমিৎ থোকই, হাঙ্গৈবা খংনৈ। মাহুগুম্না মাসিদামু সগোন অনিনাচিংবা রথ তোংহুনা ইন্দ্রনা চৎলি, হাঙ্গৈবা অসিদামু খংনাগনি। মাসিদা চিংনবা য়াই, মাহুদি কিরণ মাহু হাঙ্গৈদ্রগা জ্যোতিংগা অর্থ খংনববদি 'হরী' অমুম্না দ্বিবচন ওইবাদি করিগীনো ? অসিনি, মাহুগী মবমমু লৈ, মাহুদি,—ঐখোইনা নিংই, মফম অসিদদি 'ভক্তি' অমসু 'জ্ঞান' অনি অসিগী মঙানবু হাঙ্গৈবনি। রথনা মনোরথনি। মীওইবা ঐখোইগী পুকনিংগী মশক ওইবা মনোরথতা জ্ঞান অমসু ভক্তিগী মঙাননা তিল্লববদি মতম অহুদা ইন্দ্রদেব পরমেশ্বর—লেংলকনি, মতম অহুদা ঐখোইনা জন্ম জন্মান্তর থুদি দা পোক্তুনা তাল্লকপা সিদ্ধিপুম্বা ফংগনি। জ্ঞান অমসু ভক্তিগী সগোন অনিগী সারথিদি, ঐখোইগী সৎকর্ম্মা সারথিনি। হুজিক্তি সগোনগী বিশেষণ ময়ামদা এংলগা অমোক হেম্না অর্থ অসিবু চেৎসিনহনলি, সগোন অনিমু করম তৌই ?

"কাম্যা" অপাম্বগী মশকনি, ভক্তিবু জ্ঞানবু পাম্বনা মীপুম্বনা থিবদা ডাওনরিবনি। মাদুগী বিশেষণ 'কাম্যা' অসিনি। বিশেষণ অমা 'বিপক্ষসা' নাকন অনিদা তোঙান তোঙান লৈবা, মাসিদি জ্ঞানবাদীসীংগা ভক্তিমার্গী-সীংগা মহৈ মহৈ পানরিবা অদুবু হান্নীবান। রথচিংবা সগোল অনিনা খোংচৎ মান্নাদ্রবদি রথকী কান্নবা লৈতে মাখোহ অনিনা খোংচৎ তিন্নাখরক্তদা চৎপগা যৌফমদা যৌবনি, ভক্তিগা জ্ঞানগা তিন্ননা সমন্বয তৌদুনা চৎপা নত্তনা যৈদোম্নুদস্থ সংসারগা লম্বেন আস পুংহুনা ভগবান্ পরমেশ্বরদা চংগদবা লৈতে। অমোকস্থ অতোপ্পা বিশেষণ অহুমদা এংবিযু, — সগোন অনি অদু করম তৌই? 'সানা' মচু মথাম তিন্দুনা লৈ। ভক্তি অমসুং জ্ঞান মথল অত কযা যামথ্রবা কবম্বা মশকনা করম্বা ভাবনা করম্বা মাইকৈনা জ্ঞান অমস্থ ভক্তিগা উদয ওইগনি, অবোহবা নাইদে। জ্ঞান অমস্থ ভক্তি অঙ্গ মযাম লৈবা অত্তবু হান্নবান, 'ধৃষ্ণু' শব্দগা অর্থদি এরুবাবু কিহনবা হান্নীবনি, কাম, ক্রোধনাচিংবা মাওইবগী এরুবাসীংবু ভক্তিনা থমোইদা থোন্নগা তানখোকহ, মরম অদুনা ধৃষ্ণু বিশেষণ পদ অসি হাপই, বিশেষণ অমনা ন্যাতসা নীবু পুবা, হান্নীবন, মাদুদি জ্ঞান অমস্থ ভক্তিতনা মীওই-বাবু পবব্রহ্ম, ভগবান পবমেশ্বরগা নাত্তা পুহুনা চৎলে।

অদুনাদি ঋক্ অসিনা হান্নার, হে জাব। নহাক্না তৌজবা অফবা কর্ম্ম মযাম্না সাবথি ওইহুনা নহাক্না পুকনিংগী নাকন অনিদা জ্ঞান অমস্থ ভক্তিগী মশক শুইবা সগোন অনি পানসিলু, মাদুতনা মরম ওইহুনা নহাক্না অপাম্বা পুংগান, নংগী এম্নবা পুম্না মাংহনগনি। নহাকনা শ্রীভগবান্গী পাদপদ্মবু সংবাহন তৌবা ফংগান।

---

I I I
কেতুংকৃণ্বন্ন কেতবে পেশো মর্যা অপেশসে।
I
সমুষদ্ভিরজায়থাঃ ॥৩॥

অন্বযানুবাদ ঃ— মর্যাঃ ( শিবনা নহোন্না ওইবা হে মীওইবসা।— "আশ্চার্যংপশ্যত" ওনথোকপা অসি এংউ ) "আদিত্যরূপঃ অয়ং ইন্দ্রঃ—

সুমিৎ ওইনা থোক্লিবা ইন্দ্র অসিনা" (অসাব মঙান খিবিক্লা) অকেতবে (অহিংদা ভুমহ্বনা জ্ঞান লৈত্রবাগীদমক) কেতুমকৃন্বন (জ্ঞান লৈহন্দুনা) অপেশসে (অহিংদা অমম্বনা কুপশিন্দুনা মশক লৈত্রবগীদমক—হাঙ্গীষদি অমম্বা কোকহন্দুনা মশক উহনগে হাঙ্গীবগীদমক) সম অজায়থাঃ (থোকই। তা

অনুবাদ ঃ—শিবতনা নহৌশা ওইনবা। হে মীওইষসা। ওন্থোকপনি ॥ তাইবংপানবগী মপু ইন্দ্রনা সুমিৎকী মশক ওইড়না সুতিগী থোকতুনা থোকতুনা অমম্বনা কুশিন্দুনা জ্ঞান লৈরবা মাওইনাবু জ্ঞান লৈহনলি ।৩।।

ব্যাখ্যা ঃ—আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিনা তাইব মাঙেনবাবু কৌরড়না তাকলি,—তাইবংপানবগী মপুনা সুমিৎকী মশক ওইড়না থোকতুনা অমম্বা কোকহন্দুনা মশক উদ্রবা তাইব পুম্বাবু উহন্দুনা হিহনলি। অসি হাঙ্গী-ড়না অণ্ডকপাগী মশক ওইনা তাইবং পুম্বা লোশিনথানলি। "ঋক্" অসিবু জ্ঞান কাণ্ডদা শ্রুতিনা ব্যাখ্যা তৌই—

তমেব ভান্তমনুভাতিসর্ব্বং,
তস্য ভাসা সর্ব্বমিদ বিভাতি।

তাইবং পুম্বা অসি,—সুপনগী ইবুঙো মহাক মঙানতনা ঙানলিবনি মৈ, সুমিৎ, থা, থব্বানচাক পুম্বামক মসি ইবুঙো মাগী মঙাল্লা চংড়না ঙানলি, তাইবং মীওইবা ঐখোইগা অমম্ব থমোই অসিদা ইবুঙো নহাক্কী মশক উবা ফংদবে, সাধক পুরুষনা অব্বাবা খোঞ্জেলনা হিকনা হিকনা কৌরি, হে নঙাবনা নশক ওইনব। ইবুঙো নমা তাইব পুম্বাগা অমম্বা কোকহনলগা ঐভগী থমোইবুদি কবিনা ঙানবিদবগে? লাইসংনা ইবুঙো নংবু কৌরি,—

"অনর্পিতচরীং চিরাৎ করুনয়াবতীর্ণঃ কলৌ,
সমর্পয়িতুমুন্নতোজ্জ্বলরসাং স্বভক্তিশ্রিয়ম্।
হরিঃ পুরতসুন্দরদ্যুতিকদম্বসন্দীপিতঃ,
সদা স্ফুরতু নো হৃদয়কন্দরে শচীনন্দনঃ ॥

(ভবিষ্যপুরাণ প্রতিসর্গপর্ব্বণি কলিযুগীযেতিহাস সমুচ্চয়ে দশমাধ্যায়ে ৩১ শ্লোকে)।

মমাঙৈদা সত্যনাচিংবা যুগসীংদা কবিগুম্বা মতমদা কনাগুম্বা অমত্তদাস্থ পীথোক্তবা ইবুঙো মহাপ্রভু উন্নতউজ্জ্বল মধুবপ্রেম ভক্তিরসবু কলিযুগ অসিদা পীগে হাঙ্গৈবগীদমক, সনাগী যজ্ঞরবা মচুদগী হেম্না কজম্নবা কুচু ওইদুনা শচীগী গর্ভদা ঙানথোকপীরবা হৌবিন। এখোইগী থমোইগী গৃহা অসিদা ঙানথোকপীদুনা কাম, ক্রোধ, লোভ, মদ, মাৎসার্য কৌবা এক্সবা তরুকপু তান্থোকপীযু। অসিগুম্বা প্রাথনাসীং অসি আলোচ্যঋগ্ আসনা ফোংদোকই।৩।

।　　　।　　।
আদহ স্বধামনু পুনর্গর্ভত্বমোররে।

I　　।　　I
দধানা নাম যজ্ঞিযম্ ॥৪॥

আদ + অহ ( অদুগী মতুংদা—বসাগী মতুংদা ) যজ্ঞিযং নাম দধানাঃ— ( যজ্ঞগী মিংফম প্লদুনা—১বৎসা না ) স্ববাম্ অনু ( কোম্না ওইরকদবা চিঙ্গাক অমস্থ ঈসিংবু এদুনা ) গর্ভত্বম ( নোংগা মনুদা গর্ভগী মতৌবু ) পুনর্— ( অমোক হন্না ) আঈবিরে= এবিবে ( ঈনশিনখি )।৪।

অনুবাদঃ— ১বৎসা না যজ্ঞ কৌগদবা মিংফম পুবদুনা বর্ষাঋতুগী মনুংদা কোম্না ওংগদবা চিঙ্গাক অমস্থ ঈসিং এংদুনা হাঙ্গৈবাদ ফংনবগীদমক নোংদা অমোক হন্না গর্ভ লৈননবা ঈনশিনখি।৪।

ব্যাখ্যা— এখোইনা প্রসিদ্ধ মহামতি সাযণাচাযগী মত মতুংইন্না অন্বয় তৌদুনা অনুবাদ ডংখরে। মাদুগী অসম্বা অর্থদি— বর্ষাঋতুদা নোং তাই, নোংদগী ঈসিং অমস্থ থবাইপানবগী চাঙ্গাক পোকই, মাসিগী মরমদা আলোচ্য ঋগ্মন্ত্র অসিনা হাঙ্গৈবি, মাদুদি;— মরুৎদেবতা—নুংসিৎ কৌবা লাইনা নোংদা ঈসিং অমস্থ চাঙ্গাক পোরবগী দমক চহি খুদিংগী গর্ভ পুহনলি। করমবা মতমদা নুংসিৎনা নোংদা গর্ভ পীবগে? হাঙ্গৈবদা চহি খুদিংগী বর্ষাঋতু হেক লোইবদা নোংমৈগী দমক ঈসি অমস্থ চাঙ্গাক পোক্নবগী দমক মরুৎ— নুংশিৎনা নোংদা গর্ভ পী, হাঙ্গৈবনি। মাসিনা কর্ম্মকাণ্ডগী অর্থনি, মাসিগী— আধ্যাত্মিকার্থদি এবু বেদতত্ত্বনা প্রসিদ্ধ লাহিড়ীনা হাঙ্গৈ, ( অন্বয়ানুবাদ ),—

আদহ ( অনন্তরম— অজ্ঞানান্ধকার-নাশাৎ পরং—দিব্যজ্ঞানলাভাদনন্তরম্ ) যজ্ঞিযং নাম দধানাঃ ( যাজ্ঞিক নাম ধারয়ন্তঃ ) স্বধাম্ ( মন্ত্রং—মন্ত্ররূপ

ব্রহ্ম ) অনু ( অনুলক্ষ্য—ধ্যায়ন্ ) পুনঃ গর্ভত্বম্ ( নবজীবনত্বম্—মুক্তপুরুষ স্বরূপং ) আ-ঈরি-রে—এরিরে ( সম্যক্ প্রাপ্তাঃ )। অনুবাদ,—

"থংদবা কৌবা অমম্বা অসি কে কথরবা তুংদা— দিব্যজ্ঞান ফংলবদা, চান্নবা যজ্ঞ তৌবা মমিং ফংদুনা মন্ত্রনা মাগী মশক ওইনবা পরব্রহ্মবু তক্তনা ধ্যান তৌদুনা মুক্তপুরুষ ওইদুনা ইমা ইপান থোকপদগী অতোপপা মপোক অনৌবা অমা ফংই।৪।" অসিনি।

বীলুচিদারুজত্নুভির্গুহা চিদিন্দ্র বহ্নিভিঃ।

অবিন্দ উস্রিয়া অনু ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ— ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র! ) বীলুচিৎ ( যাম্না কনখবনা, চেংখ-রবা চংবা ঙমফদবা মফমকপু ) আরুজত্নুভিঃ ( থুগাইবা ) বহ্নিভিঃ ( অতোপপা মফমদা পুথোকপা ঙম্বা মরুৎসাংগা লোইনাদুনা ) গুহাচিৎ— ( গুহামক্তদা লোংখবনা ) উস্রিয়াঃ ( মগনী শিনিকপু ) অনু অবিন্দ ( ননা থিদুনা ফংখি )।৫।

অনুবাদঃ— হে ইন্দ্র! যাম্না কনখবনা, চেংখবনা, চংনা ঙমফদবা—মফম্মকপু থুগাইবা, অতোপপা মফমদগী পুথোকপা ঙম্বা মরুৎসাংগা লোই-নাদুনা গুহামক্তদা লোংখবনা মগনী শিনিকপু ননা থিদুনা ফংখিবনি।৫।

ব্যাখ্যা—আলোচ্য ঋক মন্ত্রদগী "গো-হরণ" মগ হুনগী ব্যাখ্যা অসিদা ছুজিকী কালগী পণ্ডিতসীংনা মখাদা ইবিবা টিপ্পনী অসি ইবৈ,— "পাণ" কৌবা অসুরসীংনা দেবলোকতগী বৃহস্পতিগী মগনী মযাম হুদুনা যাম্না মমখ্রবা গুহাদা লোৎতুনা থমই। ইন্দ্রনা মরুৎসাংগা লোইনদুনা মগ হুনাসীং অদু নমহুৎতুনা মগসীং অদু লৌই। অসিগুম্বা ব্যাখ্যা অসিদা হাপচুনা আলোচ্য ঋক অসিনা হাঙ্ই। ঋগ্বেদগী দশম মণ্ডলদা ১০৮ সুক্তনা ঋক্তা হাঙ্ই, মাহুদি,—বল কৌবা অসুরগী দলপতিগী যাথং ইননা পান কৌব অসুর কাংবুনা দেবগুরু বৃহস্পতিগী মগবী মযামহুদুনা কবিগুহা মীনা খংদবা চাওগী লোকসুংদা থৈদুনা থমই, ইন্দ্রনা সরমা কৌবী স্বর্গগী হুত অমোম অমা মগসীং অদু থিনবা থাখি, সরমা হুইনা ভুবেন লান্দুনা বল কৌবা দল পাতগী লৈপাক্তা

চংতুনা যণ হুখিবা পুম্বা থিকই, হুই অমোম অহুনা পনি— যন হুবানবা অসুরসীংগা সন্ধি তৌনবে। সবমা তেৈবী হুই অমোম অসি, চুবানথাবাগী (চবগী) থবক যাম্না নিংথিনা তৌই। অফাওবা গ্রীক লাইবিক লেংবনা সফোক্লিক আজাক্সা কৌবা অকনবনা চাৎপা শাগী কাংবুবু ইথাকা-দ্বীপকী মপুনা থিখিবাগা সপর্টা [illegible] অমোমগা চাংদম্নখি। অাসিবিয কাংবুগী নিংথৌগী বাজ থানিদি ব্যাবিলন নগবনি, মানা ইউফ্রেটিস তুবেম মপান্দা লৈ। ব্যাবিলনগা নিংথৌসংবু "বেলস" কৌই। মাখোইগী অহানবা মপুগী "পিনিউস" কৌবা মচা অমা লৈবমই। মাগী বংশদা পোকপাসীংবু "পিনিভেস" কৌবমই, অাসিবিয় অহকপা লাইবিক মযেকসীংদা যামনা তৌইমা থেংনা, মাসদি,— অাসিবিযাসীংনা শাসণ যাম্না হৈরমই, ঋগ্বেদগী পনি অ[illegible]স [illegible] [illegible]বিযাগী মীওৎবা যাই। রমানাথ সরস্বতীগী অনুবাদগা [illegible]।

"পনি কৌবা [illegible] চিংচাবাসীংনা * দেবলোকতগী যণ অমোম মযাম হুতুনা [illegible] [illegible]তুনা [illegible] ইন্দ্রনা মরুৎসীংগা লোইনাতুনা লৌথোকই। যণ অমোম[illegible] [illegible] 'থনবণাদমক সবা। [illegible] লাইগী হুই অমোম অমদা ইন্দ্রনা [illegible] সবমানা [illegible] চাল্লাতুনা যণ অমোমসীং অহু থিবা খংখ।" মসি 'স[illegible]'না মাগা ভাসাদা হাঙ্গী। ইউরোপীয়ান পণ্ডিত ম্যাক্স মুলারনা বিচার [illegible] [illegible], বেদগী রাবা অসিদি অযুক অণ্ডনবাগী প্রবৃত্তিগা উপমা তৌবনি। মখোনা হায়, –'সবমা' হাঙ্গনাসি 'উষা'গী মিংনি। লাইগী মণবা ম[illegible] হাঙ্গীবনা সুর্বস্মি [illegible] মযামনি, অহু নত্রগা সূর্যগী মণ্ডাম্না বৈতুনা যাম্না ফজবা নোং মচেৎসীংবু অমম্বনা মাংহনখি। দেবগণ অমম্, মীসীংনা মাতং [illegible] ব্রানা থিবা হোৎনে। মনৈদদি উসাউবে, মানা নোংথাং বল্লাগুম থুনা [illegible] [illegible] ফংলগা হুই অমোম্না তৌবগুম কোইনা চেন্দুনা যংখি। মহাক (সবমা) না থিবা খংহুনা হল্লকলে, অণ্ডানবগী মপু ইন্দ্র থোকলহনা অমম্বগা লান [illegible], মাখোইগী দুর্গ

* অসুর, বাক্ষস মাখোই অসিবু মীতৈবোন্দা হিংচাবা কৌই, মাসি 'হিংস্রক' হাঙ্গীবদগী থৈখিবনি, অসুন্না অনুমান তৌই।

লানবনদগী মণ অস্নোম্নসীংছু লোথোকনবা হোৎনৈ। ম্যাকসমুল্লারনা অয়্নস্ খনখি, 'ট্রোইযেব' লানগী য়্বাবি, য়ুইনা কাওবনোইদবা কবি হোমরগী গ্রীকভাষাদা ইবা য়্বাবিগা পানি অয়্নস্, সবমাগী য়্বাবিগা অসি মশক মমিং হোংদোকপতনি সরমা—Helena, বিলু (পনিসকাতুর্গ) Hium পনিস্ Paris, বৃসয়- Bi... অসিনা চ...

( রমেশচন্দ্রদত্ত মহাশয়গী অনুবাদগী টীপ্পনী )

I I I I
দেবযন্তো যথা মতিমচ্ছা বিদদ্বসুং গিরঃ

I
মহা মনুষত শ্রুতম ।।৬।।

অন্বযানুবাদ :—দেবযন্তঃ ( লাংগী মতৌ ওইবা পাম্বা ) গিরঃ (নৈসি নৈথোনবা—ঋত্বিকসীংনা ) বিদদ্বসুম ( মগুণ ফোংদোকপা লন ময়াম নৈবা ) শ্রুতম ( অফাউবা ) মহাম ( অচৌবা মরুদগণবু ) অচ্ছ ( ফংনবগীদমক ) যথা মতিম্ ( ইন্দ্রবু নৈসিনৈথোনবাগুম্না ) অনূষত ( নৈসিনৈথোনলি ) ।৬।

অনুবাদ :- লাইগী মতৌ ওইনবা—নৈসিনৈথোনবাসীংনা, মগুণ ফোংদোকপা লন ময়াম নৈবা, অফাউবা, অচৌবা মরুদ্গণবু ফংনবগীদমক ইন্দ্রবু তৌবাগুম্না নৈসিনৈথোনলি। ৬ ।।

ব্যাখ্যা—মগুণ ফোংদোকপা লন ময়াম নৈবা, ঙাঙ্গিবদি, লন হাঙ্গিবা অসিদি মানৈরবাদ মগুণ হেক্রা ফোংদোকই, অদুগুম্না লন অদু পীব্—হাঙ্গিবনি । ৬ ॥

I I I
ইন্দ্রেণ সং হি দৃক্ষসে সংজগ্মানো অবিভ্যুষা।

I I
মন্দূসমানবর্চসা ।। ৭ ॥

অন্বযানুবাদ :—অবিভ্যুষা ( অকিবা নৈতবা ) ইন্দ্রেণ ( ইন্দ্রগা ) সঞ্জগ্মানঃ ( তিন্নবা ) সংদৃক্ষসে হি ( উংংদবনি ) মন্দূ ( নথোই অনিমক—ইপেনতা পেন্দুনা নৈবনি ) সমানবর্চসা ( নাওক নঙাম চাওবা মান্নবনি ) ।৭॥

অনুবাদ :—হে মরুদ্গণ।— নুংসিৎ কৌবা লাইসা। নথোইদি অকিবা

লৈতবা ইন্দ্রগা থেন্নবা লৈতনা উগদবনি। নতিক নঙন চাউবা ইন্দ্রগা চপ মান্নবনি। ৭ ॥

অনবদ্যৈরভিদ্যুভির্মখঃসহস্বদর্চতি।

গণৈরিন্দ্রস্য কাম্যৈঃ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—মখঃ (এখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসিনা) অনবদ্যৈঃ (দোষ লৈতবা) অভিদ্যুভিঃ (দ্যুলোকতা লৈবা) কাম্যৈঃ (মহৈপীবা মরম্না মাখোইবু পুন্নামন্না পান্নবা ওইবা) গণৈঃ (মরুদ্‌গণসীংগা লোই-নবা) ইন্দ্রস্য (ইন্দ্রবু) সহস্বৎ (পাঙ্গনবা তিনবা ওইনা) অর্চতি (ইড়াংলি) ॥ ৮ ॥

অনুবাদ :—ফজবা, দোষ লৈতবা, স্বর্গদা লৈবা, অপাম্বা মহৈপীবা মরমনা মাখোইবু পুন্নামকনা পান্নবা ওইনা, মরুৎ কৌবা কাংলুপকা লোইননা ইন্দ্রবু অকনবনি, হাঙ্গবা থংহুনা যজ্ঞ অসিনা ঈড়াংলি। ৮ ॥

অতঃপরিজ্মন্না গহি দিবো বা রোচনাদধি।

সমস্মিন্নৃঞ্জতে গিরঃ। ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—পরিজ্মন্ (মথম পুন্নামক্তা সিনথুংনা লৈবা হে মরুৎসা!) অতঃ (মাসিদগী—মরুৎসীং নখোইগী লৈফম—শূল অহাংবা অসিদগী) দিবঃবা (স্বর্গগী লোকশীংস্থ) রোচনাৎঅধি (ঙানলিবা সুমিৎ মকোই অসিদগীসু) অস্মিন্ (থবক অসিদা) আগহি (লাউ) গিরঃ (লৈসিলৈথোনবা ব্রাহৈ খিবিক) সমৃঞ্জতে (নিংথিনা শেমই। ৯ ॥

অনুবাদ ঃ—মফম পুন্নামক্তা সিনথুংনা লৈবা হে মরুৎসা! নখোইগী লৈফম শূল অহাংবা অসিদগী স্বর্গলোকশীংস্থ ঙানলিবা সুমিৎ মকোই অসিদগীসু এখোইনা তৌরিবা থবক অসিদা লাও, নখোইবু লৈসিলৈ-থোনবা ব্রাহৈ ময়াম সেমদুনা থবক অসিদা লৈরে,—তারোলাও। ৯ ॥

ইতোবাসাতিমীমহে দিবোবাপার্থিবাদধি।

ইন্দ্রংমহো বা রজসঃ। ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— ইতঃ পার্থিবাৎবা ( ঊবিবা লৈপাক অসিদগী ওইরবাসু ) দিবঃ বা ( স্বর্গলোকগী ওইরবসু ) মহঃ ( অচৌবা ) রজসঃবা ( উচেক্লাচিংবগী মুণ্ডাইনফম ওইবা অতিযা অহাংবদগী ওইরবসু ) ইন্দ্রম (ইন্দ্রদেবদা) সাতিম্ ( লন পীনু হাঙ্গনা ) অধিঈমহে ( ঐখোইনা যাম্না কন্না নিজরি) ।১০।।

অনুবাদ :— ঐখোইনা ঊবিবা লৈপাক অসিদগী ওইরবসু, স্বর্গলোকগী ওইরবসু, উচেকনাচিংনাসা। মুণ্ডাইনাফম ওইবা অতিযা অহাংবা অসিদগীনু ওইরবাসু ইন্দ্রদা লন পীনু হাঙ্গনা এখোইনা যাম্না কন্না নিজারি।১০।।

ব্যাখ্যা :—১০ সুবা ঋক্ অসিনা মথক্কী ৯ সুবা ঋক্কী মতুঙইন্নানি, মথক্কী ঋক্না তাইবংপানবগী মপুং লাউ, হাঙ্গনা কৌরে, ঋক্ অসিনা মাঙোনদা লন পীযু হঙ্গী।। নিনি, নিংবিবা লন অসি, সনা নংঙে লুপা নংঙে, লৌরি, যুমফম নংঙে, তাইবংদা ম ওইবনা পাম্নরিবা লন অমত্তা নংঙে, লন অসিবু বেদনা 'সাতি" কৌই, ... পীনু হাঙ্গনা নিনি। 'সাতি' শব্দ অসি, সো ধাতুদগী লোকপান, অর্থদি 'নাশ' মাংবা হাঙ্গী। লন ফংলগা লন অদুগা পাম্বা লোখাবা না পুম্নামক মাংবা লন অদুবু সাতিধন কৌই, অদুগুম্বা ধন অদু পীবু হাঙ্গনা নিনি। লন অদুগা মশক অদু ঐখোইনা চুগাদা নিবদা অমা য়াওই, মাদুদি "রূপং দেহি, জয়ং দেহি, যশোদেহি দ্বিসোজহি"—অর্থদি শক ফজবা পীযু, মাদুনা পেন্দে, ওম্বা জয় ওইবা পীযু, মাদুনা পেন্দে, একনবা ওম্বা পীযু, একনবদি কনানো? কাম-অপাম্বানি, অপাম্বা হাঙ্গনাসিবু ওম্বা কনা অমত্তা লৈতে, অদুগুম্বা ওম্বীনবা লৈতবা অপাম্বা কৌবা অদুবু ওম্বা, পীযু হাঙ্গবনি, মাদুদি কনানো "ভক্তি দেবীনা মী অদুদা উদয় ওইরবদা অপাম্বা পুম্বা কোকতুনা ভগবানগী শ্রীচরণদা একান্ত মতি ওইদুনা তাইবংপানবাগী অপাম্বাপুম্বা লোইনা কাউথি। ১০ ॥

## ৭ সুবা সুক্ত ইন্দ্রনা দেবতা ওই।

ইন্দ্রমিদ্ গাথিনো বৃহদিন্দ্রমর্কেভিরর্কিণঃ।

ইন্দ্রংবাণীরনূষত ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—গাথিনঃ (সামগান তৌবা উদ্‌গাতাসীংনা) বৃহৎ (বৃহৎ কৌবা সামনা) অর্কিণঃ (ঋগ্ বেদ চৎপা হোতাসীংনা) অর্কেভিঃ (ঋগ্ মন্ত্রনা) ইন্দ্রমিৎ (ইন্দ্রবু) বাণীঃ (অধ্বর্যনাচিংবাসীংনা যজুংগী মশক ওইবা য়াথংনা) ইন্দ্রম্ (ইন্দ্রবু) অনূষত (লৈসিলৈথোনলি)।১॥

অনুবাদ ঃ—সামগান তৌবা উদ্ গাতাসীংনা বৃহৎ কৌবা সামনা, ঋগ্ বেদ চৎপা হোতানা ঋগ্ মন্ত্রনা অতৈ অতোপ্পা অধ্বর্যুনাচিংবাসীংনা যজুংগী মশক ওইবা য়াথংনা ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোনলি।১ ॥

ইন্দ্রইদ্ধর্যোঃ সচাসম্মিশ্লআবচোযুজা।

ইন্দ্রো বজ্রীহিরণ্যয়ঃ ॥২॥

অন্বযানুবাদ ঃ—ইন্দ্রঃইৎ (ইন্দ্রমকনা) বচঃযুজা (ইন্দ্রনা হেক হাঙ্গবগা রথতা হেক্তা পানবা) হর্যোঃ (সগোন অনিগা) সচা (লোইনাহুনা) আম্মিশ্লঃ (তিন্নাহুনা লৈ) ইন্দ্রঃ ((ইন্দ্রদি) বজ্রী (বজ্রপাই) হিরণ্যয়ঃ (সনাগী মশকনি—আভরণ পুম্নামকনা লৈতেংই)। ২ ॥

অনুবাদ ঃ—ইন্দ্রদি মহাক্কী সগোন অনি, মানা হেক হাইবগা মথন্তা রথতা হেক্তা পান্দুনা মাগা লোইনাহুনা রথ তোংহুনা হেক্তা চৎলি, ইন্দ্র মহাক্তি বজ্র পাই, আভরণ পুম্বনা লৈতেংই। ২ ॥

ইন্দ্রোদীর্ঘায়চক্ষস আসূর্যং রোহয়দ্দিবি।

বিগোভিরদ্রিং মৈরয়ৎ ॥৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) দীর্ঘায় (কুইনা—ঙংনা) চক্ষসে

( উননবগীদমক ) দিবি ( নিংথৌ লৈপাক্তা ) সূর্যম্ ( মুমিৎপু ) আরোহয়ৎ ( থোকহনখি ) গোভিঃ ( মঙান খিবিকনা ) অদ্রিম্ ( চীঙনা খুদম ওইনবাবু ) বি + ঐরয়ৎ ( ঙানথোকহনখি ) । ৩ ॥

অনুবাদ ঃ—ইন্দ্রনা ইতৎতত্তনা ঙান্দুনা উননবাগীদমক নিংথৌ লৈপাক্তা মুমিৎ থোকহনখি, মুমিৎনা চীঙনা খুদম ওইনবা ডাইবং পুম্বাবু ঙানহনখি ।৩॥

ইন্দ্র বাজেষুনোব সহস্র প্রধনেষু।

উগ্রউগ্রাভিরূতিভিঃ ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ- ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) উগ্রঃ ( এরুবনা লারুবা ঙমদবা নহক্লা ) উগ্রাভিঃ ( য়াম্না কনখ্রবা ) উতিভিঃ ( ঐখোইবু ঙাকপাগী থবক খিবিকনা ) বাজেষু ( লানখিবিক্তা ) নঃ ( ঐখোইবু ) অব ( ঙাকপিয় ) ।৪॥

অনুবাদ ঃ—( হে শ্বরারেন্দ ! ) এরুবনা ঙমকদবা নহাক্লা য়াম্না কনখ্রবা ঙাকনবা থৌরাং তৌদুনা লানফমদা ঐখোইবু ঙাকপিয় ।৪॥

ইন্দ্রংবয়ং মহাধন ইন্দ্রমর্ভেহবামহে।

যুজংবৃত্রেষু বজ্রিনম্ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বয়ম্ ( ঐখোঈনা ) যুজম্ ( ঐখোইবু সহায় তৌবিবা ) বৃত্রেষু ( এরুবগীদমক ) বজ্রিম্ ( মথুক্তা বজ্র পাইবা ) ইন্দ্রম্ ( ইন্দ্রবু ) মহাধনে ( লন য়াম্না ফংনবগী মরমদা ) অর্ভে ( লন খজিক্কগীদমককুম্ব ) হবামহে ( লৈসিলৈথোক্নুনা কৌরি ) ।৫।

অনুবাদ ঃ—ইন্দ্রনা ঐখোইবু সহায় তৌবী, এরুবা মাংহন্নাবগীদমক মথুক্তা বজ্র পাই, মহাকপু ঐখোইনা লন য়াম্না ফংনবগীদমক, খজিক্কং ফংনবগীদমকসু কৌই।৫॥

সনো বৃষমমুংচরুংসত্রাদবমপাবৃধি।

অস্মভ্যমপ্রতিষ্কুতঃ ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—সত্রাদাবন্ ( ঐখোইগী অপাম্বা মহৈপীবা ) বৃষন্ ( হে নোং চুহনবা। ) নঃ ঐখোইগী ) অমুম্ ( অসিগুম্বা ) চরুম্ ( নোং অসি) অপাবৃধি ( তাহনল্লু ) সঃ ( অতুগুম্বা নহাকনা ) অস্মভ্যম্ ( ঐখোইগী-দমক্তা ) অপ্রতিকুতঃ ( হাঈজবাগুম্বা য়াদবা তৌদে )। ৬॥

অনুবাদ :— অপাম্বা মহৈপীবা অমসু নোংচুহনবা ইন্দ্র। নহাকনা ঐখোইগীদমক, নোং চুথহনবীয়ু, নহাক্তি করিগুম্বদাসু ঐখোইনা হাঈজবা পুম্বা যাবিদবা তৌদে। ৬॥

তুঞ্জেতুঞ্জে যউত্তরেস্তোমাইন্দ্রস্যবজ্রিণঃ।

নবিন্ধে অস্যসুষ্টুতিম্। ৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—তুঞ্জেতুঞ্জে ( অতু অতুগুম্বা মহৈপীবা লাই অতুদা ) যে স্তোমাঃ ( অতুগুম্বা লৈসিলৈথোনবা য়াহৈ ) উত্তরে ( অথোইবা লৈবা ) [ তৈঃ স্তোমৈঃ ( অতুগুম্বাসীং অতুনা ) বজ্রিণঃ ( বজ্র পাইবা ) অস্য ইন্দ্রস্য ( অসিগুম্বা ইন্দ্রগী ) সুস্তুতিম্ ( মতিক চাবা লৈসিলৈথোনবা ) ন বিন্ধে ( ফংদে )। ৭॥

অনুবাদ :—অতোপ অতোপ্পা লাইসীংদা লৈসিলৈথোনবগী য়াহৈ অথোইবা ময়াম লৈবা পুন্নামকনা বজ্র পাইবা ইন্দ্রগী মতিক চাবা লৈসি লৈথোনবা ওইবা য়াবা অমত্তা য়াওদে। ৭॥

বৃষাযূথেববংসগঃ কৃষ্টীরিয়র্ত্যোজসা।

ঈশানো অপ্রতিষ্কুতঃ ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :— ঈশানঃ ( তৌবা ঙম্বা ) অপ্রতিষ্কুতঃ ( মাঙোনদা নিরুরবা মীগী মনিং থুংহন্দনা থাদোক্তবা ) বৃষা ( নিজরবগী মনিং থুংনবা পীবা ইন্দ্রনা ) বংসগঃ ( খোঙচৎ ফজবা ) বৃষা ( যণলাবনা ) যূথেব ( মাগী বরূপপু তৌবাগুম্বা) ওজসা (পাঙ্গলথেকনা) কৃষ্টীঃ (মীবু ) ইয়র্তি লৌসিনলি ।৮॥

অনুবাদ :—খোংচৎ ফজবা কাওরেল সণ ভল্লনা মাগী যদ্রূপপু ঙাক্তুনা

লিংলা থবাওম, অনিংবা পীবা ইন্দ্রনা মীওইবাবু পাঙন করহলি। ইন্দ্রদি মতিক মঙল চাওবনি, মাডোঙ্গা নিজবা মীদা মানা পীদবা লৈতে। ৮ ॥

য একশ্চর্ষণীনাংবসূনামিরজ্যতি।

ইন্দ্রঃ পঞ্চক্ষিতীনাম্ ।৯।।

অন্বয়ানুবাদ :—যঃ ( অদুগুম্বা ) একঃ ( মথন্তা ঙাইবা ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা) চর্ষণীনাম্ ( মীপুম্বগী ) বসূনাম্ ( লন থিবিকী ) পঞ্চক্ষিতীনাম্ ( ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শূদ্র অমসু নিষাদ—পুম্নামক্কী লৈবা যাবা বর্ণ পুম্নামক্কী ) ইরজ্যতি ( রাএন তৌই, ঙাকই )। ৯ ॥

অনুবাদ :—মহাক মথন্তা ঙাইবা ইন্দ্রনা মীপুম্বাবু, লন পুম্বাবু অমসু ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রীয়, বৈশ্য, শূদ্র অমসু নিষাদ অসুম্না খাঙবা বর্ণ পুম্বাবু রাএন তৌদুনা মাংদনবা ঙাকই। ৯ ॥

ব্যাখ্যা :—আলোচ্য ঋগ্ অসিদা 'পঞ্চক্ষিতীনাম্' পদ অসি, ব্যাখ্যাকারসীংগী মত মান্নদে, সায়ণাচার্যগীমত বর্ণমঙাগী লৈফম ওইবা, জাতি অসুম্না হিন্দু জাতিবু হাঙবা ওইনা লৌই, ঐখোইনা লৌখৎখবে, রমানাথ সরস্বতীনা "পঞ্চনদ" অসুম্না হাঙ। মাসুম তৌদুনা ম্যেৎক্স মুল্লার, রমেশচন্দ্রদত্ত, রেবরনাচিংবনদি সাযণাচার্যপী অর্থ অসি পামদে, ঐগী ওঝা প্রসিদ্ধ লাহিড়ীনা পঞ্চক্ষিতীবু 'পঞ্চতত্ব' অসুম্না ব্যাখ্যা তৌই, ঐখোইদি সাযণগী অর্থবুনা হেন্না পামই। ৯ ॥

ইন্দ্রংবোবিশ্বতস্পরিহবামহেজনেভ্যঃ।

অস্মাক মস্তু কেবলঃ ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— বিশ্বতঃজনেভ্যঃ ( পোকপা পুম্নামকতগী ) পরি (মথক্তা লৈবা অহেনবা মপুওইবা ) ইন্দ্রম্ ( ইন্দ্রবু ) বঃ ( নখোই পুম্নামক্কীদমক ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌরি ) অস্মাকম্ ( ঐখোই পুম্নামক্কী ) কেবলঃ ( থাজৈশেংবা—ঐখোই পুম্নামক্কী মপু ওইবা ) অস্তু ( ওইসনু ) ॥ ১০ ॥

অনুবাদ :—হে ঋত্বিক্ অমসু হে যজমানসা। ভাইবংপোনবদা পোকপা পুন্নামক্তগী মানা ইহেন হেনবা ইন্দ্রবু নখোই পুন্নামক্কীদমকভা ঐখোইনা কৌরি, ইন্দ্র মহাক্তি থাঙ্গেশেংনা ঐখোই নখোই পুন্নামক্কী চপামান্নানা মপু ওইবনি। ১০ ॥

---

৩সুবা অনুবাক। ৮স্থক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি।

এন্দ্র সানসিং রয়িং স জিত্বা নং সদা সহম্।

বর্ষিষ্ঠমূতয়েভর ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ :— ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) উতয়ে ( ঐখোইবু ভাক্সবগী দমক ) সানসীম্ (চাবা থকপনাচিংবদা নিংথিনা শিজন্নবা ওইবা ) সজিত্বানম্ ( মমাননবা এক্লববু ভন্নবা ওইবা ) বর্ষিষ্ঠম্ ( য়াম্না চাওবা ) রয়িম্ ( লনবু ) আভর ( পীয়ু ) ।১।

অনুবাদ :— হে ইন্দ্র ! ঐখোইবু ভাক্সবগী দমক, চাবা-সেংপনাচিংবা নিংথিনবা, ইমান্নবা এক্লবা ভন্নবা লন ময়াম পীয়ু ।১।

নিয়েনমুষ্টিহত্যয়া নিবৃত্রারুণধামহৈ।

ত্বোতা সো ন্যর্বতা ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ:—যেন ( লননা মরম ওইদুনা ) নিমুষ্টিহত্যয়া ( লানমীসীংগী খুত্নমনা স্থগাইদুনা ) বৃত্রা ( এক্লবা খিবিকপু ) নিরুণধামহৈ ( থিংগে অর্থাৎ— অদুগুম্বা এক্লববু স্থগাইদুনা তান্নবা লন অদু পীয়ু ) ত্বা উতাসঃ ( নহাকনা ভাকপীবা ঐখোইনা ) অবর্বতা ( ঐখোইগী সগোলনা ) নিরুণধামহৈ ( এক্লবা থিংগে ) ।২।

অনুবাদ :— ঐখোইনা লন পীদুনা থম্বা লান্মীগী খুত্নমনা স্থগাইদুনা এক্লবা ময়াম থিংগে, ঐখোইদা লন পীয়ু, নহাকনা ঐগোইবু ভাকপীউ, ঐখোইগী সগোলনা এক্লবা থিংগে ।২।

ইন্দ্র ত্বোতাস আবয়ং বজ্রং ঘনাদদীমহি।

জয়েম সংযুধি. স্পৃধঃ ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :— ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র! ) ত্বা উতাসঃ ( নহাক্না ঙাকপীবা ) বয়ম্ ( ঐখোইনা ) ঘনা—ঘনম্ ( এক্লবা হাৎনবগী দমক য়াম্না কনবা )— বজ্রম্ ( বজ্র খুৎলাই ) আদদীমহি ( ঐখোইনা পাই ) যুধি ( লানফমদা ) স্পৃধঃ ( ময়াই কারবা এক্লববু ) সংজয়েমঃ ( ঙমই )।৩

অনুবাদ :— হে ইন্দ্র ! ইবুঙো নহাকনা ঙাকপীতুনা ঐখোইনা লানফমদা এক্লবা হাৎনবা অকনবা খুৎলাই বজ্র পাইতুনা ময়াই কারবা অকনবা এক্লবা ঙমই ।৩।

বয়ংশূরেভিরস্তৃভিরিন্দ্রত্বয়াযুজাবয়ম ।

সাসহ্যাম পৃতন্যতঃ। ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— বয়ম্ ( ঐখোইনা ) শূরেভিঃ ( অথৌবা ) অস্তৃভিঃ ( খুৎলাই পাইবা লাম্মীসীংগা পাগে ) ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র! ) বয়ম্ ( লাম্মীসীংগা লোইনবা ঐখোইনা ) ত্বয়া ( ঐখোইবু ইতেং পাংবিবা নহাককা লোইনাতুনা ) পৃতন্যতঃ ( মাখোইগী তেঙ্গোন পাম্বা এক্লবাসীংবু ) সাসহ্যাম ( ঐখোইনা য়াম্না থিনা মাইথিবা পীবা ঙমগনি )। ৪ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্র ! অথৌবা খুৎলাই পাইবা, লাম্মীসীংগা পানতুনা ঐখোই লানতৌগে খুৎলাই পাইবা লাম্মীগা লোইনবএক্লাবাসীংবু ঐখোইনা নহাকী নতেং ফংলবদি য়াম্না থিনা মাইথিবা পীবা ঙমগনি। ৪ ॥

মহাঁইন্দ্রঃ পরশ্চনুমহিত্বমস্তু বজ্রিণে।

দ্যৌর্ন প্রথিমাশবঃ। ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্র অসে ) মহান্ (য়াম্না মপা চাওই ) পরশ্চ

( মগুণসু য়াম্না চাওই ) মু ( অতুম ওইতুনাসু ) বজ্রিণে ( বজ্র পাইবা ইন্দ্রগীদমক ) মহিত্বম্ (মতিকনা—মগুণ অনি হাঙীখ্রুবাতুনা ) অস্তু ( ওইসনু ) ছৌঃন ( নিংথৌ লৈপাককুম্বা ) শবঃ ( ইন্দ্রগী ভেঙ্গোলনা ) প্রথিনা—প্রথিম্না ( চাওবনা ভিনসনু ) ।৫॥

অনুবাদ :—ইন্দ্র অসি মাগী হকচাংদি য়াম্না চাউই—য়াম্না কনলি, অমসু মাতুম্না মগুণসু য়াম্না চাওই, অতু ওইতুনাসু বজ্র পাইবা ইন্দ্রদা মহাক্কী মগুণ অচৌবা অনিমকতু ওইসনু, ইন্দ্রগী ভেঙ্গোলসু নিংথৌ লৈবাক কুম্না যাম্না চাওসনু । । ৫ ॥

ব্যাখ্যা :—ইন্দ্রদি মশা য়াম্না কনলি অমসু মগুণসু য়াম্না চাওই,—অতুবু বজ্র পাইরগ আনমক অতু ওইসনু হাঙীবাদ মহৌশানা ইন্দ্রদা ওইতুনা লৈবা মগুণবু ওইসনু হাঙীবদি ভক্তি ভৌতুনা প্রার্থনা ভৌবনি, অসুম্না খংনাগনি ( সাযণ ) "ছৌন" হাঙীবাগী 'ন' আস লৌকিকদা নিষেধ অর্থনি স্বাধ্যায়দদি "নিষেধ অমসু উপমার্থ" অনিদা অচাবা য়েংতুনা সিজনৈ। ( সায়ণ ) । ৫ ॥

সমোহে বায় আশত নরস্তো কস্তসনিত্তৌ ।

বিপ্রা সো বা ধিয়া য়বঃ ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ :— যে নরঃ ( অতুগুম্বা মীসীং অতুনা ) সমোহে ( লানদা ) ভোকস্ত ( মচাম্নী ) সনিত্তৌ বা ( ফংবদা ওইরবসু ) আশত ( ইন্দ্রবু লৈসি-লৈথোক্নুনা লৈবা) বা ( মাতু নত্তবা অমদা ) বিপ্রাসঃ ( মেধা—শাস্ত্রজ্ঞানলৈবা) ধিয়ায়বঃ (শাস্ত্রগী জ্ঞান পাম্বা ওইতুনা ) আশত ( লৈবাসীং ) [ তে সর্ব্বে লভন্তে ( মাথোই পুম্নামক অতুনা কংই ) ] । ৬ ॥

অনুবাদ :—লানদা জয় ওইগে হাঙীনা নিংবনা, মচা অকবা পোক্কে নিংবনা মত্রগা কনাগুম্বা অথংবা মীনা শাস্ত্রগী বুদ্ধি লৈনিংবনা মাসুম্না মা-মানা পাম্বা অতু থাদোক্তনা কম্না নিংতুনা ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোক-নুরবদি মা-মানা নিংবা অতু থুংই। ৬ ॥

যঃ কুক্ষিঃ সোমপাতমঃ সমুদ্র ইব পিন্বতে।

উর্বীরাপো ন কাকুদঃ ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—যঃ কুক্ষিঃ ( ইন্দ্রগী পুক অদু ) সোমপাতমঃ (সোম-রস য়াম্না থকই ) সঃ—মানা সমুদ্রঃ ইব ( সমুদ্রগুম্না ) পিন্বতে (চাওই) কাকুদঃ ( চিনদা লৈবা ) উর্ব্বীঃ ( য়াম্লবা ) আপঃ ( ঈসিংগুম ) ন (কংদে) ।৭॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রগী পুকতি সোম য়াম্না থকপা চল্লি, সমুদ্রমরুম চাওই, চীন মনুংদা লৈবা ঈসিং ময়ামগুম্না কংদে। ৭ ॥

এবাহ্যস্য সূনৃতা বিরপ্শী গোমতী মহী।

পক্কাশা খানদা শুযে ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদঃ—অস্য ( ইন্দ্র অসিগী ) সূনৃতা ( পাম্লবা ওইবা অচুম্বা ৱাহৈ অসি ) দাশুষে এবহি ( হবি পীবা যজমানগীদমক মাসুপ নিংথি ) বিরপ্শী ( মথলমখা য়ামলবা ফজবা ৱাহৈনা তিল্লি ) গোমতা ( যণ ময়াম পী ) মহী ( থাগৎনবা ওই ) পক্কাশাখান ( অমুনবা মহৈ ময়াম লৈবা উশানা পেম্নবাগী-দমক ওইবাগুমই ) । ৮ ॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রগী চীননা হাঙ্গদোক্লকপা য়াথংদি অচুম্বনি, য়াম্না ফজে, অথোইবনি অমসু হব্য পীবা যজমানগী মফমদদি ইন্দ্রগী য়াথং অহুনা মহৈ চুম্না য়াম্লবা উশাগী মতৌগুম্না কাম্নবা ওই। ৮ ॥

এবাহিতে বিভূতয়উতয় ইন্দ্রমাবতে।

সদ্যশ্চিৎসন্তিদাশুষে ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) তে ( নহাকী ) বিভূতয়ঃ ( নতিক মঙানবা ) এবাহি ( মাসুম তৌই ) মাবতে ( ঐগুম্বা ) দাশুষে ( হবি পাবা যজমানগীদমক ) উতয়ঃ ( নংনা ঙাকপা পুম্নামক ) সদ্যঃ চিৎ ( থুৎথক্কাথুনা) সন্তি ( ওই )। ৯ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র ! নহাকী নতিক মওনদি মাস্থম তৌই,—নঙোন্দা হবি পীবা যজমানবু নহাকনা থুংথক্তা হেক্তা ভাকপী ॥ ৯ ॥

এবাহ্য স্যকাম্যাংস্তোমউকৃথংচশংস্যা।

ইন্দ্রায় সোম পীতয়ে ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অস্য (ইন্দ্রগী) স্তোম (সামবেদগী স্তোত্রনা) উকৃথংচ (ঋগবেদগী উকৃথনাসু) এবাহি (অনি অসিনা) ইন্দ্রায় (ইন্দ্রবু) সোম পীতয়ে (সোমরস পীথকপগীদমক) কাম্যা (পামহনগদবা ওই) শংস্যা (ঋত্বিক্‌সসীংনা থাগংকদবা ওই)। ১০ ॥

অনুবাদ ঃ—ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোনবা সামদেবগী স্তোম অমসু ঋগ বেদগী উকৃথ, অনি অসিনা ইন্দ্রবু পামহনলি অমসু সোমরস থকলো হাঙ্গৈনা কৌই।১০॥

——:(0):——

## ৯ শুবা সূক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি।

ইন্দ্রেহি মৎস্যন্ধ সো বিশ্বেভিঃসোমপর্ব্বভিঃ।

মহাঁ অভিষ্টিরোজসা ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) আইহি (থবক অসিদা লাও) বিশ্বেভিঃ (পুমনামক) সোমপর্ব্বভিঃ (সোমরস ওইবা) অন্ধসঃ (চানবা চিনজাকসীং অসিনা মরম ওইদুনা) মৎসি (হরাও-ও) অদুগী মতুংদা—ওজসা (নপাঙ্গননা) মহান্‌ (অথোইবা ওইদুনা) অভিষ্টিঃ (এরুবা মাং-হনবা—ওইয়ু) ১ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্রও। এথোইনা তৌরিবাথৌ অসিদা লাও, চিঞ্জাক সোমরস থকতুনা চাদুনা হরাওরো নপাঙ্গল কনথংতুনা এরুবাবু ভমও।১॥

এমেনং সৃজতা সুতে মন্দি মিন্দ্রায় মন্দিনে।

চক্রিং বিশ্বানি চক্রয়ে ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইম্ (মাসি অর্থ লৈতে, পাদশী মন্ত্রেক মমিং স্থনবা হায়নি) সুতে (সোমরস অসি সেমত্নুনা চমসঃ পাত্রদা হাপত্নুনা লৈরবা অসিদা) মন্দিম্ (হরাওনবা ওইবা) চক্রিম্ (চংখোনবা তৌবা) এনম্ (সোমরস অসিবু) মন্দিনে (হবাওরবা) বিশ্বানি (থবক পুম্নামক) চক্রয়ে (তৌবা) ইন্দ্রায (ইন্দ্রগীদমক) আসৃজত (অমোক পুসিনলু)। ২ ॥

অনুবাদ ঃ—সোমরস অসি সেমত্নুনা চমসঃ পাত্রদা হাপত্নুনা লৈরে, হরাওত্নুনা লৈরবা, থবক অফবা তৌবা ইন্দ্র অসিদা মাবু থকপদা হরাও হনবা, অফবা চংখোনবা তৌবা সোমবস অসি পুসিনলু —থকনবা পীয়্।২॥

মৎস্বা সুশিপ্রমন্দিভিঃ স্তোমেভির্বিশ্বচর্ষণে।

সচৈষুসবনেষ্বা ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—সুশিপ্র (হে খজাই ফজবা! হে ইন্দ্র!) মন্দিভিঃ (হরাওনবা ওইবা) স্তোমেভিঃ (স্তোত্র লৈসিলৈথোনবা শ্বাহৈ খিবিক্ল।) মৎস্ব (হরাওরো) বিশ্বচষণে (হে মী পুম্নামকক। তিন্নবা!) এষু (অসি-গুম্বা) সবনেষু (সবন যাগ অহুমদা) সচা (অতোপ্পা দেবসীংগা লোইনদুনা) [আগচ্ছ (লাও)]। ৩॥

অনুবাদ ঃ—খজাই, নাত্তা ফজবা হে ইন্দ্র! হেক তাবদা হরাও-নবা ওইবা লৈসিলৈথোনবা শ্বাহৈসীং অসি তাত্নুনা হরাওরো, হে মী পুম্নামক্তা তিন্নবা হে ইন্দ্রও সবন যাগ মথল অহুম অসিদা অতোপ্পা লাইসীংগা লোইনাত্নুনা লাও-ও। ৩ ॥

আসৃগ্রমিন্দ্রতেগিরঃ প্রতিত্বামুদহাসত।

অজোষা বৃষভংপতিম্ ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) তে (নহাক্কী) গিরঃ (স্তুতি—

লৈসিলৈথোনবাবু ) অগ্রম্ ( ঐনা সেমলে ) গিরঃ ( অহুম্বা রাহৈসীং অহুনা ) বৃষভম্ ( অনিংবা মহৈপীবা ) পতিম্ ( সোম থকপা, যজমান ঙাকপা ) স্বামপ্রতি ( স্বর্গদা লৈবা নঙোন্দা ) উদহাসত ( কান্দুনা নহাকপু ফংখরে ) অজোষাঃ ( নহাকপু সেবা তৌখরে ) । ৪ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্র। ঐনা নহাক্কী লৈসিলৈথোনবা রাহৈ মযাম সেমলে, রাহৈসীং অহুনা অনিংবা মহৈপীবা, সোমথকপা, যজমানবু ঙাকপা স্বর্গদা লৈবা নহাকপু ফংখরে, সেবা তৌখবে। ৪ ॥

সং চোদয়চিত্রমর্বাক্‌রাধ ইন্দ্রবরেণ্যম্ ।

অসদিৎতে বিভু প্রভু ॥৫॥

অন্বযানুবাদ ঃ—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র ! ) বরেণ্যম্ ( অথোইবা ) চিত্রম্ ( মণিমুক্তানাচিংবা মখল মখা যাম্বা ) রাধঃ ( লন ) অর্ব্বাক্ ( ঐখোইদা যৌনবা ) সঞ্চোদয ( নি থিনা ইনশিনবিবকউ ) বিভু ( ভোগ তৌবা লেম-পানা ওকপা ) প্রভু ( ভোগ তৌনবদগী যাম্না হেন্দোকপা ওকপা লন ) তে ( নহাক্কী ) অসদিৎ ( লৈনমকনি ) । ৫ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র ! ইবুঙো নহাকনা মণিমুক্তানাচিংবা মখল মখা যাম্নবা লন ঐখোইদা পীনবিযু ইবুঙো নহাক্কীদি চাবা সেৎপনাচিংবা লেম পানা ওকনবা লন, মাহুদগীসু যাম্না হেন্না লন লৈবনি। ৫ ॥

অস্মাস্তু সু তত্রচোদযেন্দ্ররায়েরভস্বতঃ ।

তুবিদ্যুম্নযশস্বতঃ । ৬ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ— তুবিদ্যুম্ন ( হে লন লৈবা ! ইন্দ্র। ) রাযে ( লন লৈনবগীদমক ) রভস্বতঃ ( থৌনাফবা ) যশস্বতঃ ( মিংচৎফবা ) অস্মান্ ( ঐখোঈবু ) তত্র ( থবক্তা ) সুচোদয ( ইনশিনবিযু ) । ৬ ॥

অনুবাদ :—হে এনাক যাম্না খুনবা ! ইন্দ্র ! থৌনাফবা, মিংচৎফবা ঐখোইবু লন লৈনবগীদমক থবক তৌনবা ইনসিনবিযু। ৬ ॥

সংগোমদিন্দ্রবাজবদস্মে পৃথুশ্রবোবৃহৎ।

বিশ্বায়ুর্ধেহ্যক্ষিতম্। ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র) গোমৎ (ষণ মরাম লৈবা) বাজবৎ (চানবা য়াম্মা লৈবা) পৃথু (য়াম্মা য়াম্বা) বৃহৎ (যাম্মা ফবা) বিশ্বায়ুঃ (পুনসিনবা ওইবা) অক্ষিতম্ (অমাংঅতা লৈতবা) শ্রবঃ (লন) অস্মে (ঐখোইদা) সংধেহি (নিংথিনা পীনবিয়ু) ॥ ৭ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র! ষণ যাম্মা লৈবা, চানবা ৱাৎতবা, য়াম্মা য়াম্বা, য়াম্মাফবা, য়াম্মা পুনসিবা অমসু পুনসিবা লন মযাম নিংথিনা পীনবিয়ু। ৭ ॥

অস্মে ধেহি শ্রবো বৃহদ্যুম্নং সহস্রসাতমম্।

ইন্দ্র তারথিনীরিষঃ। ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) বৃহৎশ্রবঃ (অচৌবা মিংচৎ) সহস্র সাতমম্ (লীসিংদগী তাদবা) দ্যুম্নম্ (লন ' তাঃ (ইখাইনা থংনবা—ফৌচেংনাচিংবগী মশক ওইবা) রথিনী (রথ মযাম যাওবা) ইষঃ (চানবা চীঙ্গাক খিবিকপু) অস্মে (ঐখোইদা) ধেহি (পীনবীয়ু) ৮ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র! অচৌবা মিংচৎ, লীসিংনা খুচিং ওইনবা লন ফৌচেংনাচিংবাগী মশক ওইবা, রথ মযাম যাওবা চানবা চিঙ্গাক পুম্নামক অসি ঐখোইদা পীনবীয়ু। ৮ ॥

বসোরিন্দ্রংবসুপতিংগীর্ভির্গৃণন্তঋগ্মিয়ম্।

হোমগন্তারমূতয়ে॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বসোঃ (লন) উতয়ে (ঙাকনবগীদমক) গীর্ভিঃ (লৈসি লৈথোনবা ৱাহৈ খিবিকনা) গৃণন্তঃ (থাগৎতুনা) বসুপতিম্ (লন মাংতাদনবাগীদমক ঙাকসেনবিবা) ঋগ্মিয়ম্ (ঋগ্ মন্ত্র পাম্বা) গন্তারম্ (যাগ

তৌকমদা চৎকনবা ) ইন্দ্রম্ ( ইন্দ্রবু ) হোম ( ঐখোইনা কৌই )। ৯ ॥

অনুবাদ ঃ—লন ঙাকপিনবগীদমক, লৈসিলৈথোনবা ঋাহৈ খিবিকনা থাগৎতুনা লন মাংতাদনবা ঙাকপীবা, ঋগ্‌মন্ত্র পাম্বা, যাগ তৌকমদা চৎপা ইন্দ্রবু ঐখোইনা কৌরি। ৯ ॥

সুতে সুতে ন্যোকসে বৃহদ্বৃহৎ তএদরিঃ।

ইন্দ্রায় শূষমর্চ্চতি ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—এদরিঃ ( যজমান পুম্বনা ) সুতেসুতে ( যজ্ঞ খুদিংদা ইন্দ্রগীদমক সোমরস খুদিংদা ) ন্যোকসে ( সোইদনা মফমদা লৈবা ) বৃহতে ( অচোবা ) ইন্দ্রায় ( ইন্দ্রগীদমক ) শূষম্ ( পাঙ্গলবু ) অর্চ্চতি (থাগৎলি)।১০॥

অনুবাদ ঃ—যজ্ঞ খুদিংদা ইন্দ্রগীদমক সোমরস সেম্নবদা সোইদনা মহাক্কী মফমদা লৈবা, মতিক মঙন চাওবা ইন্দ্রগী পেম্নবগীদমক ইন্দ্রগী পাঙ্গলবু থাগৎলি। ১০ ॥

---

১০ সূক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি। অনুষ্টুপ্ ছন্দনি।

গায়ন্তি ত্বা গায়ত্রিণোর্চ্চন্ত্যর্কমর্কিণঃ।

ব্রহ্মাণস্ত্বা শতক্রতউদ্বংশমিব যেমিরে ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—শতক্রতো ( হে থৌয়াম্বা ! নত্রগা জ্ঞান য়াম্না লৈবা ইন্দ্রও ! ) ত্বা—ত্বাম্ ( নহাকপু ) গায়ত্রিণঃ ( উদ্‌গাতাসীংনা ) গায়ন্তি ( লৈসিলৈথোনলি ) অর্কিণঃ ( ঈড়াংনবা মন্ত্র শোনবা—হোতাসীংনা ) অর্কম্ ( ঈড়াংনফম ওইবা ইন্দ্রবু ) অর্চ্চয়ন্তি ( ঈড়াংলি ) অর্কিণঃ ( ঈড়াংনবা মন্ত্র সোনবা—হোতাসীংনা ) অর্চ্চন্তি ( ঈড়াংলি—থাগৎলি) ব্রহ্মাণঃ (ব্রহ্মানাচিংবা অতোপ্পা ব্রাহ্মণসীংনা ) ত্বা ( নহাকপু ) উদ্‌য়েমিরে ( ৱাংখৎহনলি ) বংশম্ ইব ( ৱাবু তৌবগুমই, হাঈবদি রা মতোনদা জগোই সাবসীংনা অচৌবা ৱা মতোনবু ৱাংখৎহনবাগুমই। ১ ॥

অঅনুবাদ ঃ—হে থৌয়াম্বা, জ্ঞান য়াম্না লৈবা ইন্দ্রও। উদ্গাতাসীংনা নহাকপু লৈসিলৈথোন্দুনা ছকই, ঈড়াৎনবা মন্ত্র সোনবা হোতাসাংনা ঈড়াৎমকম ওইবা ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোমলি, ঈড়াৎনবা মন্ত্র সোনবা হোতাসীংনা ঈড়াৎলি—থাগৎলি। ব্রহ্মনাচিংবা অতোপ্পা ব্রাহ্মণসীংনা নহাকপু থাংখৎহনলি। মাহুদি,—জগোইসাবাসীংন অচৌবা থাতোনবু থাংখহনবাগুমই। ১ ॥

ব্যাখ্যা—আলোচ্য ঋক্ অসিগী "উদ্বংশমিব যেমিরে" হাঙ্গৈবা মন্ত্রাংশ অসিগী সায়ণগী ব্যাখ্যা অসি, ঐখোইনা খংদে, মাহুদি—"তত্রদৃষ্টান্তঃ—বংশমিব যথা বংশাগ্রে নৃত্যন্তঃ শিল্পিনঃ প্রৌঢ় বংশম্ উন্নতং কুর্ব্বন্তি, যথাবা সন্মার্গবর্তিনঃ স্বকীয়ং কুলমুন্নতং কুর্ব্বন্তি তদ্বৎ। মাতুদা দৃষ্টান্তদি,—থাবু তৌবাগুমই, হাঙ্গৈবদি থাতোন্দা জগোই সাহনা থুংহৈবাসীংনা অচৌবা থাবু থাংখৎহনলি. মাহুগুম্বা, মখল অমনা সদ্মার্গ চৎপাসীংনা মাগী কুল যাগৈবু চাওখৎহনলি, মাহুগুমই, অসিনি। সায়ণগী অর্থ মখল অনিসি, ঐখোইনা খংবা থাই। সায়ণগী মরোল অসি করি হাঙ্গৈবনো ঐখোইগী ভাবতা লৌবা ওমদে। মিতৈ জগোইদা পাত্রনা রঙ্গপীঠপরিক্রমণ তৌদরিঙৈদা সাবা জগোইদা গায়ত্রী মন্ত্রনা সূর্যবু উপাসনা তৌবাগী হস্তদা জগোই অমা সাই,—মাহুগাদি য়াম্না মান্নে, মাহুবু হাঙ্গৈবা ওইগদরা হাঙ্গৈবস্থ ঐখোইনা সেংনা হাঙ্গৈবা ওমদে হাঙ্গৈরিবা জগোই অহুদি মিতৈ নত্তবা তাইবং মীনা জগোই অহু তাইবংপানবদা সাদে, অতুগা মিতৈতনাদি সাই, মাহুগদি সায়ণ অর্থগা য়াম্না চানৈ।

মণিপুরীয় নৃত্যদা রঙ্গপীঠপরিক্রমণ তৌদরিঙৈদা পাত্রনা জগোই মখল তরেৎ সাই,—মাহুগী মনুংদা মখল অমদি, "গায়ন্তি ত্বা গায়ত্রিণঃ" হাঙ্গৈবা ঋগ্ মন্ত্র অসিবু অভিনয় তৌই,—মাহুদি গায়ত্রী উপাসনা তৌবা ব্রাহ্মণসীংনা মখুৎ লোয়্নরগা মুমিৎ থোকপা মতমদা খুৎ লৈপাকলোমদা হাঙ্গৈথাহনা ভর্গদেববু উপাসনা তৌই, য়ুংবা মতমদা খুৎ হাঙ্গৈগৎহনা থুরুমই, তাবা মতমদা অমোক খুৎ হাঙ্গৈথাহনা ভর্গদেববু উপাসনা তৌই। মিতৈয়োমদা থোরকপদা তাইরিবা মুমিৎপু মঙাংগুরু কৌহনা খুৎ অনি লোয়্নরগা হাঙ্গৈথহনা য়ুংবা মতমগী মুমিৎপু লুবাংগুরু কৌহনা খুৎ লোয়্নাহনা মথক্তা

হাঙ্গিগংতুনা অমসু তাবা মতমগী মুমিংপু খুমনগুরু কৌহুনা খুং হাঙ্গীথাতুনা খুরুমই, মাতুবু জগোইদা অভিনব তৌবদি খুং অনি লোয়াবা অদু মখোন হৌহনদনবা অমোক থাদোকনা অমোক লোয়া তৌহুনা মথাদগী হৌরগা মথক্তা, মথক্তগী মথাদা হাঙ্গীথাহুনা লীরুংগুম্বা কোয়তুনা রাতোন অমা অমোক হাঙ্গীথাবা, অমোক হাঙ্গীগংপা, অদুগা অমোক হাঙ্গীথাহুনা রা অরিংবা অমসু মতোন অমোক কোনথাহনবা অমোক হাইগং, নাক অমারোমদা অমোক হাইথা, অমোক হাইগং তৌহুনা জগোই সাই, মাসি-গাদি সাযণগী ব্যাখ্যাগা মান্নবা যাই,—মাসুপ য়াম্না কুপনা সাযণনা মাগী ভাষ্যদা হাঙ্গীরমগনি, হাঙ্গীনা থাজবা ওমদে, ঐখোইনা সেংনা খংই, জগোই অসিদি মিতৈত্তনা সাবা জগোইনি, সাযণগী পুকনিংদা ফাউথিক মথোকতে, মিতৈনা খংবদি যাই। সাযণনা অর্থ অমসু হাঙ্গী,—"যথাবা সন্মার্গবাক্তনঃ বংশমিব স্বকীয়ংকুলমুন্নতং কুর্ব্বন্তি তদ্বদিতি"—অর্থ অমদি সন্মার্গ চংপাসীংনা মাগী বংশবু য়াংখংহনবাগুমই।

আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র "গাযন্তিত্বা গাযত্রিণো'......" মন্ত্র অসি কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মহাভারততা শান্তিপর্ব্বদা অধ্যায ২৮৪ দা ৭ শ্লোকতা ব্যাখ্যা তৌই, মাতুগাদি সাযণগা মান্নদে. অদু ওইরবদি ঐখোইনা বেদব্যাসগী ব্যাখ্যা লৌবনা চুমই, মাহুদি,—

"গাযন্তিত্বা গাযত্রিণোঽর্চ্চযন্ত্যর্কমর্কিণঃ।
ব্রহ্মাণংত্বাংশতক্রতুমূর্দ্ধংখমিব মেনিরে॥"

( মহা° শান্তি ২৮৪ অ° )

## নীলকণ্ঠটীকা।

অস্যৈব ত্রৈবর্ণিকোপাস্যত্বে শ্রুতিং পঠতি গাযন্তীতি, গাযত্রিণস্ত্রিসন্ধ্যং গায়ত্রীজপরাঃত্বামেব গায়ন্তি গায়ত্রীপ্রতিপাদ্যত্বমেবাসীত্যর্থঃ। অর্কিণঃ অর্কোপাসনপরাঃ ত্বামর্কং সবিতারং মণ্ডলাধিষ্ঠাতারমর্চ্চন্ত্যুপতিষ্ঠন্তে সন্ধ্যাসু। ব্রহ্মাণংব্রহ্মবিদং চতুর্মুখং। শতক্রতুংদেবেন্দ্রং। উর্দ্ধং সর্ব্বোপাধিভ্যউদ্গতং খমিব আকাশবৎ সর্ব্বগতঞ্চনিত্যঅসঙ্গঞ্চ তাদৃশংমেনিরেমুনয়ঃ। ইতি ভক্তিরক্ষায়াং নীলকণ্ঠঃ।

হিন্দী অনুবাদ,—গায়ত্রী মন্ত্রকাজপকরণেবালে দ্বিজ—আপকী হী মহিমাকা গান করতে হৈং, ঔর সূর্যোপাসক সূর্যকে রূপকী হী আরাধনা করতে হৈং। ঋষিগণ আপকো হী ব্রহ্মা, শতক্রতু, ইন্দ্র ঔর আকাশকে সমান সর্ব্বোচ্চ পদমানতে হৈং।

ঐখোইনা মথক্তা লৌখৎলিবা সায়ণগী অর্থগা মহাভারততা বেদ-ব্যাসনা তৌবা অর্থগা থানাহুনা এংসি,—

বেদ,——"ব্রাহ্মাণস্ত্বাশতক্রত উদ্বংশমিব য়েমিরে।"

ভারত——"ব্রাহ্মাণংস্বাংশতক্রতু মূর্দ্ধংখমিব মেনিরে।"

উদ্বংশমিব য়েমিরে=উর্দ্ধংখমিব মেনিরে॥

অহুনাদি ব্যাসদেবগী মততা উদ্বংশম্ইব—রাতোনগুম্না নিংই হাঈবদি পুন্নামকী মথক্তা লৈবা অতিয়াগুম্না ঈশ্বরনা ইখ্ৱাইমক্তগী মথক্তা ৱাংখৎতুনা লৈ, হাঈবনা অচুম্বা ব্যাসগী সম্মত ওইবা অর্থনি।

যৎসানোঃ সান্বারুহদ্ভূর্য্যস্পষ্টকর্ত্ত্বম্।

তদিন্দ্রো অর্থং চেততি যূথেন বৃষ্ণি রেজতি॥ ২॥

অন্বয়ানুবাদ:—যৎ=যদা (মতম অহুদা) যজমাননা সোমলতা, যজ্ঞগী সীঙনাচিংবা লৌনবগীদমক) সানোঃ (চাঙথক অমদগা) সানুম্ (চীঙথক অমদা) আ+অরুহৎ (কাখিবা) ভূরি কর্ত্ত্বম্ (থবক ময়াম—সোম যাগগী থবক ময়াম) অস্পষ্ট (যজমাননা শোকপা হাঈবদি ভৌবা হৌবা) তৎ=তদা (মতম অহুদা) ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) অর্থম্ (যজমানগী কারবা=প্রয়োজন) চেততি (খংই)—মাহুম্না খংলগা বৃষ্ণি (যজমানগী অপাম্বা পুম্বা চুথাহনা নিংবা থুংহন্দুনা) যূথেন (মরুদ্গণগা লোইনাহুনা) এজতি (নিকই হাঈবদি,—মাগী লৈনফমদগী যজ্ঞ তৌফম তাম্না চৎনা-বগীদমক থৌরাং তৌই)॥ ২॥

অনুবাদ:—যজমাননা সোমলতা, যজ্ঞগী সীং লৌনবগীদমক চীঙথক্তগা চীঙথক অমদা চৎপা মতম অহুদা থবক ময়াম ভৌবা তারবা মতমদা

ইন্দ্রনা যজমানগী পুকনিং খংলে, যজমানগী অনিংবা পুম্বা খুংহনলিংতুনা মরুৎশীংগা লোইনাতুনা যজ্ঞ তৌফমদা লাক্লবগীদমক থৌরাং তৌই। ২॥

যুক্ষ্বাহিকেশিনাহরীবৃষণাকক্ষপ্রা।

অথানইন্দ্রসোমপাগিরামুপ শ্রুতিংচর ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ--সোমপাঃ (সোম থকপা হে ইন্দ্র!) কেশিনা (লেংকাওবচোনবা মশোংপানবা) বৃষণা (অকনবা) কক্ষপ্রা (পুকলি ফাবা—অনোইবা) হরী (সগোল অনিবু) যুক্ষ্বাহি (রথতা পানসিনলু) অথ (অতুগী মথংদা) গিরাম্ (ঐখোইনা লৈসিলৈথোনবগী) উপশ্রুতিং (মনাক্তা তানবগীদমক) চর (চৎলু)। ৩॥

অনুবাদঃ—হে সোম থকপা ইন্দ্রও! মশোং চোম্না পানবা, মশা কনবা নহাওইবা, মপুক্তা চেৎনা পুকলি ফাবা, সগোন অনি রথতা পান-খৎলো, অতুগী মথংদা ঐখোইনা নহাকপু লৈসি লৈথোনবা অসি তানবা নাক্তা চৎলু। ৩॥

এহি স্তোমাঁ অভিস্বর াভিগৃণীহ্যারুব।

ব্রহ্মচনোবসোসচেন্দ্র যজ্ঞংচবর্দ্ধয় ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—বসো। (লৈনবা ওইবা হে ইন্দ্র!) এহি (থবক অসিদা লাও) স্তোমান্ (উদ্গীতানা হাঈরিবা লৈসিলৈথোনবা খিবিক অসি) অভিস্বর (থাগৎতুনা য়া হাঈয়ু) অভিগৃণীহি (অধ্বর্যুসীংবু য়াতুনা ফরে হাঈয়ু) আরুব (হোতানা সিজিন্নরিবা পাইরিবা খুৎলাই এংতুনা থাগৎলু) নঃ (ঐখোইগী) ব্রহ্মচ (চানবাবুসু) যজ্ঞংচ (তৌরিবা থবক-পুসু) সচা (লোইননা) বর্দ্ধয় (চাওখৎহনলু,—যজ্ঞ অসি মপুংফাহন্দুনা ঐখোইগী চানবা চিঙ্গাক চাওখৎহনলু)। ৪॥

অনুবাদঃ—হে থবাইপানবা পুম্বগী লৈনবা ওইবা হে ইন্দ্র! ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসিদা লাও, উদ্গীতসীংনা হাঈরিবা লৈসিলৈথোনবা য়ায়াম

অসি তাহনা থাগৎলোলাও, অদুগা যজুর্বেদ হৈবা অধ্বর্যু সীংবু এংচুনা মুঙাইবা নখোঞ্জেন তাহনলু, হোতানা সিজন বা খুৎলাই—শাস্ত্রোমদা অপোনবা মা হাঙৈহনা থাগৎলু, মাসুম তৌহনা তৌরিবা যজ্ঞ অসি মপুং ফাহনলু, ঐখোইগী চানবা চীঙাক চাওখৎহলু। ৪ ॥

উক্‌থমিন্দ্রায়শংস্যংবর্ধনংপুরুনিষ্‌ষিধে।

শক্রোযথাসুতেষুণো রারণৎসখ্যেষুচ। ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—পুরুনিষ্‌ষিধে ( এরুবা পুম্বা মাংহনবা ) ইন্দ্রায় ( ইন্দ্রগী-দমক ) বৰ্দ্ধনম্‌ (চাউখৎহনবা) উক্‌থম্‌ (ঋগ্‌কী গীতপু) সংস্যম্‌ ( ঐখোইনা থাগৎকদবা ওই ) শক্রঃ ( পাঙ্গনবা ইন্দ্রনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) সুতেষু ( ইচাদা ) সখ্যেষু ( মরুপসীংদাসু ) যথা ( মাদুম্না ) রারণৎ ( রাম্না কম্না লাওবা ) তথা ( মাদুগুম্বা ) [ শংস্যম্‌ ( থাগৎকদবা ওই ) ঐখোইগী ঋক্‌না পেল্লবা ইন্দ্রনা ঐখোইগী ঈচা অমসু মরূপ থিবিকপুসু মথল মখা রাম্না থাগৎতুনা লাওসনু। ৫ ॥

অনুবাদ :—মপান নাইদ্রবা এরুবাবু মহাকনা থিংবিবা ইন্দ্রবু ঋগ্‌ মন্ত্র থিবিকনা থাগৎতুনা ঐখোঙৈনা চাওখৎহনলে মরম অসিদগী মতিক চাওবা ইন্দ্রনা ঐখোইগী ঈচা অমসুং মরুপসীংগী মরক্তা লৈহনা মাখোইবুসু অকনবা খোঞ্জেননা থাগৎতুনা লাওবা ওইসনু ॥ ৫ ॥

তমিৎ সখিত্বঈমহেতংরায়েতংসুবীর্যে।

সশক্রউতনঃশকদিন্দ্রোবসুদয়মানঃ ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ - সখিত্বে ( ঐখোইগী চান্নবা ওইরবদা ) তম্‌ইৎ ( অদুগুম্বা ইন্দ্রমকপু ) ঈমহে ( ঐখোইনা ফংগনি ) রায়ে ( লনগীদমক ) তম্‌ ঈমহে ( ঐখোঙৈনা মহাকপু ফংগনি ) সুবীর্যে ( অকবা পাঙ্গল ফংনবগীদমক ) তম্‌-ঈমহে ( মহাকপু ঐখোঙৈনা ফংগনি ) উত ( অমসু ) শক্রঃ ( শক্তি লৈবা) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) নঃ ( ঐখোঙৈগীদমক ) বসু ( লন ) দয়মানঃ ( পীদুনা ) শকৎ ( ঐখোঙৈবু ঙাকপীবা ওই )। ৬ ॥

অনুবাদ ঃ—ঐখোইনা চানবা, লন অমসু তৌবাওষা পাঙল কনবাগী মমক ইন্দ্রগী মফমদা চংজে, পাঙনবা, তৌবাওম্বা ইন্দ্রনা ঐখোইদা লন পীহনা ঐখোইবু ভাকপি। ৬॥

সুবিবৃতংসুনিরজমিন্দ্রত্বাদাতমিদ্যশঃ।

গবামপ ব্রজংবৃধিকৃণুষ্বরাধোঅদ্রিবঃ॥ ৭॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ইন্দ্র (হে ইন্দ্র!) যশঃ (অন্ন—চান-নবা, কর্ম্মগী মহৈ ওইবা) সুবিবৃতম্ (চংখোম্না পুম্নামক্কা সন্দোকপা) সুনিরজম্ (মুভাইনা খোংখুৎনা ফংবাওম্বা) ত্বাদাতমিৎ (নহাক্কা শেংদোক্লে, চংখোম্না ওইরে) গবাংব্রজম্ (যঙ্গোম অমোবনাচিংবা রস মযাম ফংননবগীদমক যঙ্গোনদা) অপবৃধি (থোং হাংউ) অদ্রিবঃ (চীঙনথুগাইনবা বজ্র পাইবা ইন্দ্রও) রাধঃ (লন) কৃণুষ্ব (থোকহনলু)। ৭॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্র! ইষুঙো নংখোইনা পীবা লনপুম্বা শন্দোকতুনা লৈরে, অমসু লনসীং অচু ব্রাদনা লোইনা ফংবা যাই, হে চীঙ থুগাইনবা বজ্র পাইবা ইন্দ্রও! যঙ্গোনগী থোং হাংদোকউ, লন থোকহনলু। ৭॥

নহিত্বা রোদসীউভে ঋঘায় মাণমিম্বতঃ।

জেষঃ স্বর্বতীরপঃ সঙ্গাঅস্মভ্যং ধূনুহি॥ ৮॥

অন্বযানুবাদ :—(হে ইন্দ্র) ঋঘাযমানম্ (একনবা হাৎপা) ত্বা=ত্বাম্ (নহাকপু) রোদসী (লৈপাক নিংথৌ অনিনা) নহিম্বতঃ (নংগী নত্তিকপু চপচানা থন্দুনা লৈহনবা ঙমদে—হেন্দোকতুনা লৈ) স্বর্বতীঃ (স্বর্গলোকক্কা ভিন্নবা) অপঃ (ঈসিং—নোংগী মশক ওইবা ঈসিং) জেষঃ (ঈনসিনলু) অস্মভ্যম্ (ঐখোই পুম্নামক্কীদমক) গাঃ (যঙ্গোম পীবা যণ অমোম) সংধূনুহি (চংখোম্না ইনসিনলু)। ৮॥

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্রদেব! নহাকনা একবা হাৎপা মতমদা লৈপাক, নিংথৌ অনিনা মহাক্কী নত্তিক নগুণবু পুবা ঙমদে, নিংথৌ লৈবাক্কী ঈসিং

চুথহনবিয়ু, ঐখোইদা মখোম খোকপী যণ অমোম পীয়ু। ৮॥

আশ্রুৎকর্ণশ্রুধীহবং নূচিদ্দধিষ্বমেগিরঃ।

ইন্দ্র স্তোম মিমংমমকৃষ্বাযুজশ্চিদন্তরম্ ॥ ৯॥

অন্বয়ানুবাদ :—আশ্রুৎকর্ণ! ( নাকোং অনিনা পুন্নামক তাবা, হে ইন্দ্রও!) হবম্ ( ঐখোঙ্গনা কৌবা ) নু ( থুনা ) শ্রুধি ( তাউ ) মে ( হোত্তা ঐগী ) গিরশ্চিৎ ( লৈসিলৈথোনবাবুসু ) দধিষ্ব ( থমোইদা হাপপীয়ু ) মম ( ঐগী ) ইমম্‌স্তোমম্ ( লৈসিলৈথোনবা স্তোত্রগী মশক ওইবা য়াহৈ ময়াম্বু ) যুজশ্চিৎ ( নখোইগী মরুপকীসু ) অন্তরম্‌কৃষ্ব ( নকনাহনলু )। ৯॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্র! নহাক্তি মাইকৈ পুন্নামক্তা নাকোংনা তাবনি অহনা ঐনা কৌবা অসি থুনা তাবিয়ু, ঐখোইগী লৈসিলৈথোন অমসু ঐ:থাইগী মকপকী লৈসিলৈথোন পুন্নামক নহাকনা তাতুনা থম্বিয়ু ৯॥

বিদ্মাহিত্বাবৃষন্তমং বাজেষুহবনশ্রুতম্।

বৃষন্তমস্য হূমহউতিংসহস্রসাতমাম্ ॥ ১০॥

অন্বযানুবাদ :—হে ইন্দ্র! ত্বা—ত্বাম্ ( নহাকপু ) বিদ্ম ( ঐখোইনা খংই ) হি ( ময়েক মসীং শুনবা হাপ্পনি—অর্থ লৈতে ) নহাক্তি—“বৃষন্তমম্ ( অপাম্বাবু নোংগুম চুথাহন্দুনা নিংবা থুংহনবনি ) বাজেষু ( লানফমদা ) হবন শ্রুতম্ ( ঐখোইনা কৌবা তাবান ) বৃষন্তমস্য ( অপাম্বনা চুথবাগুম্না য়াম্না পীবা ) তব ( নহাক্কী ) উতিম্ ( ঐখোইবু ঙাকপিনবা ) উদ্দিশ্য (উত্তুনা) হূমহে ( নংবু ঐখোইনা কৌই ) নহাক্কী উতি অতদি — “সহস্রসাতমাম্ ( থোইদোকনা লন লীসীং লীসীং ওইনা পীবনি )। ১০॥

অনু:—হে ইন্দ্র! নহাকপু ঐখোইনা খংই, নহাক্তি নঙোন্দা নিজবা ঐখোইগী অপাম্বা পুম্বা নোংগুম চুথহনহনা নিংবা থুংহনবনি. লানফমদা ঐখোইনা কৌবগা নহাক্তি হেক্তা তাবনি অপাম্বা পুম্বা নোংগুম চুথহন্দুনা পীবা

মহাক্লা ঐখোইবু ভাকপিনবগীদমক ঐখোইনা কৌরি, নহাক্লা ভাকপীবদি লীসিং লীসিং ওইনা লন চুথহন্দুনা পীবনি। ১০ ॥

আতুন ইন্দ্রকৌশিক মন্দসানঃ সুতং পিব।

নব্যমায়ুঃ প্রসূতিরকৃধী সহস্রসামৃষিম্ ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র! ) তু ( থুনা ) নঃ ( ঐখোইগী নাক্তা) [ প্রত্যাগচ্ছ (লাও ) ] কৌশিক ( হো কুশিকগী মচা ইন্দ্রও! ) মন্দ সানঃ ( হরাওনা ) সুতম্ ( সুমহৃনা লৌরবা সোমবস অসি ) পিব ( থকউ ) নব্যম্ ( লাই পুন্নামকনা থাগৎনবা ওইবা হাঙ্গৈবদি,—থবক লোইরবদা লাইসীংনা থাগৎনবা ওইবাবু ) আয়ুঃ ( পুনসিবু ) প্রসূতির ( থোইদোক্না, চংখোন্না চাওখৎহনলু ) সহস্রসাম্ ( লীসীং লীসীং ওইনা ফংবা ) ঋষিম্ ( মীৎ, নানাচিংবা ইন্দ্রিয়না খংদবাবু উবা খবাবু ) কৃধী=কৃধি ( তৌ )। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—হে কুশিকগী মচা! হে ইন্দ্র! ঐখোইগী নাক্তা থুনা লাও, হরাওনা নিংথিনা সেমদোক্লবা সোম মহি অসি থকউ, তৌগদবা থরক লোইরবদা লাইসীংনা পেন্দুনা থাগৎনবা ওইবা অমত্তু পুনসি—নিংথিনা চাওখৎপা লীসীং লীসীং ওইনা মীৎ নানাচিংবা ইন্দ্রিয়না খংবা ওইদবাবু উবা খংবা, ঋষি ওইহনবিয়ু। ১১ ॥

পরিত্বাগির্বণোগির ইমাভবন্তু বিশ্বতঃ।

বৃদ্ধায়ু মনুবৃদ্ধয়ো জুষ্টা ভবন্তু জুষ্টয়ঃ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—গির্বণঃ ( ঐখোইগী লৈসিলৈথোন্নফম ওইবা হে ইন্দ্র! ) বিশ্বতঃ ( থবক পুন্নামক্তা ঐখোইনা হাঙ্গৈরিবা ) ইমাঃ গিরঃ ( অসিগুম্বা স্নাহৈসীং লৈসিলৈথোনবা অসিনা ) ত্বা—ত্বাম্, ( নহাকপু ) পরিভবন্তু (পুন্না-মক্তা ফংসনু ) যাথংসীং অহুদি—বৃদ্ধায়ুমনু ( চাওখৎলবা পুনসিনা ভিনবা নহাকপু কংলগা ) বৃদ্ধয়ঃ ( চাওখৎলবনি ) অমোকসু স্নাথংসীং অহুদি,—জুষ্টাঃ ( নহাকনা তারহুনা ) জুষ্টয়ঃ ( ঐখোইগী পেন্নবা) ভবন্তু, (ওইলসু)।১২ ॥

অনুবাদ ঃ—হে লৈসিলৈথোনকম ওইবা ইন্দ্রও। মাইকৈ পুন্নামক্কী ঐখোইনা নহাকপু লৈসিলৈথোনবা অসিনা নহাক্কী মফমদা য়োৌবা ওইনবু, নহাকক্তি য়াম্না পুক্নিয়্, নহাকপু ফংলগা লৈসিলৈথোনবা অসি চাওখৎলপনি, নখোইবু পেলহনবানা স্তুতি অসি ঐখোইগী অপেনবনি। ১২ ॥

---

১১ শুবা সূক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি। মধুচ্ছন্দা ঋষিগী মচা জেতানা ঋষিনি।

ইন্দ্রংবিশ্বা অবীবৃধন্ত্সমুদ্রব্যচসংগিরঃ।

রথীতমংরথীনাংবাজানাংসৎপতিংপতিম্॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—বিশ্বাঃ (অবাম্বা) গিরঃ (ঐখোইগী লৈসিলৈথোনবা—রাহৈসীং অসিনা) সমুদ্র ব্যচসম্ (সমুদ্রগুম্না পুন্নমক সিনথুংলবা) রথীনাম্ (রথ তোংবা লানমীসীংগী মরক্তা) রথিতমম্ (রথ তোংবা অথোইবা)—বাজানাম্ (চানবা চিঞ্জাক থিবিক্কী) পতিম্ (মপু ওইবা) সৎপতিম্ (অফবা নয়েনদা লৈবাসীংগী ঙাকপীবা মপু ওইবা) ইন্দ্রম্ (ইন্দ্রবু) অবীবৃধন্—(চাওখৎহনলি)।১।

অনুবাদ ঃ—সমুদ্রগুম্না পুন্নমক্তা সিনথুংনা লৈবা, রথী অথোইবা, চানবা চিঞ্জাক অমগী মপু ওইবা অমসু অফবা সাধুসীংবু ঙাকপীবা ইন্দ্রবু ঐখোইগী লৈসিলৈথোনবা রাহৈসীং অসিনা চাওখৎহনলে।১।

সখ্যেত ইন্দ্রবাজিনো মাভেমশবসস্পতে।

ত্বামভি প্রণোনুমোজেতারমপরাজিতম্॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—শবসস্পতে! (পাঙ্গল ঙাকপা—হে পাঙ্গলবা!) তে (নহাক্কী) সখ্যে (থোজানবিহুনা মরূপকী মতৌ ওইবিবা অসিদা) বাজিনঃ (চানবা য়াম্না লৈবা ঐখোইনা) মাভেম (অকিবা লৈতে) জেতারম্ (লানকমদা জয়বা ওইহনা লৈবা) অপরাজিতম্ (মাইথিবা লৈতবা).

ষাম্ ( নহাকপু ) অভিপ্রণোনুমঃ ( পুম্নমক্তা থোইদোক হেক্তোকনা লৈসি-লৈথোনজৈ ) । ২ ॥

অনুবাদ :—হে পাঙ্গনবা ! স্বরাজেন্দ ! নহাক্কা ঐখোইবু থৌজান-বিক্তনা মরুপকী মতৌগুম্না ঙাকসেনবিয়া অসিদা ঐখোইনা চানবা য়াম্না লৈরে, এরুবাব্র কিরা করি অমতা লৈতে, লানফম খুদিংদা জয়ত্তা ওইবা, মাইথিয়া মুকলৈ লৈতবা নহাকপু পুম্নামক্তা থোইদোক হেক্তোকনা লৈসি-লৈথোনজৈ। ২ ॥

পূর্ব্বীরিন্দ্রস্য রাতয়োনবিদস্যন্ত্যূতয়ঃ।

যদী বাজস্য গোমতঃস্তোতৃভ্যোমংহতেমঘম্ ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্রস্য ( ইন্দ্রগী ) রাতয়ঃ ( লন পীবদি ) পূর্ব্বী ( মহৌশানা অসুমক তৌবনি ) স্তোতৃভ্যঃ ( ঋত্বিক্—পুরোহিতসীংদা ) গোমতঃ ( যণগা লোইনবা ) বাজস্য ( চানবা চিঙ্গাক ) মঘম্ ( লন ) যদি মংহতে ( দক্ষিনাগী মশক পীববদি ) তদানীং ( মতম অদুদা ) উতয়ঃ ( লন মযাম পীবগা লোইননা ঐখোইবু ঙাকপীবা ময়াম ) নবিদস্যন্তি ( মন্নেং তারোই ) । ৩ ॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রদি মহৌশানা লন পীগনবনি, মরম অদুনা হুজিক মকম যজমাননা ইন্দ্রবু লৈসিলৈথোনবা ঋত্বিক্ পুরোহিতসীংদা যণগা লোইনা লন দক্ষিনা যাম্না কৎলবদি ইন্দ্রনা ঐখোইবু লন য়াম্না পীদুনা ঙাকপীবদা অরাৎপা লৈতে। ৩ ॥

পুরাংভিন্দুর্যুবাকবিরমিতৌজা অজায়ত।

ইন্দ্রো বিশ্বস্যকর্মনোধর্ত্তাবজ্রীপুরুষ্টুতঃ ॥ ৪ ॥

পুরাম্ ( হংচাবসীংগী ) ভিন্দুঃ ( ফুগাইবা, যুবা ( পাখংডা ওইদুনা লৈবা ) কবিঃ ( শাস্ত্রগী বুদ্ধি লৈবা ) অমিতৌজাঃ ( য়াম্না কনবা ) বিশ্বস্য কর্ম্মণঃ ( ভাইবংপুম্নগী থবক—জ্যোতিষ্টোমমচাচিংবগী ) ধর্ত্তা ( য়োকপীবা )

বজ্রী ( মাবু ঈড়াংচবা যজমানবু য়োক্লবগীদমক মথুৎতা বজ্র পাইবা ) পুরন্দরঃ ( মখলমথা য়াম্নবা কর্ম্মদা মাবু লৈসিলৈথোম্নবা ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্র ( অসিনা ) অজায়ত ( ওই ) । ৪ ॥

অনুবাদ :—পাখংজা ওইহুনা লৈবা, শাস্ত্রগী বুদ্ধি লৈবা, মপাঙ্গলদা মাগী মপা লৈতবা, ভাইবং পুম্বগী ওইনা তৌবা থবক পুম্বাবু মানা য়োকপিবা মাবু ঈড়াংপা যজমানবু য়োকপীনবাগীদমক মথুত্তা বজ্র পাইবা, থবক পুম্নমক্তা মাবু লৈসিলৈথোম্নবা ইন্দ্রনা হিংচাবাসীংগী পুর থুগাইবগী মশক ওইহুনা মহাক্না পোকপনি । ৪ ॥

ত্বং বলস্য গোমতো পাবরদ্রিবো বিলম্ ।

ত্বাং দেবা অবিভ্যুযস্তুজ্যমানাস আবিষুঃ ॥ ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অদ্রিবঃ ( হে ইন্দ্র ! ) ত্বম্ ( নহাক্না ) গোমতঃ ( যণ ময়াম লৈবা ) বলস্য ( বল হিংচাবগী বিলম্ ( গুহাবু ) অপাবঃ ( হাংদোকপীবনি ) তুজ্যমানাসঃ ( বলনা ওৎপীরবা— ব্রাহনলবা ) দেবাঃ ( লাইসীংনা ) অবিভ্যুষঃ ( নহাক্না ভাকপীবনা কিদবা ওইদুনা ) ত্বামাবিষুঃ ( নহাকপু ফংখিবনি ) । ৫ ॥

অনুবাদ :—হে বজ্র পাইবা ইন্দ্র ! নহাকনা যণহুবা হিংচাবগী গুহা হাংদোকপীখিবনি, মতম অদুদা বলহিংচাবনা য়াম্না থিনা লাকনারবদা লাইসীংনা অকিবা লৈতনা নহাকপু ফংখিবনি । ৫ ॥

ব্যাখ্যা :—য়েবরেণ্ড কৃষ্ণমোহনবান্দ্যা পাধ্যাযনা মহাক্না Aran with ness তা ইরমই, বেবীল্যোনগী মপু বেলবু ঋগ্‌বেদগী বলনি, হাঈ । মাদুগী খ্বারিদি "ইন্দ্রো বলস্য বিলমাপোর্ণোৎ" অসিনাচিংবা ব্রাহ্মণদা অমসু অত্তোপ্পা মন্ত্রসীংদাসু হাঈহুনা ঈখংখংনবনি । মাদুদি বল হিংচাবনা লাইগী যণ ময়াম হুহুনা চীঙগী গুহাদা মথূম খুমজিন্দুনা থম্থ্রবদা ইন্দ্রনা লাইসীংবু গুহা হাংদোকতুনা যণসীং অদু লৌথোকহনলি, লানফম অদুদা হিংচাববু লাইনা মাইথিবা পী, যণসু ফংখি । ৫ ॥

তবাহং শূররাতিভিঃ প্রত্যায়ং সিন্ধুমাবদন্।

উপাতিষ্ঠন্ত গির্বণো বিদুষ্টেতস্য কারবঃ ॥ ৬ ॥

শূর (হে অথৌবা! ইন্দ্র!) তবরাতিভিঃ (নহাকনা পিগনবা মরম্মা) অহম্ (হোতা ঐনা) প্রত্যায়ম্ (অমোক হন্না লাক্লবনি) সিন্ধুম্ (মহি চেন্নবা সোমবু) অবদন্ (পুন্নামক্তা হাঙ্গৈহ্না) গির্বণঃ (চিন্নাথোকনা হাঙ্গৈজহ্না নিনফম ওইবা হে ইন্দ্র!) কারবঃ (কর্তা ময়াম- ঋত্বিক্ যজমানসীংনা) উপাতিষ্টন্ত (মমাংঙৈদা লন ফংনবগীদমক ননাক্তা চংজখি-বনি) তস্য (অদুগুম্বা পীগনবা) তে (নহাক্কী) বিদুঃ (লন পিবনাচিংবাবু পুন্নামকনা খংই)। ৬ ॥

অনুবাদ:—হে অথৌবা ইন্দ্র! নহাকনদি পীগনবনিনা হোতা ঐনা মচুম সিনথরবা সোমরস অসি মফম পুন্নামক্তা থাগৎতুনা অমোকসু হন্না ননাক্তা লাকচরি, হে ইন্দ্রও চীন্না থাঙ্গৎতুনা লৈসিলৈথোন্নবাও! মথৌ তৌরিবা ঋত্বিক্ অমসু যজমানসীংনা অমোকসু লন ফংনিংহ্না নহাকপু লন পীগনলি হাঙ্গৈবা খংহ্না ননাক্তা লাকলে। ৬ ॥

মায়াভি রিন্দ্র মায়িনংত্বং শুষ্ণমবাতির।

বিদুষ্টেতস্যমেধিরাস্তেষাং শ্রবাংস্যুত্তির ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ:—ত্বম্ (নংনা) মায়িনম্ (লৌনম চাওবা) শুষ্ণম্ (পুন্না-মকপু খুকখুক কংসিনহল্লি হাঙ্গৈহ্না শোষণ কৌবা হিংচাববু) মায়াভিঃ মায়া হাঙ্গৈবদি ফত্তনবা তৌবা লৌনম খিবিক তৌহ্না—অর্থ অমনা হাৎনবাগী উপায় খংবা বুদ্ধি তৌহ্না) অবাতিরঃ (নংনা হাৎখিবনি) মেধিরাঃ (শাস্ত্রগী বুদ্ধি লৈবা মথৌ তৌরিবাসীংনা) তস্য (অদুগুম্বা) তে (নহাক্কী) বিদুঃ (মাহিমখংই) তেষাম্ (অদুগুম্বা মামাগী মথৌ তৌবাসীংগী) শ্রবাংসি (চানবা—অন্ন—চিঞ্জাক) উত্তির (নংনা চাউখৎহনলু)। ৭ ॥

অনুবাদ:—হে ইন্দ্র! নংনা লৌনম চাওবা শুষ্ণবু লৌনম তৌহ্না

হাংলি, নংগী নতিকপু লৌসীংফবাসীংনা খংই, খংহুনা নংবু ঈড়াংপদা চানবা চিঙ্গাক পীয়। ৭ ॥

ইন্দ্রমীশান মোজসাভিস্তো মা অনূষত।

সহস্রংযস্যরাতয় উতবাসান্ত ভূয়সীঃ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— স্তোমাঃ (লৈসলৈথোনবা ঋত্বিক্সীংনা) ওজসা (মপাঙ্গননা) ঈশানম্ (তাংবা বু ব্রাএনবা) ইন্দ্রম্ (ইন্দ্রবু) অভ্যনূষত (পুন্নামক্তা লৈসিলৈথোনলি) যস্য (ইন্দ্রগী) রাতয়ঃ (লন দান খিবিক্কা) সহস্রম্ (লীসিং) সান্ত (ওই) উতবা (অমসু) ভূয়সী (লীসিংদগীসু হেন্না ওই)। ৮ ॥

অনুবাদ ঃ—মহাক্কী পাঙ্গলনা তাংবা পুম্বাবু ব্রাএনবা ইন্দ্রবু নিজরিবা-সীংনা লৈসিলৈথোনলি, ইন্দ্রনা তৌবা লন দানদি লিসিংনা খুচিং ওইহুনা পী, মাতুদগীসু হেন্না পী। ৮ ॥

—:(০):—

## ৪ অনুবাক। ১২ সূক্ত। অগ্নিদেবতা। মাসিদগীনা

২৩ সূক্ত ফাউবা কণ্বগী মচা মেধাতিথি ঋষিনি। গায়ত্রী ছন্দঃনি।

অগ্নিং দূতং বৃণীমহে হোতারং বিশ্ববেদসম্।

অস্য যজ্ঞস্য সুক্রতুম্ ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—দূতম্ (লাইগী দূত) হোতারম্, (লাইবু লাকনবা কৌবা) বিশ্ববেদসম্ (লন ময়াম লৈবা) অস্য যজ্ঞস্য (তৌরিবা যজ্ঞ অসিগী) সুক্রতুম্ (নিংথিবা থবক তৌবা) অগ্নিম্ (অগ্নিবু) বৃণীমহে (ঐখোইনা নিংথিনা নিংই)। ১ ॥

অনুবাদ ঃ—লাইগী পাউ পুবা দূতও, লাইবু লাক্কবা কৌবা, লন য়াম্না লৈবা মৈবু নিংথিনা যজ্ঞ অসি তৌনবগীদমক ঐখোইনা নিংথিনা নিংলি, হাঙ্গৈবদি ভজন তৌরি। ১ ॥

অগ্নিমগ্নিং হবীবভিঃ সদাহবন্তবিশ,পতিম্ ।

হব্যবাহং পুরুপ্রিয়ম্ ।২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— বিশপতিম (বিশ্-প্রজাসীং—হোতানাচিংবগী ভাক-পিবা মপু ওইবা) হব্যবাহম্ (যজমাননা পিবা হবিঃবু পুহুনা লাইদা পীবা) পুরুপ্রিয়ম্ (পুম্নামকনা মাব্ পেনবা) অগ্নিমগ্নিম্ (অহুঅহুগুম্বা মৈমৈ অহুবু) হবীমভিঃ (কৌনবা মন্ত্র শিবিকনা মবম ওইহুনা) সদা-হবন্ত (ইতৎতৎক্না যজ্ঞ তৌবাসী না কৌই)।২ ॥

অনুবাদ:—প্রজাপুম্বাবু মানা ভাকপীনবা মপু ওইবা, যজমাননা পীবা হবিঃ পুহুনা লাইদা পীবা, পুম্নামকনা মাব্ চানবা অহুঅহুগুম্বা মৈবু যজ্ঞতৌবা-সীংনা কৌনবা মন্ত্র শোন্দুনা ইতৎতৎতনা কৌই।২॥

ব্যাখ্যাঃ—"অগ্নিম অগ্নিম" অম্মুন্না অগ্নি—মৈবু অনিবক হন্না হাঈরি, মাহুদি, মৈদি অমত্তনি অহুন্নাদি ওইবগা মৈগী মখল মখা মযাম থোকপা এংদুনা বীপ্সাদা অগ্নিম্ অগ্নিম্ অম্মুন্না অনিবক হন্না হাঈবনি। মাম্মুন্না আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিদা যাওবিবা 'বিশ্' শব্দ অসি আলোচনা তৌনবা মরুওইবা শব্দ অমনি। বেদদা 'বিশ্' পদ অসি ক্তাইব মীপুম্বাবু খংনৈ, অহুনা ঐখোইনা প্রজা হাঈনা অর্থ তৌরি. তৌইগুম্মু লৌকিক সংস্কৃত ভাষাদদি 'বিশ্' দি বৈশ্য—তৃতীয়বর্ণবু খংনৈ, মাসি আলোচনা তৌনবা ৱাহৈ অমনি।

ৱাক্যম অসিদা ঐখাইন৷ "ভারতীয আর্যধর্ম্মকী প্রগতিশীলতা" অম্মুন্না কৌবা ডাক্টর মঙ্গল দেব শাস্ত্রী. এম৹ এ৹ ডী৹ ফ্রিল৹ (আক্সফোর্ড) গী প্রবন্ধদগী মতাং অসিদা থবদং লৌরি,—

ভারতীয আর ধর্ম্মগী চান্নবা মশক মাহু হাঈদ্রগা লক্ষণ করিনো? ৱাহং অসিগী লেপনবগীদমক পণ্ডিতসিংনা যাম্না কন্না হোৎনারে, অহুগা মাখোইনা হুজিক ফাউবা চান্নবা মহৈ যানবদি ওমদারি। মাসিনা মাম্নুপ যাম্না লুখরিবা অসিগী মবমদি, অসিনি,—ইতৎতহুনা চাওখৎলক্লিবা পাখং নহামচা অমাগুম্না ভারতীয আর্য ধর্ম্ম অসি মথং মগং তেনগৎলি, মুমিংচুপ্পা সাৎপা হৌগৎলকতুনাতা লৌরি। মহাক্কী সাংলবা মতমগী অতিহাসতা করিগুম্বা

মতম অমদা সাৎকাইবা তোকপা নত্রগা শীহ্নুা লৈবা তৌরক্তে। অহুম অহুম ফনা তৌহ্নুনাস্থ ভারতীয় আর্ষ ধর্ম্মনা মহাক্কী সূত্রোত্মাদি ইরেংলেংদনা অমন্তা ওইহ্নুনা অহুমকলে। মতাং অসিদা আর্যধর্ম্মগী প্রগতি শীলতাবু উত্তুনা মহাক্কী চাওখত্তুনা চৎলিবা মাইকৈ অহু থংনবগীদমক এংলি। মাহুগা মিতৈগী সনাতন ধর্ম্মগা তুলনা মূলক সমালোচনা তৌনবা আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিদা ব্যাখ্যা অসি হাপলিবনি।

ভারতীয় আর্য ধর্ম্মগী প্রগতি শীলতাবু উৎনাবগীদমক মহাক্কী বিশিষ্ট অবস্থাগী মাহুগী মশক অথোইবা, গুণ, দোষ অমস্থু লেংদবা অহু উত্তুনা বিচার তৌরি। অবস্থাসীং অহুদি—১। মৌলিক বৈদিক ধর্ম্ম, ২। উত্তর কালীন বৈদিক ধর্ম্ম মাস্থম হাঙ্গিত্রগা শ্রৌতধর্ম্ম, ৩। ঔপনিষদধর্ম্ম, ৪। জৈনধর্ম্ম, ৫। বৌদ্ধধর্ম্ম, ৬। পৌরানিকধর্ম্ম, ৭। সন্তধর্ম্ম অমস্থু ৮। শিখধর্ম্ম।

## মৌলিক বৈদিক ধর্ম্ম।

মৌলিক বৈদিক ধর্ম্মগী মশকতি ঐথোঙ্গনা ঋগ্‌বেদগী মাহুন্না উত্তর-কালীন ( মথংদা ওইবা ) শ্রৌত কর্ম্মকাণ্ডগী ফোংদোকপদা উবা ফংই। বৈদিক কালদদি মতবাদীসীংগী তিন্নদবা, অমগা অমগা মান্নদাবা মত লৈরমদে, মুমিৎচুপ্পা মতম পুন্নামক্তা আশাগী মশক ওইবা অচুম্বা থিজিনবা হোৎনবা, মুমিৎচুপ্পা থবক তৌহ্নুনাতা লৈবা, মুমিৎচুপ্পা লৈপাক মচা তাবগা লোইননা অরুবা, অমোৎপা য়াওদবা জীবনগী ভাবনা ওইহ্নুনাতা লৈরমই। মহৌশা কৌবী লাইরমাগী মথাদা সান্নাহ্নুা বৈদিক আর্যসীংনা মৈ, মুংশিৎ, মুমিৎ অসিনাচিংবা লাইলৈবাক্কা সংসংনা মড়ী লৈনরমই। মাহুগা মড়ী লৈনবাদগী থোরকপা অরাংবা ভাবকা তিন্নবা আর্যসীংগী জীবন হিংহ্নুা পানবদা ঈরং লংনা থোক্লমই। মতম অহুনা বেদগী ইথ্বাইদগী ইহেনহেনবা ব্যাখ্যাদি আর্য-সীংগী জীবননা ওইরমই। মতম অতুদদি মীওইবনা হিংহ্নুা পানবানা ধর্ম্ম তৌবা ওইরমই, নিপাস্থ নুপীস্থ বেদগী ঋষি অমস্থ ঋষিকা ওইরমই হাঙ্গবদি নুপীদি বেদগী অধিকার লৈতে, হাঙ্গবা ব্রাএন অসি লৈরমদে।

খুদম্নগীদমক,—

"কারুরহংততো ভিষগুপলপ্রক্ষিণীনননা।"

( ঋগ্‌ ৯।১১২।৩ )

( অর্থদি সুপী ঋষিকা অমনা হাঙ্গৈ, মাতুদি,—"ঐদি কবিনি, ঐগী ইপানা মাইবনি অমসু ইমানা য়ামতকপীনি ) ঋগ্‌ মন্ত্রনা হাঙ্গৈরিবা অসিদগী ইসেংসেংনা খংলে, মাতুদি, ঋগ্‌বেদগী ঋষি অসি সুপীসু ওই, মাসুম্না মতুংদা লাইরিক লেংবাসীংনা বৈশ্য ঋষি, রাজন্য ঋষি অসুম্না হাঙ্গৈনৈ, মাতুদি ঋষিদি ব্রাহ্মণতনা ওই অমসু মাতুসু নিপতনা ওই, হাঙ্গৈবা অসি, বৈদিক যুগতা লৈতে। রাফম অসি বেদদ মুন্তনা সংসংনা লৈরি।

থাঙ্গৈশেংবদি বৈদিক যুগ তদি তসেংতসেংবা প্রজাতন্ত্র, অমসু সাম্যবাদতা ওইরমই। আর্যসীংনা মাখোইবু 'বিশ্‌' হাঙ্গৈরগা আর্য প্রজা হাঙ্গৈনা খংনারমই, মাতুগী লেংদবা প্রমাণদি আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিদা প্রজাবু বিশ্‌ হাঙ্গৈরিবা অসিনি। মাসুম তৌতুনা মী খুদিংমক মহাক মহাকনা পুরোহিতসু ওই, নিংথৌসু ওই, লানমীসু ওই।

বৈদিক কাল অসিবু পুরাণ শাস্ত্রনা সত্যযুগ কৌই, মতম অতুগী প্রজাসীংগী মরমদা বায়ু পুরাণনা হাঙ্গৈ,—বর্ণাশ্রম ব্যবস্থাশ্চ নতদাসন্‌ ন সঙ্করঃ। ...... . তুল্যারূপায়ুঃ সর্ব্বা অধমোত্তম বর্জিতাঃ। সুখপ্রায়াহ্য-শোকাশ্চ উৎপদ্যন্তেকৃতেযুগে। নিত্যপ্রহৃস্টমনসো মহাসত্ত্বা মহাবলাঃ।"

মীওইবগী হিংতুনা পানবা হাঙ্গৈবা অসিদি—নংনা করি ঐনা করি হাঙ্গৈনা মহৈ মহৈ এংনবা মরমনা ক্ষত্র অমসু ব্রহ্ম থবক মখল অনি অসি তৌবনা হেনবদি মযেক্লা ভাবনি। অতুম্নাদি ওইরবসু মাখোই পুম্না মকপু বিশ হাঙ্গৈরগা চপমাননা খংনরমই। ক্ষত্র অমসু ব্রহ্ম শব্দ আনসি ভাববাচ্য ওইবনা থবক্‌কী মিংনি, মমৈদদি ব্রহ্মগী থবক তৌবাবু ব্রাহ্মণ মাতুম্না ক্ষত্রগী থবক তৌবাবুনা ক্ষত্রিয় কৌখি, অতুনা অহানবদদি ব্রহ্ম অমসু ক্ষত্র অসিতা ওইরম্বদগী, মমৈদদি ব্রহ্ম কৌবা বেদগী থবক তৌবা ব্রাহ্মণ মাতুম্না লানগী থবক্লা ক্ষত্র, অতু তৌবাবুনা ক্ষত্রিয় হাঙ্গৈবা মিংফ অসি ওইরকই, মাখোইগী মিং ব্রাহ্মণ অমসু ক্ষত্রিয় মিংফম অতুনা—

থারাদা চৎথিতুনা ব্রাহ্মণ জাতি, অমসু ক্ষত্রিয় জাতি হাঙ্গইতুনা খাইদোকখি।

ব্রাহ্মণ অমসু ক্ষত্রিয় নত্তবাবুনা হান্নাগী 'বিশ্' মিং অতু কৌতুনা লৈহৌবাবুনা বৈশ্য কৌনখি অতুনা ভারতীয় আর্য্যসীংদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসু বৈশ্য কৌতুনা অহুম থোকনা খাঙ্গখি। বর্ণ অহুম অসিদা চংলকপা আর্য ধর্ম্ম চৎতবাসীংবুনা শূদ্র কৌখি।

সত্যযুগতা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসু শূদ্র অসুম্না বর্ণ মরি থোকনা খাইরমদে। মাতুগী মতুংইন্না আশ্রম মরি, মাতুদি,--ব্রহ্মচারী, গৃহস্থ, বানপ্রস্থ অমসু ভিক্ষু—সংন্যাস কৌবা আশ্রম অসি লৈরমদে। মরম অসিনা—মতম অতুদা সঙ্করজাতি হাঙ্গবা লৈরমদে। কুচু, মশক-মচু চপ মান্নরমই; মী পুম্বা পুনসি য়ান্নমই, মামা অতোনবনি, মানা অহেনবনি, হাঙ্গবা লৈরমদে, মী খুদিংমক চুঙাইরমই। শোক—কাইনবগী—শিবনাচিংবগী অৱাঅনা লৈরমদে, সুমিৎচুপ্পা হরাও হরাও পাল্লমই; প্রাণগী হকচাংগী পাঙ্গন য়াম্না লৈরমই।

## উত্তরকালীন বৈদিকধর্ম্ম মাতু হাঙ্গদ্রগা শ্রৌতধর্ম্ম।

অহানবা বৈদিকযুগকী মথং বৈদিকযুগপু শ্রৌতধর্ম্ম অমসু পুরাণনা "ত্রেতা" যুগ কৌই। সভাতা পুম্নমক্কী ইতিহাসতা মীওইবগী হিংতুনা পানবদা তৌদবা য়াদবা থবক য়ান্নকপদগী সমাজদা কাংলুপ খাইদোল্লবই। অসিগুম্বা নিয়মগী মতুংইন্না অমসু থোইদোকপদি আর্যগা অনার্যগা অনিগী মহে মহে কেৎনরকপা সংঘর্ষদগী আয জনতাদা তপ্ন। তপ্না রাজা—নিংথৌ, সেনা (স + ইন + আ, অর্থাদ—নাযক—নেতা, মাতু হাঙ্গদ্রগা নিংথৌগা তিন্নবা) ক্ষত্রিয় (শত্রুনা খুংলাইনা থাবদগী কনবা), পুরোহিত (পুরঃ + হিত—ধর্ম্মগী থবক তৌনবগী দমক মঙ্গৎসিনবগী মশক ওইনা হাপপা মী), ব্রাহ্মণ = (দেবতাসীংবু লৈসিলৈংখান্নবা, পোৎ কৎপা অসিনাচিংবা তৌনবা) অসিনাচিংবা থোকখি। মচাঁওদদি নিংথৌ হাপপা অসি রাষ্ট্রপতিগী মশক ওইনা প্রজানা খন্দুনা হাপরমই অমসু ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়নাচিংবাসু মী অতুগী মশিলগী মতুংইন্না তৌনরমই। হাঙ্গবদি—নিংথৌগী মচানা নিংথৌ ওইবা, ব্রাহ্মণগী মচানা পুরোহিত ওইবা ব্রাহ্মণ ওইবা, হাঙ্গবা অসিগুম্বা ৱাএন অসি লৈরমদে।

যজুর্বেদ ( ২০।৯ ) না হাঙ্গী,—"বিশি রাজা প্রতিষ্ঠিতঃ।" অর্থদি— প্রজাদা নিংথৌ লৈ। "রাষ্ট্রাণি বৈ বিশঃ" ( ঐ০ ব্রা০ ৮।২৬ ) অর্থদি—প্রজানা রাষ্ট্রনি। অথর্ব্ব ৩।৪।২,—"ত্বাং বিশো বৃণতাং রাজ্যায়।" অথদি—হে নিংথৌ! নংবু প্রজানা নিংথৌ ওইনবা হাপই। অসিগুম্বা প্রমাণসীং অসিনা খংনৈ। মতুংদা কোননা তপনী তপনা শক্তি অমসু প্রভাবকা কেন্দ্র ওইখিবদগী অদু অদু-গুম্বা মফম অমসু কাংলুপসীং অদু লেংদনা লৈখিবনি। মাসুম তৌদুনা— অহানবদা ওইরম্বা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়সীং অদুনা মাখোই মশেন মা মাগী মতিক মগুণ চাওবা অমসু লেংদনা লৈহৌনবগী দমক অমগা অমগা— মহৈ মহৈ মতিক মগুণ চাওবা ভান্নরকই খৎনবকই, মহৈ মহৈ হাংনরকই। মাদুগুম্বা সংঘষ—চাঙ্গনরকপদগী মংক্রোং-হাক্রোং গুম্বা বশিষ্ঠ, বিশ্বামিত্রনাচিংবগী ষ্বারী ময়াম পৌরাণিক সাহিত্যদা য়াম্না নিংথিনা থমদুনা লৈ। মাসুম তৌদুনা— মাখোই মশেন "নংনা কদাইদা, ঐনা কদাইদা" হাঙ্গনা তান্নরকপা অদু মমৈ-দদি মা মাগী ধর্ম্মদা মা মানা চাওবাদা লোইসিনখি। "ব্রহ্ম চ ক্ষত্রঞ্চ সং-শ্রিতে।" ( ঐ০ ব্রা০ ৩।১১ ) অর্থদি— ব্রাহ্মণ অমসু ক্ষত্রিয়দি মাখোই অনিমক অমনা অমদা তোংদুনা লৈ।

"ব্রহ্মণি খলুবৈ ক্ষত্রং প্রতিষ্ঠিতম। ক্ষত্রেব্রহ্ম" ( ঐ০ ব্রা০ ৮।২ অর্থদি ব্রাহ্মণদা ক্ষত্রিয় লৈ অমসু ক্ষত্রদা ব্রাহ্মণ লৈ ) অসিনাচিংবা প্রমাণ ময়াম্না খংবা ঙমই, ব্রাহ্মণনা ক্ষত্রিয়দা লৈ অমসু ক্ষত্রিয়না ব্রাহ্মণদা লৈ।

মাসুম তৌদুনা মথংগী বৈদিকালদদি অহানবদা প্রজাতন্ত্র ওইরম্বা তোকখিদুনা রাজতন্ত্র চংখি। মতম অসিদা ব্রাহ্মণ অমসু ক্ষত্রিয় আনগী মথংদা বৈশ্য হাঙ্গবা বর্ণ অমা থোকখি। মানা অহুম সুবা বর্ণ ওইখি। মাসুম তৌদুনা অহানবাদদি 'বিশ' হাঙ্গরগা আর্য প্রজা ওইরম্বা অদু হিন্দুগী চংনবিদা তোকখি। মতম অসিদা বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড হৌখি। মথং মথং হেনগৎলক্লুনা চাওরবা বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড অসি থোকখিবনি। *

* কর্ম্মকাণ্ড হাঙ্গবা অসিনা মতম অসিদা চংনরিবা শিরগা শ্রাদ্ধ শোনবা, নাচিংবা অসি নত্তে মী শিরগা পুরক, অস্থিসঞ্চয়ন, আদ্য শ্রাদ্ধ, দ্বাদশমাসিক শ্রাদ্ধ, সপিণ্ডীকরণ শ্রাদ্ধ অসি অসিনাচিংবা হুজিকী মতমদা মিতৈনা তৌরিবা অসিদি কাইনথংদা ইকুইবু ফুইদরি হাঙ্গবা ফাউবা য়াই, কোননা সেমজিনবনি।

হাঙ্গৈরিবা য়াফম অসিগী সঙ্কেতত্তি— মুণ্ডক্য উপনিষদনা হাঙ্গী, মাহুদি,—

তদেতৎ সত্যং মন্ত্রেষু কর্ম্মাণিকবয়ো য়ান্যপশ্যংস্তান,

ত্রেতায়াং বহুধা সন্ত তানি। ( মু৽ উপ৽ ১।২।১ )

অর্থদি.—বৈদিক মন্ত্রদগী প্রেরণা ফংহুনা পণ্ডিতসীংনা বৈদিক কর্ম্ম-কাণ্ডসীং অসি ত্রেতা যুগতা মথং মথং চাণ্ডখৎলক্কনা থোকখি। বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড—যজ্ঞ তৌবা হাঙ্গৈবা অসি. অহানবা হৌবকপা মতম—ত্রেতা-দদি তাইবংমীওইবগী জীবনদা তৌগদবা থবক পুন্নামক্কী "প্রতীক"—মশক মহুৎসিনবা ওইবা মরমনা জাতীয জীবনগী স্ফূর্তি, প্রোৎসাহন অমসু প্রেরনা পীরমই। জাতীয় জীবনদা কর্ম্মকাণ্ডগী স্থাননা মতিক চাবা সীমাদা মন্থুংচননা লৈবমই।

মতুংদদি, আর্য্যসীংগা অনাযসীংগা থে'নবগী থবক লোইশিনলক্লবদা তাইবংমী ওইবগী হৌনবি পবলোককী বিষযদা স্বাভাবিক অন্ধবিশ্বাস থোরকপা,—মীওইবগী পুনসিদা অপাম্বা ময়াম ফংনিংলকপা থুংনবা হোৎ-নারকপা পুরোহিতসিংগা স্বার্থ সাধনগীদমক য়াম্না পংহাঙ্গী হাঙ্গৈজিন, পংতৌ তৌসিনলকপানা কর্ম্মকাণ্ড অসি,—চান্নবা মশক অহু মাংখি, অহুনা মতুংদা ওইহৌবা কর্ম্মকাণ্ডগী মশক অহু "ঐতবেয ব্রাহ্মণ ৮।১১" দা হাঙ্গী মাহুদি,—

"যথা হবা ইদং নিযাদাবাসেলগা বা পাপকৃতোবা বিত্তবতং পুরুষ-মরণ্যে গৃহীত্বা কর্তমন্বস্য বিত্তমাদায দ্রবতি এবমেবত ঋত্বিজো যজমানং কর্তমন্বস্য বিত্তমাদায দ্রবন্তি যমনেবং বিদোযাজযন্তি।" (ঐ০ ব্রা০৮।১৮)

অর্থদি,—ফিদম—আদর্শ লৈতবা, কর্ম্মকাণ্ড—তৌহনবা ঋত্বিক্—পুরোহিতনি, ডাকু, হুবানবগা মাননা যজমানগী পোৎ মরল লৌবনা মাখোইগী পুকচেননি, মাসুম্না শাস্ত্রনা হাঙ্গী।

আদর্শ—ফিদম যাওদবা বৈদিক কর্ম্মকাণ্ডগী যাম্না হেন্দোক্লা পংতৌতা তৌসিনবাগী থুদম.—

প্লবাহ্যেতে অদৃঢা যজ্ঞরূপাঃ।

( মু৽ উপ৽ ১।২।৭ )

অর্থদি,—ফিদম য়াওদবা, যজ্ঞনাচিংবা কর্ম্মকাণ্ড অসিদি হি অকাইবাগুম্বনি,

অসিগুম্বা যজ্ঞনাচিংবা কর্ম্ম ময়াম অসি তৌবনাদি হিংহ্না পানবা অসিনা কংগে হাঙ্গৈহ্না ভাল্লিবা মকম কৈদৌঙ্গুংদসু কংলোই।

মাফম অসি গীতানাসু হাঙ্গৈ,—

"এবংত্রয়ীধর্ম্মমনুপ্রপন্নাগতাগতংকামকামালভন্তে।" ( গীতা ৯।২১ )।

অর্থদি মপুক্তা অপাম্বনা ওম্নবা মীনা তাইবংপানবদা পোক্ল, শিরা তৌহ্না অসুমক লৈরগনি। অসিনাচিংবা বেদগী যাগ, যজ্ঞ তৌবা অসি গীতা অমসু উপনিষৎসীংদা য়াম্না হাঙ্গৈ।

মাসিদগী চিংনবা লৈতনা খংলে, মাহ্নদি,—বেদগী কর্ম্মকাণ্ড অসি তৌরবদি মীওইবগী পোক্নুনা হিংহ্না পানবদা ফজবা অরাংবা লীচৎ লৈতরে,—মাংই, মবম অসিনা উপনিষৎতা কর্ম্মকাণ্ডবু "অবিদ্যা" বিদ্যা নত্তবা কৌই। বিদ্যা হাঙ্গৈবদি খংবা—ইশ্তান ওাম্না উবা কৌই, যাগ যজ্ঞ তৌবনা কৈদৌঙৈদাসু যজমানবু খংহনবা য়াওদে, আদর্শ য়াওদবা কর্ম্ম-কাণ্ড তৌবগী মহৈদি জ্ঞান মাংবতা ফংই।

উত্তরকালীন বৈদিকধর্ম্ম মাহ্ন হাঙ্গৈত্রগা শ্রৌতধর্ম্মদা থোরকপা বাজ্ঞিক কর্ম্মকাণ্ড—যজ্ঞ তৌবা, থবক অসিনা মীওইনা পোকপাগী তৌগদবা ধর্ম্ম ওইনা থোরকপনি, অসুম্না উৎথরে, অসিগুম্বা বেদগী ধর্ম্ম অসিদা ঋত্বিক্ অমসু দক্ষিণানাচিংবগী মশক ওইনা লনদি মাসুপ য়াম্না তিংবা তাই, মাতুদি বেদগী ধর্ম্ম অসি তৌবদা তিংগদবা লন—সেন অদু চুপ্পগী মীনা পুথাংবা ওম্বা শেন নত্তে। মরম অসিদগী বৈদিক ধর্ম্মদি মরুদদি চুম্নাগী মীচম জনতা (=বিশ্‌)গী ধর্ম্ম ওইরম্বনি —মীয়াম পুম্বাগী ধর্ম্ম ওইরবনি, মতুংদদি তপনা তপনা অসুম মথং মথং মশক ওনথারকহুনা মমৈদদি এনাককৈরাক থুনবা মতিক মঙন চাওবা মীশনা তৌগদবা ধর্ম্ম ওইখি-বনি। মাহ্নগী মহৈদি, থাজৈশেংবা বৈদিক সমাজদা অহানবদা জনতানা লুচিংবা ওইরম্বা মমৈদানা তৌবাওম্বা, এনাকথুনবগী ধর্ম্ম ওইখিহ্না—মাখোইগী মথুক্তা তাহ্না মাঙ্থারকপনি।

মরম অসিদগী ভগবদ্‌গীতাদা শ্রীভগবান্‌না সংসংনা হাঙ্গৈরম্ই, মাহ্নদি, শ্রীভগবান্‌না "বৈদিকযজ্ঞ" বু "দ্রব্যযজ্ঞ"—"সেননা—লননা তৌবা যজ্ঞ কৌই,

মামুদি জ্ঞানযজ্ঞনা হেল্লি, হাঙ্গী,—"শ্রেয়ান্ দ্রব্যময়াদ্‌যজ্ঞাৎ জ্ঞানযজ্ঞঃ পরন্তপ।" (ভ০ গী০ ৪।৩৩) "দ্রব্য=লন=সেন" হাঙ্গীবনি।

## ঔপনিষদধর্ম্ম।

কর্ম্মকাণ্ড ওাক্কা ওাইবা উত্তর-কালীন বৈদিকধর্ম্ম মাহ্ হাঙ্গীদ্রগা শ্রৌতধর্ম্মগী প্রতিক্রিয়া (Reaction) গী মশক ওইনা মথৎমথং ঔপনিষদধর্ম্ম, জৈন অমস্ত বৌদ্ধধর্ম্ম থোরকই। মথল মথা অযাম্বাদা তৌবা, থবক মথলমথা য়াম্বা, আদর্শ—ফিদম লৈতবা, কর্ম্মকাণ্ডদা মীওইবগী থাঙ্গেশেংবা অক্ষবা ফংদাতুনা ঔপনিষদ ধর্ম্মনা অতু অতগুম্বা বৈদিকদেবতা-সীংদা মশাপুম্বা হাপ্তুনা অমত্তা ওইনা তিন্দুনা ব্রহ্মনা মরুওইবা সমষ্টিগী মশক ওইবা জ্ঞানকাণ্ড লিংখৎলি। অমসু মাসুম তৌতুনা ঔপনিষদ ধর্ম্মগী মহত্ব=অচৌবগা মশক জ্ঞানকাণ্ড শেমগৎলি। অমসু মাসুম তৌতুনা মহাক্কা সংসংনা মতৌলৈনবনা বেদগী মথংমনাও নাইনা শেমই। ঔপনিষদধর্ম্মগী অচৌবা মতিকতি দৃশ্যজগৎ—উরিবা তাইবংপানবা অসিগী মরুগা অমত্তা ওইনা পুথোকতুন। জীবন। ব্রহ্মগা মশা অমত্তা ওইবা উহন্দুনা জীবাত্মাগী লোইবা লৈতবা ফোংদোকপাগী লৈহনবাদা অমসুং ওহাক্ক ওাহাক্তং ওইবা অমসু করিসু লৈতবা অমগা অমগা থেঙ্গাইনবাগী কান্নাদবা পুথোকই। তাইবংপানবদা কবিগুম্বা দর্শন অমানা হুজিক ফাওবদা মাসিগী মথক্তা হেঙ্গৎনা কাখৎখিবা ওইদরি।

ঔপনিষদধর্ম্ম হাঙ্গীবা অসিদি—চান্নবা মশক খংলবা—তত্ত্ব খংবাসীংগী বিচার ওাক্কনি। মহাক্কী লৈফম থাক অসি যান্না রা'ই, চুন্নাগী মীনাদি ইরাইলাইনা লাম্বা ফংবা মফমদগী যান্না হেন্না য়াংবদা লৈ। জ্ঞানমার্গগী-সীংমু সুপনাগী জ্ঞানগী লম্বেনতদা চৎতুনা লৈবা যাবাগী সম্ভাবনা লৈ। সুপনাগী জ্ঞাননা ফংগে হাঙ্গীতুনা তাল্লিবা পোৎশক অতু তাকপা ঔপনিষদ ধর্ম্মগী নিষ্ঠাদি (অবোইবা লেপফমদি) সংন্যাস—লম্বোইবনি। সংন্যাস আশ্রমগী সাৎতোকপাসু ঔপনিষদ ধর্ম্ম অসিনা অযাম্বা তৌবনি। অসি-গুম্বা সংন্যাস ভাবতা অসি তাইবং মীওইবদা সিজিন্নাবা শুমকদবা কয়া য়ান্না লৈবগে হাঙ্গীবা হুজিক্কি ঐখোইনাসু উবা ফংলে। ভগবদ্‌গীতানা

মরম অসিগীদমক সংন্যাস—লম্বোইবগী মবমদা পরম্পরাদগী তৌরক্লবা মিথ্যাভাবনাসীং অছু লৌথোকনবাগীদমক য়াম্না যত্ন তৌরমই। চুম্নাগী এংবাতদানু থংই, মাহুদি,—সন্ন্যাসকী নৈষকর্ম্ম ভাবনাদি অনধিকারীদদি অকর্মণ্য ভাবনাগী মশক লৌরকই। মথক্তা হাঙ্গৈরিবা ৱাকমসীং অসিগী অসম্বা ভাবক্তি. ঔপনিষদ ধর্ম্মগী মফমদি চুম্নাগী মীচমসীংদা লৈতে। মাসিনা ঔপনিষদ ধর্ম্মগী দুর্বলতানি।

## জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্ম।

মাইকৈ অমরোমদা ঔপনিষদধর্ম্মগী মথক্তা হাঙ্গৈথরবা দুর্ব্বলতা ওইবা মরম্না অমসু অমবোমদনা যাম্না হেনগৎলক্লবা কর্ম্মকাণ্ডগী প্রতিক্রিয়াগী মশক ওইবা নৈতিকতানা লুচিংবা জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্ম অনি অসি থোরকই। ধর্ম্ম অনি অসিনা বৈদিক পরম্পরা ওইনা মথং মথং লাকপা ধর্ম্মবুদ্ধি মশক হোংদোক্পা ডম্বা হৌনদে, হাঙ্গৈবা থই। অতুনা মূল বৈদিককালদগীনা—সূত্রাত্মাগী মশক ওইনা লাকপা আয়গী ভাবনাবুদ্দি যাম্না চেৎনা ভাকই। ধর্ম্ম অনিসিনা হাঙ্গৈ, মাহুদি,—থাইনা কুইথববা মতমদগীনা চৎলকপা শেংথ্রবা লীচৎ অতুতা অমোক হন্না উদ্ধার তৌবানি অস্নুম্না হাঙ্গৈ। মাথোই অনিনা উপনিষদকী মতমদা পুংোকপা জ্ঞানমার্গ অমসু মাসিগী সমষ্টিগী মশক ওইবা ভাবনাবুদ্দি যামনা থিনা হাঙ্গৈদুনা তিবস্কাব তৌই। মাহুগী মফমদা ধর্ম্ম—অনি অসিনা আধ্যাত্মিককী মতৌবু ব্যষ্টি নত্রগা ব্যক্তিগী মথং মনাও ওইনা—নৈতিক বিকাসগী মীৎএংদা এ ই, মীৎএং অসিদগী লম্বেন অনিনা সাধারণ ওইনা সাধারণ কোটগী মীওইবগী দমক্তসু অনুবুল ওইনা লৈ। ধর্ম্ম অনি অসিনা আদর্শ— ফিদম লৈতবা বৈদিককর্ম্মকাণ্ডগী লম্বেন এংদবতা নত্তনা মরুফংনা মুথৎকে হাঙ্গৈনা থৌরাং তৌরমই।

বৈদিকধর্ম্ম মাহু হাঙ্গৈত্রগা শ্রৌতধর্ম্মগী য়ামনা চাওথরবা বিশেষতাদি মহাক্কী শূদ্রবিবোধিনী ভাবনা ওইবা অসিনি। মাসিনা ফিবম ওইহুনা আর্য্য জাতিগী সামাজিক ইতিহাসসু ওইথি। মরম অসিনা মহৌশাগী ওইনা—বেদগী লম্বেনদা দ্বিজজাতি নত্তবা—আর্য্যজাতি নওবা, শূদ্র নত্রগা অভোপপা মী পুম্নামক্কীদমক করিগুম্বা মফম অমত্তা লৈখিদে। মাসিগী বিরুদ্ধদা—

জৈন অমসুং বৌদ্ধধর্ম্মগী থোইদোক্লমক বৌদ্ধগী অথোইবা বিশেষতা অমদি মৈ, মাহুদি,—মাথোইগী থোং অদু আর্য, অনার্য, শূদ্র, পঞ্চমজাতি পুম্নমককী মক্নক চুপ মায়না হাংই। মরমদি— মহাক্কী থৌরকপদি মী হায়বা জাতি অসিগীদমক করি হায়গনি, থবাইপানবা পুম্নমককী ফননবগী দমক্তা ওইখি। ভগবান্ বুদ্ধদেবনা হায়রমই,—"চরথ ভিক্খবে চারিকং বহুজন হিতায়, বহুজন সুখায় লোকানুকম্পায় অথায় হিতায় সুখায় দেবমনুস্সানং।" (বিনয়-পিটক) (অর্থদি—ভিক্ষুসা। মীয়ামগী ফনবগী দমক অমসুং নুঙাইনবগী দমক থবাইপানবা পুম্বদা দয়া তৌনবগী দমক অমদি মী, লাই, পুম্বগী ফনবা অমসুং নুঙাইনবগী দমক পৃথিবীদা চৎলো।) অসিগুম্বা পরমোপদেশ অসি ভারতীয় আর্যধর্ম্মগী মথং মথং ওইরকপা অঙকপগী মশক ওইবা নিংথিবনি।

জৈন অমসুং বৌদ্ধধর্ম্মগী অরাংপদি—ধর্ম্ম অনিসিনা তাইবংপানবদা—পোকতুনা হিংতুনা পানবা অসিদা তুমা তুমা চৎপা লীচৎ অসিবু জৈন অমসুং বৌদ্ধধর্ম্মনা থোঔইদে। তাইবংপানবদা হিংতুনা পানবদা অহিংসা অমসু—সর্ব্বংদুঃখম্ (হিংসা তৌদবা অমসুং তাইবংপানবদি সুপনগী অরাবা মকুনি) অসুম হায়বা অসিগুম্বা আদর্শ অসিতনা চৎপা যাবা হৌনদে। অবস্থা, যোগ্যতানাচিংবা ভেদদগী কর্ত্তব্যতাদা ভেদ লৈ। মীওইবগী স্বভাবতা—অসিগুম্বা মৌলিক সিদ্ধান্ত অসিবু থোঔইদবগী মরমনা জৈন অমসুং বৌদ্ধধর্ম্মগী স্থায়ী মাহু হায়গদবগা মহত্বযুক্তস্থান ভারতীয জনতাদা ফংবা ঙমদে। মরম অসিদগী ধর্ম্ম অনি অসিনা আযধর্ম্মগী প্রবাহদা মহাককী কোকপা য়াদবা খুদম লৈতুনমসু মাঙোন্দা থোং-থোংপা ভারতীয জনতাবু লোইনা চিংশিনবা ঙমখিদে। "যতোঽভ্যুদয নিঃশ্রেয়সসিদ্ধিঃ স ধর্ম্মঃ।" (বৈশেষিক-সূত্র ১।১।২) অর্থদি—মহাক তৌরগা অভ্যুদয় অমসুং নিঃশ্রেযস অনিমক ওই)। ভুক্তি, মুক্তি নত্রগা ইহলোক, পরলোক সামঞ্জস্যগী সিদ্ধান্তগী বিকাশসু ধর্ম্ম অনি অসিগী মতনা থোকপা ঙমখিদে। বৈদিক পরম্পরাগী মতুংইন্না চৎপাসীংদি মতমগী মথং মথং লাকপদা হায়খরবা সামঞ্জস্যগী অচৌবা মতিক্ অদু খং-তুনা চৎলি। অতুনা বৈদিক-সম্প্রদায়ীসীংনা মতমগী মথং মথং লাকপদা হায়খরব সামঞ্জস্যগী মতিক অচৌবা খংতুনা য়াম্না নিংথিনা লৌখি। বর্ণা-শ্রমধর্ম্মগী সিদ্ধান্তগী আধারদি—থাজমক শেংবদা অসিগুম্বা সামঞ্জস্য অসিদা

তৌই। সিদ্ধান্তগী থোংনা মহাককী প্রভাবকেন্দ্রদা ভারতীয় জনতাদা মথং মথং অনৌম অনৌম চেকসিনলকই। মথং মথং চথরকপদা মাখোইগী প্রতিকূল ওইবা অবস্থাদসু হুজিক ফাউবা য়াম্না চেংনা ভাকই।

## পৌরাণিকধর্ম্ম।

পৌরাণিক ধর্ম্ম হায়বদি কুইরবা—লিরবা ধর্ম্ম হায়বনি, তৌইগুমসু মহাকনা তাইবংপানবদা মশক উৎপদি কুইদারি—অনৌতনৌরিবা ধর্ম্মনি। পৌরাণিক ধর্ম্ম অসি করম্না হৌরকপগে? অমসু করিনো? মাসি খুম্না য়াম্না লুই. অমসু খমথেংনা ফজবা য়াফমনি। ধর্ম্ম অসি য়াম্না নৌরিবা ধর্ম্মনি, হায়বসু যাই, মরমদি,—বৈদিকধর্ম্মগী মথংমথং ওইরকপদা জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্মগী প্রতিক্রিযাদগী ধর্ম্ম অসি থোরকপনি।

জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্ম, যাম্না কন্না চৎলিঙৈ মতমদাসু বৈদিকধর্ম্মগী মথংমথং চৎপা অসিদি—চান্নরা তৎতুনা মুথৎপদি থক তৌদে। মতম মতম অহুগী কন্না হৌরকপা ঈবাং অহুগী মনুংদা মহাকসু য়াওনা য়াওনা মথংমথং অতুমক চৎতুনা লৈ অমসু মতম মতমদাসু মহাকী মনুংমনুংদা সাৎতোক্রবাসু মতম অহুদা মহাকী এক্রবা, মপানদা ওইবা ঈরাং অহুগী মতিক মগুণনা মাঙোন্দা কবি অমত্তা থুগাইবা ঙমদে। মতম অহুদা জৈন অমসু বৌদ্ধধর্ম্মগী প্রচাবনা লৈপাক্তা অনৌবা কনলবা ঈরাং হৌই, মাহুনা কুইনা বৈদিকধর্ম্ম বু নমথৎতুনা মতিক মগুণ মাংহন্দুনা থম্না ঙমদে। মতম অহুদা বৈদিকধর্ম্মনা তপনা তপনা অত্তোম্না মশক অমা লৌরমই। মাহুদি প্রাচীন বৈদিকধর্ম্মদগী চঙি লীসিং মঙারোমগী মতুংদনি। মাহুদা বৈদিকধর্ম্মনা ওনবা অহুবু অনৌবা মিংদা "পৌরাণিক" ধর্ম্ম কৌই।

বৈদিক ধর্ম্ম গা মথংমথং ওইনা অচেৎপা মড়ী কনমক লৈনহুনাসু পৌরাণিকধর্ম্ম অসি প্রাচীন বৈদিকধর্ম্মদগীদি যাম্না তোঙানখরে,—বৈদিক ধর্ম্মগা—সুপমান মাম্নদে, হায়বদা করিসু হায়মনবা থোকলোই। য়াফম অসিদা যাম্না য়াখল তৌবা পণ্ডিত পুম্নামক মত চপমান্নে। বৈদিকধর্ম্মগা এংনারগা পৌরানিক ধর্ম্মগী মরমরু ওইবা মান্নদবা অহু ঐথোইনা মথাদা উৎলি, মাহুদি,—

(ক) পুল্লামকী অহানবদা মান্নদবাদি উপাস্যদেবতাসীংগী মরমদনি। বৈদিকধর্ম্মগা থানতুনা এবেদা পৌরাণিক ধর্ম্মদা দেবতাগী মসিং য়াম্বা য়াম্বা হেনলি। বৈদিকধর্ম্মগা দেবতা—লাইময়াম পৌরাণিক ধর্ম্মদা লৌদবনা য়ামখরে লৌরবসু খজিকনি। পৌরাণিক ধর্ম্মগী শিব, শক্তি অমসু বিষ্ণু অহুম অসি লুচিংবা লাইনি। বেদদাদি লাইসীং অসিদি য়াৎলে, নত্রগা য়াওদে হাঙ্গৈবামকপু য়াই, বৈদিকদেবতা অয়াম্বদি পুরাণদা মশক হোং-লোকখরে।

(খ) পৌরাণিক দেবপূজাপদ্ধতিসু বৈদিক পূজাপদ্ধতিদগী যাম্না তোঙানখ্রে। পূজা হাঙ্গৈবা য়াহৈ অসিমক বেদদা সুপযাও যাওদে, মাসিদি অনার্য দ্রাবিড়ী ভাবানি। মাতুম্না পুরাণদা দেবপূজাদা সিজিন্নবা সামগ্রি, ধূপ, দীপ, পুষ্প, ফল, পানা, সুপাড়ী—থা, অসিনাচিংবা পোৎলমসীং অসি পৌরাণিকপূজা-পদ্ধতিগীডাকনি, বেদগী লাইঙৈড়াৎপদদি মাখোই অচু অমত্তাসু ইযাওবু য়াওদে।

(গ) অবতারবাদ, লাইনা তাইবংমীওইনা পোকই হাঙ্গৈনসি সুপনাগী পুরাণতনা হাঙ্গৈবনি। বেদ অমসু পুরাণ অনিগী দৃষ্টিসু যাম্না তিম্নাদে। বৈদিকধর্ম্মদি আশাবাদ অমসু কর্ম্মশীলতাগী ভাবনা ওাকনি পৌরাণিক ধর্ম্মদদি মাতুগা ওন্নতৈনবনা নমই। বৈদিককর্ম্মকাণ্ডদা মযামগী নত্রগা কাংলুপকী ওইনা তৌই। পৌরাণিক পূজাঅর্চ্চা তৌবদি মামথন্তগী ওইনা তৌবা ওাকনি।

শ্রৌতকর্ম্মকাণ্ডদা শূদ্রগী অধিকাব অমতা লৈতে, শূদ্রদি বেদগী খবক অমত্তা তৌবা য়াদে। মাতুদা শূদ্রদদি শ্রুতি তম্বা য়াবদি থম্নহুনা তাবা ফাওবা য়াদে। সূত্রকাল ফাউবা মাসি ওইদুনা অচুমক লৈ। মাতুদি "অথ হাস্যবেদমুপশৃণ্বতস্ত্রপুজতুভ্যাং শ্রোত্রপ্রতি পূরণ মুদাহরনে জিহ্বাচ্ছেদো ধারণে শরীরভেদঃ।" (গৌ০ ধ০ সূ০ ১২।৪) (অর্থদি—শূদ্রনা বেদ তারবদি মহাক্কী মনাকোংদা মহী চেল্লবা মিসি, অত্রগা চা হৈজিন্দুনা থলহনগদবনি। বেদ উচ্চারণ তৌরবদি মরৈকক্ থংলু। বেদবু মপুক্লিংদা নিংসংলবদি হাৎকদবনি।) মাসুম্না "ন শূদ্রায় মতিংদদ্যাৎ" (বেদান্তসূত্র শাঙ্করভাষ) ১।৩।৩৮ অর্থদি শূদ্রবু করিগুম্বা অফবা পাউতাক অমত্তাসু পিবা য়াদে) মাসিনাচিংবা য়াহৈসীং অসিদগী অসিঅসিগুম্বা য়া অসিদগী

মাসি থংবা ওমই। মনুস্মৃতি কাউবদা শূদ্রবিরোধিনী ভাবনাশীং অসি লৈ।

শূদ্রীবুস্ন বেদ তম্বীবগী মরমদা অসিগুম্বা ভাবনা অসি হৌজিক্কী কালগী সংস্কৃত পণ্ডিতসীংদা লৈবা উরি। মাসিগী ইতিহাসনা থন্না তোঙানলি। শ্রৌতকর্ম্মকাণ্ডদা শূদ্রীসীংগী অধিকার নিপাগা য়ানরমই। মতুংদদি তপ-তপনা শ্রৌতকর্ম্মকাণ্ড তোকখিবগা লোইনা লোইননা মাখোইদা তৌরম্বা উদারতা ওইরম্বা ভাবনাস্নু লৌথোকখি। মমৈদদি শূদ্রীবু লাইরিক তম্বিবা, শূদ্রীনা তম্বিবা থোইদোকনামক মাখোইনা বেদতম্বা তম্বিবা তোকহনখি। মাস্নুম্না শূদ্রীদা ককথৎখিবা অসিগী মরূওইবা কারণদি আর্যসীংগী মাখোইগী সভ্যতাদগী তোঙানবা অনায় শূদ্রী লৌবদগী তৌবনি। অম্নুম্না ঐথোইনা নিংই, অথর্ববেদদা জায়াসূক্ত (৫।১৭) অমসু ধর্ম্ম শাস্ত্রগী বিধিদগী ব্রাহ্মণনাচিংবা বর্ণসীংনা শূদ্রনুপী ফাউবা লৌবা য়াই অম্নুম্না তসেংতসেংনা হাঙ্গৈ। অদুগুম্বী শূদ্রীসীং অদুনা মাখোইগী মরোল অমসু সংস্কৃতি পুদুনা লাকই। মাদুদগী আর্যগী ভাষা অমসু ধর্ম্মগী ভাবনা পুন্নামক পুমহোং হোংবা তাখি। মাদুম্না হোংবা অদুদা আর্যসীংনা মাখোইস্নু য়াদবা ওমখিদে। সংস্কৃতভাষাগী প্রাককৃতরূপতা ওম্লোকপা অদু সংস্কৃত নাটকতা য়াওরন অদুগী মতুংইন্না শূদ্রী পাত্রনা সুপনা প্রাকৃত ভাষা ওাংই। মাসিনা হাঙ্গৈরিবা বিচার অসি চপচাবা প্রমাণনি।

জৈন অমসু থোইদোকনা বৌদ্ধবর্ম্মনা স্তূপনগী তাইবংমী পুম্বগীদমক্তা পাউতাক পীনবগী দমক থোং হাংই। মহৌশা ওইনা মতম কুইনা নমথ-বিরবা, এংবিরবা শূদ্রসীংবুস্নু থোইদোকনা চিংশনলি। মাখোইনা শূদ্রীবুস্নু ধর্ম্মগী পাউতাক পীবা হৌথি। মাসিদগী থংবা ওমই, মাদুদি,—জৈন অমসু বৌদ্ধ হাঙ্গৈথরবা ধর্ম্মগী মরমদা উদারতাগী প্রতিক্রিয়াগী মশক্ ওইনা বৈদিক ধর্ম্ম চৎপাসীংগীস্নু শূদ্রী—শূদ্রবু ধর্ম্মগী পাউতাক তাকপা চুমই, হাঙ্গৈবা থংখি। মাসিগা চপ মান্নবা খৃষ্টান্, মুসলমানধর্ম্মগী প্রভাবতগী মাখোইবু হিংবা য়ান-বগী দমক মাখোইনা এংবিরবা হরিজন ফাউবাবু সেমগৎনবা ভাব অসি—হিন্দু সমাজদস্নু থরা হোৎনরকই। তৌইগুম্বস্ন অশেংবা বৈদিক পরম্পরাদা মাসিগী প্রেরণা অসি কৰি অমস্তা লৈতে। করিগুম্বদা আর্যসীংনা মাসিস্নু—থনথিরমগনি, মাদুদি,—বৈদিক কর্ম্মকাণ্ড ভাষা অমসু ভাবনাগী বিষয়দাস্নুপী

শূদ্রসীংগী রুচি—অপাম্বা অমসু যোগ্যতা—অধিকার ওইদবনা মাখোইগা—ভিন্না-খোঙনবদগী মাখোইবু য়াম্না চোকশিননা থম্লমগনি। মরম অসিদগী মাখোই অহুবু সেমগৎনবা উপায় অসি কংলে, মাহুদি,—মাখোইদগী চংলকপা ভাবনাসীং অহু ব্যবস্থা তৌখিরমগনি। অসিগুম্বা অনৌবা ভাবনাদগী—থোরকপা অনার্যগী ভাবনা ময়ামগী থিংনবা থোং অহু মতম কুইনা থিংহুনা থম্লকপা অহু হাংদোক্লে। মাদু হাংদোকপদগী বৈদিকধর্ম্মদা য়াম্না কননা অনৌবা ধার্ম্মিক ভাবনাসীংগী চংবা হৌখি। অনৌ অনৌবা দেবতা, দেবতাসীং অহুগী মতুংইনবা, মহাক মহাক্কী পূজা পদ্ধতি. অনৌবা ভাবনা অমসু সংস্কৃতিসীংগা লোইনাহুনা বৈদিক সমাজদা তিনাশনখিবনি। অসিগুম্বা—ঈচেল অসিনা লেংদনা লৈরবা মতুংদা বৈদিক পণ্ডিতসীংনা মথং মথং মাখোই পুন্নমক অসিবু ব্যবস্থা তৌখি, অমসু থোইদোক্না মুপী— শূদ্রসীংগী অপাম্বা অমসু মাখোইনা তৌনিংবা লীচৎ অহু এংহুনা অনৌবা ধর্ম্ম অমা সেমগৎখিবনি।. মাসিবু ঐখোইনা মথক্তা হাঙ্গথরবা পৌরাণিকধর্ম্ম কৌই।

পৌরাণিকধর্ম্মনা থোরকপা, অমসু মহাক্না ঙাম্থোক্লকপগী মরমদা থিজনবা অমসু অনুমানগী আধারদা মথক্তা হাঙ্গথরবা সিদ্ধান্ত অসি ঐখোইনা লেংদনা থম্লে। মাসিগী চাওখৎপাসু মথং মথং লাকপা বিচারদগীসু ওইরে। মতম অসিদা চৎলিবা হিন্দুধর্ম্ম অসি ঐখোইনা লৌখৎলিবা পৌরাণিকধর্ম্মগী মশা অমত্তনি। মহাক্কপু পণ্ডিতসীংনা "নিগমাগম" অসিগুম্বা মিং অসি হাঙ্গহুনা থংলৈ। মাসিগী অর্থাদ—মাসি ওইগনি, মাহুদি,—চৎনরিবা হিন্দুধর্ম্ম অসিদি নিগম অমসু আগমধর্ম্মগী তিনশিন্নরগা থোকপা মশকনি। নিগমগী মৌলিক অভিপ্রায়াদি—ঐখোইগী মততা মতম কুইনা লেপ্লক্রবা নত্রগা ব্যবস্থা তৌরক্রবা বৈদিক পরম্পরাদগী লাকপনি। 'আগম' গী মরু ওইবা অভিপ্রায়দি—অকোইবা মাইকৈ মবিদা লৈবা অনার্য ময়ামদা চৎপা অরেপপা লৈতবা নত্রগা শেংদোকত্রিবা ধর্ম্মসীংদগী লাকপনি। বৌদ্ধধর্ম্মবু চুমনগী—মীচম ময়ামদা প্রচার তৌবগী প্রতিক্রিয়াগী মশকতা অমসু অনার্য মীয়ামগা লোইননা মতম কুইনা লৈমম্নরকপা মরম্না বৈদিক-পণ্ডিতসীংনা চংশিনলকপা সংস্কৃতিবু তপনা তপনা ব্যবস্থা তৌবা অমসু মাহুদা বৈদিক-সংস্কৃতিনা মথক্তা কুপ্পশিনহুনা অনৌবা পৌরাণিকধর্ম্ম পুখোকপনি।

পুরাণশীং অসি করি তৌবদগী লেংখিবগে ? ম্বাহং অসিদা পাউখুম অসি খুমই, মাহুদি,—বৈদিকধর্ম্ম অমসু আচার পালন তৌবা ঙমদবা নত্রগা মুপী, শূদ্র অমসু চুম্নাগী মীচম ময়ামগী মঙ্গল ওইনবাগীদমক পুরাণ লেংমনি। খুদমগীদমক দেবী ভাগবত ( স্ক০ ১, অ০ ৩, শ্লো০ ২১ ) গা মথাদা ইরিবা শ্লোক অসিদা মাফম আস হাঙ্গ,—

স্ত্রীশূদ্রদ্বিজবন্ধূনাং ন বেদশ্রবণংমতম্ ।
তেষামেব হিতার্থায় পুরাণানিকৃতানিচ ॥

অর্থদি,—মুপী, শূদ্র মাহুম্না অতোনবা মী ময়াম মাখোংই অসি বেদ তাবা য়াদে, মাখোই অহুগী ফনবগীদমক পুরাণ ময়াম অসি পুখোক-পনি। মাসিদি অতোপ্পা প্রমাণনাসু ম্বাফম অসি থোকই, মাহুদি,—

পুরাণ শাস্ত্র ময়াম লেংথোকপা অমসুং পুরাণগী ধর্ম্ম হোঁদোকপাগী মরমদি আর্যসীংগাদি মড়ী থোক্লরবা, তিন্নারবা মী ময়ামগী ভাব ময়াম অমসু মাখোইনা পাম্বা অহুদি বৈদিক সংস্কৃতিগা তিন্নাদব মাখোই অহুগী দমক্তনি।

শিব, শক্তি অমসু বিষ্ণু অহুম অসিনা পৌরাণিক ধর্ম্মগী লুচিংবা অখোইবা দেবতানি, মাসি মথক্তসু হাঙ্গথরে। মাসিগী ইতিহাসসু য়াম্না লুপ্তাইবগী মশকনি। ভূত, প্রেত, পিশাচ, রাক্ষস অমসু দৈত্যসীংগী প্রিয় শিব অমসু শক্তি দেবতা অনি অসি মরুদা বেদগী ( বেদনা হাঙ্গবা ) দেবতা নত্তে, অবৈদিক দেবতানি, হাঙ্গবা ইখ্রাইনা থংই। ভারতবর্ষদা অনার্যসীংনা শিববু নিপাগী মশক ওইনা পূজা তৌই। "শঙ্করঃ পুরুষাঃ সর্ব্বে স্ত্রিয়ঃ সর্ব্বা মহেশ্বরী। সর্ব্বে স্ত্রীপুরুষাস্তস্মাৎ তয়োরেব বিভূতয়ঃ ॥" ( শিব পুরাণ, বায়ু সংহিতা উত্তরার্দ্ধ, অ০ ৫ ) অমসু শিববু নিপাগী খুদম 'লিঙ্গ' অমসু শক্তিবু মুপী খুদম 'যোনি' ওইনা অনার্যসীংনা পূজা উপাসনা তৌরকপা অসি অনাদিকালদগীনা হৌজিক ফাউবা চৎনারবনি। অনার্য প্রজানা চৎনরিবা অসি তাইবং সেমলকত্তেদগীনা ওনথোকনা কুইখ্রবা মতমদগীনা চৎনারক্লবনি। আর্যজাতিনা মাসি উবদগী য়াম্না হঙোইরমই, মাহুদা আর্যসীংগা অনার্যসীংগা য়াম্না তোইনা হাংনখ্রবনি, অহুগুম্বা থৌদোক অহুবু পুরাণকারসীংনা মংক্রোং

হাৎলকপা থাগী মরাম শেমলোকখুনা পুরাণনাচিংবদা দক্ষযজ্ঞবংশলাচিংবা পৌরাণিক কথা মরাম সেমলোকই। মাসুম তৌহুনা মমৈদা আর্য্যসীংনা— শিববু অন্তরীক্ষ স্থানীয় দেবতা রুদ্রগা তিনসিন্নহুনা লৌখি।

শিবগা লোইনাহুনা শক্তিবু রুদ্রাণী ওইনা আর্য্যসীংনা সেমজিনখি। মরম অসিনা শিব-পুরাণনা হাঙৈ,—“চন্দ্রো ন খলু ভাত্যেষ যথা চন্দ্রিকয়া বিনা। ন ভাতি বিদ্যমানোঽপি তথা শক্ত্যা বিনা শিবঃ॥’ অর্থদি—থাবল য়াওত্রবদি থানা করি অমত্তা ভানবা ভমদে, মাহুগুম্না শক্তি য়াওত্রবদি শিবদি—ভানবা ভমদে। মমৈদা বৈদিক দেবতা অদিতি অমসু ঔপনিষদ ব্রহ্মগী বিচারগী তুংলমম ওইবা শক্তি ওইনা সেমহুনা মাহুনা মতম অসিগী দার্শনিক রূপ ওইনা লৈখি। প্রতীককী মশক ওইবা শিব অমসু শক্তি মথক্তা— হাঙৈখরবা আগমনা হাঙৈবা ধর্ম্মগী লুচিংবা দেবতা ওইখি। মরম অসিনা তন্ত্রশাস্ত্র—আগম গী হৌগৎপদা শিব অমসু পার্ব্বতীগা অনিনা ভাংনবা ওইনা লেখেনা নমই। শিব অমসু পার্ব্বতী মাহু হাঙৈত্রগা শক্তি অনি অসি—অবৈদিক দেবতানি. বিষ্ণুনা বৈদিক দেবতানি। বৈদিক দেবতা বিষ্ণুবুসু অনৌবা সংস্করণ অমা তৌহুনা শিব পার্ব্বতীগা মান্নলা থমখি।

## শিব অমসু মহাদেব মশা অমত্তনি।

শিববু মহাদেবসু কৌই, হাঙৈর্সে ইখ্বাই পুন্নামকনা খংনৈ, মরম অসিনা অমরনা হাঙৈ,—“শম্ভুরীশঃ পশুপতিঃশিবশূলী মহেশ্বরঃ” অসিনা-চিংবা শিবগী মিং মখাম হাঙৈরগা “বামদেবো মহাদেবো” অসুম্না হাঙৈ। মহাদেবগী সাদোগুদি—ষণ লাবানি, অহুনা মৈতৈরোনদা “ষণতম্ন” কৌবদগী মাবু লোয়বদা “ষণ্ডম” হাঙৈনরে। লাইনা মাঙোন্দা চংহুনা লৈবাবু লাইনা তোংবা কৌই। মাহুদি মাইবীদা লাইনা চংবাবু মাইবী লাইতোংলে, অসুম্না হাঙৈনৈ। মাসুম্না তৌহুনা লাইনা মাঙোন্দা চংহুনা লৈবা শাবু লাইগী সায়োং কৌই, (৪ মং ৯৮ সূ ৩ ঋ) হাঙৈ,—

“চত্বারি শৃঙ্গাত্রয়ো অস্যপাদাদ্বেশীর্ষেসপ্তহস্তাসোঽস্য।

ত্রিধাবদ্ধো বৃষভোরোরবীতি মহোদেবো মর্ত্ত্যা আবিবেশ॥”

(ঋগ্ ৪।৫৮।৩)

পদান্বয় ঃ—অস্য ( মহাক্কী ) শৃঙ্গাঃচত্বারি ( মরী মরিনি ) ত্রয়ঃপাদাঃ ( মখোঙ অহুম পাম্লি ) দ্বেশীর্ষে ( মকোক অনি পাম্লি ) অস্য ( মহাক্কী ) সপ্তহস্তাসঃ ( মখুৎ তরেৎ পাম্লি ) ত্রিধাবদ্ধঃ ( মফম অহুমদা পুনবা ) বৃষভঃ ( ষণলাবানা ) রোরবীতি ( য়াম্না কন্না হঙ্কন ২ খোংই ) মহোদেবঃ ( মহাদেবনা ) মর্ত্যান্ ( শিবনা মহৌশা ওইনবা তাইবংদা ) আবিবেশ ( চংখি ) ॥

তাৎপর্য ঃ- ঋগ্ মন্ত্র অসিদা তাইবংপানবগী মপুবু "মহোদেব" কৌই, মাহুবু পুরাণদা—'মহাদেব' কৌই, বৃষভ—ষণলাবনা হন্না হন্না খোংই, ষণলাবদা চংহুনা খোংই, হায়বনা মহাদেববু পুরাণনা ষণলাবা বৃষভ তোংই, হাঙ্গ। ঋগ্ মন্ত্র—অসিবু ভগবান্ পতঞ্জলীনা মহাভাষ্যদা মথাদা ইরিবা অসি ওইনা ব্যাখ্যা তৌই, মাহুদি "চত্বারি শৃঙ্গানি। চত্বারিপদ-জাতানি নামাখ্যাতোপসর্গনিপাতশ্চ। ত্রয়োঅস্যপাপাদাঃ। ত্রয়ঃকালাভূতভবিষ্য, বর্তমানাঃ। দ্বে শীর্ষে। দ্বৌশব্দাত্মানৌনিত্যঃ কার্যশ্চ। সপ্তাহস্তাসো অস্য সপ্তবিভক্তয়ঃ। ত্রিধাবদ্ধঃ। ত্রিষু স্থানেষু বদ্ধঃ উরসি কণ্ঠে শিরসীতি। বৃষভো বর্ষণাৎ। রোরবীতি—শব্দং করোতি। কুতএতৎ?। রৌতি শব্দকর্ম্মা। মহাদেবো মর্ত্যা আবিবেশ। মহান্দেবঃ শব্দো মর্ত্যা আবিবেশেতি। মহান্দেবঃ শব্দো মর্ত্যান্—মরণধর্ম্মানো মনুষ্যস্তানাবিবেশ। মহতাদেবেন নঃ সাম্যং যথাস্যাদিত্যধ্যেয়ংবাকরণম্ ॥ পতঞ্জলীগী ব্যাখ্যা অসিনা ব্যাকরণদা তাবা ব্যাখ্যানি, মাসুম্না সায়ণনা যজ্ঞদাতানা হাঙ্গ। মাসুম্না আচার্যসীংনা মানা পুনিংবদা পুই। চপমান্নবা লেংবা য়াদবা অর্থদি—তাইবংপানবাগী মপু মহাদেবনা ষণলাবাগী মশক ওইনা মীওইবা লোকতা চংই—হাঙ্গবা অসি লেংত্রবা অর্থনি।

## ভারতীয় আর্যহিন্দু অমসু মিতৈশিংবুংগী
## বেদার্থ …নিগী চাংদম্নাহুনা
### য়েংবা।

ঐখোইনা মথক্তা লৌখৎখরে মাহুদি, ভারতীয় আর্যহিন্দুসীংনা হাঙ্গ, মাহুদি,—শিব কৌবা দেবতা অসি বৈদিক দেবতা নত্তে, অনার্যসীংগী

সেবজালি। আর্য্যসীংনা ভারততা লৈরা অনার্য্যসীংবু শূদ্র ওইনা লৌসিন্দুনা মর্থহিন্দু ওইহনলবা মতমদা অনার্য্যসীংগী উপাস্তদেবতা শিববু বৈদিকদেবতা রুদ্র ওইহনদুনা আর্য্যহিন্দুসীংনা পৌরাণিক যুগতা সেম্বনি, অসুম্না হাঈ। মাদু ঐখোইনা মথক্তা লৌখৎখরবা অচনি। অসিগুম্বা আর্য্যহিন্দুসীংগী মত অসিগা মিতৈ সিদবুংসীংগী মতকা মান্নদে।

ঐখোইনা মথক্তা প্রমাণ তৌখরে, শিবগী অভোম্বা মিং অমদি "মহাদেব" কৌই। মাবু বৈদিকী ভাষাদা "মহোদেব" অসুম্না হাঈ। বৈদিকী ভাষাদা মহোদেববু লৌকিকী ভাষাদা মহাদেব হাঈবাগী অচেৎপা খুদমদি— শিবগী সাদোংদি বৃষভ-বগলাবানি. অসুম্না অনার্য্যনাসু হাঈ, বেদদাসু মহোদেবগী সাদোং বৃষভনি, হাঈ,—মথক্তা লৌখৎখ্রবা ঋগ্‌মন্ত্র অদুবুনি।

চত্বারিশৃঙ্গাত্রয়ো অস্য পাদাদ্বেশীর্ষেসপ্তহস্তাসো অস্য।

ত্রিধাবদ্ধো বৃষভো রোরবীতি মহোদেবো মর্ত্ত্যা আবিবেশ।৩॥

(ঋ ৪।৫৮।৩)

ঐখোইনা থানাহনা এংবগী পাঙনদগী মাসিমসু মুম্না খংলে,—ভারতীয় আর্য্যহিন্দুসীংনা হাঈবা অনার্য্যসীংগী দেবতা শিববু আর্য্যগী দেবতা রুদ্রনা মথক্তা কুপসিন্দুনা আর্য্যগী দেবতা অমা ওইনা সেমজিনলি। মিতৈ শিদবুংসীংগী মতনা,—বেদানুগত ওইবা হেনালি। হুজিক্কি মিতৈ শিদবুংসীংনা শিববু উপাসনা তৌবদা বৈদিকদেবতা ওইনা তৌবা খুদম অমাসু উৎলি,—

## লাই।

লাই পদ অসি মিতৈলোন্দা দেবতাগী মিংনি। লাই ৱাহৈ অসিদি কোল জাতিগী লোন্দগী থোরকপা ৱাহৈনি, অসুম্না অনুমান তৌই। মরমদি থাইনা কুইখরবা মতমদা মিতৈনা 'লাই' ৱাহৈ অসি থৌনাও মড়িল পোগুথোকনা হাঈবদি বিবৃত (হিন্দীদা 'আ' গুম্না) উচ্চারণ তৌরমগনি। মিতৈ লৈপাক মণিপুরগী খা-নোংচুপগীনা নোংচুপ-অৱাং ফাউবদা লৈবা পার্ব্বত্যজাতিসীংগী খুল করি কম্নিগুম্বগী মমিংনা মাসিগী ৱাঙাংদিনা (মুখরিত) সাক্ষীলি।

মাহুদি,—নুংবাংলোক. শিবলোক, ওইনামলোক, কম্বিলোক, অমেংলোক, হাবং লোক অমসু শিলোক অসিনাচিংবনি। থূলনীং অসিগী মিংদা য়াওরিবা ‘লোক’ হায়েহ অসিনা মিতৈলোনগী ‘লাই’ হায়েহেগী অহানবা ওইরম্বা মশক ওইগনি। অমসু ‘লাই’ পদ অসি সংস্কৃতভাষাগী ‘লিঙ্গ’ শব্দগী অহানবা—ওইরম্বা মশক ওইগনি। ‘লিঙ্গ’ শব্দ অসি আর্যভাষাগী শব্দ নত্তে। বেদদা লিঙ্গবু ‘শিশ্ন’ কৌই। ঋগ্বেদসংহিতাদা দেব শব্দগা লোইননা তিনসিন্নরবা শিশ্ন শব্দ অসি অনিরক হন্না য়াওবা উই। মাদুদা লিঙ্গ শব্দবু সিজিন্নদে। মাসুম তৌহুনা শিব শব্দ অসিবু কোলভাষাদগী সংস্কৃতভাষানা লৌখিবনি, অসুম্না অনুমান তৌই। মিতৈগী অরিবা লাইরিক্তা অমসু মিতৈলোন লোম্নবা মতমদসু ‘শিব’ হায়েহ অসিবু চিব, শিব অমসু অশিব কৌই। অমসু গ্রামে জাতিগী লোম্নবা লোন্দসু হুজিক হেক ফাউবা ‘শিব’ হায়েহ অসিবু মচানা-চিংবদা মিং ওইনা থোম্নে। মাসুম তৌদুনা রমা অমসু রাধা মিং অনি অসি কোলভাষাগী মিংগৌনি, অতোপ্পা মফম অমদা আলোচনা তৌগনি।

## হরাউবা।

মিতৈরোনদা ‘হরাও’ ধাতুগী অর্থদি হর্ষনি। ভাববাচ্যদা কৃৎ কী বা প্রত্যয় তৌরগা ‘হরাউবা’ পদ অসি ওই। মহাক্কী অর্থদি শান্নবা=ক্রীড়া হাঙ্গৈ। হরাউবা পদ অসি ভাববাচ্য ওইবনা বিশেষ্যনি, অমসু হর্ষগী কাইম্নবা মশকনি; অদুনা হরাউবা সংস্কৃতভাষাগী অপশব্দনি।

## লাই হরাউবা।

লাই হরাউবা=লাইগী হরাউবা, লাইগী=দেবতাগী+হরাউবা=ক্রীড়া—মুণ্ডাইহনা শান্নবা অসুম্না বিগ্রহ ( Expond ) তৌরগা ষষ্ঠী তৎপুরুষ সমাসতা ‘লাই হরাউবা’ পদ অসি থোকই। অসিগুম্বা সমস্ত পদ অসিগী মথকথংবা পদ ‘লাই’ পদ অসিদি উপাস্য দেবতাগী মিংনি। মাহুদি লিপা, হুলীগী খুদমবু লাই কৌই। মাসি প্রাচীন জাতি পুম্নমক্না মাতম্বু দেবতা—লাইনি, হাইহুনা উপাসনা তৌই। মাসিদি পুম্নমক্না ইথং থংনরবা দেবতানি। মাসিগী মরমদা কনাসু চিংনবা লৈতে।

মিতৈদি প্রাচীন জাতিনিনা উপাসনা তৌবদা দেবতাবু লিজগী মশক

ওঁইন ( লিপা চুনীগী পুনশী মশক ওইনা ) নীঙ্গলমই। মাখোইনা স্বাবা পৃথিবী ( লৈপাক নোংখৌ অনিগী ) তিন্নবা লৈববু যোগ ( Yog ) তৌবদা অহানবদা কংগদবা শাম্বমূর্ত্তিনি ( মহাদেবগা দুর্গাগা কোল্লহুনা লৈবা মূর্ত্তিনি ) হাঙ্গনা নিংলমই। মাস্তুম তৌহুনা অমস্থ মাসিবু মাখোইনা ইপা ইমানি, হাঙ্গনা নি তুনা উপাসনা তৌবমই। অমস্তু মাখোই অনিগী তিন্ননা কোল্লনা লৈবা অহুবুস্থ ভাইবংপানবা পুন্নমক অসিবু পোকপা রতিক্রড়ানি হাঙ্গনা খল্লমই।

মিতৈগী উপাসনাদি মাস্তুম তৌই, মাহুদি, —ইমাগী মশক ওইবী পৃথিবীগী মথক্তা ইপাগী মশক ওইবা নোংমদোননা মফম পুন্নমক্তা চেৎ চেৎনা কোল্লহুনা লে। মাস্তুনা শাস্ত্রবদগী অতিযা— ইপাদগী বীর্যগী মশক ওইবা ঈসিং থোরকতুনা ইমা— মালেম লৈপাক লৈমগী গর্ভ মস্থংদা চংই, অমস্থ মাতুনা পৃথিবীগী ধাতুগা তিন্নহুনা চীঙ্গাক্কী মশক ওইনা থন্নাইপানবা ভাইবং পুন্থগী হকচাং ওনলি। মরম অসিনা লৈপাকনে, নোংমদোননে অনিগী— তিন্নসিনবা অসিবু সাম্বমূর্ত্তি ( মহাদেব পার্ব্বতী ) গী সুওাইববা রতিক্রীড়ানি, হাঙ্গনা খল্লি। অমস্থ হাঙ্গিরিবা অর্থ অসিবু ঋগ্বেদদা দীঘতমা ঋষিনা অহুম সুবা সবন-যাগদা থাগৎলি। মাহুদি,—

দ্যৌর্মে পিতা জনিতা নাভিরত্র বন্ধুর্মে মাতা পৃথিবী মহীয়ম্ ।

উত্তানয়োশ্চম্বোর্যোনিরন্তরত্রা পিতা দুহিতুর্গর্ভমাধাৎ ॥

( ঋ০ ১।১৬৪।৩৩ )

অর্থ ঃ— কোরৌ নোংমদোন নিংথৌ লৈপাক অসিনা ঐবু ভাকপীবা অমস্থ পোক্পীবা ইপানি, মালেম লৈপাক লৈমানা খোঙ্গদৌ ওইতুনা ঐবু চানবীর্বনি, অমস্থ পাক্লবী লৈপাক লৈমা অসিনা ঐগী ইমানি। অসিগুম্বা নিংথৌলৈপাকনে, লৈপাকলৈমানে, মহাপ মথুম অনি অসিগী মরকতা লৈবা, অন্তরিক্ষলোক—অহাংবনা থন্নাই পোকনফম যোনিনি। ইপা নোংমদোননা লাপনা লৈবী ইমা লৈপাক লৈমাদা বীর্য—ঈসিং পীহুনা— গর্ভ পীতুনা ঐবু পোকপীবনি। অহুনা ইপানা নোংমদোল্লি, ইমানা মালেম লৈপাকলৈমানে।

**লৌশংশিবা খনুথত্র অসি মিতৈশী পুয়াদা লিখনাই,—**

"হোইরৌ হৈয়া, হোইরৌ হয়া, হোইরৌ হয়া। হয়া সো হয়া সো হৈয়া সো। ইংসো। ইংসো। ইংসো। হে, হে, হে, হে, হুগহে। কোইরৌথক্তা নোইএ, নোংদোনথক্তা নোইএ। মালেমথক্তা নোইঝদি লাইনিংথৌনা নোইএ—

... ... ... ... ... ...

... ... ... ... ...

কোরৌ নোংমাদোন নুংনাংকাউথংকোন্দগী মালং নুংসিৎ শিন্দৰনা তোংনম তপনা সিৎপদা চিঙউয়াবানা খোঞ্জেন অহানবদা লাংবন খোইমু খোনদানবনা খোঞ্জেন ওঙ্কার ময়েক খোকনা নপোক খোইরা য়াল্লকপা লাইনিংথৌ...... ঈসিং য়াবা পিবদি লাইনিং-থৌনা লাইরেমাদা পীবনি। ঈসিং য়াবাদি জীব লৈননবগী ফম্বিনে।......" অসিনাচিংবনি।

**লাই হরাওবদা নিংগদবা উমামহেশ্বরগী ধ্যেয় মূর্ত্তি :—**

'লাইপুংথৌ মাপনমগা লোইননা লাইনুরা তরেৎমনা ঈসিংথক্তা লৈপাক হৈছনা পৃথিবী অপুম্বা সেমখি। মতুং অদুদা নোংপোক নিংথৌ চি (শি) বনা লাইরমা তম্বাগা লোইনাহনা ষণতম্বদা ম্নাগী তাংবনথক্তা ফমহনা নুমিৎ লীসিং অমনা চপমাননা থোকপাগুম ডান্দুনা মাইগা মাইগা ওনসিন্নবা চিন্দলোকনাহনা মৈরাখানিক কনেক সেৎপী তম্বা অমসু সনা লৈথাম তোলোম চিন খোড়ীদা লিন থাওন ওন ত্রিশূল পাইবা অভোবা লাকই।"

মাসিনা খংববু ভারতীয় আর্য হিন্দুলগী মিতৈসিদবুংনা বেদ হৈবা হেল্লে, মাদুদা চিংনবা লৈতে।

অগ্নেদেবাঁ ইহাবহ জজ্ঞানো বৃক্তবর্হিষে।

অগ্নিহোতা নু ঈড্যঃ ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও ! ) জজ্ঞানঃ ( মৈবাদগী থোকপা মংলা ) বৃক্তবর্হিষে ( কককথংলবা কুশনা ফিদা থানবগী দমক ) ইহ ( কর্ম অসিদা ) দেবান্ ( লাই থিবিকপু ) আবহ ( কৌবিয়ু ) নঃ ( ঐখোইগী দমক ) হোতা ( লাইদু লাক্লবা কৌবা ) ত্বম্ ( নহাক্তি ) ঈড্যঃ অসি ( ঐখোইগী লৈসি— লৈথোক্নকমনি ) ।৩।

অনুবাদ :—হে মৈও ! মৈবাচিংবদগী থোকপা নহাকনা থৌ অসিদা লাই মরাম লাক্লবা কৌবিয়ু, অহ্ ওইরবদি নংগী থৌজানদগী যজমান অসিনা লাইগী কম্মবা কুশ অককপা ফিদা পাইখৎচগনি, লাই লাক্লবা কৌবা ওক্ষা নহাক্তি ঐখোইগী লৈসিলৈথোনকনি ।৩।

তাঁউশতো বিবোধয়য়দগ্রেয়াসিদূত্যম্ ।

দেবৈরাসৎসি বর্হিষি । ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— অগ্নে ( হে মৈও ! ) যৎ ( মরম অহুদগী ) দূত্যম্ যাসি ( নহাকনা লাইগী দূত ওইবা ফংলে ) তস্মাৎ ( মরম অহুদগী ) উশতঃ (হবিঃ পাম্বা ) তান্ ( লাইসীংবু ) বিবোধয় ( হবিঃ লৌনবগী দমক খংহল্লু ) বর্হিষি ( থবক অসিদা ) দেবৈঃ ( লাইসীংগা লোইনাহুনা ) আসৎসি ( লাকতুনা— ফমউ ।৪।

অনুবাদ :—হে মৈও ! নহাক্তি লাইগী দূত ওইরবনি, মরম অহুনা— হবিঃ পাম্বা লাইসীংনা হবিঃ লৌনবগীদমক খংহল্লু, নহাকনা যজ্ঞ অসিদা লাইসীংগা লোইনাহুনা ফমউ ।৪।

ঘৃতাহবনদীদিবঃ প্রতিস্মরিষতোদহ ।

অগ্নেত্বং রক্ষস্বিনঃ ।। ৫ ।।

অন্বয়ানুবাদঃ—ঘৃতাহবন (হে ঘীনা কৌনবা ওইবা !) দীদিবঃ (হে অতাবা ! ) অগ্নি ( হে মৈও ! ) ত্বম্ ( নংহাকনা ) রক্ষস্বিনঃ ( রাক্ষসগা তিন্নরবা ) রিষতঃ ( ঐখোইবু হিংসাতৌবা এরুববু ) দহস্ব ( চীৎ ওইনা চাকথেক্লো) ।৫।

অনুবাদ :—হে খীনা কৌনবা ওইবা, হে অঙানবা! মৈও! মহাক্না হিংচাবগী তিন্নবা, ঐখোইবু মাংনবা তৌবা. ঐখোইগী এক্লবা পুম্বা উৎ ওইনা তুম্নবা চাকথেকউ। ৫ ॥

অগ্নিনাগ্নিঃ সমিধ্যতেকবির্গৃহপ পতির্যুবা।

হব্যবাড্ জুহ্বাস্যঃ ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অগ্নিঃ ( আহবনীয় কৌবা মৈ অসি ) অগ্নিনা ( মাঙোন্দা হাপচিল্লবা মৈগা লোইনাত্নুনা ) সমিধ্যতে ( নিংথিনা চাকতুনা ঙানলি ) কবিঃ ( শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈবনি ) গৃহপতিঃ ( যজমানগী য়ুম ঙাকপনি ) যুবা ( মতম পুম্নমক্তা তনৌ তনৌনা লৈবনি ) হব্যবাড্ ( হবিঃ পুবনি ) জুহ্বাস্যঃ ( জুহুঃ পাত্রনা মচিন ওইবনি ) ।৬।

অনুবাদ ঃ— আহবনীয় কৌবা মৈ অসিনা মাঙোন্দা হাপচিল্লবা মৈগা লোইনাত্নুনা নিংথিনা চাকতুনা ঙানলি। মৈ মহাক্তি শাস্ত্রজ্ঞান লৈ, যজমানগী য়ুম ঙাকপনি, মতম পুম্নমক্তা তনৌ তনৌ লৈবনি, হবিঃ পুবনি অমসু জুহু কৌবা যজ্ঞপাত্রনা মাগী মচীন ওইবনি ।৬।

কবিমগ্নিমুপস্তুহি সত্যধর্ম্মাণমধ্বরে।

দেবমমীব চাতনম্ ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অধ্বরে ( ক্রতুদা ) কবিম্ ( মেধা ফবা ) সত্যধর্ম্মাণম্ ( য়াচুম-সুবা ধর্ম্ম তৌবা ) দেবম্ ( অঙানবা ) অমীব চাতনম্ ( এক্লবা মাংহনবা ) অগ্নিম্ ( মৈবু ) উপস্তুহি ( মনাক্তা চংতুনা লৈসিলৈথোল্লু ) ।৭।

অনুবাদ :—হে লৈসিলৈথোনলিবা-সা! যজ্ঞ অসিদা মৈবু মনাকতা চংতুনা লৈসিলৈথোনল্লু, মৈ মহাক্তি মেধা ফবনি, য়াচুম-সুবনি, অঙানবনি, এক্লবা মাংহনবনি।৭।

যস্ত্বামগ্নে হবিষ্পতির্দূতং দেব সপর্য্যতি।

তস্য স্ম প্রাবিতা ভব ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :--অগ্নে ( হে অগ্নি! ) দেব ( হে অঙানবা! ) যঃ ( অহু-গুম্বা ) হবিষ্পতিঃ ( যজমাননা ) দূতম্ ( লাইগী দূত ওইবা ) ত্বাম্ ( নহাকপু ) সপর্য্যতি ( সেবা তৌরি ) তস্য ( যজমান অহুগী ) প্রাবিতা ভব ( নহাকনা—ঙাকপীবা ওইয়ু )।৮।

অনুবাদ :—হে অঙানবা মৈও! লাইগী দূত ওইবা নহাকপু সেবা—তৌজবা যজমানবু নহাকনা ঙাকপীয়ু।৮।

যো অগ্নিংদেব বীতয়ে হবিষ্মাঁ আবিবাসতি।

তস্মৈ পাবকমৃলয় ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—হবিষ্মান্ ( হবিগা লোইনবা ) যঃ (অহুগুম্বা যজমাননা) দেববীতয়ে ( লাইসীংনা হবি চানবা ওইবা যাগগীদমক ) অগ্নিম্ আবিবাসতি ( মৈগী মনাক্তা লাকতুনা সেবা তৌরি ) পাবক ( হে মৈও! ) তস্মৈ মৃলয় ( যজমান অহুবু ন'না মুঙাইহনবিয়ু )। ৯ ॥

অনুবাদ :—যজমনান অসিনা হবিঃ পুতুনা লাইসীংনা হবিঃ চাননবা যাগ তৌগে হাঙ্গইদুনা মৈগী নহাকী মনাক্তা চংলকলে, হে মৈও! যজ-মান অহুবু নংনা মুঙাইহনবিয়ু। ৯ ॥

সনঃ পাবকদীদিবোগ্নে দেবাঁ ইহাবহ।

উপযজ্ঞং হবিশ্চনঃ ॥ ১০ ॥

দীদিবঃ ( হে অঙানবা মৈও! ) পাবক ( হে শেংবিবা! ) অগ্নে ( হে মৈও! ) সঃ ( অহুগুম্বা—মৈ নহাকনা ) নঃ ( ঐখোইগীদমক ) ইহ ( লাই ঈড়াংকম অসিদা ) দেবান্ ( লাই খিবিকপু ) আবহ ( কৌবিয়ু ) নঃ ( ঐখোইগী ) যজ্ঞম্ ( যজ্ঞ অসিবু ) হবিঃ ( মাহুদা লৈবা হবিঃবু ) চ ( সু ) উপ ( লাইগী মনাক্তা ) [ প্রাপয় ( কংহনবিয়ু ) ]। ১০ ॥

অনুবাদ :—হে অঙানবা! কত্তবা কোকহনবা! হে মৈও! মৈ নহাক্না ঐখোইগীদমক লাই ঈড়াংকম অসিদা লাই খিবিকপু কৌবিয়ু, ঐখোইনা

তৌরিবা যজ্ঞ অসিবু য়াম্বদা য়াওবা হবিঃসুহ লাইগী মনাক্তা পুম্বনা কংহনবিয়ু। ১০ ॥

সনঃস্তবানআভরগায়ত্রেণনবীয়সা।

রয়িং বীরবতী মিষম্ ॥ ১১ ॥

নবীয়সা ( অনৌঅনৌবি— মমাংঙৈগীসীংনা তৌখিদরিবা ) গায়ত্রেণ ( গায়ত্রী ছন্দঃদা লেংবা সূক্ত আসনা ) স্তবানঃ ( লৈসিলৈখোনলবা ) সঃ ( অহুগুম্বা নহাকনা ) নঃ ( ঐখোইগীদমক ) রয়িং ( লনবু ) বীরবতীম্ (অখোইবা ইচানাচিংবাগা লোইনবা) ইষম্ (লনবুস্তু) আভর (থোকহনবিয়ু)।১১ ॥

অনুবাদ ঃ—অনৌঅনৌরিবা—মমাঙৈগীসীংনা তৌখিদরিবা গায়ত্রীছন্দঃ দা লেংবা সূক্ত অসি সোন্দুনা নহাকপু ঐখোইনা লৈসিলৈখোনজরে, অহুনা নহাকনা পেনবিহুনা ঐখোইগীদমক লন,—অকনঅখোৌবা ইচাগা লোইননা লন পিনবিয়ু। ১১।

অগ্নে শুক্রেণ শোচিষা বিশ্বাভির্দেবহূতিভিঃ।

ইমং স্তোমং জুষস্বনঃ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অগ্নে ( হে মৈও ! ) শুক্রেণশোচিষা ( অঙৌবা নঙাম্বা মরম ওইহুনা ) বিশ্বাভিঃ দেবহূতিভিঃ ( নহাকনা লাই কৌনবা ওইবা লৈসিলৈখোনবা খিবকনা ৷তনবা ) নঃ ( ঐখোইগী ) ইমমস্তোমম্ ( লৈসিলৈখোনবা অসিবু ) জুষস্ব ( নহাকনা লৌ )। ১২ ॥

অনুবাদ ঃ—হে মৈও ! নহাক্তি অঙৌবানাঙাননা তিনবনি, লাই কৌবা ওম্বা লৈসিলৈখোনবা—স্তোত্র ময়াম লৈবনি, ঐখোইনা লৈসিলৈখোনবা অসি নহাকনা লৌবিয়ু। ১২ ॥

—:(0):—

১৩ সুবা সূক্ত। অগ্নিনা দেবতানি।

সু সমিদ্ধো ন আবহ দেবাঁ অগ্নে হবিষ্মতে।

হোতঃ পাবক যক্ষিচ ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে (হে মৈও!) সুসমিদ্ধঃ (সুসমিদ্ধ কৌবা মংনা) নঃ (ঐখোইগী ওইবা) হবিষ্মতে (হবি লৈবা যজমানগীদমক) দেবান্ (লাই খিবিকপু) আবহ (কৌবিয়ু) পাবক (হে শেংবিবা!) হোতঃ (হোম তৌনবা হে মৈও।) যক্ষি চ (যাগসু তৌবিয়ু)। ১ ॥

অনুবাদ,—হে মৈও! হে সুসমিদ্ধ কৌবও। যজমান ঐখোইগী নাকতা লাই পুম্নমক পুহনা লাও, হে পাবক—শেংবিবা! লাইবু লাক্লবা কৌবিও। যজ্ঞ তৌবিয়ু। ১ ॥

মধুমন্তং তনূনপাদ্যজ্ঞং দেবেষু নঃ কবে।

অদ্যাকৃণু হিবীতয়ে ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—কবে (হে মেধাকবা) তনূনপাৎ (নহাক্কি তনূনপাৎ কৌই) অদ্য (ঙসি) নঃ (ঐখোইগী) মধুমন্তম্ (রস লৈবা) যজ্ঞম্ (হবিংবু) বীতযে (চানবগীদমক) দেবেষু (লাইখিবিক্তা) কৃণুহি (ফংহনলু)।২॥

অনুবাদ :—হে মেধাকবা মৈও। নহাক্কি তনূনপাৎ কৌএ, ঙসি অহাউবা, ঐখোইগী হবিঃ চানবগীদমক লাইসীংদা নহাকনা ফংহনবিয়ু।২॥

নরাশংসমিহ প্রিয়মস্মিন্ যজ্ঞ উপহ্বয়ে।

মধুজিহ্বং হবিষ্কৃতম্ ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইহ (লাইঈড়াংকম অসিদা) অস্মিন্ (হজিক তৌরিবা) যজ্ঞে (ঈড়াংপা অসিদা) প্রিয়ম্ (লাইগী পেন্নবা ওইবা) মধুজিহ্বম্ (অথুবা হাঈবা লৈএং লৈবা—অহাওবা চাবা লৈএং লৈবা) হবিষ্কৃতম্

হব্য পুথোকপা) নরাশংসম্ (নরাশংস কৌবা মৈবু) উপহ্বয়ে (ঐনা কৌরি) ॥ ৩ ॥

অনুবাদ:—লাই ঈড়াৎকম অসিদা হুজিক ভৌরিবা যজ্ঞ অসিদা লাইগী পেন্নবা ভৌবা, অথুম্বা মধু ঙাংবা, অহাওবা চাবা, হব্য-পুথোকপা নরাশংস কৌবা মৈবু ঐনা কৌরি। ৩ ॥

অগ্নে সুখতমে রথে দেবাঁ ঈলিত আবহ।

অসি হোতা মনুর্হিতঃ ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ:—অগ্নে (ইট্ শব্দগী অর্থ ওইবা হে মৈও।) ঈলিতঃ (ঐখোইনা লৈসিলৈথোল্লবা ওইত্নুনা) সুখতমে (থমথেংনা নুঙাইনবা ওইবা) রথে (করিগুম্বা রথ অমদা তোংহন্দুনা) দেবান্ (লাইখিবিকপু) আবহ (লৈপাকথক্তা পুরকউ) মৈ নহাক্তি,—মনুর্হিতঃ (মনু—হাইবদি মন্ত্রনা, যজমানগী মশক ওইবা মীনাসু মফম অসিদা নহাকপু থমত্নুনা লৈহনবনি) আবহ অসি (নহাক্তি লাইপুম্বাবু কৌবনি)। ৪ ॥

অনুবাদ:—হে ইলিত অগ্নিও। তোংবা নুঙাইরবা রথতা তোংহন্দুনা লৈপাকথক্তা পুরকউ, মৈ নহাক্তি মন্ত্রনা অমসু যজমানগী মশক ওইবা মীনাসু মফম অসিদা থমবনি, অমসু নহাকনা লাইপুম্বাবু কৌবনি। ৪ ॥

স্তৃণীত বর্হিরানুষগ্ঘৃতপৃষ্ঠং মনীষিণঃ।

যত্রামৃতস্য চ ক্ষণম্ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ:—মনীষীণঃ (হে বুদ্ধিকবা! ঋত্বিক্‌সা! আনুষক্ (মথং মনাও সন্নবা) ঘৃতপৃষ্ঠম্ (মথক্তা ঘী লৈরবা) যত্র (মাঙোন্দা) অমৃতস্য (অমৃতগা মান্নবা ঘী) চক্ষনম্ (মথক্তা উরবা) বর্হিঃ (দর্ভ) স্তৃণীত (বেদীদা কুপসিনলু)। ৫ ॥

অনুবাদ:—হে বুদ্ধিকবা ঋত্বিক্‌সা! মমৈমকোক ওইনা মথংমথং সজ্জবা, মথক্তা ঘী লৈবা—কুশনা বেদী মথক্তা কুপসিনলু। ৫ ॥

বিশ্রয়ন্তামৃতাবৃধোদ্বারোদেবী রস শ্চতঃ।

অদ্যানূনং চ যষ্টবে ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ :—ঋতাবৃধঃ ( সত্য নত্রগা যজ্ঞগী চাওখৎনবা ওইবা ) দেবীঃ ( ইঙানঙানবা ) অসশ্চতঃ (—নিপা চংহনা লৈতবা যজ্ঞগী যুম থোবকপু ) দ্বারঃ ( থোং হাংদোকলো ) অদ্য ( ঙসি ) নূনম্ ( সোইদনা ) যষ্টবে ( যজ্ঞ তৌনবগীদমকনি )। ৬ ॥

অনুবাদ :—যজ্ঞ তৌনবা যুম থোং হাংদোকলো, থোং অহনা যজ্ঞবু চাওখৎহনবনি। থোং অদু ইঙান ঙানবনি. অমসু মী লৈতবনি, ঙসি সোইদনা যজ্ঞ তৌগনি। ৬ ॥

নক্তোষাসা সুপেশসাস্মিন্ যজ্ঞ উপহ্বয়ে।

ইদং নো বর্হিরাসদে ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—সুপেশসা ( মশক ফজবা ) নক্তোষসা ( নক্ত অমসু উষা কোৌবা মৈগী মূর্তি অনিবু ) অস্মিন্ যজ্ঞে ( হুজিক তৌরিবা যজ্ঞকর্ম্ম অসিদা ) নঃ ( ঐখোইগী ) ইদম্ ( অসিগুম্বা বেদীদা থারিবা ) বর্হিঃ (দর্ভ অসিদা ) আসদে ( ফম্মাবগীদমক—কৌরি )। ৭ ॥

অনুবাদ :—মশক ফজবা অহিং অমসু নোংঙানলবদাই অনিবু মাখোইগী ফম্মাবগীদমক বেদী মথক্তা থারিবা কুশ অসিদা ফম্মোলাও হাঙ্গনা ঐখোইনা কৌরি। ৭ ॥

তাসুজিহ্বা উপহ্বয়ে হোতারাদৈব্যাকবী।

যজ্ঞং নো যক্ষতামিমম্ ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—সুজীহ্বা ( ফজবা মরৈপানবা ) হোতারা ( হোম ওইহনবা ) দৈব্যা ( লাইগী ওইবা ) কবী ( মেধাকবা ) তা ( অহঙুমা

ইথ্‌ৄইনা খংবা মৈ আনবু ) উপহ্বয়ে ( ঐনা কৌরি ) নঃ ( ঐখোইগী ) যজ্ঞম্ ( যজ্ঞবু ) যক্ষতাম্ ( তৌসনু ) । ৮ ॥

অনুবাদ :– কজবা ময়েৎপানবা, মেধাকবা, হোম তৌহনবা, মৈ অনিবু ঐখোইনা কৌরি, ঐখোইগী যজ্ঞ আস তৌবনহু । ৮ ॥

ইলা সরস্বতী মহী তিস্রোদেবীর্ময়োভুবঃ ।

বর্হিঃ সীদন্ত্বস্রিধঃ ॥৯॥

অন্বয়ানুবাদ :—ময়োভুবঃ ( নুঙাইবা খোকহনবী ) অস্রিধঃ ( ময়েং ভাবা, মাংবা লৈতবা ) ইলা ( ইলা কৌবী ) সরস্বতী ( সরস্বতী কৌবী ) মহী ( মহী কৌবী ) তিস্রঃদেবীঃ ( মৈগী মশক ওইনা ভানলিবী দেবী অহুমনা ) বর্হিঃ ( বেদীদা থারিবাবু ) সীদন্তু ( ফংসনু ) । ৯ ॥

অনুবাদ :– নুঙাইবা পীবী অমসু অমাং অতা লৈতবী, ইলা, সরস্বতী অমসু মহী, দেবীসীংগী মশক ওইবা মৈনা থারিবা কুশ মথক অসিদা ভানখোইবিসনু । ৯ ॥

ইহ ত্বষ্টারমগ্রিয়ং বিশ্বরূপমুপহ্বয়ে ।

অস্মাকমস্তু কেবলঃ ॥১০॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্রিয়ম্ ( অখোইবা ) বিশ্বরূপম্ ( মথলমথায়াম্বা মশক ওইবা ) ত্বাষ্টারম্ ( ত্বাষ্টা কৌবা মৈবু ) ইহ ( তৌরিবা থবক—যজ্ঞ অসিদা ) উপহ্বয়ে ( লাক্নবা কৌরি ) সঃ ( মৈ নহাকনা ) অস্মাকম্ ( ঐখোইগী ) কেবলঃ ( ইথ্‌ৄইগা মান্নদবা ) অস্তু ( ওইসনু ) । ১০ ॥

অনুবাদ :—পুম্নামক্তগী অখোইবা অমসু মশক মথলমথা য়াম্না খোকপা ত্বাষ্টা কোবা মৈবু ঐখোইনা তৌরিবা থবক অসিদা লাক্নবা কৌরি, মৈ মহাক্না সুপনগী ঐখোইগী মড়ীতদা ওইসনু । ১০ ॥

অবসৃজা বনস্পতে দেব দেবেভ্যো হবিঃ ।

প্রদাতুরস্তু চেতনম্ ॥১১॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বনস্পতে ( হে বনস্পতি কৌবা মৈও ! ) দেবেভ্যঃ—( হবি চাবা লাইসীংগী দমক ) হবিঃ ( ঐখোইগী হবি অসি ) অবসৃজ ( পী-বিয়ু ) প্রদাতুঃ ( হবিঃ দান তৌবা যজমানগী মড়োদা ) চেতনম্ ( পরলোক খংবা ) অস্তু ( নংগী থৌজাননা ওইসনু ) ।১১।

অনুবাদ ঃ—হে বনস্পতি কৌবা মৈও ! হবিঃ চাবা লাইসীংগী দমক ঐখোইগী হবিঃ অসি নহাকনা পীনবিয়ু, অদুগা হবিঃ দান তৌজবা যজমাননা পরলোক খংবা নহাকী থৌজানদগী ওইসনু ।১১।

স্বাহা যজ্ঞং কৃনোতনেন্দ্রায় যজ্বনো গৃহে।

তত্র দেবাঁ উপহ্বয়ে ॥১২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—স্বাহা ( হবিঃ দান তৌবগী ব্রাহৈনি, স্বাহা কৌবা মৈনা তৌবা ) যজ্ঞম্ ( যজ্ঞবু ) ইন্দ্রায ( ইন্দ্রনা পেন্নবগী দমক ) যজ্বনঃ গৃহে—( যজমানগী য়ুমদা ) কৃনোতন ( ঋত্বিক্‌সীংনা তৌসনু ) তত্র ( যজ্ঞ অদুদা ) দেবান্ ( লাই খিবিকপু ) উপহ্বযে ( ঐখোইনা কৌই ) ।১২।

অনুবাদ ঃ—ইন্দ্রগী দমক যজমানগী য়ুমদা স্বাহানা যজ্ঞ তৌসনু, যজ্ঞ অদুদা ঐখোইনা লাই ময়াম কৌই ।১২।

ব্যাখ্যা ঃ—১৩ সুবা সূক্ত অসিগী মমিং আপ্রি-সূক্ত কৌই। আপ্রি-সূক্তগী অর্থদি—"থোইদোকনা পেনবা" হাঙৈবনি। সূক্ত অসিগী বিনিয়োগদি পশুযাগদানি। অহানবদদি গোত্র খুদিংগী তোঙান তোঙানবা আপ্রি-সূক্ত লৈরমই। ঋগ্বেদদা আপ্রি সূক্ত তরানি। মাদুদি,—প্রথম মণ্ডলদা ১৩।১৪২ অমসু ১৮৮ সূক্ত, দ্বিতীযদা ৩, তৃতীযদা ৪, পঞ্চমদা ৫, সপ্তমদা ২, নবমদা ৫, দশমদা ৭ অমসু ১১০ সূক্তনি। তরাহুমদোইসুবা সূক্তগী ঋচা ১২ নি, ঋচাসীংদা অসিগুম্বা মিং ১২ না মৈবু লৈসিলৈখোনলি। মিংসীং অদুদি,—১ সুসমিদ্ধ, ২ তনূনপাৎ, ৩ নারসংস, ৪ ইলা, ৫ বর্হিঃ, ৬ দেবীদ্বার, ৭ নক্ত, অমসু উষা, ৯ ঈলা, সরস্বতী, মহী, ১০ ত্বষ্টা, ১১ বনস্পতি, ১২ স্বাহানি। নারশংস মাদু হাঙৈব্রগা নৈর্ঋসংঘ মিং অসি কৌবা মৈবু ঈরাণীসীং ঈড়াৎলি।

——o——

## ১৪সুবা সুক্ত। অগ্নিনা দেবতানি।

এভিরগ্নে দুবো গিরো বিশ্বেভিঃ সোমপীতয়ে।
দেবেভির্যাহি যক্ষিচ ॥১॥

অন্বয়ানুবাদঃ—অগ্নে (হে মৈও!) এভিঃ (যজ্ঞা লৈগদবা) বিশ্বেভিঃ দেবেভিঃ (লাই পুম্নমক্কা লোইনাদুন) সোমপীতয়ে (সোম থকপা যজ্ঞপীদনক) দুবঃ (ঐখোইনা তৌবা সেবা) গিরঃ (ঐখোইনা লৈসিলৈখোনবাবুস্ত লৌ-খিনবগী দমক) আযাহি (লাও) যক্ষি (ঈড়াংল্লু)।১।

অনুবাদঃ—হে মৈও। বিশ্বদেব—লাই পুম্নমক্কা লোইনদুনা সোম থক-বগী দমক ঐখোইনা তৌবা সেবা অমসু ঐখোইনা তৌবা লৈসিলৈখোনববুস্ত লৌনবগী দমক লাও, ঐখোইগী যজ্ঞ অসি নহাকনা ওইহনবিয়ু।১।

আত্বাকণ্বা অহূষত গৃনন্তিবিপ্রতেধিয়ঃ।
দেবেভিরগ্ন আগহি। ২ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—বিপ্র (হে মেধাকবা মৈও) কণ্বাঃ (মেধাকবা কণ্বগী মচা ঋত্বিক্‌সীংনা) ত্বা (যজ্ঞ থোকহনবা নহাকপু) আঅহূষত (কৌই) তেধিয়ঃ (নহাক্কী থৌদৌ খিবিকপু) গৃণন্তি (হাঈরি) অগ্নে (হে মৈওন) দেবেভিঃ (লাইসীংগা লোইনাদুনা) আগহি (লাও)। ২ ॥

অনুবাদঃ—হে মেধাকবা মৈও! কণ্বগীমচা মেধাকবা রিত্বিকসীংনা নহাকপু কৌরি. মাদুম তোদুনা নহাক্কী থৌদৌবুস্ত থাগৎলি, লাইসীংগা লোইনাদুনা লাও। ২ ॥

ইন্দ্রবায়ু বৃহস্পতিং মিত্রাগ্নিং পূষণংভগম্।
আদিত্যান্ মারুতংগণম্। ৩ ॥

অগ্নে (হে অগ্নি!) ইন্দ্রবায়ু (ইন্দ্রব বায়ুব) বৃহস্পতিম্ (বৃহস্পতিবু)

মিত্রাগ্নিম্ ( মিত্রবু অগ্নিবু ) পূষণম্ ( পূষণবু ) ভগম্ ( ভগবু ) আদিত্যান্ ( আদিত্য খিবিকপু ) মারুতম্ গণম্ ( মারুতগণবু ) [ যক্তি— যজ্ঞগী শরুক পীরোলাও ] । ৩ ॥

অনুবাদ:—হে মৈও! ইন্দ্র, বায়ু, বৃহস্পতি, মিত্র, অগ্নি, পুষা, ভগ অমসু আদিত্য পুন্নামকপু যজ্ঞগী শরুক পীরোলাও। ৩ ॥

ব্যাখ্যা:—বৃহস্পতি অসি, লৈসিলৈথোম্নবা লাই অমগী মিংনি, মাগী অতোপ্পা মিং অমনা ব্রহ্মণস্পতি কৌই। মতান য়াম্না কন্দবা মুমিৎপু পুষা কৌই। আদিত্যলোকনা অদিতিগী মচানি। ঋগ্‌বেদগী দ্বিতীয়মণ্ডলদা ২৭ শুবা সূক্ত আদিত্য তরুকনি, হাঙ্গৈ,— মিত্র, অর্যমা, ভগ, বরুণ, দক্ষ, অমসু অংশ। নবম মণ্ডলদা ১১৪ সূক্তদা আদিত্য ৭ নি, হাঙ্গৈ। দশমমণ্ডলদা ৭২ সূক্তদা অদিতিগী মচা নিপাননি, হাঙ্গৈ। মাতুদা নিপান শুবা মচা— মার্তণ্ডবুদি ছন্দোক্রমতুনা মচা তরেৎকা লোইনাতুনা অদিতিনা চৎখি, হাঙ্গৈ। তৈত্তিরীয় ব্রাহ্মণদা আদিত্য নিপানগী মমিং হাঙ্গৈ, মাতুদি,— ধাতা, আর্যমা, মিত্র, বরুণ, অংশ, ভগ, ইন্দ্র অমসু বিবস্বান্। শতপথ ব্রাহ্মণদা আদিত্য তরানিথোইনা মাস—থা তরানিথোইগী মপুনি; মুমিৎ ১২ নি হাঙ্গৈ। মহাভারত আদিপর্ব্ব ১২১ শুবা অধ্যায়দা আদিত্য তরানিথোইগী মিং,— ধাতা, আর্যমা, মিত্র, বরুণ, অংশ, ভগ, ইন্দ্র, বিবস্বান্, পুষা, ত্বষ্টা, সবিতা অমসু বিষ্ণুনি। অদিতি শব্দগী অর্থদি—"অখণ্ড" হাঙ্গৈবনি। অদিতিদি দেবগণগী মম্মানি। য়াস্কনা অদিতিবু দেবমাতানি হাঙ্গৈ।

প্রবোভ্রিয়ন্ত ইন্দবো মৎসরামাদয়িষ্ণবঃ।

দ্রপ্সামধ্বশ্চমূষদঃ ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ:— মৎসরাঃ ( পেম্নবা ওইবা ) মাদয়িষ্ণবঃ ( হরাওনবা— ওইবা ) দ্রপ্সাঃ ( মতুম মতুম ওইবা ) মধ্বঃ ( অথুম্বা ) চমূষদঃ ( চমষনাচিংবা পাত্রদা হাপ্পা ) ইন্দবঃ ( সোম খিবিক ) বঃ ( লাই নখোই পুম্বগী দমক )— প্রভৃয়ন্তে ( নিংথিনা সেমতুনা লৈরে ) । ৪ ॥

অনুবাদ:— হে ইন্দ্রনাচিংবা লাইসা! খাবু থকপদা পেম্নবা ওইবা,

হুমাওনবা ওইবা, মতুম মতুম ওইবা, অথোইবা চবকনাচিংবা পাত্রদা হাপলা সোম ময়াম নখোই পুম্নমকী দমক নিংথিনা সেমহনা লৈরে।৪।

ঈলতে ত্বাম বস্যবঃ কণ্বাসো বৃক্ত বর্হিষঃ।

হবিষ্মন্তো অরঙ্কৃতঃ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ :— হে অগ্নে ( হে মৈও। ) অবস্যবঃ ( ঙাকপীনবগী দমক ( লাই ) পাম্লবা ) কণ্বাসঃ ( মেধা কবা ) বৃক্ত বর্হিষঃ ( লাইগী ফমফম থানবগী দমক কুশ অককপা পাইরবা ) হবিষ্মতঃ ( হবিঃগা লোইনবা ) অরঙ্কৃতঃ ( লৈতেংলবা ঋত্বিক্সীংনা ) ত্বাম্ ( মৈ নহাকপু ) ঈলতে—ঈড়লে ( লৈসিলৈথোক্লি )।৫।

অনুবাদ :—হে মৈও। লাইনা মাথোইবু ঙাকপীবা পাম্বা, লাইরিক য়াম্না হৈবা, লাইগী ফমফম থানবা কুশ অককপা পাইবা, মশা লৈতেংদুনা লাইগী দমক হবিঃ পাইখৎলবা ঋত্বিক্সীংনা মৈ নহাকপু লৈসিলৈথোক্লি।৫।

ঘৃতপৃষ্ঠা মনোযুজোযেত্বা বহন্তিবহ্নয়ঃ।

আদেবান্সোমপীতয়ে ॥ ৬ ॥

অগ্নে ( হে মৈও। ) ঘৃতপৃষ্ঠাঃ ( মশা যাম্না নোইদুনা মথাংলেন ঈরং লংলবা ) মনোযুজঃ ( পুকনিংনা হেক নিংবগা রথতা হেক্তা পানবা ) বহ্নয়ঃ ( অকন্না পুবাঙম্বা ) যে ( সগোলসীংনা ) ত্বা—ত্বাম্ ( নহাকপু ) বহন্তি ( রথতা পুই ) সোমপীতয়ে ( সোম থকপা বাগগীদমক ) দেবান্ ( লাইসীংবু ) আবহ ( পুদুনা লাও )। ৬ ॥

অনুবাদ :— হে মৈও মশানোইবনা মনঙ্গন ঈরংলংলবা, পুক্লিংনা হেক নিংবগা রথতা হেক্তা পানবা, অকন্না পুবাঙম্বা সগোল্লা নহাকপু রথতা পুই, সোম থকপা বাগগীদমক লাইসীংবু নহাকী রথতা হাপ্দুনা পুদুনা লাও। ৬ ॥

তাংস্ত্রত্রঁা ঋতাবৃধোগ্নে পত্নীবতস্কৃধি।

মধ্বঃ সুজিহ্ব পায়য় ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে অগ্নিও ) যজত্রান্ ( লাংনফম ওইবা ) ঋতাবৃধঃ ( সত্যগী যজ্ঞগীসু চাওখৎনবা ওইবা ) তান্ ( ইন্দ্রনাচিংবা লাই খিবিকপু ) পত্নীবতঃ ( ধর্ম্মপত্নীগা লোইনব ) কৃধি ( তৌ ) সুজিহ্ব ( হে অফবা লৈরে পানবাও ) মধ্বঃ ( অথুম্বা সোমগী শরুকপু ) পায়য় ( লাইসীংদা পীবিয়ু )। ৭ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! লাংনফম ওইবা, সত্যগী যজ্ঞগীসু চাওখৎনবা তৌবা, ইন্দ্রনাচিংবা লাই খিবিকপু মহাক মহাকী ধর্ম্মপত্নীগা লোনহনলু, হে ফজরবা লৈএং পানবাও ! লাইসীংদা অথুম্বা সোমরস পীথকউ।৭ ॥

যে যজত্রায় ঈড্যাস্তেতে পিবন্তু জিহ্বয়া।

মধোরগ্নে বষট্ কৃতি। ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—যে ( অহুগুম্বা লাইসীং অহু ) যজত্রাঃ ( ঈড়াংনফম ওই ) যে ( লাইসীং অহু ) ঈড্যাঃ ( লৈসিলৈথোন্নফম ওই ) তে ( অহুগুম্বা লাইসীং অহু ) বষট্‌কৃতি ( বষট্ হাঙৈনা কৌবা মতমদা ) অগ্নে ( হে মৈও ) তে ( নহাকী ) জিহ্বযা ( লৈনা ) মধোঃ ( সোমগী শরুকপু ) পিবন্তু ( থকসনু ) ॥ ৮ ॥

অনুবাব :—লাই পুম্নামক ঈড়াংনফমনি অমসু লৈসিলৈথোন্নফমনি, মাখোইনা বষট্ হাঙৈনা তৌবা মতমদা হে মৈও ! নরৈনা মরম ওইদুনা সোমরস থকসনু । ৮ ॥

আকীং সূর্যস্য রোচনাদ্বিশ্বান্দেবাঁউষর্বুধঃ।

বিপ্রোহোতেহ বক্ষতি ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—বিপ্রঃ ( মেধাকবা ) হোতা ( হোম তৌহনবা মৈনা ) উষর্বুধঃ ( অয়ুক অঙনবা চীংখৈ হুনবা মতমদা থাগতা চৎনবগীদমক হৌগৎপা ) যখান্ দেবান্ ( লাই পুম্নামকপু ) সূর্যস্য ( নুমিৎকী ওইবা ) রোচনাৎ ( অঙানবা—স্বর্গলোকতগী ) ইহ ( থৌ তৌরিবা অসিদা ) আকীম্ বক্ষতি ( সোইদনা কৌবিরকসনু )। ৯ ॥

অনুবাদ :—মেধাকবা অমসু মানা লাইসীংবু কৌবিবা মৈনা নোংঙাল-লকপা চীঙথৈ হুনবদা হৌগৎতুনা লাই খিবিকপু নুমিৎনা থোকলিবা মাপী লোকতগী মফম অসি ফাউবা সোইদনা পুবিরকনি। ৯॥

বিশ্বেভিঃ সোম্যং মধ্বগ্ন ইন্দ্রেণ বায়ুনা।
পিবামিত্রস্যধামভিঃ ।। ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও! ) বিশ্বেভিঃ ( পুবক্তগনাচিংবা লাই খিবিকা ) ইন্দ্রেণ ( ইন্দ্রগা ) বায়ুনা ( বায়ুগা ) মিত্রস্য ( মিত্রগী মড়ী ওইবা ) ধামভিঃ ( মঙান্না মশক ওইবা মুতি মখল খিবিকা লোইনাহুনা ) সৌম্যাম্ ( সোমগী ওইবা ) মধু ( অথুম্বা শরুক ) পিব ( থকউ )। ১০ ॥

অনুবাদ : - হে মৈও! নংনা ইন্দ্র, বায়ু অমসু মিত্রগী মঙানগা লোই-নবা লাই পুম্নামকপু সোমগী অথুম্বা রস পিথকউ। ১০ ॥

ত্বং হোতা মনুর্হিতেগ্নে যজ্ঞেষুসীদসি।
সেমংনো অধ্বরংযজ ।।১১॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও! ) মনুর্হিতঃ ( মীনা তৌবা ) হোতা ( হোম তৌবা ) সঃত্বম্ ( নহাকনা ) যজ্ঞেষু ( যজ্ঞদা ) সীদসি ( লৈ ) [ সঃ ত্বম্ ( অদুগুম্বা নহাকনা )] নঃ ( ঐখোইগী ) ইমম্ অধ্বরম্ ( যজ্ঞ অসিবু ) যজ ( ওইহল্লু )। ১১ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও! তাইবং মীনা তৌবা অমসু লাইবু কৌবা যজ্ঞ অসিদা নহাক লৈয়, নহাক্না ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসি ওইহনল্লু।১১॥

যুক্ষ্বাহ্যরুষীরথে হরিতো দেব রোহিতঃ।

তাভির্দেবাঁ ইহাবহ ॥১২॥

অন্বয়ানুবাদ :—দেব ( হে মৈ—লাই-ও। ) অরুষীঃ ( অয়াঙবা ) হরিতঃ ( রথ তোকবা মী পুবা ঙম্বা ) রোহিতঃ ( রোহিৎ কৌবা নহাক্কী বড়বা—সগোল ) রথে ( রথদা ) যুক্ষ্ব—যুঙ্ক্ত ( পানথৎলো ) হি ( পাদদা ময়েক স্থনবা হায়নি ) তাভিঃ ( বড়বা সগোলগা লোইনাত্থনা ) ইহ ( থোঁ—থবক অসিদা ) দেবান্ ( লাই খিবিকপু ) আবহ ( পুত্থনা লাকউ ) ।১২।

অনুবাদ :— হে অগ্নিদেব! হে মৈ কৌবা লাইও। রোহিত কৌবা অয়াংবা মশা কনবা সগোল, নহাক্কী রথদা পানসিনলো, মাত্থদা হাপত্থনা—যজ্ঞ অসিদা লাই ময়াম পুত্থনা লাউ-ও ।১২।

——:(0):——

১৫ সুবা সূক্ত। ঋতুনাচিংবনা দেবতানি।

ইন্দ্র সোমং পিবঋতুনাত্বাবিশন্ত্বিন্দবঃ।

মৎসরাস স্তদোকসঃ ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্র। ) ঋতুনা ( ঋতুগা লোইনাত্থনা ) সোমম্ পিব ( সোম থকউ ) ইন্দবঃ ( থকচিনলবা সোমসিনা ) ত্বা—ত্বাম্ ( ইন্দ্র নঙোন্দা ) আবিশন্তু ( চংসনু ) সোমসীং অত্থদি— মৎসরাসঃ ( অথকপাবু—পেনহনবনি ) তৎ ওকসঃ ( নহাক্কী পুক্কা ইতৎতত্তনা লৈবনি ) ।১।

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রও। ঋতুগা লোইনাত্থনা সোমরস থকউ, সোমরসনা নঙোন্দা চংসনু, সোমসীং অত্থদি—অথকপা— থকউবা-মীবু পেনহনবনি,—অথকপাগী পুক্কা ইতৎতত্তনা—লেংদনা লৈবনি ।১।

মরুত পিবত ঋতুনা পোত্রাদ্যজ্ঞং পুনীতন।

যূয়ং হি ষ্ঠা সুদানবঃ ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—মরুত (হে মরুত-ও!) ঋতুনা (ঋতুগা লোইনাহ্নুনা) পোত্রাৎ (পোতা কৌবা ঋত্বিক্‌কী পাত্রদগী) পিবত (সোম থকউ) যজ্ঞম্ (ঐখোইগী যজ্ঞবু) পুনীতন (শেংদোকপীয়ু) সুদানবঃ (হে ফজবা পীবা মরুৎসা!) হি (মরম পাহুদগী) যুয়ম্ স্থ (নখোইদি শেংবিবনি)।২।

অনুবাদ :—হে মরুৎসা! পোতা কৌবা ঋত্বিক্‌সীংগী পাত্রদগী সোম থকউ, ঐখোইগী যজ্ঞ অসি শেংদোকপীয়ু, হে ফজবা পীবা মরুৎসা— নখোইদি মহৌশানা শেং।ববনি, অহুনা শেংদোকপীয়ু ২।

অভি যজ্ঞং গৃণীহিনোগ্নাবোনেষ্টঃ পিব ঋতুনা।

ত্বংহিরত্নধাঅসি ॥ ৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—(গ্নাবঃ (পত্নীগা লোইনবা!) নেষ্টঃ (হে ত্বষ্টা!) নঃ (ঐখোইগী) যজ্ঞম্ (যজ্ঞবু) অভিগৃণীহি (লাইগী মনাক্তা থাগৎলু) ঋতুনা (ঋতুগা লোইনাহ্নুনা) ত্বম্ (নহাকনা) পিব (সোম থকউ) হি (মরম অতুদগী) রত্নধা অসি (নংদিরত্ন ময়াম পিবনি, মরম অহুনা সোম থকদবনি)। ৩ ॥

অনুবাদ :—হে পত্নীগা লোইনবা! হে ত্বষ্টা! নহাক্না লাইগী মনাক্তা লৈহ্নুনা ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসি, থাগৎলু, ঋতুগা লোইননা সোমরস থকউ, নহাক্তি রত্ন পীবনি। ৩ ॥

অগ্নেদেবাঁইহাবহসাদয়াযোনিষুত্রিষু।

পরিভূষপিব ঋতুনা ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অগ্নে (হে মৈও!) দেবান্ (লাই খিবিকপু) ইহ (থবক অসিদা) আবহ (নংনা কৌবিয়ু) যোনিষু (সবনযাগ অহুমদা) সাদয় (লাইসীংবু ফমহনলু) পরিভূষ (লৈভেংউ) ঋতুনা (ঋতুগা লোই-নাহ্নুনা) পিব (সোমরস থকউ) ।৪ ॥

অনুবাদ ঃ—হে মৈও! থবক অসিদা লাইশিংবু কৌবিয়ু, সবন যাগ

অঙ্গুর অসিদা লাইমায়াম কখহনলু, মাখোইবু নৈতেংউ, অমসু নহাক্না ঋতুগা লোইনাদুনা সোমরস থকউ । ৪ ॥

ব্রাহ্মণাদিন্দ্ররাধসঃ পিবা সোমমৃতূঁরনু ।

তবেদ্ধি সখ্য মস্তৃতম্ ॥ ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্র ( হে ইন্দ্রও ! ) ব্রাহ্মণাৎ ( ব্রাহ্মণাচ্ছংসী পুরোহিতকী ওইবা ) রাধসঃ ( লন ওইবা পাত্রদগী ) ঋতূন্‌অনু ( ঋতু খিবিকী মতুংদা ) সোমম্ পিব ( সোম থকউ ) হি ( মরম অদুদগী ) তব ইৎ (নহাকী) সখ্যম্ ( ঋতুসীংগা চান্নবা অসি ) অস্তৃতম্ ( তৎনবা নৈতে ) —অদুনা ঋতুসীংগা লোইনাদুনা থকমন্নবনা চুমই । ৫ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রও ! ব্রাহ্মণাচ্ছংসী পুরোহিতকী লনগী মশকওইবা পাত্রদগী ঋতুসীংগী মতুংদা সোম থকউ, হাঙ্গবদি ঋতুবু সোম পিথকতুনা নহাক্না মাখোইগা সোম থকমিন্নৌ মরমদি নহাক্না ঋতুসীংগা চান্নবা অসিদি তৎনবা নৈতে,—অদুনা মাখোইগা সোম থকমিন্নবা চুমই । ৫ ॥

যুবং দক্ষং ধৃতব্রত মিত্রাবরুণ দূলভম্ ।

ঋতুনা যজ্ঞমাশাথে ।।৬।।

অন্বয়ানুবাদ :--ধৃতব্রত মিত্রাবরুণা ( ব্রত তৌবা— থবক তৌবা হে মিত্র অমসু বরুণ লাই অনি ! ) যুবম্—যুবাম্ ( নখোই অনিনা ) ঋতুনা—( ঋতুগা লোইনাদুনা ) দূলভম=দূর্ভম=দুর্দহম্ ( এক্লবনা মাংহনবা-ঙমদবা ) দক্ষম্ ( চাওখৎলবা ) যজ্ঞম্ ( যজ্ঞবু ) আশাথে ( সিনথুংনা নৈএ ) ।৬।

অনুবাদ : -হে থবক তৌবা মিত্র অমসু বরুণ কৌবা লাই অনিমক! নখোই অসিনা ঋতুসীংগা লোইননা নখোইনা ঐখোইগী চাওখৎলবা অমসু এক্লবনা মাংহনবা ঙমত্রবা যজ্ঞ অসিদা সিনথুংনা নৈও ) ।৬।

ব্রাবিণো দাদ্রবি-সো গ্রাবহস্তাসেঃ অধ্বরে ।

যজ্ঞেষু দেবমীলতে ।।৭।।

অন্বয়ানুবাদ :—অধ্বরে ( প্রকৃতিগী মশক ওইবা অগ্নিষ্টোমদা ) যজ্ঞেষু ( বিকৃতিগী মশক ওইবা উক্‌থানাচিংবা যজ্ঞদা ) দ্রবিণসঃ ( লন কংনিংবা ) গ্রাবহস্তাসঃ ( অভিষব লেপ্নাবগীদমক মথুম্না নুং পাইবা ঋত্বিক্‌সীংনা ) দ্রবিণোদা ( লনপিবা ) দেবম্ ( মৈবু ) ঈলতে ( লৈসিলৈথোক্লি )। ৭ ॥

অনুবাদ :—প্রকৃতিগী মশক ওইবা অগ্নিষ্টোমদা বিকৃতিগী মশক ওইবা উক্‌থানাচিংবা যজ্ঞদা লনফংনিংবা, মথুম্না অভিষব লেম্নবগীদমক নুংপাইবা ঋত্বিকসীংনা লনপিনহৈবা মৈবু লৈসিলৈথোক্লি। ৭ ॥

দ্রবিণোদাদ দাতুনো বসূনি যানিশৃণ্বিরে।

দেবেষু তাবনামহে ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—দ্রবিনোদা ( লনপিনহৈবা লাইনা ) নঃ ( ঐখোইদা ) বসূনি ( লন ) দদাতু ( পীসনু ) যানি ( লনসীংবু ) শৃণ্বিরে ( হবি কংবদা মতিক চাই হাঙ্গনা তাবা ) তা—তানি ( পুম্নামক অছু ) দেবেষু ( লাইদা ) বনামহে ( ঈভাংনবগীদমক লৌগনি )। ৮ ॥

অনুবাদ :—লন পীনহৈবা লাইনা পীবা লনগী মথৌ, লন অছুনা হবি লৈবদা মতিক চাবা লৈহনা লাইদা হবিঃ ওইনা কৎকনি। ৮ ॥

দ্রবিণোদাঃ পি পীষতি জুহোত প্রচতিষ্টত।

নেষ্ট্রাদৃতুভিরিষ্যত ॥ ৯ ॥

অন্বযানুবাদ :—দ্রবিণোদাঃ ( লাইনা ) ঋতুভিঃ ( ঋতুসীংগা লোইনাহনা) নেষ্ট্রাৎ ( ত্বষ্টাগী পাত্রদগী ) পিপীষতি ( সোম থকে নিংই ) ইষ্যত ( হোম তৌকমদা লাও ) লাক্লগা 'জুহোত' ( হোমতৌ ) প্রতিষ্ঠত ( অমোক চৎথোকউ ) ৯ ॥

অনুবাদ :—দ্রবিনোদানা—লাইনা ঋতুসীংগা লোইনাহনা নেষ্টৃ—ত্বষ্টাগী পাত্রদগী সোম থকনিংলে, হে ঋত্বিকসা যজ্ঞদা লাও, লাক্লগা হোমতৌ, অতুগীতুংদা হোম তৌকমদগী চৎথোকউ। ৯ ॥

যত্ত্বা তুরীয়মৃতুভি দ্রবিণোদো যজামহে।

অধস্মানোদদির্ভব ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—হে দ্রবিণোদঃ (হে লন পীবা লাই—মৈও। ঋতুভিঃ (ঋতুসীংগা লোইনাত্থনা) তুরীয়ম্ (মরিয়ক) ত্বা—ত্বাম্ (নহাকপু) যজামহে (ঐখোইনা ঈড়াংলি) অধ—তস্মাৎকারণাৎ (মরম অসুদগী) নঃ (ঐখোইগীদমক) দদিঃ (লনপীবা) ভবস্ম (সোইদবা ওইয়ু)। ১০ ॥

অনুবাদ ঃ—হে লনপিবা লাই—মৈও! ঋতুসীংগা লোইননা নহাকপু ঐখোইনা মরিয়কহম্না ঈড়াংলে। মরম অসুদগী নহাকনা ঐখোইদা সোইদনা লন পিয়ু। ১০ ॥

অশ্বিনাপিবতং মধুদীদ্যগ্নীশুচিব্রতা।

ঋতুনা যজ্ঞ বাহসা ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অশ্বিনা (হে অশ্বি—অনিও!) দীত্যগ্নী (অঙানবা আহবনীয়নাচিংবা অগ্নিগা ভিন্নবাও।) শুচিব্রতা (অশেংবা থবক কৌবাও!) ঋতুনা (ঋতু কৌবা লাইগা লোইনাত্থনা) যজ্ঞ বাহসা (যজ্ঞ ওইহনবাও!) মধু (অথুব্বা সোম) পিবতম্ (থকউ)। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—হো অশ্বি কৌবা লাই অনিও। অঙানবা আহবনীয়নাচিংবা মৈগা ভিন্নবা! হো তশেংবা থবক ভৌবা ও! ঋতু কৌবা লাইগা লোইনাত্থনা যজ্ঞ ওইহনবাও! থুম্বা সোম অসে থকও ॥ ১১ ॥

গার্হপত্যেন সন্ত্যঋতুনা যজ্ঞনীরসি।

দেবান্ দেবয়তেয়জ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ —সন্ত্য (মহৈ পীবা মৈও!) গার্হপত্যেন (গৃহপতিগা মরী ওইনরবা বহ্নিগী মথককা লোইনাত্থনা) ঋতুনা (ঋতু কৌবা লাইগা

লোইনাহুনা) যজনী (যজ্ঞ পাংথোকপনি) দেবয়তে (লাইগী পেনবা পাম্বা যজমানগীদমক) দেবান্‌যজ (লাই থিবিকপু নহাকনা ঊড়াথনু) ।১২॥

অনুবাদ ঃ—হে মহে পীবা মৈও। নংনা গার্হপত্যঅগ্নিগী মথক লৌহুনা খতু কৌবা লাইশা লোইনাহুনা যজ্ঞ পাংথোকপনি, লাইগী অপেনবা পাম্বা যজমানগীদমক লাইথিবিকপু নহাকনা ঊড়াথনু। ১২॥

---

## ১৬ সুবা সূক্ত। ইন্দ্রনা দেবতানি।

আত্বা বহন্তু হরয়ো বৃষণং সোম পীতয়ে।

ইন্দ্রত্বা সূরচক্ষসঃ ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— ইন্দ্র (হে ইন্দ্রও।) বৃষণম্ (নীওবা পুম্বা থুংহনবা) ত্বা—ত্বাম্ (নহাকপু) সোম পীতযে (সোম থক্নবগী দমক) হরয়ঃ (সগোল থিবিক্না) আবহন্তু (পুরকসনু) সুরচক্ষচঃ (সুমিৎকুম ওানবা ঋত্বিক্‌সীংনা) ত্বা—(নহাকপু) [মন্ত্রৈঃ প্রকাশযন্তু (মন্ত্র থিবিকনা ওাঙ্খোকহনসনু)] ।১।

অনুবাদ ঃ—হে ইন্দ্রও! অনীওবা পুম্বা থুংহনবা নহাকপু সোম থক্ন-বগী দমক নহাকী সগোলসীংনা পুবকসনু. সুমিৎকুম ওানবা ঋত্বিক্‌সীংনা—নহাকপু মন্ত্র থিথিকনা ওাঙ্খোকহনসনু।১।

ইমা ধানা ঘৃতস্নুবো হরীইহোপবক্ষতঃ।

ইন্দ্রং সুখতমে রথে ॥২॥

হরী (ইন্দ্রগী রথ চিংবা সগোল অনিনা) ইমা (যাগগীদমক বেদীদা থাহুনা থম্বা মাংদা লৈবা) ঘৃতস্রুবঃ (ঘী তোৎতুনা মহি চেন্নবা) ধানাঃ (ওোথোক-লবা যবকী চেংসীং অসি তমশিন্দুনা) সুখতমেরথে (থরথেংনা সুওাইবা রথতা) ইন্দ্রম্ (ইন্দ্রবু হাপ্পুনা) ইহ (থবক অসিদা) উপ বক্ষতঃ (বেদি মনাক্তা পুরকসনু)। ২॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রগী রথচিংবা সগোল অনিনা যাগলীদমক লেপ্পীদা থাংহনা থম্বা মাংলা লৈবা, থী তোংহনা মহি চেন্নবা থবকী চেংগোং অসি অমনা থমখোনা হুত্তাইরবা রথতা ইন্দ্র হাপ্তুনা তৌরিবা থৌ অসিদা খেদি মনাক্তা পুসিনলকসনু। ২ ॥

ইন্দ্রং প্রাতর্হবামহ ইন্দ্রং প্রযত্যধ্বরে।

ইন্দ্রং সোমস্য পীতয়ে ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—প্রাতঃ ( থৌ হৌগৎপা প্রাতঃ সবনদা ) ইন্দ্রম্ (ইন্দ্রবু) হবামহে ( ঐখোইনা কৌই ) অধ্বরে ( সোমযাগদা ) প্রয়তি ( হৌগৎতুনা লৈরবা মাধ্যাদিন সবনদা ) ইন্দ্রংহবামহে ( ইন্দ্রবু ঐখোইনা কৌই ) মাহুম্না যজ্ঞ লোইরবদা তৃতীয় সবনদা সোমস্য পীতয়ে ( সোম থক্নবগীদমক ) ইন্দ্রম্ হবামহে ( ঐখোইনা ইন্দ্রবু কৌই )। ৩ ॥

অনুবাদ :—ঐখোইনা অয়ুক যজ্ঞ হৌগৎনবা ইন্দ্রবু কৌই, সোমযাগদা হৌগৎলহুনা তৌহুনা লৈরবা মধ্যান্দিন সবনদা ইন্দ্রবু ঐখোইনা কৌই, মাহুম্না যজ্ঞ লোইরবদা তৃতীয় সবনদা সোমথক্নবাগীদমক ইন্দ্রবু ঐখোইনা কৌই। ৩ ॥

উপনঃ সুতমাগহি হরিভিরিন্দ্রকেশিভিঃ।

সুতে হি ত্বা হবামহে ॥ ৪ ॥

ইন্দ্র ( হে ইন্দ্রও ! ) কেশিভিঃ ( মশোং য়াম্না পানবা ) হরিভিঃ ( সগোল খিবিক্লা মরম ওইহুনা ) সুতম্ ( সুমলবা সোম ) উপ ( মনাক্তা ) আগহি ( লাও ) সুতে ( সুমহুনা লৌরবা সোম অসিদা ) হি ( মরম অহুনগী) ত্বাহবামহে ( নহাকপু ঐখোইনা কৌরিবনি—অহুনা লাও )। ৪ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রও ! মশোং য়াম্না পানবা সগোল ময়াম্না চিংবা রথ তোংহুনা মহি ওইনা সুমলোক্লবা সোম অসিগী মনাক্তা লাও, সোম অসি সুমলবা অসিদা ঐখোইনা নহাকপু কৌরিবনি। ৪ ॥

সেমং নঃ স্তোমমাগহ্যুপেদং সবনং সুতম্।

গৌরোনতৃষিতঃ পিব॥ ৫॥

হে ইন্দ্র! স—ত্বম্ (অদুগুম্বা নহাকনা) নঃ (ঐখোইগী) স্তোমম্ (লৈসিলৈখোনবা অসিদা) আগহি (লাও) মরমদি,—উপ (লাই ঈড়াংপগী মনাক্তা) সুতম্ (সুম্লদুনা মহি ওইরবা) ইদম্ (ছাজক ভৌরিবা) সবনম্ (প্রাতঃ সবননাচিংবগী মশক ওইবা থৌনি) গৌরঃন (গৌরমৃগগুম্না) তৃষিতঃ (থৌরাংনা) পিব (সোম থকউ)। ৫॥

অনুবাদ:—নহাক ঐখোইগী লৈসিলৈখোনকম অসিদা লেংবিরকউ, লাই ঈড়াংফমগী মনাক্তা প্রাতঃ সবননাচিংবগী মশক ওইবা ভৌরিবা থবক অসিদা সোমরস—মহি চেল্লবা লৈরে, গৌরমৃগগুম্না থৌরাংনা কান-বিরো লাও ৫॥

ইমে সোমাস ইন্দবঃ সুতাসো অধিবর্হিষি।

তাঁ ইন্দ্র সহসে পিব॥ ৬॥

অন্বয়ানুবাদঃ—ইন্দ্র (হে ইন্দ্রও!) ইন্দবঃ (অচোৎপা) ইমে (বেদীদা থল্লবা) সোমাসঃ (পাত্রদা হাপ্তুনা থম্বা সোমরসসীং অসি) বর্হিষি (যজ্ঞদা) অধি (বাম্না নিংথিনা) সুতাসঃ (সুম্লবনি) সহসে (কনখৎনবগীদমক) তান্ (মাখোই পুম্নামকপু) পিব (থকউ)। ৬॥

অনুবাদ:—হে ইন্দ্রও! পাত্রদা হাপ্তুনা বেদী মথক্তা থল্লিবা অচোৎপা সোমরসসীং অসি, যজ্ঞদা নিংথিনা সুম্লবনি, কনবা হেক্কৎনবগীদমক থকউ।৬॥

অয়ং তে স্তোমো অগ্নিয়োহৃদিস্পৃগস্তু শন্তমঃ।

অথাসোমং সুতং পিব॥ ৭॥

অন্বয়ানুবাদ:—অয়ম্ (ঐখোইনা ভৌরিবা) স্তোমঃ (স্তোম-কৌবা

লৈসিলৈৎখোনবা অসি ) অভিপ্রয়ঃ ( ইথ্, ইদগী অখোইবা—অহেনবা ওইহুনা ) তে ( নহাকী ) হৃদিস্পৃগ্ ( পুক্কিং শোকনা য়াম্বা ) শন্তমঃ ( থমথেন্না ফুত্তাইবা ) অস্তু ( ওইসনু ) অথ ( মাহুগী মতুংদা ) সুতম্ ( মহি ওইনা সুনেবা ) সোমম্ ( সোমবু ) পিব ( থকউ ) । ৭ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রও ! ঐখোইনা তৌরিবা নহাকী লৈসিলৈৎখোনবা অসি, মহাক্কী ইথ্, ইদগী অহেনবা ওইহুনা নহাকী পুক্কিং হেক শোক্না য়াম্বা থোইদোকনা ফুত্তাইবা ওইসনু মাতগী মতুংদা মহি ওইনা সুগুদোক্লগা সোমসি থকউ । ৭ ॥

বিশ্বমিৎ সবনং সুতমিন্দ্রোমদায় গচ্ছতি ।

বৃত্রহাসোমপীতয়ে ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—বৃত্রহা ( একুবা হাৎপা ) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) সোমপীতয়ে ( সোম থক্লবগীদমক ) মদায় ( সোম থকপগী মথাই কাহুনা হরাউনবগীদমক ) বিশ্বমিৎ ( পুম্নামকতা ) সুতম্ ( মহিওইনা সুমদোক্লবা সোম যাওবা প্রাতঃ সবননাচিংবা থবক্তা ) গচ্ছতি ( চৎলি ) । ৮ ॥

অনুবাদঃ—একুবা হাৎপা ইন্দ্রনা সোম থক্লবগীদমক অদুগা সোম থকপগী মথাইকাহুনা হরাওনবগীদমক মহি ওইনা সুম্লবা সোম যাওবা থবক পুম্নামক্তা চৎলি ॥৮॥

সেমম্কাম মা পৃণগোভিরশ্বৈঃ শতক্রতো ।

স্তবামত্বা স্বাধ্যঃ ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—শতক্রতো ( যজ্ঞ চামচাম তৌবা ইন্দ্রও ! ) সঃ ( অদু-গুম্বা—নহাকনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) ইমম্ কামম্ ( অপাম্বা মসি অসিবু ) গোভিঃ ( যশ খিবিকক্তা ) অশ্বৈঃ ( শগোল খিবিকাসু লোইননা ) আপৃণ ( পুম্নামক ওইনা থুংহনলু ) ঐখোইসু—স্বাধ্যঃ ( নিংথিনা পুম্নামক ৎন্দুনা ) ত্বা ( নহাকপু ) স্তবাম ( লৈসিলৈৎখোনজগে ) । ৯ ॥

অনুবাদ :—হে যজ্ঞ চাম চাম তৌবা ! —থৌজিনবা ! ইন্দ্রও ! ঐখোইনা

পাম্বানুবাবু বন্‌, মতোনকপা তোঙনা ইবুঙো নহাকনা থুংজনবো, ঐখোইদু নিংথিনা পুন্নামক খন্নুনা—বিচার তৌহনা নহাকপু উপদেশ তৌবো। ১ ॥

—:(০):—

১৭ সুবা সূক্ত। ইন্দ্র অমসু বরুণনা দেবতানি।

ইন্দ্রাবরুণয়োঃ রহং সম্রাজো রব আবৃণে।

তানোম্লাত ঈদৃশে ॥ ১।

অন্বয়ানুবাদঃ—অহম্‌ ( থৌতৌবা ঐনা ) সম্রাজোঃ ( চংখোনবা লৈপাক লৈবা অমদি য়াম্না নিংথিনা ঙানবা ) ইন্দ্রাবরুণয়োঃ ( ইন্দ্র অমসু বরুণ লাই অনিগা মড়ী লৈনবা ) অবঃ ( ঙাকপিবাবু ) আবৃণে ( পুন্নামক্তা নিজে ) তা (লাই অনি অহুনা ) ঈদৃশে ( ঐখোইনা অসুন্না নিজরবদা) নঃ (ঐখোইবু ) মৃলাত ( নুঙাইহনলি )। ১ ॥

অনুবাদঃ—থবক তৌবা কর্ত্তা ঐনা নিংথিবা লৈপাকী মপু ওইবা অমসু মতিক মঙান চাওবা ইন্দ্রনে বরুণনে অনিনা ঙাকপিবা ঐনা তৌবা পুন্নামক্তা ঐনা নিজে, মাসুন্না নিজরবদি লাই অনি অসিনা ঐখোইবু নুঙাইহনবি। ১ ॥

গন্তারাহিম্বো বসে হবং বিপ্রস্ত মাবতঃ।

ধর্ত্তারা চর্ষণীনাম্‌ ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—হে ইন্দ্রাবরুণৌ—হে ইন্দ্র বরুণ কৌবা লাই অনিও। অবসে ( থৌতৌরিবাবু ঙাকপিনবগীদমক ) মাবতঃ ( ঐগুম্বা ) বিপ্রস্ত ( ঋত্বিক্‌ ব্রাহ্মণগী ) হবম্‌ ( কৌবাবু ) গন্তারৌ ( কংবা ) চর্ষণীনাম্‌ ( মী পুম্বগী ) ধর্ত্তারা ( য়োগ ক্ষেম তৌবা ) স্থঃহি ( লোইদনা ওই )॥ ২॥

অনুবাদঃ— হে ইন্দ্র অমসু বরুণ লাই অনিমক। নখোই অনিদি, থৌ তৌরিবাবু ঙাকপিনবুগীদমক ঐগুম্বা ঋত্বিক ব্রাহ্মণনা কৌবগা মনাক্তা

হেক্তনা চৎপরি, নখোই অনিদি মীওইবাসুবগী কংথ্রিবতু কাহনবা. অমংবাতু মাবেলবা ভাকলীবা মপুনি। ২ ॥

অনুকামং তর্পয়েথামিন্দ্রাবরুণ রায়আ।

তাবাং নেদিষ্ঠমীমহে ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :— ইন্দ্রাবরুণা ( হে ইন্দ্রাবরুণ কোবা লাই অনিও ) অনুকামম্ ( ঐখোইনা পাম্নক-পাম্নকপদা ) রায়ঃ ( লন পীদুনা ) আতর্পয়েথাম্ ( ঐখোইবু পেলহনলু ) তাবাম্ (অদুগুম্বা নখোই অনিদা) নেদিষ্ঠম্ ( মাম্না নকসিন্না ) ঈমহে ( ঐখোইনা নিন্নি—থুনা থুনা ঐখোইনা নিন্নী ) ।৩॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্র ! বরুণ ! ঐখোইনা পাম্নক-পাম্নকপদা লন পীদুনা ঐখোইবু পেলহনলু, নখোই অনিদা ঐখোইনা থুনা থুনা নিন্নি। ৩ ॥

যুবাকু হি শচীনাং যুবাকু সুমতীনাম্।

ভূয়াম বাজদাব্নাম্ ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ :—হি ( মরম অদুদগী ) শচীনাম্ ( ঐখোইগী কর্ম থিবিকী সম্বন্ধ ওইবা সোমগী মশক ওইবা হবিঃ ) যুবাকু ( অভোম্বা পোৎকা মান্নরবনি ) সুমতীনাম্ ( বুদ্ধিফবা ঋত্বিক্সীংগী স্তোত্র—লৈসিলৈথোনবা মাহৈ ) যুবাকু ( মথল মথা যাম্নবা লৈসিলৈথোম্নকমগী গুণগা মান্নরবনি ) অদুগুম্বা হবিঃ অদু লৈরিবা নখোই অনিগী থৌজাল্দগী—বাজদাব্নাম্ ( অদুগুম্বা অন্ন অদুদান তৌবাসীংগী ) ভূয়াম ( ঐখোইনা মকোকথোংবা ওইয়ে ) । ৪ ॥

অনুবাদ :— হে ইন্দ্র অমসু বরুণ কোবা লাই অনি ! মরম অদুদগীনি, মাদুদি,—ঐখোঈগী যজ্ঞ অসিদা হাওর হাওব্রবা সোমনাচিংবা হব্য ময়াম লৈরে, মাদুদা লৌসীংকবা পুরোহিতসীংগী লৈসিলৈথোনবা ময়ামসু মাগুরে, মরম অসিনা ঐখোইনা চিন্নাক দান তৌবাসীংগী মরক্তা অথোইবনি। ৪ ॥

ইন্দ্রঃ সহস্রদাব্নাং বরুণঃ শংস্যানাম্।

ক্রতুর্ভবত্যুক্থ্যঃ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) সহস্রদাব্নাম্ (ননলীসিং অমা দান তৌবসীংগী মরক্তা) ক্রতুঃ (লন দান তৌবনি) বরুণঃ (বরুণনা) শংস্যানাম্ (মাবু লৈসিলৈথোনগদবাসীংগী মরক্তা) উক্থ্যঃ (থাগৎনবানি) ।৫॥

অনুবাদ :—লন পীনহৈনসীংগী মরক্তা ইন্দ্রনা ... অথোইবনি, লৈসিলৈথোনফম ওইবা লাইসীংগী মরক্তা বরুণনা লৈসিলৈথোনফম অথোইবনি। ৫ ॥

তয়োরিদবসা বয়ংসনেম নিচ ধীমহি।

স্যাদুতপ্ররেচনম্। ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—তয়োঃইৎ (ইন্দ্র, বরুণ অনিগী) অবসা (ঙাকপিবনা) বয়ম্ (থবক তৌরিবা ঐখোইনা) সনেম (লন রেন্নগনি) নিধীমহিচ (অফংবা লনসীং অহু তৌনিংবা মথৈ সিজন্নবগা মাহুদগী অমেম্বা অথেবুনা লনগৈগী মশক ওইনা লেংদনা থমগনি) উত (অমসু) প্ররেচনম্ (...হুনা সিজন্নহুনা, লনগৈদা হাপ্তুনামু হেন্দোক্না লেম্বা) স্যাৎ (ওইগদবনি) ।৬॥

অনুবাদ :—ইন্দ্র অমসু বরুণ লাই অনিনা ঙাকপিহুনা থৌতৌবা ঐখোইনা লন সিজন্নে অহুগা মাহুদগী লেম্বা লননা লনগৈদা হাপচিনদি, মাহুদগীসু লেম্বা লন পীনবিয়ু। ৬ ॥

ইন্দ্রাবরুণবামহং হুবে চিত্রায় রাধসে।

অস্মান্তসু জিগ্যুষস্কৃতম্। ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— ইন্দ্রাবরুণা (হে ইন্দ্র! হে বরুণ! লাই অনি)। বাম্ (নখোই অনিবু) অহম্ হুবে (ঐনা কৌরি) মরমদি,—চিত্রায় (মণি মুক্তানাচিংবগী মশক ওইবা মখলথখ্বা য়াম্নবা) রাধসে (লননীদনবনি) অস্মান্ (ঐখোই ঈড়াৎচবাসীংবু) সুজিগ্যুষঃ (এরুবাবু লিংথিনা ভম্বাবু) কৃতং—কুরুতম্ (নখোই অনিনা তৌবিয়ু)। ৭ ॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রাবরুণ কৌবা লাই অনিও! ঐনা নখোই অনিবু

মখলয়বা য়াম্নবা লল কংলবগীদমক কৌই, নখোই অনিনা লৌভৌবা ঐখোইবু এরুবা ভর্দু ওইহল্লু। ৭॥

ইন্দ্রাবরুণা নূ নু বাং সিষাসন্তীষু ধীষ্বা।

অস্মভ্যং শর্ম যচ্ছতম্ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— ইন্দ্রাবরুণা (হে ইন্দ্রবরুণ কৌবা লাই অনি!) ধীষু (ঐখোইগী বুদ্ধি খিবিক্তা) বাং-যুবাম্ (নখোই অনিবু) সিষাসন্তীষু (চংখোম্না সেবা তৌগে নিংলবদা) আ (পুম্নামক্তা) অস্মভ্যম্ (ঐখোইগী দমক) শর্ম (সুঙাইবা) নূনু—মুনু (য়াম্না থুনা) যচ্ছতম্ (পী)। ৮॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রবরুণ কৌবা লাই অনি। ঐখোই লৌসীংনা নখোই অনিবু য়াম্না নিংথিনা সেবা তৌগে নিংলবদা ঐখোইদা নখোই অনিনা য়াম্না থুনা পুম্নামক্তা সুঙাইবা পী। ৮॥

প্রবামশ্নোতু সুষ্টুতিরিন্দ্রাবরুণয়াং হুবে।

যামৃধাথে সধস্তুতিম্। ৯॥

অন্বয়ানুবাদ:—ইন্দ্রাবরুণা (হে ইন্দ্রাবরুণ অনি!) বাম্ (অহুগুম্বা ঐখোইনা ফজনা লৈথোনবদা) হুবে (নখোই অনিবু ঐখোইনা কৌরি) সধস্তুতিম্ (নৌবিঙানি তিন্নমা পুম্না তৌরিবা লৈসিলৈথোনবানা তিনবা চংখোনবা লৈথোনবাবু) যাম্ (মতুগুম্বা চংখোনবা লৈথোনবা অসি লৌরগা) ঋধাথে (নখোই অনিনা চাওখৎহনলু) সুষ্টুতিঃ (ফজবা লৈসিলৈথোনবা ওইবা ঋক্ মন্ত্রামনা) বাম্ (ইন্দ্র অমসু বরুণ নখোই অনিবু) অশ্নোতু (সিনথুংবা ফংবা ওইসনু। ৯॥

অনুবাদ :—হে ইন্দ্রাবরুণ ও! ঐখোইনা লৈসিলৈথোক্লুনা নখোই অনিবু কৌই, অহুগুম্বা লৈসিলৈথোনবা অতুবু নখোই অনিনা চাওখৎহনলু, অমসু অহুগুম্বা ফজবা লৈসিলৈথোনবা অহুনা নখোই অনিবু ফংসনু।৯॥

---

৫ অনুবাদ। ১৮ সূক্ত। ব্রহ্মণস্পত্যাদিনানা দেবতানি।

সোমানং স্বরণং কৃণু হি ব্রহ্মণস্পতে।

কক্ষীবন্তং য ঔশিজঃ। ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ:—হে ব্রহ্মণস্পতে (হে ব্রহ্মণস্পতি কৌবা দেব।) সোমানম্ (সোমরস সেম্বা ঐবু) স্বরণম্ (দেবসীংদা পীনবা কোংদোক-পবু) কৃণুহি (তৌ) যঃ ঔশিজঃ (উসিজগী মচা) কক্ষীবন্তম্ (কক্ষী-বান্‌বু—হুবু তৌবাগুম তৌবিয়ু)। ১ ॥

অনুবাদ:—হে ব্রহ্মণস্পতি কৌবা লাইও। সোমরস পিবা ঐবু ঔসিজগী মচা কক্ষিবান্‌গুম্না লাইসীংদা অফাউবা ওইহনলো। ১ ॥

ব্যাখ্যা:—মৎস্য, বায়ু অমসুং মহাভারততা কক্ষিবান্‌গী ৱারি হাঙ্গী,—কলিঙ্গ দেশগী নিংথৌ মচা পোক্কে। মহাকনা মচা ফংনবগীদমক মাগী মতুংবু দীর্ঘতমাঋষিদা সেবা তৌনবা চৎহনলি। নিংথৌগী মতুংনা মশানদি চৎতরে, মনাই গুপী ঔসিজবু মচা লৌনবা চৎহনলি। দীর্ঘতমা ঋষিদগী ঔসিজনা কাক্ষিবান্ পোকই। কাক্ষিবান্‌না ঋষি ওইতুনা ঋগ্‌বেদগী প্রথমা-ষ্টকতা সূক্ত ১১৫ দগীনা ১২১ ফাউবা কোংদোকই। ইউরোপকী ভারতকী পণ্ডিত কযামুকনা বিচার তৌদুনা হাঙ্গী, মাহুদি। সনাতন হিন্দু ধর্ম্মাবলম্বী-সীংনদি কাক্ষিবান্‌গী ৱারিসিবু রূপকনি, হাঙ্গী। কনাগুম্বা পণ্ডিতনা হাঙ্গীবনাবু মীনাই মুপীনা পোকপা অসি নত্তবা অতোপ্পা ঋষিনা ঋগ্‌বেদগী সূক্ত পুথোকই। মমিংতা মান্নাজবনি অসুম্না হাঙ্গী। ঐখোইগীসু অকোনবগী মত অসি লৌই।

যোরেবান্যো অমীবহা বসুবিৎ পুষ্টিবর্দ্ধনঃ।

সনঃসিষক্তু যস্তুরঃ ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ:—যঃ (ব্রহ্মণস্পতি) রেবান্ (লন য়াম্না লৈ) যঃ (মানা)

অমীবহা ( অনাবা কৌকহনবা ) বসুবিৎ ( লন ফংহনবা ) পুষ্টিবর্ধনঃ ( হকচাং কনসং-হনবা ) যঃ ( মাদুম ) তুরঃ ( থুনা মহে পী ) সঃ (ব্রহ্মণস্পতিনা ) নঃ (ঐখোইবু) সিষক্তু ( লৌসিনবিয়ু থৌজানবিসনু ) । ২ ॥

অনুবাদ :—ব্রহ্মণস্পতি—বৃহস্পতিনা ঐখোইবু লৌসিন্দুনা থৌজান-বিসনু, মহাক্কি এনাককৈবাক য়াম্না থুনলি, অনাবা কোকহনবা, মাইবনি। লন পীবনি, ঐখোইবু কনসংহনবনি, অমসু থুনা মহে পিবনি। ৩॥

মানঃশংসো অররুষো ধূর্তিঃ প্রণঙ্ মর্ত্যস্য ।

রক্ষানো ব্রহ্মণস্পতে ॥ ৩ ॥

ব্রহ্মণস্পতে ( হে ব্রহ্মণস্পতে ! ) অররুষঃ ( ঐখোইবু মাংনবা তৌব) মর্ত্যস্য ( মীগী ) ধূর্তিঃ ( মাংনবা তৌবা ) শংসঃ ( মীচৈনা ) নঃ (ঐখোইবু ) মা প্রণক্ ( শোক্তনসু ) সঃ ( ঐখোইবু ) রক্ষ ( ঙাকউ ) । ৩ ॥

অনুবাদঃ—ঐখোইবু মাংহনগে হাঙ্গৈদুনা লাক্লবা এক্লবা মীগী ফত্তবা ব্বাহৈনা ঐখোইবু শোক্তবা ওইসনু, হে ব্রহ্মণস্পতে! ঐখোইবু ঙাকপিয়ু—কনবিয়ু ।৩॥

সঘাবীরো নরিষ্যতি যমিন্দ্রো ব্রহ্মণস্পতিঃ ।

সোমোহিনোতি মর্ত্যম্ ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) যম্ ( ঈডাংচরিবা ) মর্ত্যম্ (মীবু) হিনোতি ( চাওখৎহনলি ) ব্রহ্মণস্পতিঃ ( ব্রহ্মণস্পতিদেবনা ) হিনোতি (চাও-খৎহনলি ) সোমঃ ( সোমনা ) হিনোতি ( চাওখৎহনলি ) সঃ ঘ ( অদুগুম্বা যজমাননা বীরঃ ( লাঙ্গলকনবা ওইদুনা ) নরিষ্যতি ( মাংদে ) । ৪ ॥

অনুবাদ :—ইন্দ্রনা ঈড়াংচবা মীবু চাওখৎহনলি, মাদুম্না ব্রাহ্মণস্পতিনা ঈড়াংচবা মাবু চাওখৎহনলি, মাদুম তৌদুনা চাওখলবা মীনা মপাঙ্গল কন্দুনা অমাংগ অডাং তৌডেদ্রা ॥

স্যংত্তং ব্রহ্মণস্পতে সোমইন্দ্রশ্চ মর্ত্যম্ ।

দক্ষিণা পাত্বংহসঃ ॥ ৫ ॥

ব্রহ্মণস্পতে ( হে ব্রহ্মণস্পতি ! ) তম ( অদুগুম্বা ) মর্ত্যম্ ( কর্ম্ম তৌরিবা মীবু ) অংহসঃ ( পাপতগী ) [ পাহি ( ঙাকপিয়ু ) ] সোমঃ (সোমনা) ইন্দ্রঃ ( ইন্দ্রনা ) দক্ষিণাচ (দক্ষিণা তৌবা দেবতানাসু) [ পাহি ঙাকপিসনু)] ।৫ ।

অনুবাদ :—হে ব্রহ্মণস্পতি ! মীওইবা কর্ম্ম তৌরিবাবু মীবু পাপতগী ঙাকপিয়ু মাহুম্না সোমনা ইন্দ্রনা অমসু দক্ষিণা কৌবী দেবতানা ঙাকপীসনু ।৫॥

সদসস্পতিমদ্ভুতং প্রিয়মিন্দ্রস্যকাম্যম্ ।

সনিংমেধাময়াসিষম্ ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অদ্ভুতম ( অঙকপগী মশক ওইবা ) ইন্দ্রস্য প্রিয়ম্ ( ইন্দ্রগী চাম্নবা ওইবা ) কাম্যম্ ( পাম্নবা ওইবা ) সনিম্ ( লন পীবা ) সদস্পাতিম্ ( সদস্পতি কৌবা দেবতাবু ) মেধাম্ ( শাস্ত্রহৈবা জ্ঞান ফংনবগীদমক ) অযাসিষম্ ( ঐনা ফংলে । ৬ ।।

অনুবাদ :—অঙকপাগী মশক ওইবা. ইন্দ্রগী চাম্নবা, পাম্নবা ওইবা, লন পীনহৈবা, সদস্পতি কৌবা লাই—মৈবু শাস্ত্রগী জ্ঞান ফংনবগীদমক ঐনা নোল্লুরুহ্না চংজে । ৬ ॥

যস্মাদৃতেনসিধ্যতি যজ্ঞোবিপশ্চিতশ্চন ।

সধীনাং যোগমিন্বতি ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—যজ্ঞঃ ( যজ্ঞ অসি ) বিপশ্চিতশ্চন ( পাণ্ডিত ওইহুনাসু ) যস্মাৎ ঋতে ( সদসস্পতি কৌবা লাই নত্তনা ) ন সিদ্ধ্যতি ( থোকহনবা ঙম্মদে ) সঃ ( সদস্পতি দেবনা ) ধীনাম ( পুকনিংনা তোগে নিংলিবা বুদ্ধিগী তৌজনবা নিংলিবা থবক পুম্নমগী ) যোগম্ ( মভীলৈনবাবু ) ইন্বতি·

( মিতলুনা লৈ, হাঙ্গবদি হানা যজমান থৌজাল্দুনা মাগী যজ্ঞ অদু থোকহনলি। ৭ ॥

অনুবাদ:—মাগী থৌজান নত্তনা—জ্ঞানলৈবা মীমকম্ যজ্ঞ তৌবা ভক্তদে, অদুগুম্না সদস্পতি কৌবা দেবতা—মৈনা ঐখোইগী পুকনিং লৌসিংগী বিষয় পুম্বগা মড়ী লৈনহনলে। ৭ ॥

আদৃধ্নোতিহবিস্কৃতিংপ্রাঞ্চংকৃণোত্যধ্বরম্।

হোত্রাদেবেষু গচ্ছতি ॥ ৮ ॥

আৎ ( মতুংদা ) হবিস্কৃতিম্ ( হবিঃ থকহনলিবা যজমানবু ) ঋধ্নোতি (সদস্পতি দৈবতানা চাউখৎহনলি, হাঙ্গবদি হবিঃ পীরবা মতুংদা মহে পী ) অধ্বরম্ ( যজমাননা তৌরিবা যজ্ঞবু ) প্রাঞ্চম্ ( থোইদোকনা চৎলিবা অপনবা লৈতনা লোইবাবু ) কৃণোতি—করোতি ( তৌই ) হোত্রা ( হোতানা কৌবা দেবতা পুম্বনা পেল্লহনা যজমানবু থাগৎনবগীদমক ) দেবেষু (লাই খিবিকতা ) গচ্ছতি ( চৎলি )। ৮ ॥

অনুবাদ:—অদুগী মতুংদা হবিঃ থোকহনবা যজমানবু সদস্পতি দেবতানা চাওখৎহনলি; অদুগী মতুংদা যজমাননা তৌরিবা যজ্ঞ অদু অপনবা লৈতনা লোইহনলি, হোতানা কৌবা লাইপুম্বনা পেল্লহনা যজমানবু থাগৎনবগীদমক লাইখিবিক্তা মনাক্তা চৎলি। ৮ ॥

নরাশংসং সুধৃষ্ট মমপশ্যং স প্রথস্তমম্।

দিবোন সদ্মমখসম্ ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ:—সু ধৃষ্টমম্ ( য়াম্না থোইবা ) স প্রথস্তমম্ ( য়ামনা কাউবা ) সদ্মমখসম্ ( মতিক মঙান অচৌবা ফংলবা ) দিবঃ ন ( স্বর্গিং থানাচিংবাগী লৈনফম থোককম নিংথৌ লৈবাককুম্না ) নরাশংসম্ ( নরাশংস কৌবা দেবতাবু ) অপশ্যম্ ( ঐনা শাস্ত্রগী মীৎনা উরে )। ৯ ॥

অনুবাদ :—য়াম্না থোইবা, য়াম্না কাউবা, চুমিং থানাচিংবা মঙালব-সীংগী থোক্কম লিংথো নৈপাককুম মঙালমশা চাওবা নরাশংস ( মাচু কৌবা লাই, মীনা থাগৎনবা মৈবু ) ঐ উবে। ৯ ॥

—:(0):—

## ১৯ সূক্ত। অগ্নি অমসু মরুদ্গণ দেবতানি।

প্রতিত্যং চারুমধ্বরং গোপীথায় প্রহূয়সে।
মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও ! ) যম্ ( অদুগুম্বা ) চারুম্ ( অফবা অসোই অডাম য়াওদবা ) ত্যম্=তম্ ( অদুগুম্বা ) অধ্বরম্ ( যজ্ঞবু ) প্রতি—প্রতিলভ্য ( ফংলগা ) গোপীথায় ( সোমপান তৌনবগীদমক ) প্রহূয়সে ( নহাকপু য়াম্না কৌরে ) মরুদ্ভিঃ ( মরুৎ দেবতাসীংগা লোইনাদুনা ) আগহি ( লাও ) ॥ ১ ॥

অনুবাদ :—হে মৈ কৌবা লাইও ! অদ্বাৎ-অপা লৈত্রবা যজ্ঞরবা যজ্ঞ অসিদা লাক্লগা সোমরস থক্নাবগীদমক নহাকপু য়াম্না কৌরে, মরুৎ কৌবা দেবতাসীংগা লোইনাদুনা লাউও। ১ ॥

নহি দেবোন মর্ত্যো মহস্তব ক্রতুংপরঃ।
মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও ! ) মহঃ ( মতিকচাওবা ) তব (নহাকী ওইবা ) ক্রতুম্ ( ক্রতু কৌবা থবক মখল অসিনত্তনা ) পরঃ নহি (অথোইবা দেব অমা লৈতে ) মর্ত্যঃ ( মীসু ) ন ( লৈতে ) মরুদ্ভিঃ ( মরুৎসীংগা লোইনাদুনা) আগহি ( লাও )। ২ ॥

অনুবাদ :—হে মৈ কৌবা লাইও। নহাকী যজ্ঞ অসিবু হেনবা—

লাকখোকপা. গুম্বা লাইস্ নৈত্তে, মাসু নৈত্তে, মরুৎসীংগা লোইন্নহুনা যজ্ঞ অসিদা লাও ! ২ ॥

যে মহোরজসো বিদুর্বিশ্বে দেবাসো অদ্রুহঃ ।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ :—হে অগ্নে ( হে মৈও ! ) যে ( মরুৎসীংনা ) মহোরজসঃ ( অচৌবা মত্তৌ, হাঙ্গবদি নোংতাহনবা মরম ) বিদুঃ ( থংই ) মরুৎসীং অহুদি,—বিশ্বে ( ময়ামনি, হাঙ্গবদি গণ-মাগী কাংলুপ তয়েৎকা লোইনবনি ) দেবসঃ ( অঙানবনি ) অদ্রুহঃ ( নোং চুথহন্দুনা মশক মমিং নৈবা পুম্বগী ক্ষনবা তৌবা মরমনা ফত্তবা তৌদবনি ) তৈঃ মরুদ্ভিঃ ( মরুৎসীংগা লোই-নাহুনা ) আগহি ( লাও ) । ৩ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! য়াম্না ঙানবা অমসু মশক মমিং নাইবা পুম্বগী ক্ষমবতা তৌবা মরুদ্‌গণনা নোং য়াম্না চুহন্দুনা পুম্নামকপু ফহনলি, অহুগুম্বা মরুদ্‌গণগা লোইনাহুনা লাও । ৩ ॥

য উগ্রা অর্কমানৃচুরনাধৃষ্টাস ওজসা ।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে ( হে মৈও ! ) ওজসা ( মতিকনা মরম ওইহুনা ) অনাধৃষ্টাসঃ ( মাবু লাকন-ফানবা ঙমদবা ) উগ্রাঃ ( অকনবা—অথৌবা ) যে ( অহুগুম্বা মরুৎসীংনা ) অর্কম্ ( ঈসিংবু ) আনৃচুঃ ( চুথাদুনা থোকহনলি ) তৈঃ মরুদ্ভিঃ ( অহুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা ) আগহি ( লাউ ) ॥ ৪ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! মহাক্কী মতিকনা মরম ওইহুনা মাবু অত্তোপনা লাকফাবা ঙফদবা, অকনবা অথৌবা মরুৎসীংনা নোং চুথহন্দুনা ঈসিং থোকহনলি, অহুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা লাউ । ৪ ॥

যে শুভ্রা ঘোরবর্পসঃ সুক্ষত্রাসোরিশাদসঃ।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৫॥

অগ্নে ( হে মৈও! ) যে ( অদুগুম্বা মরুৎসীং অদো ) শুভ্রাঃ ( য়াম্না নিংথিজৈ ) ঘোর বর্পসঃ ( অকিবগী মশকনি ) সুক্ষত্রাসঃ ( নিংথিবা লন লৈ ) রিশাদসঃ ( হিংসক—জীব হাৎপাবু চাবনি ) তৈঃ ( অদুগুম্বা ) মরুদ্ভিঃ—( মরুৎসিংগা লোইনাদুনা ) আগহি ( লাও ) ।৫।

অনুবাদ ঃ— হে মৈও! মরুৎগণদি য়াম্না ফজৈ, অকিবগী মশকনি, নিংথিবা লন লৈ, জীব হাৎপবু হাৎপনি, মাখোই অদুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনদুনা লাও ।৫।

যে নাকস্যাধিরোচনে দিবি দেবাসঃ আসতে।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৬॥

অগ্নে ( হে মৈও! ) যে ( অদুগুম্বা মরুৎসীং অদুনা ) নাকস্য অধি—অন্না অনা লৈতবা সুমিৎকী মথক্তা ) দিবি ( দ্যু লোক—স্বর্গদা ) রোচনে—( অঙানবদা ) দেবাসঃ ( মানা ইঙান ঙাননা ) আসতে ( লৈ ) মরুদ্ভিঃ ( অদু গুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাদুনা ) আগহি ( হে মৈও, লাও ) ।৬।

অনুবাদ ঃ— থোক্লিবা সুমিৎকী মথক্তা লৈবা, অন্না-অনা লৈতবা দ্যু লোকতা অঙানবদা ইঙান ঙাম্না লৈবা মরুৎসীংগা লোইনাদুনা হে মৈও, ! লাও—ও ।৬।

য ঈংখয়ন্তি পর্ব্বতাস্তিরঃ সমুদ্রমর্ণবম্।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ :—যে ( মরুৎসীংনা ) পর্ব্বতান্ ( লোংথিবিকপু ) ঈংখয়ন্তি ( হমদুনা পুই ) অর্ণবম্ ( ঈসিংথম্না লৈবা ) সমুদ্রং ( সমুদ্রবু ) [ তিরস্কুর্ব্বন্তি

( ঈথক হৌনবাগীদমক হুমহুনা ঈৱাং হৌহনলি ) ভিঃ মরুদ্ভিঃ ( অহুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা ) অগ্নে ( হে মৈও ! ) আগহি ( লাও )। ৭॥

অনুবাদ ঃ—মরুৎসীংনা নোংময়াম হুমহুনা পুই, ঈসিং থম্না লৈবা সমুদ্রবু ঈথক হৌনবগীদমক হুমহুনা ঈৱাং হৌহনলি, অহুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা হে মৈও! মকম অসিদা লাউও। ৭॥

আয়েতন্বন্তি রশ্মিভি স্তিরঃ সমুদ্রমোজসা।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—যে ( অহুগুম্বা মরুৎসীংনা ) রশ্মিভিঃ ( নুমিৎকী মঙান হুৎশা ঘিবিকক লোইনাহুনা ) আতন্বন্তি ( অতিয়া সন্দোকই ) ওজসা—( মাগী মপাঙ্গলনা ) সমুদ্রম্ ( সমুদ্রবু ) তিরঃ কুর্ব্বন্তি ( হুমহুনা ঈথক হৌহনলি ) অগ্নে ( হে মৈও ! ) মরুদ্ভিঃ ( মরুৎসীংগা লোইনাহুন্য ) আগহি—( লাও ) ।৮।

অনুবাদ ঃ-- মরুৎসীং—নুংশাগা লোইনাহুনা অতিয়া পুম্বদা সন্দোকতুনা লৈ, মাগী মপাঙ্গলনা সমুদ্রবু হুমহুনা ঈথক হৌহনলি, হে মৈও! অহুগুম্বা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা লাও-ও ।৮।

অভিত্বা পূর্ব্বপীতয়ে সৃজামি সোম্যং মধু।

মরুদ্ভিরগ্ন আগহি ॥৯॥

অন্বয়ানুবাদ :— অগ্নে ( হে মৈও ! ) ত্বা—ত্বাম্ প্রতি ( নঙোন্দা )—সৌম্যং মধু ( সোমগী অথুম্বাবু ) অভি সৃজামি ( ঐনা সেমহুনা লৈরে ) মরুদ্ভিঃ ( মরুৎসীংগা লোইনাহুমা ) আগহি ( লাও ) ।৯।

অনুবাদ ঃ— হে মৈও! নঙোন্দা সোমগী অথুম্বা রস পীথকে হায়রহুনা হান্না সেমহুনা থমলে, অহুনা মরুৎসীংগা লোইনাহুনা লাও ।৯;

প্রথমোঽধ্যায়ঃ সমাপ্তঃ।

——:(*):——

## ২ অধ্যায়।

—:(*):—

### ৫ অনুবাক (হঙ্গনবা)। ২০ সুক্ত। ঋভুগণনা দেবতানি।

ওঁ

অয়ংদেবায় জন্মনে স্তোমোবিপ্রেভিরাসয়া।

অকারি রত্নধাতমঃ ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—জন্মনে (পোকপা ঋভু কৌবা লাই কাংবুগী পেন্নবগীদমক) অয়ম্‌স্তোমঃ (অসিগুম্বা স্তোম—লৈসিলৈথোনবা স্তোত্র অসি) বিপ্রেভিঃ (লাইরিক হৈবা ঋত্বিক্‌সীংনা) আস্তয়া (মাখোইগী মচিননা) অকারি (সেম্বনি) স্তোত্র অসিদি "রত্ন ধাতমঃ (মহাক্না—লৈসিলৈথোনবা অসিনা রত্ন ময়াম পীবনি। ১ ॥

অনুবাদ :—ঋভু কৌবা মীনা পোকপা লাইকাংবুগী পেন্নবাগীদমক, অসিগুম্বা লৈসিলৈথোনবা স্তোম কৌবা ব্বাহে অসি লাইরিকহৈবা ব্রাহ্মণসীংনা শেম্বনি, মাসিমক্তি মানা মণি, মুক্তা, রত্ন ময়াম পী। ১ ॥

ব্যাখ্যা :—আলোচ্য ঋগ্‌ অসিগী ব্যাখ্যাদা সায়ণাচার্যনা হাঙ্গী, মাহুদি,—ঋভু কৌবা লাইসীং অসিদি তাইবংমীনা তপস্যা তৌদুনা ওইখিবা লাইনি। অঙ্গিরাগী মচা সুধন্বানা ঋভু, বিভু অমসু বাজ কৌবা মচা অহুম পোকই। মাখোই অসি মাখোইগী তৌজমলনা লাই ওনখি। অদুগা সূর্যলোক হুমিংনা থোকলিবা মফমদা লৈখি। প্রথমাষ্টকতা ১১০ সুবা সূক্তগী ২ অমসু ৩ সুবা ঋগ্‌ মন্ত্রদগী রাকম অসি খংই। সায়ণাচার্যনা ঋভুশব্দবু সূর্যকিরণ হাঙ্গীনাসু ব্যাখ্যা তৌই। ম্যেক্‌স্‌মুলারনা ঋভুবু সূর্য অসুম্না ব্যাখ্যা তৌই। উইলশননা সূর্যরশ্মি অসুম ব্যাখ্যা তৌই। ম্যাক্‌স্‌মুলারনা মত অসিমসু হাঙ্গী, মাহুদি,—ব্বু কৌবা ঋত্বিক্‌না ঋভুবু ইহান হান্না লাই ওইনা পূজা তৌখি, ঋভুসীংগা মান্নবা গ্রীগ্‌সীংনা (orphevs)—ওরফেঅস কৌবা

ব্লাদি অমা ঋভুগাওয়া চথৈ। ঋভুশী-য়ম্রিং অমনা অর্দ্ধয়মু কৌই। মালিদলী ঐখোঙ্গনা খংবা ওমই, য়াত্নদি মীনা লাই ওইবা য়াই, হাঙ্গৈবসিগী লেজবা প্রমাণদি ঋভুগী বাক্য অসিনা ওইরি, মাসিদি সোইদবনি। ১ ॥

য ইন্দ্রায়বচো যুজা ততক্ষুর্মনসা হরী।

শমীভির্যজ্ঞমাশত ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—যে ( অহুগুম্বা —ঋভুসীংনা ) ইন্দ্রায ( ইন্দ্রগী পেম্নবগী দমক ) বচোযুজা ( চিন্না হাঙ্গৈবতনা রথতা মথন্তা হেক্কা পানজবা ) হরি কৌবা সগোন অনি ) মনসা ( পুকনিংনা নিংবতনা ) ততক্ষুঃ ( সেমখি ) তে ( অহুগুম্বা ঋভুসীং অহুমা ) শমীভিঃ ( পাত্রনাচিংবাবু থোকহনবা থবক থিবিক্কা মরম ওইহুনা ) যজ্ঞম্ ( ঐখোইগী যজ্ঞবু ) আশত ( সিন-থুংনা লৈসম্ন )। ২ ॥

অনুবাদ ঃ— ঋভুসীংনা ইন্দ্রগী পেম্নাবগীদমক, হরি কৌবা সগোন অনিবু পুকনিংনা খনবাতনা মরম ওইহুনা থোকহনখি, সগোন অনিহুনা হোই-জিন্দবাম্নু চিন্না হাঙ্গৈবাতদা রথতা মথন্ত চংহুনা পাল্লি,—মাহুম্না সগোনশেম্বা ঋভুনা চমসনাচিংবা পাত্রগা লোইনবা যজ্ঞদা সিনথুংনা লৈসম্নু। ২ ॥

তক্ষন্ নাসত্যাভ্যাং পরিজ্যমানং সুখং রথম্।

তক্ষন্ ধেনুং সর্ব্বদুঘাম্ ॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— [ ঋভবঃ দেবাঃ ( ঋভুদেবসীংনা ) ] নাসত্যাভ্যাম্— ( অশ্বিদেব অনিগী পেম্নবগী দমক ) পরিজ্যমানম্ ( মফম পুম্নামক্তা চৎপা ) সুখম্ ( তোংবা মুক্তাইবা ) রথম্ ( রথ অমা ) সর্ব্বদুঘাম্ ( মথোম থোকপী ) ধেনুম্ ( ষণবী অমানু ) অতক্ষন্ ( সাহুনা থোকহনলি ) ।৩।

অনুবাদ ঃ—ঋভু কৌবা লাইসীংনা অশ্বি কৌবা লাই অনিগী পেম্নবগী দমক মফম পুম্নমক্তা চৎপা য়াবা রথ অমা অমসু মথোম থোকপী ষণবী অমানু সেমহুনা পুথোকখি ।৩।

যুবানাপিতরাপুনঃ সত্য মন্ত্রা ঋজূয়বঃ ।

ঋভবোবিষ্ট্যক্রত ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ :—সত্য মন্ত্রাঃ ( মন্ত্র সিদ্ধ ওইবা ) ঋজূয়বঃ (তাং য়াওদবা) বিষ্টী ( থবক পুম্নমক্তা মন্ত্রগী পাঙ্গল মাংদবা—ব্যাপ্তিনা ভিনবা ) ঋভবঃ ( ঋভু কৌবা লাইসীংনা ) পিতরা ( মমা মপা অনিবু ) পুনঃ ( অমোক হন্দনা )—যুবানা ( নহা ওইবাবু ) অক্রত ( তৌখি—ওইহনখি ) ৪॥

অনুবাদ :—মবুক তিংবা, নিংলিবা পুম্বা থুংবা মন্ত্র পুবা, ঋভু কৌবা লাইসীংনা হন্দুরবা মমা মপা অনিবু অমোক হন্না নহা ওইহনখি, মন্ত্র অমুগী পাঙ্গলনা থবক পুম্বদা ঋভুসীংগী অকাইবা লৈতে ।৪।

সং বোমদাসো অগ্মতেন্দ্রেণ চ মরুত্বতা ।

আদিত্যেভিশ্চ রাজভিঃ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদ :—"ঋভবঃ" ( হে ঋভুসা ! ) বঃ ( নখোইগী ওইবা ) মদাসঃ ( ময়াই কানবা ওইবা সোমরসসীং অসি ) মরুত্বতা ( মরুৎকা লোইনবা ) ইন্দ্রেণ চ ( ইন্দ্রগাম্বু ) রাজভিঃ ( অঙানবা ) আদিত্যেভিঃ চ ( আদিত্যসীংগাম্বু) সমগ্মত ( তিন্নরে ) ।৫।

অনুবাদ :— হে ঋভুসা ! মরুদ্‌গণগা লোইনবা ইন্দ্র অমম্বু অঙানবা মুম্বিৎ অসিগা লোইনদুনা নখোই পুম্বদা ময়াই কানবা সোমরস পীরি ।৫।

উতত্যংচমসংনবংত্বষ্টুর্দেবস্য নিষ্কৃতম্ ।

অকর্তচতুরঃ পুনঃ ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ :-- উত ( অমম্বু ) ত্বষ্টুঃদেবস্য ( ত্বষ্টাদেবগী ) নবম্ ( অহনবা ) ত্যম্ ( চমস—সোম হাপনবা, উনসাবা চমস কৌবা পাত্র )

নিষ্কৃতম্ (সাবা লোইবা) [অকরোৎ (তৌখি)] ঋভুসীংনা চমস পাত্র অমবু চতুরঃ (মরিথোকনা) অকর্ত্ত (থুগাইখি)। ৬॥

অনুবাদ ঃ—ত্বষ্টাগী অহনবা চমস পাত্র অসি সাবা পুমলোই লোইরে, অদুবু ঋভুসীংনা মরিথোকনা থুগাইরে। ৬॥

ব্যাখ্যা ঃ—সোমরস হাপনবা উনা সাবা পাত্রবু "চমস" কৌই, মহাক্তি উনা সাবনি। বিশ্বকর্ম্মাবু ত্বষ্টা কৌই। ত্বষ্টানা ইন্দ্রগী বজ্র সাই। ত্বষ্টাগী শুরুনা ঋভুগণনি। অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই অনিনা ত্বষ্টাগী পোকমিনবী তুপীগী মচানি। মাসুম তৌদুনা ত্বষ্টাগী মচানুপী সরণ্যুনা সগোন ওইদুনা অশ্বিনীকুমার পোকই। মাসুম তৌদুনা গ্রীকনা লাৎনবী দেবী এরিনিজ ডিমেটর (Erinys Demeter) সু সগোন অমোম ওইদুনা আরিয়েন অমসু ডিস্পোনা কৌবা মচা পোকই। ৬॥

তেনো॒রত্না॑নিধত্তন॒ত্রিরা সাপ্তা॑নিসুন্ব॒তে।

একমেকংসুশ॒স্তিভিঃ॥ ৭॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—তে (ঋভুসীংনা) সুশস্তিভিঃ (ফজনা থাগৎপা রাহে থিবিকনা তিনবা ওইদুনা) নঃ (ঐখোইগী) সুন্বতে (সোমাভিষব (তৌরিবা যজমানগীদমক) ত্রিরা (অথোইবা, মযাই, অমসু অতোনবা অসুম্না অহুম থোকনা মশা থুদিংমক্তা থাঙ্গবা) সাপ্তানি (বর্গতরেৎ ওইবা) রত্নানি (সনা, মণি, মুক্তানাচিংবা লন থিবকপু) একমেকম্ (অমামম—হাঙ্গবদি মপুমতিংনা) ধত্তন (নখোইনা পিয়ু)। ৭॥

অনুবাদ ঃ—হে ঋভুগণসা! নখোইনা ঐখোইগী ফজনা হাঙ্গজবা প্রার্থনা অসি ফংলগা নখোইগী পেন্নবা সোমরস সেম্বা ঐংখাইদা মথল অহুম ওইবা রত্নবু মপুম তিংনা অমামম ওইনা পীয়ু, অদুগা রত্নসীং অদুবু তরেৎ অহুম ওইহনলু।৭।

ব্যাখ্যা ঃ— "ত্রিরা সাপ্তানি" হাঙ্গবদি অহুমক হনবা বর্গ তরেৎ হাঙ্গবনি। মাদুদি,—রত্ন—সনা, মণি, মুক্তানাচিংবা লননি। লন অসি অমামমদা অফবা, মরাই, অতোনবা (উত্তম, মধ্যম অমসু সাধারণ) অসুমনা অহুম

থোকই। অগ্ন্যাধেয়, দর্শপৌর্ণমাস্যনাচিংবা হবির্যজ্ঞ তরেৎ, বৈশ্বদেব, ঔপাসন হোমনাচিংবা পাকযজ্ঞ তরেৎ অমসু অগ্নিষ্টোম, অতি অগ্নিষ্টোমনাচিংবা সোম যজ্ঞ তরেৎনি। মাখোই তরেৎ অহুম অসিবু ত্রিবর্গ কৌই। তরেৎ অহুম ওইহনবগী অর্থদি—ঋভুসীংনা যজ্ঞনা মরম ওইদুনা হাঙ্গৎখরবা বর্গ অহুম অদু থোকহনবিয়ু হাঙ্গবনি।

**সমীক্ষা** :— "ত্রিরা সাপ্তানি" হাঙ্গবা ৱাহৈ অসিনা "অহুম তরেৎ" হাঙ্গবনা কুম্মাথোই খংহনলি, মাসি পাটীগণিতকী সুপ্লাক্লি। পাটীগণিত হাঙ্গবদি ইখ্,াইনা খংনৈ, মাদুদি,— যোগ, বিয়োগ, গুণন, হরণ, বর্গ, বর্গমূল, ঘন অমসু ঘনমূল হাঙ্গবা পরিপাটীনা তৌবা গণিতপু পাটীগণিত কৌই। মাসিদা "পাটী" ৱাহৈ অসি আর্যভাষাগী শব্দ নত্তে, দ্রাবিড় ভাষাগী শব্দনি। মাগী অর্থদি কোর্ব্বাক মাদু হাঙ্গদ্রগা অপাকপদা ইদুনা গণনা তৌবা হাঙ্গবনি। মাসুম হোত্তবা করিগুম্বা উ গী মরু—বীজনা গণনা তৌবাবুনা—বীজ গাণত কৌই। অসিগুম্বা বিত্তা অসিনা বিত্তা পুম্বাগী মরুনি। মাসি ভারততগী হৌখিবনি, মাদুমক্তদসু অনার্য দ্রাবিড় জাতিনা হৌদোকপনি। অসুমনা হৌজিককী কালগী অহৈ অসিংনা নিংই। মাদুসু চুমদে, হাঙ্গবা বেদগী "ত্রিরা সাপ্তানি" হাঙ্গবা ৱাহৈ অসিনা তাক্লবা অসিনি। মরমদি ৱাহৈ অসিদি পাটীগণিতকী হৌফমনি। মিতৈলৈপাক মণিপূর অসিনা মকম পুম্মকী অহানবনি, বেদগী অহানবা থোকফম ওইবনা, জগৎকী—সভ্যতা পুম্বাগী অহানবা থোকফমনি, অসুম্না বেদনা হাঙ্গ। মাদুগী খূদম ওইনা মিতৈনা মসিং থিবদা পাটীগণিত হৈখিবগী খূদম অমত্তং মতাং অসিদা উৎলি। মাদুদি,— মিতৈনা অমা, অনি, অহুম, মরি, মঙা, তরুক, তরেৎ, নিপান, মাপন অমসু তরা, কুন, কুনথরা, নিফু, য়াথৈ হুস্ফু, হুমফুতরা, চা, লীশিং, লক্ষা অসিনাচিংবা। কুন = তরা অনিনি, মাসিনা মসিং থিবদা—অয়াম্বগী অহানবা চাং অমা ওইহনলে। অদু ওইরবদি কুন + তরা = কুন্থ্রা, কুনদা অনিনা ফুবা = নিফু। নিফুদা তরা য়ানসিনবা = য়াথৈ। কুনদা তনা ফুবা = X = হুমফু। হুমফুগা তরাগা = হুমফুতরা। কুনদা মরিনা ফুবা = (২০ × ৪) মরিফু, মরিফুদা তরা য়ানবা = মরিফুতরা। চৈনা মসিং খংনবা থাবা = চামা, লীনা থাবা = লীশিং অসিনাচিংবনি। মসিং মথি অসি আর্য-

মখজাতানি। পূরণসু আর্বশীংনা মুখা, হাংপা অনিনাচিংবনা থংনৈ। মাসি-দগী চিংবনা মৈকনা থংলে, মাহুদি—মিচৈগী মভ্যতা অসি কয়াবক্কম কুই-মুড়গ অমসু কয়া মায়া মাংবগে হাঙ্গৈবাদু হাঙ্গৈরিবা অসিদা উরে।৭।

অধারয়ন্ত বহ্নয়ো ভজন্ত সুকৃত্যয়া।

ভাগং দেবেষু যজ্ঞিয়ম্ ॥৮॥

অন্বয়ানুবাদ :—বহ্নয়ঃ ( চমসনাচিংবা যজ্ঞ তৌনবা মচাক সাদুনা যজ্ঞ পুননা সাদোং ওইবা ঋত্বিক্‌সীংনা ) অধারয়ন্ত ( অহানবদা মী ওইদুনা শিগদবা ওইরমদুনাসু—অমৃতত্ব—শিদবগী মতৌ ফংদুনা প্রাণ পুদুনা লৈখি ) সুকৃত্যয়া ( যজ্ঞ তৌনবা পোৎ সাবগী মশক ওইবা অফবা থবক্না মরম ওই-দুনা ) দেবেষু ( লাই পুম্নমক্কী মরক্তা লৈদুনা ) যজ্ঞিয়ম্ ( যজ্ঞগী ওইবা ) ভাগম্ ( হবিঃগী মশক ওইবা শরুকপু ) অভজন্ত ( ফংখি )।৮

অনুবাদ :—যজ্ঞগী সাদোং ঋভুগণসীংনা মী ওইনা পোকদুনা লৈগ-দবাবু অফবা থবক তৌবগী মহৈনা লোইদবা. মাংদবা পুনসি ফংই, লাইগী মরক্তা তিন্দুনা যজ্ঞদা মা মাগী শরুক ফংদুনা লৈ।৮।

---

## ২১ সুবা সূক্ত। ইন্দ্র অমসু অগ্নিনা দেবতানি।

ইহেন্দ্রাগ্নী উপহ্বয়েতয়োরিৎ স্তোমমুশ্মসি।

তা সোমং সোমপাতমা ॥১॥

অন্বয়ানুবাদ :—ইহ ( কর্ম্ম অসিদা ) ইন্দ্রাগ্নী ( ইন্দ্র অমসু অগ্নি দেবতা অনিবু ) উপহ্বয়ে ( ঐনা কৌই ) তয়োঃ ইৎ ( ইন্দ্র অমসু অগ্নি অনিগীতা ) স্তোমম্ ( লৈসিলৈথোনবা—স্তোত্রবু ) উশ্মসি ( ঐখোইনা পামই ) সোমপাতমা ( খোইদোক হেন্দোকনা সোম থকপা ওবা ) তা—তৌ ( অহুক্তবা ইন্দ্র, অমসু অগ্নি দেবতা অনিনা ) সোমম্ ( সোম—সোমরসবু ) [ পিবতাম্—( থকসনু ) ] ।১।

ঐনা যজ্ঞ অসিদা ইন্দ্রগা অগ্নিগা মাখোই অনিবু কৌরি, মাখোই অনিত্তবু ঐখোইনা লৈসিলৈথোননিংই, মাখোই অনিনা ইথ্ৱাইদগী থোইদোক হেন্দোকনা সোমথকপা ওমই, মাখোই অনিনা সোমথকসনু। ১॥

তা যজ্ঞেষু প্রশংসতেন্দ্রাগ্নী শুংভতা নরঃ।

তা গায়ত্রেষু গায়ত ॥২॥

অন্বয়ানুবাদ :—নরঃ (হে মীওইবা ঋত্বিক্‌সা!) তা (অতুগুম্বা ইন্দ্রদেবতা অনিবু) যজ্ঞেষু (তৌরিবা থবক পুম্নামক্তা) প্রশংসত (থাগৎলু) শুংভত (অলঙ্কার খিবিকনা লৈতেংউ) তা (ইন্দ্র অগ্নি অনিবু) গায়ত্রেষু (গায়ত্রী ছন্দঃ ওইবা মন্ত্র খিবিক্তা) গায়ত (সামগী মশক ওইনা ছকউ)।২॥

অনুবাদ :—হে মীওইবা ঋত্বিক্‌সা। তৌরিবা যজ্ঞ অসিদা ইন্দ্রগা অগ্নিগা অনিবু থাগৎলু, মাখোই অনিবু লৈতেংহনা ফজহনলু, মাখোই অনিগীদমক গায়ত্রী ছন্দ ওইবা মন্ত্র খিবিকপু সাম ওইহনা ছকউ। ২॥

তা মিত্রস্য প্রশস্তয় ইন্দ্রাগ্নী তা হবামহে।

সোমপা সোমপীতয়ে ॥ ৩॥

অন্বয়ানুবাদ :— মিত্রস্য (মরুপ ওইবা ঐগী মড়ী ওইবা) তা ইন্দ্রাগ্নী (ইন্দ্র অমসু অগ্নি অনিবু) প্রশস্তয়ে (থাগৎনবগীদমক [ইচ্ছামঃ—ঐখোইনা নিংই] সোমপা (সোমথকপা ইন্দ্র অগ্নি অনিবু) সোমপীতয়ে (সোম থকনবগীদমক) হবামহে (ঐখোইনা কৌই)। ৩॥

অনুবাদ :—ঐবু চানবিবা ইন্দ্র অগ্নি অনিবু থাগৎচণিংই, সোমথকপা ইন্দ্র অগ্নিবু সোমথক্নাবগীদমক ঐখোইনা কৌরি। ৩॥

উগ্রা সন্তা হবামহে উপেদং সবনং সুতম্।

ইন্দ্রাগ্নী এহ গচ্ছতাম্ ॥৪॥

অন্বয়ানুবাদ :— সুতম্ (সোমরস থকপা য়াওবা) ইদম্ (অসিগুম্বা) সবনম্ (প্রাতঃসবননাচিংবগী মশক ওইবা কর্ম) উপ (মনাক্তদা লাক্লাবগী দমক) উগ্রাসস্তা (এক্লবা হাৎপানাচিংবদা অকনবা মশক ওইবা) ইন্দ্রাগ্নী (ইন্দ্র অগ্নি দেব অনিবু) হবামহে (ঐখোইনা কৌরি) ইহ (থবক অসিদা) আগচ্ছতাম্ (লাকসনু)। ৪ ॥

অনুবাদ :— এক্লবা হাৎপদা অকিবগী মশক ওইবা, ইন্দ্র অগ্নি কৌবা লাই অনিবু সোমরস থকপ যাওবা, প্রাতসবননাচিংবা থবক অসিদা লাক্নাবগী দমক ঐখোইনা কৌরি, মাসিদা সোইদনা লাকসনু। ৪ ॥

তামহস্তা সদস্পতী ইন্দ্রাগ্নী রক্ষউব্জতম্ ।

অপ্রজাঃ সন্ত্বত্রিণঃ ॥ ৫ ॥

মহস্তা (মতিকমগুণ চাওবা) সদস্পতী (সভা ঙাকপা) তা-তৌ (অদুগুম্বা) ইন্দ্রাগ্নী (ইন্দ্র অমসু অগ্নি দেবতা অনিনা) রক্ষঃ (রাক্ষস জাতিবু) উব্জতম্ (চুমথোকপীসনু— মপুকথাবা কোকপিসনু) অত্রিণঃ (হীংচাবা—মীচাবাসীংনা) অপ্রজঃ (পোক্তবা ওইসনু)। ৫ ॥

অনুবাদ :— মতিক মগুণ চাওবা, সভা ঙাকপা, ইন্দ্র অগ্নি কৌবা লাই অনিনা বাক্ষস—হিংচাবাসীংবু মপুক অখোইবা চুমথোকপিসনু, মখোই, হিংচাবাসীং অদু ইন্দ্রাগ্নিগী থৌজান্দগী মচা পোক্তবা ওইসনু। ৫ ॥

ব্যাখ্যা :—ঋগ্‌বেদদা ইহানহান্না মন্ত্র অসিদা রক্ষঃ নত্রগা রাক্ষস শব্দ উই। মন্ত্র অসিগী অর্থদা পর্যালোচনা তৌবদগী থহই, মাহুদি রক্ষঃ নত্রগা রাক্ষস ভারততা লৈরম্বা আদিম জাতি বর্বর জাতিসীংবু খেননা রক্ষঃ, রাক্ষস কৌই। মাখোই অদু পণ্ডিত অমসু বর্বর অসভ্যসীংবু রাক্ষস কৌরমই।

তেন সত্যেন জাগৃতমধি প্রচেতুনে পদে।

ইন্দ্রাগ্নীশর্মযচ্ছতম্ ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ :— ইন্দ্রাগ্নী ( হে ইন্দ্র ! হে অগ্নি ! ) সত্যেন ( সোইদনা মহৈ পীবা মরম্না অচুম্বা ওইবা ) তেন ( ঐখোইনা তৌবা কর্ম্মনা ) প্রচেতুনে ( খোইদোকনা মহৈ কাবা থংহনবা ) পদে ( স্বর্গনাচিংবা মফমদা )— অধিজাগৃতম্ ( য়ামনা পুকনিং তপথনা লৈ ) শর্ম্ম যচ্ছতম্ ( সুখ—নুঙাইবা নত্রগা য়ুম পীয়ু ) ।৬।

হে ইন্দ্র ! হে অগ্নি ! সোইদনা মহৈ পীবা, ঐখোইনা তৌবা কর্ম্মগী মহৈনা স্বর্গনাচিংবা লোকতা লৈ, মাহ্ নখোই অনিনা থোকহল্লু, ঐখোইবু নুঙাই য়াইফবা ওইহল্লু ।৬।

---

## ২২সুবা সুক্ত। অশ্বিনীকুমারনাচিংবনা দেবতানি।

প্রাতর্যুজা বিবোধয়াশ্বিনাবেহ গচ্ছতাম্।

অস্য সোমস্য পীতয়ে ।১।

অন্বয়ানুবাদ :— হে অধ্বর্যো ( হে অধ্বর্যু ) প্রাতর্যুজা ( প্রাতঃ সবনগী মড়ীনা তিল্লবা ) অশ্বিনা ( অশ্বিনীকুমার অনিবু ) বিবোধয় ( হৌগৎহনলু ) অস্য ( অভিষব সংস্কারনা তিনবা ) সোমস্য ( সোমরস ) পীতয়ে ( থক্লবগী-দমক ) ইহ ( থবক অসিদা ) আগচ্ছতাম্ ( অশ্বি অনিনা লেংলকসন্নু ) ।১।

অনুবাদ—হে পুরোহিত অধ্বর্যু । প্রাত:সবনগী মড়ী ওইনবা অশ্বিনী-কুমার অনিবু হৌদোকউ— হৌগৎহল্লু, অভিষব সংস্কার তৌরবা সোমরস অসি থক্লবগীদমক তৌরিবা থৌ অসিদা অশ্বি অনিনা লেংবিরকসন্নু ।১।

যা সুঃরথা রথীতমোভাদেবাদিবিস্পৃশা।

অশ্বিনাতাহবামহে ।।২।।

অন্বয়ানুবাদ :— যা, উভা, অশ্বিনা, দেবা ( অশ্বি কৌবা লাই অনি অদু ) সুরথা ( ফজবা রথ লৈ ) রথিতমা ( রথী অথোইবনি ) দিবিস্পৃশা ( দ্যু—

লোকতা লৈ ) তা ( অশ্বি অনিবু ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌরি ) ।২।

অনুবাদ ঃ— অশ্বি কৌবা লাই অদু মখোইগী ফজবা রথ লৈ, মা-খোইদি রথী অখোইবনি, মাখোইদি দ্যুলোকতা লৈ, ঐখোইনা মাখোই অনিবু কৌরি ।২।

যাবাংকশামধুমত্যশ্বিনা সূনৃতাবতী।

তয়াযজ্ঞং মিমিক্ষতম্ । ৩ ॥

অশ্বিনা ( হে অশ্বী কৌবা লাই অনি । ) বাম্ ( নখোই অনিগী ) যা ( মতুঙ্গী ) মধুমতী ( ঈসিং চোৎলবা ) সুনৃতাবতী ( অপাম্বা অচুম্বা ৱাহৈগা লোইনবা ) কশা ( সগোল সাচৈ লৈ ) তযা ( সাচৈ অদুগা লোইনাদুনা লাক-লগা ) যজ্ঞম্ ( ঐখোইনা তৌবিবা যজ্ঞবু ) মিমিক্ষিতম ( সোমরসনা চাই-নবগী দমক নিংউ ) ।৩।

অনুবাদ— হে অশ্বি কৌবা লাই অনি । নখোইগী ঈসিং চোৎলবা, অপাম্বা, অচুম্বা ৱাহৈগা লোইনবা সগোন সাচৈ লৈ, মাদুগা লোইনাদুনা লাক্লগা ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞ অসিবু সোমবসনা চাইনবা নিংউ ।৩

ব্যাখ্যা ঃ— সগোনসাচৈবু অপাম্বা অচুম্বা ৱাহৈগা লোইনবা, হাঙ্গী-বগী অর্থদি সাযনাচাযনা ব্যাখ্যা তৌই, মাদুদি,—সগোনদা সাচৈনা ফুদুনা থৌবদা সগোনথৌবনা হাঙ্গৈবা ৱাহৈ অদু থনা লাকনবা ওইবনা যজমাননা পামই, মাদুবু হাঙ্গৈবনি । মাস্তুম্না সাচৈবু ঈসি না চোৎলবা হাঙ্গৈবদি সগোননা থুনা চৎপদা মশাদা হুমাং সৌবক্কই, মাদুদা সাচৈনা ফুবদা সাচৈস্থু চোৎলি, হাঙ্গৈখ্রবা অনিসিমক যজমাননাদি পাম্বনি। মরম অসিনা বিশেষণ অনিসি, হাপ্পনি । ৩ ॥

নহিবামস্তি দূরকেযত্রারথেন গচ্ছথঃ

অশ্বিনা সোমিনোগৃহম্ ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—অশ্বিনা (হে অশ্বী কৌবা লাই অনি ।) বাম্ (নখোই অনিনা)

সোমিনঃ ( সোম লৈবা যজমানগী ) গৃহম্ ( য়ুমদা ) রথেন (রথ তোংদুনা) গচ্ছথঃ ( চৎলু ) যত্র ( য়ুম অদুদা চৎপা ) তৎ ( য়ুম অদু ) বাম্ (নখোই অনিগী ) দুরকে ( অরাপ্পদা ) নহি অস্তি ( লৈতে )। ৪ ॥

অনুবাদঃ— হে অশ্বী অনি ! সোমরস পীবা যজমানগী য়ুমদা রথ তোংদুনা চৎলু য়ুম অদু লাপ্তে। ৪ ॥

হিরণ্য পাণিমূতয়ে সবিতারমুপহ্বয়ে।

সচেত্তা দেবতা পদম্ ॥৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ - উতয়ে ( ঐখোইবু ঙাকপীনবগী দমক ) হিরণ্য-পাণিম্ ( যজমানদা পীনবগী দমক মখুত্তা সনা পাইবা ) সবিতারম্ ( নুমিৎপু )— উপহ্বয়ে ( ঐনা কৌরি ) সঃ ( সবিতা দেব অদুনা ) দেবতা ( মন্ত্র অসিনা হাঙ্গৈরিবা দেবতা ওইদুনা ) পদম্ ( যজমাননা ফংগদবা মফম ) চেত্তা ( খংহনবা ওই ) ।৫।

অনুবাদ ঐখোইবু ঙাকপীনবগী দমক মখুত্তা সনা পাইবা সবিতা— কৌবা নুমিৎপু ঐনা কৌবি, অদুগুম্বা সবিতা দেবনা যজমানদা ফংনফম মফম তাকপীগনি ।৫।

ব্যাখ্যা—গ্রীক, রোমান অমসু পারসীযানসীং সূর্যোপাসনা নুমিৎ লাৎপা অসি চৎনৈ। গ্রীকসীংনা নুমিৎপু হেলিওস্ অমসু সূর্যবংশবু হেলিনেস কৌই। রোমানসীংনা সোল্, ট্যুধনসীংনা টিব অমসু পারসীসীংনা খোর-সেদ কৌই। পারসীসীংনা রথ তোংবা নুমিৎপু থোইদোকনা উপাসনা— তৌই ।৫।

অপাংনপাতমবসে সবিতারমুপস্তুহি।

তস্য ব্রতান্যুশ্মসি ॥৬॥

অন্বয়ানুবাদ— অবসে ( ঐখোইবু ঙাকপীনবগী দমক ) অপাংনপাতম্ ( ঈসিংবু ঙাক্তবা ) সবিতারম্ ( সবিতা—নুমিৎপু ) উপস্তুহি ( য়াম্না লৈসি

লৈথোকনবু ) তস্য ( সবিতাগী ) ব্রতানি ( যজ্ঞ—সোমযাগশাচিংবু ) উপমসি ( ঐখোইনা পাম্বই ) ।৬।

অনুবাদ—ঐখোইবু ভাকপীনবগী দময় ঈসিং কংহনবা হুমিংপু লৈদি লৈথোকনবু, ঐখোইনা সুমিংকী যজ্ঞ ভৌনিংই ।৬।

বিভক্তারং হবামহে বসোশ্চিত্রস্য রাধসঃ।

সবিতারং নৃচক্ষসম্ ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ—বসোঃ ( লৈনবগী ওইবা ) চিত্রস্য ( সনা, লুপানাচিংবা ) রাধসঃ ( লনগী ) বিভক্তারম্ ( শরুক এন্থোকপা ) নৃচক্ষসম্ ( মীওইবাসীংবু ভালহনবা ) সবিতারম্ ( সবিতাবু ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌই ) ।৭।

অনুবাদ—লৈনবগী কারণ ওইবা লুন, মহাকনা এনবা অমসু মীওইববু মালা ভান্থোকপীবা হুমিংপু ঐখোইনা কৌই ।৭।

সখায় আনিষী দত সবিতা স্তোভ্যো নুনঃ।

দাতারাধাং সিশুংভতি ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— সখায়ঃ ( ঐখোইগী মরুপ ওইবা হে ঋত্বিক্সা! ) আনিষীদত ( নখোইনা মাইকৈ অকোইবদা ফম্মু ) নঃ ( ঐখোইগী ) অন্নম্ সবিতা ( হুমিৎ অসে ) নু ( থুনা ) স্তোভ্যঃ ( লৈসিলৈথোনগদবনি ) রাধাংসি ( লন থিবিকপু ) দাতা ( পীনিংহুনা সুমিৎ অসিনা ) শুংভতি ( নিংথিনা ফজনা লৈরে ) । ৮ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ঐখোইগী মরুপ ওইবা ঋত্বিক্সা! নখোইনা ইকোই কোইনা ফমলো, ঐখোইনা থুনা মহাকপু লৈসিলৈথোনফম ওইবা হুমিৎ অসি ফজনা লৈরে! ৮ ॥

অগ্নে পত্নীরিহাবহ দেবানা মুশতীরুপ।

ত্বষ্টারংসোমপীতয়ে ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— অগ্নে ( হে মৈও ! ) উশতীঃ ( পাম্নবা ওইবী ) দেবানাম্ পত্নীঃ ( লাইসীংগী মতু ) ইহ ( লাই ঈড়াংফম অসিদা ) আবহ ( কৌরকউ ) ত্বষ্টারম্ ( ত্বষ্টাদেবতাবু ) সোমপীতয়ে ( সোমথক্নবগীদমক ) উপ ( নাক্তা ) আবহ ( কৌরকউ ) । ৯ ॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! পাম্নবা ওইবী ইন্দ্রাণীনাচিংবী লাইগী পত্নীসীংবু কৌরকউ, ত্বষ্টা কৌবা লাইবু সোমপীথক্নবগীদমক ননাক্তা লোইনরকউ ।৯॥

আগ্না অগ্ন ইহাবসেহোত্রাং যবিষ্ঠ ভারতীম্ ।

বরূত্রীম্ ধিষণাংবহ ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— অগ্নে ( হে মৈও ! ) অবসে (ঐখোইবু ঙাক্নবগীদমক) গ্নাঃ ( লাঈগী মতু খিবিকপু) ইহ (লাই ঈড়াংফম অসিদা) আবহ (কৌরকউ ) যবিষ্ঠ ( হে যবিষ্ঠ !=হে পাথংবা ।=হে মৈও ! ) হোত্রাম্ ( হোমতৌহনবী মৈগী পত্নীবু ) ভারতীম্ ( ভরত কৌবা নুমিৎকী পত্নীবু ) বরূত্রীম্ মহাকপু বরণ তৌগদবা ওইবী) ধিষনাম্ (বাগ্ দেবী সরস্বতীবু) আবহ (কৌরকউ) ।১০॥

অনুবাদ :—হে মৈও ! ঐখোইবু ঙাকপীনবগীদমক লাইগীপত্নী খিবিক, মাখোই অহুদি, হে যবিষ্ঠ !—হে পাথংবা ! হে মৈও !—মৈগী পত্নীবু ভরত কৌবা নুমিৎকী পত্নীবু, মহাকপু বরণ তৌগদবা ওইবী বাগ্ দেবী সরস্বতীবু লাই ঈড়াংফম অসিদা কৌরকউ । ১০ ॥

ব্যাখ্যা :—যবিষ্ঠ হাঈবা দেবতা অসিবু মিতৈরোনদা পাথ বা কৌই, মফম অসিদা যবিষ্ঠ অসি সায়নাচার্যনা মৈগী মিং ওইনা হাঈ, মিতৈগী পাথংবাসু মৈগী মশক ওইবা নুমিৎকী মঙানবু পাথংবা কৌইসু হাঈ, মাহুদি,—মিতৈগী পুযানা হাঈ,—

১। গুরুনা মপাবু গুরুবু থংবরা ? এংগে হাঈহুনা যণ অশিবা ওইনা তুরেলদা ভাউথারকই । মাহু উবদা কুণত্রেংনা যণ অপুবনি, তুরেলদা হাঈরে । অহুদা শেত্রেংনা যণ অপুবা ওইরমদবসু য়াই, অহুমা গুরুবী, অহুম ভোৎলা কুপত্রেং শেত্রেং মাখোই অনিনা গুহাক্ত এংই । অহুমা শেনত্রেংনা গুহাক লৈরগা হাঈরকই, যণ অপুবনাবু মমৈ হুবল্ল য়াই । মাহু

তাবদা গুরুনা মমৈ হুমলকই। মাহু উবদা কুপত্রেং, শেনত্রেং অনিবা গুরুনি হাঙৈবা খংলে। মণ অশিবা গুরুনা ওইবাবু কংফাদ্দা চিংখৎলে। গুরুনা মুতি পান্দুনা মণ অশিবদগী খোঁয়রকতুনা শেনত্রেংদা হাঙৈরকই। মহাক্কি নপা খংই, অদুনা মহাক্কী নমিংদি পাখংবা কৌও, অসি হাঙৈনা তাকতুনা শেনত্রেংবু পাখংবা কৌই। কুপত্রেংবুনা সনাঅহিংবা মৈন্নুংদা মহি চেল্লিবা মাল্লি, হাঙৈদুনা সনামহি কৌই।

২। গুরুনা ওইবা মণ অসিবাবু যেকতরেৎনা যেন্নখি। মানা মানা কংবা শরুক অদুদগী লৌদুনা মাখোইগী এক মমিং থোন্নখি। মাহুদি,— ঙৌনা তাংবা খোঁড়া থুই হাঙৈদুনা কুপত্রেংগী এক মমিং অঙোম কৌই। শেনত্রেংনা নিংথিজবা মীৎ লৌখি হাঙৈদুনা মাগী একপু নিংথৌজা কৌই। পামরিংনা লম্বাইলেম্ফু লৌখি হাঙৈদুনা লুবাং কৌই। লৈশংতাওনা থুমাং লৌখি হাঙৈদুনা থুমন কৌই। কোলসোরেননা মৈনা কুপফমগী মখাংবা মরিংমরিং লাংবা শরুক লৌখি হাঙৈদুনা মোইরাং কৌই। মাহুম তৌদুনা অশংবগা তুমাঙানবগানা চেংলোমাইথোং মাদুগী মখাওইনা লৈবা থমোই অঙানবগা লৌখি, হাঙৈদুনা মথ মথং মাখোই অনিগী একপু মথংশিৎনা চেংলৈ খাবা অমসু ঙানবা কৌই।

৩। একখলাই হাঙৈবসি তরেৎনি, ১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুবাং, ৪ থুমন, ৫ মোইরাং, ৬ চেংলৈ, খাবা অমসু ৭ ঙানবা। মখোই তরেৎ অসিনি। চেংলৈ খাবা অমসু ঙানবগা তিন্নবগা তরুকনি। অমোক. চেংলৈ খাবনে, ঙানবনে অমসু অঙোমনে অহুম তিনসিনলগা মঙাতা ঙাই। মবম অসিনা একখলাইদি তরেৎনি, ৬ নি অমসু ৫ নি। মাসিনা বেদবু ব্যাখ্যা তৌরিবনি।

ঐখোইনা মথক্তা লৌখৎলিবা মিতৈগী একখলাইগী ম্বারি অসি,— পৌরাণিকী কথানি, হাঙৈবদি মাইথোলোজিনি, ম্বারি অসিনা হাঙৈরক্কদবা দ্বিতীয়াষ্টকতা সূক্ত ১৬৪ গী ঋগ্ মন্ত্র ১২। অমসু ১৫ সুবা ব্যাখ্যা তৌবনি, মাহুদি,—

পঞ্চপাদং পিতরং দ্বাদশাকৃতিং দিবঃ আহুঃ পরে অর্দ্ধে পুরীষিণম্।

অথেমে অন্য উপরে বিচক্ষণং সপ্তচক্রেষলর আহুরর্পিতম্ ॥১২॥

( ঋঃ ১। ২। ১৬৪। ১২ )

সাকং জানাং সপ্তথমাহুরেকজং ষলিদ্যমা ঋষয়ো দেবজা ইতি।

তেষামিষ্টানি বিহিতানি ধামশঃ স্থাত্রে রেজন্তে বিকৃতানিরূপশঃ ॥১৫॥

( ঋঃ ১। ২। ১৬৪। ১৫ )

ঋতু মঙানা মখোঙ ওইবা, তাইবংগী অপোকপা, থা তরানিথোইবা মওং ওইবা, ঈসিং পীবা, চহি কৌবা চক্রগু নিংথৌ লৈপাককী অৱাংথংবা নাক্তা লৈবা মুমিত্তা হাপই। কনাগুম্বনা হাঈবনাবু—অয়ন, ঋতু, মাস, পক্ষ, দিবা, রাত্রি অমসুং মুহূর্ত্ত মাখোই তরেৎনা হঞ্জন হঞ্জন উরু-রু লৈবা অমসুং ঋতু তরুরা মচৈ ওইহনা মযোন্দা লেংসিন্দুনা চহি কৌবা চক্রদা মথন মথা য়াম্বা মচু পুবা মুমিৎপু হাপই।১২।

পোকমিন্নবা ঋতু তরেৎকী মনুংদা তরেৎসুবা ঋতুদি অমত্তনা পোক-পনি, অতৈ তরুকতি অনি অনিনা পোকপনি, মাখোই তরেৎমক মওং-মতৌ ফজে, মাগী মাগী মফমদা তোঙান তোঙান লৈ, মশক অমগা অমগা—মান্নদে, মাখোই তরেৎমক মা মাগী লৈফমদা হঞ্জন হঞ্জন ওই।১৫।

সমীক্ষা ঃ— লৌখৎলিবা ঋগ মন্ত্র অনি অসিগা মিতৈ পুয়াগী এক যলাইগী রারীগা থানহনা এংবদগী ঐখোইনা থংলে, মাহুদি,—

চহি অমাগী ঋতুবু একযলাই কৌই, মহাকপু মিতৈনা অপোকপা কৌই, মহাক্তি পিতৃগণ হাঈবনি, মরম অসিনা শ্রুতিনা হাঈ "ষড়্ঋতবঃ পিতরঃ"—ঋতু তরুকপু পিতৃগণ কৌই, মাহুদি হিম, শিশির, বসন্ত, গ্রীষ্ম, বর্ষা, অমসুং শরৎ মাখোই তরুকপু পিতৃগণ কৌই।

থানয়রুনা এ.বা অসিদগী ঐখোইনা উরে, মাহুদি, বেঙনা ঋতুদি তরেৎনি, তরুকনি, অমসুং মঙানি, অম্তুমা মথল অহুমখোকনা হাঈ,

মাদুম্মা ১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুৱাং, ৪ খুমন, ৫ মোইরাং, ৬ খাবা অমসুং ৭ ঙানবা অপোকপা তরেৎ।

১ অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুৱাং, ৪ খুমন, ৫ মোইরাং অমসুং ৬ খাবা ঙানবা অপোকপা তরুকনি।

১ খাবা, ঙানবা, অঙোম, ২ নিংথৌজা, ৩ লুৱাং, ৪ খুমন, ৫ মোইরাং অপোকপা মঙানি।

শ্রুতিনা "ষড়্ঋতবঃ পিতরঃ"—ঋতু তরুকতি পিতৃগণ—অপোকপনি, অসুম্না পিতৃগণবু তরুকনি, হাঙ্গৈবদি সুপ্লাক্তা হাঙ্গৈবনি, মাদুদি ৭+৬+৫= ১৮ নি ; মহাকপু ৩ না এন্নগা ( ১৮÷৩= ) ৬ নি। অদুনা ময়াইদা—লৌদুনা ঋতু তরুকপু পিতৃগণনি, অসুম্না শ্রুতিনা হাঙ্গৈবনি। মরম অদুনা ঋতু তরেৎসু তরুকসু অমসু মঙাসু পিতৃগণনি।

## ঋতুবু ৭নি, ৬নি অমসু মঙানি, অসুম্না বেদনা হাঙ্গৈবা করিগীনো ?

বেদাঙ্গ জ্যোতিষনা হাঙ্গৈ,— চহি মঙা মঙাদা অহেনবা থা—মলমাস অনি অনি ওই। মলমাস থোকপা কুমদা থা ১৩ না চহি ওই। বেদনা হাঙ্গৈ,—কুম অদুদা ঋতু তরেৎ ওই, তরেৎসুবা ঋতুদি থা অমনা ঋতু অমা নাই। করিগুম্বা কুমদা মাসক্ষয়— থা অমা মাংই ( ৱাৎলি ), কুম অদুদা থা ১১ না চহি অমা ওই। কুম অদুদা থা অনি অনিনা ঋতু অমামম—ওইবদা অরোইবা ঋতুদি থা অমতা ঙাইরে, অদুনা কুম অদুদা ঋতুসু ক্ষয় ওই, কুম অদুদা ঋতু মঙানা চহি ওই। মরম অসিনা পিতৃগণ অপোকপবু মিতৈগী পুয়ানা ৭ থোকনা, ৬ থোকনা অমসু মঙা থোক্লা খাঙ্গদোকপনি।

মথক্তা লৌথৎলিবা বেদগী বিচার অসিবু মিতৈগী পুয়ানা বীজগণিত কুম্না মশক পান্না পুথোকতুনা ব্যাখ্যা তৌই, মাদুদি

### মলমাস থোকপা।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | কুপত্রেং | — | অঙোম | — | শীতঋতু |
| ২ | সেনত্রেং | — | নিংথৌজা | — | বসন্তঋতু |
| ৩ | পান্মরিংবা | — | লুৱাং | — | গ্রীষ্মঋতু |

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ৪ | লৈশংতাউ | — | খূমন | — | বর্ষা ঋতু |
| ৫ | কোনসৌরেন | — | মোইরাং | — | শরৎ ঋতু |
| ৬ | অশংবা | — | খাবা | — | হেমন্ত ঋতু |
| ৭ | তুমাঙানবা | — | ঙানবা | — | „ „ |

——(০)——

## মলমাস থোক্তবাকুম।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | কুপত্রেং | — | অঙোম | — | শীতঋতু। |
| ২ | শেনত্রেং | — | নিংথৌজা | — | বসন্তঋতু। |
| ৩ | পাম্মরিংবা | — | লুৱাং | — | গ্রীষ্ম। |
| ৪ | লৈশংতাউ | — | খূমন | — | বর্ষা। |
| ৫ | কোনসৌরেন | — | মোইরাং | — | শরৎ। |
| ৬ | অশংবা-তুমাঙানবা | — | খাবাঙানবা | — | হেমন্ত। |

——(০)——

## মাস অমসু ঋতু মাংবা কুম।

| | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|
| ১ | অশংবা, তুমাঙানবা, কুপত্রেং | — | খাবাঙানবা অঙোম | — | শীতঋতু। |
| ২ | শেনত্রেং | — | নিংথৌজা | — | বসন্ত। |
| ৩ | পাম্মরিংবা | — | লুৱাং | — | গ্রীষ্ম। |
| ৪ | লৈশংতাউ | — | খূমন | — | বর্ষা। |
| ৫ | কোনসৌরেন | — | মোইরাং | — | শরৎ। |

মথক্তা ইরিবা অসিগী মতুংইন্না মিতৈনা অপোকপা, ঋতু, মাসবু চৎনৈ। মিতৈগী থাবা য়াদবা অরুবা ধর্ম্মদি য়েক মশেন লৌনবা য়াদে। মরম অদুনা খাবনে ঙানবনে অমসু অঙোমনে মাখোই অহুম অসি লৌনবা য়াদে।

## গুরুনা মণ অশিবা ওইদুনা তুরেনদা তাউথারকপা।

গুরুনা মণ অশিবা ওন্দুনা মপাবু খংবরা? এংগে হাঈদুনা তুরেনদা তাওথারকই, হাঈবদি গুরুনা শুমিৎনি মণনা মুংসা হাঈবনি, দক্ষিনায়নদা শুমিৎনা নোংমা নোংমগী মথারোমদা মথংমথং চৎথখিবাগী মতুংইন্না নিংথমথাদা ঈওথারকপবু হাঈবনি।

গুরুনা ওইবা যণ অশিবাবু কুপত্রেং, শেন্ত্রেং অমিনা এংই, কুপত্রেংনা যণ অপুম্বনি তুক্কচে, হাঙ্গৈবগী অর্থদি,—কুপত্রেংদি শীতঋতুনি, নিংথমথা—শীতঋতুদা হিমপ্রধান দেশ—মিতৈলৈপাকতা হুমিং থোকলি হাঙ্গৈবতাম্নঙাইবা মৈশাদি ইয়াও যাওরক্কবা অহুদা হুম্নিং অসি মাঙ্গী মৈশা শিরে, ঈংলে, হাঙ্গৈবনি। কুপত্রেংনা বসন্তঋতুনি, মানা ঙাইংো শিদবাসু যাই, হাঙ্গৈবদি বসন্তঋতু য়োরগা শিরিবা ঈংলবা হুমিং অসি হিংগৎলকখিগনি, সারকখিগনি, ঙাইখ্রো হাঙ্গৈবনি।

শেনত্রেংনা ঙহাক লৈরগা হাঙ্গৈরকই, যণ অশিবনাবু মমৈ হুম্বরা? হাঙ্গৈবদি বসন্তঋতু চংবা হৌবগা মুসিংকী মঙান থজিক্তুং হেনগৎপা হৌবা উরগা মুমিং অসি শিরবদি কবিগী মঙন অসি শাবা হেনগৎকদগে? অমসু অমোক অব্বাংলোমদা হেনগৎলকইবসি শিদবনি হাঙ্গৈবনি। অহুদগী মথং মথং মমৈ হুমগৎলকলে—মথং মথংমথং মুংসাগী অশাবা হেনগৎলকলে।

শুক্লা ওইবা যণবু এক তরেংনা এনখি মানা মানা ফংবা শরুক অহুদগী লৌহুনা মাখোইগী এক মমিং থোনখি, হাঙ্গৈবদি মথক্তা লৌখৎখ্রবা (ঋগ্বেদ ১।২।১৬৪।১২—১৫) মন্ত্রনা হুমিংকী মঙানবু ঋতু ৭। ৬ অমসু ৫ থোকনা এনথোকতূনা ঋতু খাইদোকই, ঋতু অহু অমামম্না পিতৃ অমামম ওইহুনা পিতৃগণ ৭।৬।৫ থোকপাবু হাঙ্গৈবনি। মরম অসিনা শুক্লযজুর্বেদ কণ্ডিকা ৩২ মন্ত্র ৮-না ঋতুবু পিতৃগণনি, হাঙ্গৈহুনা খূকমই, মাহুদি,—

নমোবঃ পিতরো রসায় নমোবঃ পিতরঃ শোষায় নমোবঃ পিতরো জীবায়, নমোবঃ পিতরঃস্বধায়ৈ নমোবঃ পিতরো ঘোরায় নমোবঃ পিতরো মন্যবে নমোবঃ পিতরঃ পিতরোনমোবো গৃহান্নঃ পিতরো দত্ত স তোবঃ পিতরো দেষ্মৈ তব্বঃ পিতরোবাস আধত্ত ॥ ৩২ ॥

১। হে পিতৃগণসা! রসগী মশক ওইবা বসন্তঋতু নংবু খুরুমজে।

২। হে পিতৃগণসা! থব্বাইপানবা পুম্ববু কংসনহনবা গ্রীষ্মঋতুবু খুরুমজে।

৩। হে পিতৃগণসা! থব্বাইপানবাবু হিংহনবা বর্ষাঋতু নংবু খুরুমজে।

৪। হে পিতৃগণসা! স্বধাগী মশক ওইবা শরৎঋতুবু খুরুমজে।

৫। হে পিতৃগণসা! থব্বাইপানবা পুম্বাবু হাহনবা হেমন্তঋতুবু খুরুমজে।

৬। হে পিতৃগণসা! থবাইপানবা পুষাবু রাহনবা শিশির কৌবা ঋতু নহাকপু থুকয়জে।

মাস্থম তৌহনা পিতৃগণবু ঋতু তরুকী মশক ওইনা থুকমই।

**অমদা বাকৰ** :— পিতৃগণবু মিতৈরোনদা একবলাই, অপোকপা, কৌই। মাখোই অসিগী মশক্তি ঋতুনি, মাহুগী মনুংদা নিংথৌজা এক্তী অপোকপদি শেয়োং পাখংবনি, মহাক্কি বসন্ত ঋতুনি। পাখংবাবু মিতৈনা বৈদিক সংস্কৃততা 'যবিষ্ঠ' কৌরমই,—আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিদা মৈবু 'যবিষ্ঠ' হাঙৈনা কৌবা অসি, মিতৈরোনদা শেয়োং পাখংবাবু হাঙৈবনি।

বাকম অসিদা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মহাভারত শান্তিপর্ব্বগী মনুংদা মোক্ষ ধর্ম্মপর্ব্ব অধ্যায ৩৪২ দা সন্দোকপা ব্যাখ্যা অমা তৌই, মাহুদি,—

নিদর্শনমপিহ্যত্র ভবতি ॥ ৭ ॥

বিষয অসিদা শ্রুতিগী দৃষ্টান্তসু লৈ,—

"নাসীদহোন রাত্রীরাসীন্ন সদাসীন্না সদাসীৎতম এব পুরস্তাদ্ বিশ্বরূপস্য রজনীহি এবমস্যার্থোঽনুভাষ্যঃ ॥ ৮ ॥

তাইবংমপুনা তাইবং অসি সেমদরিঙৈ— প্রলয় ওইরিঙৈদা অযুক মুংথিন লৈরমদে, অহিংসু লৈরমদে, অণইবা (সৎ) ওইদবা (অসৎ) সু লৈবমদে, মুপনাগী অমম্বতা মনাক্তা লৈরমই, মহাক্কি বিশ্বাত্মাগী অহিংনি, মাসিগুম্বা শ্রুতি অসিবু হাঙৈগদবনি, অমসু খংগদবনি ॥ ৮ ।

"তস্যেদানীংতমসঃ সম্ভবস্য ব্রহ্মযোনে ব্রহ্মণঃ প্রাদুর্ভাবে স পুরুষঃ প্রজাঃ সিসৃক্ষ মাণো নেত্রভ্যামগ্নীসোমৌসসর্জ্জ। ততো ভূতসর্গেষু সৃষ্টেষু প্রজাক্রমবসাদ্ ব্রহ্মক্ষত্র মুপাতিষ্ঠৎ। যঃ সোমস্তদ ব্রহ্ম যদ ব্রহ্মতে ব্রাহ্মণা যোঽগ্নি স্তৎক্ষত্রং ক্ষত্রাদ্ ব্রহ্ম বলবত্তরম্ ॥ ৯ ॥

ঈশ্বরনা মাযাগা তিন্নাহনা ব্রহ্মযোনি পুরুষ ওই, পুরুষ অসিদগী ব্রহ্ম পোকই, মতম অদুদা পুরুষনা প্রজা সেমগে নিংদুনা মহাক্কী মীৎনম মৈ (মুমিৎ) অমসু সোম পোকই। মাসুম তৌদুনা ভৌতিক সর্গগী সৃষ্টি ওইরবা তুংদা প্রজাসীংগী থোকপা মতম ওইরবদা মথংমথং—অকোন অহান নাইনা ব্রহ্ম অমসু ক্ষত্র থোরকই। সোম, মহাক্কি ব্রহ্মনি, ব্রহ্মনা ব্রাহ্মণ ওই।

মৈনা (ছুমিৎমা) ক্ষত্র ওই, ক্ষত্র মহাক্তি ক্ষত্রিয়নি। ক্ষত্রিয়দগী ব্রাহ্মণনা মতিক মগুণ চাওবা হেন্নি। ৯ ॥

মহাভারত, অহানবা হেক হৌবা আদিপর্ব্ব প্রথমাধ্যায়দা ছুমিৎকী মঙান মৈ মুংসানা ক্ষত্রিয়বংশ পোকপা অসি. সন্দোকনা ব্যাখ্যা তৌই, মাছ পাঠকসীংগী সুঙাইনবা লৌখৎলি,—

দিবঃ পুত্রো বৃহদ্ভানুশ্চক্ষুরাত্মাবিভাবসুঃ।
সবিতাসঋচীকোঽর্কো ভানুরাশাবহোরবিঃ ॥
পুত্রাবিবস্বতঃ সর্ব্বে মহ্যস্তেষাং তথাবরঃ।
দেবভ্রাট্ তনয়স্তস্য সু ভ্রাড়িতি ততঃ স্মৃতঃ ॥
সুভ্রাজস্তুত্রয়ঃ পুত্রাঃ প্রজাবন্তো বহু শ্রুতাঃ।
দশজ্যোতিঃ শতজ্যোতিঃ সহস্রজ্যোতিরেবচ ॥
দশপুত্র সহস্রাণি দশজ্যোতের্মহাত্মনঃ।
ততোদশগুণসাশ্চান্যে শতজ্যোতেরিহাত্মজাঃ ॥
ভূযস্ততোদশগুণাঃ সহস্রজ্যোতিষঃ সুতাঃ।
তেভ্যোঽয়ং কুরুবংশশ্চ যদূনাং ভরতস্যচ ॥
যযাতীক্ষ্বাকু বংশশ্চ রাজাষণাঞ্চ সর্ব্বশঃ।
সম্ভূতাবহবো বংশা ভূতসর্গাঃসুবিস্তরাঃ ॥

অনুবাদ:—মমাঙেদা দিবঃপুত্র, বৃহৎ, ভানু, চক্ষুঃ, আত্মা, বিভাবসু, সাবিতা, ঋচীক, অর্ক, ভানু, আশাবহ অমসু রবি, হাঙৈখ্রবা মিং পুম্বা অসি বিবস্বান্গী মিং ওাক্তনি। অরোইবা মিং 'রবি' অসিদি মহ (মহী-পৃথিবীদা গর্ভ পীবা, অমসু মহাকপু পূজা তৌগদবা হাঙৈবনি)। মহাক্কী মচানা দেবভ্রাট্ কৌই, দেবভ্রাট্কী মচানা সুভ্রাট্ কৌই। সুভ্রাট্কী মচা অহুম পোকই, মাখোই অহুম্যক মচা যাম্না পোকই, অমসু শাস্ত্র য়াম্না হৈ, মাখোই অহুমগী মিংদি,—দশজ্যোতি, শতজ্যোতিঃ অমসু সহস্রজ্যোতিঃ কৌই। মহাত্মা ওইবা দশজ্যোতিনা মচা লীসিংতরা পোকই, শতজ্যোতিনা শরুক তরা হেন্না—মচা লাখ অমা পোকই, অমোকসু মাঙোন্দগী শরুক তরা হেন্না সহস্রজ্যোতিনা মচা লাখ তরা পোকই। হাঙৈখ্রবাময়াম

অসিদগী কুরুবংশ, যদুবংশ, ভরতবংশ যযাতি অমসু ইক্ষ্বাকু বংশ অমসু অতোপ অতোপ্পা রাজর্ষিবংশপুম্বা সন্দোকই, মাস্লম তৌহ্নবা মাখোইগী বংশ ময়াম সন্দোকতুনা চাওরবা ভাইবংপানবা অসি থম্না ভূতসর্গ অসি ওই।

মথক্তা হাঙ্গৈখ্রবা রাকম পুম্বগী অসুপ্পা রাকম।

ঐখোইনা হুজিক্তি বেদব্যাসয়কনা তৌবা বেদগী ব্যাখ্যাদগী সংসংনা খংলে, মাহুদি, সুমিৎকী মঙান মৈদগী সংস্কৃত্রিয় পুম্নামক অসি পোকপনি, অসুম্না বেদনা সংসংনা তাকই, মাদুদি হুজিক কলি কৌবা যুগ্ অসিদদি মণিপুর নত্তবা মফমদদি রাকম অসি ঙম্না কাওনখরে, সুপনা মিকৈলৈপাক মণিপূরগী প্রাচীন অধিবাসী মিতৈনা কাওদবি। ঐখোঙ্গৈনা শেংনা, চাওথোকনা হাঙ্গৈবা ঙমই, মতম অসিদা মিতৈমকম শেংবা বেদ চৎপা পৃথিবীদা অনিম্নুদে।

মিতৈনা মলমাস থোকপা চহি এংহুনা ঋতু তরেৎথোকনা খাইহুনা যলাই সুমিৎকী মঙান সুংশাগী মপু লাই তরেৎথোকনা খাইদোকই, শীত ঋতুবু অঙোম, বসন্তবু নিংথৌজা, গ্রীষ্মবু লুৱাং, বর্ষাবু খুমন, শরৎপু— মোইরাং, হেমন্তবু অনিথোকনা খাইদোকতুনা খাবা, অমসু ঙানবা, অসুম্না খাইদোকই, শিশিরবু অঙোম কৌই। চুম্নাগী চহি থা ১২ না সাংবগীনা খাবা অমসু ঙানবা অনি তিনসিন্দুনা খাবাঙানবা কৌই, মাসক্ষয় ওইবা কুমগী এংহুনা ঋতু মঙাতা ঙাইরবগীদমক হেমন্ত অমসু শীতঋতু অনিনা ঋতু অমতা ওইহুনা অঙোম খাবাঙানবা অসুম্না ঋতু মঙাতনা ওই। অসিগুম্বা বেদগী অর্থসি মিতৈ নত্তবা জীব অমত্তানা খংদরে।

অভিনোদেবীরবসামহঃ শর্মণানৃপত্নী।

অচ্ছিন্নপত্রাঃ সচন্তাম্ ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— অসিন্নপত্রাঃ (মশাকক্তবী— থুনা চৎপী) নৃপত্নীঃ (মীওইবাবু ঙাকপিবী) দেবীঃ (লাইগী মুপী— লাইরমাসীংনা) অবসা (ঙাকপিহুনা) মহঃ শর্ম্মণা (য়াম্না মুঙাইবগা লোইননা) নঃ (ঐখোঙ্গৈবু) অভিসচন্তাম্ (পেনবিসনু)। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ— মশা পানবাগুম্বী—থুনা চৎপী লাইগী মুপীসীংনা ঐখোইবু ঙাকপিহুনা অমসু মুঙাইহনবিহুনা পেনবিসনু। ১১ ॥

ইহেন্দ্রাণীমুপহ্বয়ে বরুণানীং স্বস্তয়ে।

অগ্নায়ীং সোমপীতয়ে ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— ইহ ( ঐখোঙ্গীনা তৌরিবা থবক অসিদা ) স্বস্তয়ে ( ঐখোঙ্গী অমাংবা ওইদনবাগীদমক ) সোমপীতয়ে ( সোমরস থক্লাবগী-দমকস্থ ) ইন্দ্রাণীম ( ইন্দ্রগী পত্নীবু ) বরুণানীম্ ( বরুণগী পত্নীবু ) অগ্নায়ীম্ ( অগ্নীগী পত্নীবু ) উপহ্বয়ে ( ঐনা কৌজরি )। ১২ ।

অনুবাদ ঃ—ঐখোঙ্গীনা তৌবিবা থবক অসিদা ঐখোঙ্গীবু ভাকপিনবগী দমক অমস্থ সোমরস থক্লবগী দমকস্থ, ইন্দ্রাণী ইন্দ্রপত্নী, বরুণানী—বরুনপত্নী, অগ্নায়ী—মৈগী পত্নীবু ঐনা কৌজবি। ১২ ॥

মহীদ্যৌঃ পৃথিবী চন ইমং যজ্ঞং মিমিক্ষতাম্।

পিপৃতাংনোভরীমভিঃ ॥ ১৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—মহী ( অচৌবী ) দ্যৌঃ ( দ্যুলোক দেবতানা ) পৃথিবীচ ( লৈপাকলৈমদেবতানাস্থ ) নঃ ( ঐখোঙ্গীগা ) ইমম্ যজ্ঞম ( যজ্ঞ অসিবু ) মিমিক্ষতাম্ ( মহাক্কী মচিওইবা রস খিকথাবিসনু ) ভবিমভিঃ ( য়োক্লবা খিবিকনা মরম ওইদুনা ) নঃ ( ঐখোঙ্গীবু ) পিপৃতাম্ ( থলহনবিসনু )।১৩॥

অনুবাদ ঃ—চাওববা অতিয়া অমস্থ লৈপাক লৈমানা ঐখোঙ্গীবু যজ্ঞগী রসনা চোংহনবিসনু, অগস্থ যোকপিদুনা ঐখোঙ্গীবু মপুং ফাহনবিসনু।১৩॥

তয়ো রিদঘৃতবৎপয়োবিপ্রা রিহন্তিধীতিভিঃ।

গন্ধর্বস্য ধ্রুবেপদে ॥ ১৪ ॥

গন্ধর্বস্য ( গন্ধর্বগী ) ধ্রুবেপদে ( লেংদবা লৈফম—অন্তরিক্ষলোকতা) তয়োঃইৎ ( লৈপাকনে নিংথৌনে অনিগী মড়ী লৈনবা ) পয়ঃ ( ঈসিংবু ) ঘৃতবৎ ( থীগুম্না ) বিপ্রাঃ লাইরিক হৈবা ব্রাহ্মণসীংনা ) ধীতিভিঃ (মাখোইগী কর্ম্মনা মরম ওইদুনা ) রিহন্তি ( থক্কই )। ১৪ ॥

অনুবাদ :—মী মহাক্কী ভৌজমননা মরম ওইদুনা অভিয়ানে লৈপাকনে অনিগী মরক অন্তরীক্ষ কৌবা লোকতা লৈদুনা জ্ঞান লৈবাসীংনা ঘীগুম্বা ঈশিং থকই। ১৪ ॥

স্যোনা পৃথিবি ভবানৃক্ষরানিবেশনী।

যচ্ছানঃ শর্ম সপ্রথঃ ॥ ১৫ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—পৃথিবি (হে পৃথিবী !) স্যোনা (পাল্লবা মুঙাইবা গুণচেনবী) অনৃক্ষবা (তিংখং লৈতবী) নিবেশনী (লৈনফম) ভব (ওইয়ু) সপ্রথঃ (অপাকপা) শর্ম (লৈনফম অফবা) নঃ (ঐখোঈদা) যচ্ছ (পীয়ু)।১৫॥

অনুবাদ :—হে লৈপাক লৈমা। নহাকনা অপাকপা গুণচেনবী, মুঙাই-ববা, তিংখং লৈতবা ওইয়ু, ঐখোইদা অফবা লৈনফম অপাকপা পীয়ু। ১৫ ॥

অতো দেবা অবন্তু নো যতো বিষ্ণুর্বিচক্রমে।

পৃথিব্যাঃ সপ্তধামভিঃ ॥ ১৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—বিষ্ণুঃ (পরমেশ্বরনা) সপ্তধামভিঃ (গায়ত্রীনাচিংবা ছন্দঃ তরেৎনা মরম ওইদুনা) পৃথিব্যাঃ সতঃ (পৃথিবীগী মফম অদুদগী) বিচক্রমে (খোঙথাং যাম্না থাংদুনা চৎখিবা) অতঃ (অসিগুম্বা পৃথিবী মফম অসিদগী) নঃ (ঐখোইবু) দেবাঃ (লাইখিবিরা) অবন্তু (ঙাকপিসনু)।১৬।

অনুবাদ :—তাইবংপানবগী মপু বিষ্ণুনা পৃথিবীগী মফম অদুদগী হৌদুনা গাযত্রীনাচিংবা ছন্দঃ খিবিকনা মরম ওইদুনা খোঙথাং ময়াম থাংদুনা চৎখি, অসিগুম্বা পৃথিবী অসিদগী ঐখোইবু লাইখিবিকনা ঙাকপীসনু। ১৬ ॥

ব্যাখ্যা :—প্রসিদ্ধ ভাষ্যকার সায়ণাচার্যনা "সপ্তধামভিঃ" ধাম তরেৎনা হাঈবদা ছন্দঃনা মরম ওইদুনা অসুম্না তৈত্তিরীয সংহিতা ২।৫।২।১ দা প্রমাণ ওইদুনা হাঈ। মাদুদি,— "বিষ্ণুর্মুখাবৈদেবা শ্ছন্দোভিরিমাঁল্লো-কান্ অনপজয্যমভ্যজয়ন্।" অসিনি। ভারতীয় পণ্ডিত পুম্নামকনা সায়ণাচার্যগী মত অসিবু ঙম্না ইয়ায়ানিংবা ওইনা মত পীনৈ, মাদুদা ঐখোইগীসু

থোইদোকপা মন্নাদয়ে, হাঙ্গীবা মত লৈতে। ঐখোইনা পান্না মত অমদি লৈ, মাহু পাঠকসীংদা উৎনিংই, মাহুদি,—আলোচ্য ঋক্ অসিদা হাঙ্গীরিবা 'বিষ্ণুঃ' অসি সূর্যনি, মহাকী সপ্তধাম হাঙ্গীবদি মকম তরেৎতা ওইবা মঙান তরেৎ ওইহুনা বিষ্ণু—সূর্যনা চহি অমদা থোকই, হাঙ্গীবনি, অহুনা "সপ্তধাম" পদ অসিনা ঋতু তরেৎপু খংনাগনি। মাহুদি,—

সাকংজানাং সপ্তথমাহুরেকজং ষলিদ্যমাঋষয়ো দেবজা ইতি
তেষামিষ্টানি বিহিতানিধামশঃ স্থাত্রেরেজন্তে বিকৃতানিরূপশঃ ॥
( ঋগ্ ১।২।১৬৪।১৫ )

পোকমিন্নবা ঋতু তরেৎকী মন্নুংদা তরেৎসুবা ঋতুদি অমত্তনা পোকপনি, অতে তরুকাত অনিঅনিনা পোকপনি, মাখোই তরেৎমক মওংমতৌ ফজে, মাগী মাগী মফমদা তোঙান তোঙান লৈ, মশক অমগা অমগা মান্নদে মাখোই তরেৎমক মা-মাগী লৈফমদা হঞ্জন ২ ওই, অসিনি। মাহুদি ঐখোইনা উৎখরে,—

১ বসন্ত—নিংথৌজা, ২ গ্রীষ্ম—লূবাং, ৩ বর্ষা—থুমন, ৪ শরৎ—মোইরাং, ৫ হেমন্ত—খাবাওানবা, অমসু ৬ শিরশির—অঙোম, ঋতু তরুক অমসু মলমাস থোকপদনা হেমন্তদা—অনিথোকনা থাইদোকতুনা ঋতু তরেৎ ওইহুনা খাবা অমসু ঙানবা ওই।

মতম অসিদা আর্যজাতিসীংদা মিতৈদগুম্না একবলাই থাইবদি উদয়ে, সুপমাগী মিতৈতদা থাই, মরম অসিনা ঐখোইনা অনুমান তৌই, মাহুদি ভারততা বৌদ্ধনা চহি লীসিং অমারোম চুপনা থুমহুনা লৈবনা অমসু আর্যসীংনা ব্রাহ্মণ্য ধর্ম্ম চৎলবদা গোত্র বরণ তৌখিবগানা মাখোইনা এক বলাই অসি কাওখিবা ওইগনি। নত্তনাদি বেদপুরাণনাচিংবা হিন্দুগী শাস্ত্র পুন্নামকতা ইঙান ঙান্না লৈরিবা, মুমিৎচুপ্পা পিতৃবন্দনা তৌবদা পিতৃগণ অসিবু হিন্দু পুন্নামকনা মুতিগী থুরুম্বনা কাওদরি, অতুগী মা-মাগীদি এক বলাই অসিনি হাঙ্গীবা অসিতা কাওখিনবগী মরম লৈতে। 'নহি কোজাঃ কলৌযুগে' হাঙ্গীবা অহু মাসিনি, বেদদি মাংদবা, কলিযুগ ওইবগী বেদনা ঙমখিবা ওইগনি।

মতম অসিদা ভাষাবিজ্ঞানগী ঔপমিক ভাষা তত্ত্বগী শাস্ত্রননা মী মখল তরেং থাইদোকই, মাহুদু এককলাই তরেং অসি নত্তে, মাহুদি,— ১ ভারতীয় আর্য্যসীং, ২ পারস্যবাসী আর্য্যসীং ৩ ইংরাজ মাহুদা জর্ম্মনসীংগী পূর্ব্বপুরুষ টিউটন (Tuton) জাতি, ৪ রুশিয়া দেশবাসী, শ্লাভনিয়ান (Slavonian), ৫ ফ্রান্সনাচিংবা দেশদা লৈবা কেল্ট (Kelt) জাতি, ৬ গ্রীশদেশবাশী পিলাসজী (Pelasgii) অমসু— ৭ ইতালিদা লৈবা রোমান (Roman) জাতি, মাখোই তরেং অসিনি। মাখোই হাইখ্রবা জাতি তরেং অসি তোঙান তোঙনবা পিতৃগণগী থারা তরেং অদু ওইবাযু মাই, তৌইগুমসু কনানা করম্বা পিতৃগণগীনো? অসুম্বা তোঙান তোঙান্না খংনবা উপায় লৈত্তে।

হুজিকী মতমদা হিন্দু পুন্নামকনা, মহাক মহাকী গোত্র অমামম লৈবৈ মাহুদি,— মী মখোইবু ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গৈনবাগীদমক্তা মী পুন্নামকনা ঐদি গোত্র অহুনি, হাঙ্গৈনবাতনি, মরমদি ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গৈনা নিংত্রবদি বেদনা তৌহাঙ্গীহুনা তাকপা ধর্ম্ম অমত্তা, ইকজবা, চাকচাবা ফাউবা যাদে, মরম অহুনা হিন্দুনা করিগুম্বা ধর্ম্ম অমগুং তৌবমদাইদা মা-মাগী গোত্র অহু হাঙ্গৈহুনা ঐ গোত্র ব্রাহ্মণ অহুগী থাবানি, হাঙ্গৈ। ব্রাহ্মণসু মাগী গোত্র অহুগী থারানি, হাঙ্গৈদবা যাদে, মবমদি পোকপা হাঙ্গৈবাসিদি জাতি অশেংবনি, হাঙ্গৈবা কনাসু খ বা ওমদে, অহুনা ঐদি ইপা অহুনা পোক-পনি, ঐ ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গৈবা যাদে, মরমদি জাতি শঙ্করদি কনানাসু খংদে অহুনা মশা মশানা ঐ ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গৈনা নিংলত্তদা ব্রাহ্মণ ওই, মরম অসিনা 'যে যজামহে" অসুম্বা বেদনা ঐ ব্রাহ্মণনি হাঙ্গৈহুনা হোম তৌই, মাহু বেদমকনাবু মাবু ব্রাহ্মণনি, হাঙ্গৈনা তশেংনা হাঙ্গৈবা ওমদে, মরমদি পোকপা হাঙ্গৈবসিদি চপ মান্নে. কনানা মচানো? খংদে, মী মহাক্তা ঐদি ব্রাহ্মণনি, নিংত্রবদি ব্রাহ্মণ ওইবা য়াদে। মরম অসিনা বৈদিক কর্ম্ম অমা তৌগদবা লৈরবদি মী অতনা হান্নমা গুরুদগী গোত্রবরণ তৌই, মী অহু গোত্রবরণ তৌখ্রবদি, ক্ষত্রিয ওইরবাসু মাবু কৌবদা "ব্রহ্মণ্" হাঙ্গৈনা কৌই। অদুগা দীক্ষা অহু থাদোক্লগা মাবু ব্রাহ্মণ হাঙ্গৈনা কৌবা অহু তৌরই। মাসিগী মরমদা থোইদোকপা অমদি যজ্ঞগী দীক্ষা তৌবা মতমদা যজমান

অতুনা মিৎতে লৈপাক্ক বণিপূরদা মমাই ওদ্রবদি দীক্ষা তৌবা য়াদে, পাঠকী মুঙাইনবগীদমক বৈদিকী দীক্ষা তৌবগী হৌনবী থরদং ইরি,—

অঙ্গতক্কা লোইননা বেদ তম্লবা ব্রাহ্মণ লৈবা লমদা যাগ তৌগনি, অদুগুম্বা অশেংবা লম অদুদা শেংদোক্লগা নোংচুপথংবদা অহিংদা খোঙচোং ক্লুপী কৌবা থম্বানমচাক সযোমনা লৈমুংদগী খোরকপদা খুদোল ৮৬ ম্বাংখৎ-লকপদা ম্বা অচুম্বা অমনা থিল্লগা ম্বা অদু মফম লেদনা থমগনি। ম্বা অম্বু প্রাগ্‌বংশ কৌই। খুদুম পাইসিনবা খুত্রপ তবানিথাই নত্রগা তরা, পাকপা অমস্তু সাংবা চিথেক মরি নাইবা য়ুম অমা সাগনি, মাইকৈ মরিদা খোঙ মরি ফাংকনি। য়ুম অসিবু প্রাচীন বংশশালা কৌই। মরমদি ঙসাই হায়না থমলিবা খোঙচোংক্লুপীদা মতোননা থিনবা প্রাগ বংশ, কৌবা ম্বানা য়ুম অদুগী ময়াইদা লৈবা নবমনা মমিং অসি থোক্লিবনি।

অদুগী মতুংদা যাগগী পোৎলম লাংবা লোইববা যজমান অদুনা হৌনবী মতুংইম্না মশম-মনা খুজিন-খুয়া শেংদোক্লগা হৌনবী মতুংইম্না মঙ্গল স্নান তৌগনি। কত্রংগী ফি অমা সেৎ, অমা ইন তৌদুনা মাগী মক্লপমপাং থাগৈ ঙাইসীংনা কোঙ্গনা ফমদুনা মাবু থাগৎতুনা নুঙাইহন্দুনা ফমগনি। ঋত্বিক্ ব্রাহ্মণনা তীর্থ জলন অশেংবা দর্ভনা লুপতুনা মাজ্জন তৌগনি। পুরোহিতনা যজমাননা অত্তবু মথুৎ ওইদা পাইদুনা অশেংবা বেদমন্ত্র মথাম ঠিদুনা নোংপোকথংবা থোলোমদা প্রাচীনবংশ শালাদা পুশিন্দুনা ফমহনলগা দীক্ষা তৌহনগনি, 'দীক্ষণীয়েষ্টি' তৌদুনা অগ্নিবৈষ্ণব একাদশকপাল পুডো-ডাশ নির্বপণ তৌগনি। অসিনাচিংবা দীক্ষণীয়েষ্টি তৌবদা তৌবা হৌনবা থবক লোইরগা লাই অমস্তু মীবু ম্বা অসি হাঙ্গদুনা তাহনগনি, মাদুদি,— "অদীক্ষিষ্টায়ং ব্রাহ্মণঃ" অসিনি, দীক্ষা ফংলবা মী অদুনা ক্ষত্রিয় নত্রগা বৈশ্য ওইরবাস্থ "ব্রাহ্মণ অসি দীক্ষা তৌবে" "অদীক্ষিষ্টায়ং ব্রাহ্মণঃ" অসি হাঙ্গগনি। মী অদুনা মাগী দীক্ষা অদু থাদোক্কবিবা মথৈ, ব্রাহ্মণ ওই। অদুনা গোত্র হাঙ্গবা অসিদি গুরুনা ৹ৎদ মাগী গোত্র অদুনি, হাঙ্গদুনা তাক্লবা অদুনা মানা তৌগদৌবিবা থবক অদুদা মাগী গোত্র অদু হাঙ্গদুনা সকল্প তৌবা অদুদি থবক তৌবা যানবা মাবু ব্রাহ্মণনি. হাঙ্গবনি, থবক অদু লোইরগা মাগী হাম্নগী অদুমক হঞ্জনলি। গোত্র অদুনা মাগী পুকোক্লি,

ধারানি হাঙীব। নত্তে, মাসি ত্রেতাদগীসু হৌরকপনি, একযলাইদি মা-মাগী পুকোকনি। একযলাই তরেৎ নাইরিবা অসিদি মাখোই অদু মা-মাগী পুকোক অচ্গী মতুংইন্না খবা ২ শক্তাদা লিন্দাদা ব্রাণ্ডাং ব্রাতাদাবু ওইরবসু খরা ২ ইরৈলৈ. মাসি মিতৈ লৈপাক মণিপুরতগী ইথ্রাইগা মান্নাদবা মণিপুরতদা তৌবা বেদ চৎপা কাংবুনি, হাঙীবগী খুদম মিতৈতদা ছুজিক ফাউবা উবা ফংই, ভাষাবিজ্ঞানগী পানগননা ইউরোপিয়ান স্কোলারনা খনলিবা মী মখন তরেৎ অসিসু সোইদনা একযলাই তরেৎ ওইরমগনি, হাঙীবদা হাঙীমনবা থোকলোই। তৌইগুম্বসু মিতৈগুম্না মী অসিদি মাগী যলাইদি অদুনি, হাঙীনা মহৌশাগী ওইনা চৎনাবদি মিতৈতদা লৈবা উই।

ব্রাফম অসিদা মহাভারত বনপর্ব্বদা অজাগরগা যুধিষ্ঠিরগা ভাংনবা ব্রাফমনা অমোক হন্না চেৎসিন্নবা লৌখৎলি,—

## সর্প উবাচ।

ব্রাহ্মণঃ কোভবেদ্ রাজন্ বেদ্য‚ কিঞ্চ যুধিষ্ঠির।
ব্রহ্যহ্যতি মতিং ত্বা‚হিবাক্যেবন্নমিমীমহে— ॥ ২০ ॥

লিননা হাঙী,—যুধিষ্ঠিব নিংথৌও। কবম্বা মীনা ব্রাহ্মণনো? খংগদবানা করিনো? মাহু হাঙীযু, নংগী নব্রানা খংই, নহাকপু বুদ্ধি যান্না ফবনি, হাঙীনা নিংই। ২০ ॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ।

সত্যং দানং ক্ষমাশীলমানৃশ‚স্যতপোঘৃনা।
দৃশ্যন্তে যত্র নাগেন্দ্র স ব্রাহ্মণ ইতিস্মৃতঃ ॥ ২১ ॥
বেদ্যং সর্প পরংব্রহ্ম নির্দ্দুঃখমসুখঞ্চযৎ।
যত্র গত্বানশোচন্তি ভবত‚ কিংবিবক্ষিতম্ ॥ ২২ ॥

যুধিষ্ঠিবনা হাঙী,—হে লিন নিংথৌও! সত্য, দান, ক্ষমা, সচ্চরিত্র, কোমলতা, তপস্যা অমসু দযা গুণসীং অসি লৈবা মী অদু ব্রাহ্মণনি। ২১॥

অমসু হে লিনও! মহাক্তি অব্রাবা কুণ্ডাইবা লৈতবা, মাবু ফংলবদি অমোক হন্না কাঙীনাবগী অরাবা লৈতবা মাহুবু পরব্রহ্মনি, হাঙীনা খংগদ-বনি, রাফম অসিদা নহাক্কী হাঙীনিংবা করি লৈরিবগে? হাঙীয়ু।২১।২২॥

## সর্প উবাচ।

চাতুর্বর্ণ্যং প্রমাণঞ্চ সত্যঞ্চ ব্রহ্মচৈবহি।
শূদ্রেষপিচ সত্যঞ্চ দানমক্রোধ এবচ।
আনৃশংস্যমহিংসাচ ঘৃণাচৈব যুধিষ্ঠির॥ ২৩॥
বেদ্যং যচ্চাপি নির্দুঃখমসুখঞ্চ নরাধিপ।
তাভ্যাংহীনং পদঞ্চান্যন্ন তদস্তীতি লক্ষয়ে॥ ২৪॥

লিরনা হাঙ্গৈ,—( নংনা হাঙ্গৈরিবাসিনা ব্রাহ্মণ ওইববদি, অদু ওইরবদি ) —ম্লেচ্ছ অমসু অন্ত্যজ-জাতিনাচিংবাসু ব্রাহ্মণনি হাঙ্গৈবা তাই। মরম অসিনা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় বৈশ্য অমসু শূদ্র বর্ণ মরি অসিগী মপুংচনবা মীনা বেদ খংলবা মাহুম্না বেদসু হৈবা, সত্যনাচিংবা গুণ লৈবা, অমসু ব্রহ্মবু খংবানা ব্রাহ্মণনি ( অসুম্না হাঙ্গৈবনা ব্রাহ্মণ কৌবা যারোই মরমদি ), যুধিষ্ঠির! শূদ্রদাসু সত্য, দান, ক্ষমা, সচ্চরিত্র, কোমলতা, তপস্যা অমসু দযালৈ ( মাখোই অদুসু ব্রাহ্মণ কৌগদরা ? )। ২৩।

হে নিংথৌও! নহাকনা মাসিসু হাঙ্গৈ, মাদুদি,— অৱাবা মুঙাইবা অনিমক লৈতবা পরব্রহ্মবু খংগদবনি, হাঙ্গৈবাসু চান্নদে, মরমদি, অৱাবাসু মুঙাইবাসু অনিমক লৈতবা পরব্রহ্ম লৈ হাঙ্গৈবসু ঐদি খংদে। ২৪॥

## যুধিষ্ঠির উবাচ।

শূদ্রেচ তদ্ভবেল্লক্ষ্ম দ্বিজেচেন্নচবিদ্যতে।
নবৈশূদ্রোভবেদ্‌শূদ্রো ব্রাহ্মণোনচ ব্রাহ্মণঃ॥ ২৫॥
যত্রৈতল্লক্ষ্যতে সর্প বৃত্তং স ব্রাহ্মণঃস্মৃতঃ।
যত্রৈতন্ন ভবেৎ সর্প তং শূদ্রমিতি নির্দ্দিশেৎ॥ ২৬॥
যৎ পুনর্ভবতা প্রোক্তং ন বেদ্যং বিদ্যতীতিচ।
তাভ্যাংহীনমিতিহ্যত্র পদংনাস্তীতিচেদপি॥ ২৭॥
এবমেতন্মতং সর্প তাভ্যাং হীনং ন বিদ্যতে।
যথা শীতোষ্ণযোর্মধ্যে ভবেন্নোষ্ণং ন শীততা॥ ২৮॥
এবংবৈ সুখদুঃখাভ্যাং হীনমস্তি পদং ক্বচিৎ।
এষা মম মতিঃসর্প যথাবা মন্যতে ভবান্॥ ২৯॥

যুধিষ্ঠিরনা হাঙ্গৈ,—'শূদ্রদা লক্ষণ অদু লৈরবদি মহাক শূদ্র নত্তে,

অমোকম্নু ব্রাহ্মণদা লক্ষণ লৈত্রবদি মহাক ব্রাহ্মণ নত্তে। ২৫ ॥

অদু ওইরবদি হে লিনও! নিপা অদুদা অহুগুম্বা গুণ অদু লৈরবদি নিপা অদু শূদ্র ওইরবাসু মহাকপু ব্রাহ্মণনি হাঙ্গনা খংলগদবনি। মাম্নম তৌহনা নিপা অদুদা অহুগুম্বা গুণ অদু লৈত্রবদি, মী অদু ব্রাহ্মণ ওইরবসু মাবু শূদ্রনি হাঙ্গনা খংনাগনি। ২৬॥

মতুং অদুদা মাসি মাসু নহাকনা ঐঙোন্দা হাঙ্গবিরি মাহুদি,—

"অম্রাবসু মুঙাইবসু লৈতবা পোং লৈ, অদুম্না মাবু খংননবা পোং লৈতে" অসিনি, মাতুগী মরমদা ঐনা হাঙ্গরি,—ঐখোইনা উবা, লোংই-পাল্লিবা তাইবংপানবা অসিদা অহুগুম্বা পোং লৈত্রবাসু, করিগুম্বা ঈসিংদা অসাবা লৈতবাগুম মাদুম্না মৈদা অইংবা লৈতবগুম, অম্নাবা, মুঙাইবা লৈতবা পোং লৈত্রবাসু অদুমনা ওইরবাসু, থৱাইপানবগী হকচাংদা অম্নাবাসু, মুংঙাইবাসু অনিম্নক লৈতবা—হাঙ্গবদি, নির্গুণ ওইবা কবিগুম্বা পোং (জীবব্রহ্ম) লৈ, হে লিনও! নহাকনা খন্দুনা এংবিয়ুনা করিনো? মাহুনা ঐগী মতমি।২৭—২৯।

সর্প উবাচ।

যদিতে বৃত্ততোরাজন্ ব্রাহ্মণঃ প্রসমীক্ষতঃ।
বৃথাযাতিস্তদাযুষ্মন্ কৃতির্যাবন্নবিন্দ্যতে॥ ৩০ ॥

লিননা হাঙ্গ,— পুঙ্খিবা হে নিংথৌও! নহাক্না ব্রাহ্মণবু গুণ মতুংইম্না খংগনি, হাঙ্গরবদি মাডোন্দা ব্রাহ্মণগী গুণ লৈত্রিবামথৈ মাবু ব্রাহ্মণনি হাঙ্গরবদি অরেম্বা কান্নদবনি। ৩০ ॥

যুধিষ্ঠির উবাচ।

জাতিরত্র মহাসর্পমনুষ্যত্বে মহামতে।
সঙ্করাৎ সর্ববর্ণানাং দুষ্পরীক্ষ্যেতিমেমতিঃ। ৩১ ॥
সর্ব্বে সর্ব্বেষপত্যানিজনয়ন্তি সদানরাঃ।
বাঙ্‌মৈথুনমথোজন্মমরণঞ্চ সমং নৃণাম্॥ ৩২ ॥
ইদমার্ষপ্রমাণঞ্চ যে যজামহ ইত্যপি।
তস্মাচ্ছীলং প্রধানেষ্টং বিদুর্যেতত্ব দর্শিনঃ॥ ৩৩ ॥
প্রাঙ্‌নাভিবর্দ্ধনাৎপুংসোজাতকর্ম্ম বিধীয়তে।

তদাস্তমাতা সাবিত্রী পিতা ত্বাচার্য উচ্যতে ॥ ৩৪ ॥
তাবচ্ছূদ্রসমোহ্যেষ যাবদ্বেদেনজায়তে।
তস্মিন্নেবংমতিদ্বৈধেমনুঃ স্বায়ম্ভবোঽব্রবীৎ ॥ ৩৫ ॥
কৃতকৃত্যাঃ পুনর্বর্ণা যদিবৃত্তং ন ভিদ্যতে।
সঙ্করস্তত্র নাগেন্দ্র বলবান্ প্রসমীক্ষিতঃ ॥ ৩৬ ॥
যত্রেদানীং মহাসর্প সংস্কৃতং বৃত্তমিষ্যতে।
তং ব্রাহ্মণমহংপূর্ব্বমুক্তবান্ ভুজগোত্তম ॥ ৩৭ ॥

যুধিষ্ঠিরনা হাঙ্গী,— হে মহামতি। মহাসর্প। ঐনা নিংবদি অসিনি, মাহুদি বর্ণপুম্বা অসি ইয়ান য়ান্নখিবা মরম্না মী হাঙ্গীবাসিমক্তবু জাত্তি অসিনি, হাঙ্গীনা লেপ্পা য়াম্না লুবে। ৩১ ॥

মরমদি মী হাঙ্গীবা অসিমক্তবু নুপী পুম্নামক্কী গর্ভদা মচা পোকপা ইপোক পোকনৈ, অহুগা মী পুম্নামক্কী রাঙাংবা যুম্বানবগী থবক তৌবা, পোকপা, অমসু শিবা চপ মান্নৈ। ৩২ ॥

অহুগা ঋষিনা সিজন্নহুনা শোল্লিবা "যে যজামহে" নাচিংবা বেদনা হাঙ্গীবা মন্ত্রসু কনানা পোকপনো খংদবাগী প্রমাণনি, মরম অসিনা—চান্নবা অচুম্বা খংবা—তত্ত্বদর্শী, মাখোইনা মহেশাগী ওইবা সত্য— অচুম্বা গুণবু ব্রাহ্মণগী লক্ষণনি হাঙ্গীনা লৌই। ৩৩ ॥

অহুগী মতুংদা পোক্লবাতুংদা খোই লেন্দরিভে মমাংদা নিপাগী জাত কর্ম্ম তৌই। মতম অহুদা মমাবু সাবিত্রী মাহুম্না মপাবু আচার্য কৌই।৩৪।

মতম অহুদা অঙাং অহু 'ব্রাহ্মণলা? কনানো মশক খংদরিভৈদা স্বায়ম্ভুব মনুনা হাঙ্গী, উপনয়ন তৌদবিবামখৈ, অঙাং অহু শূদ্রগা মান্ননা লৈ।৩৫।

হে লিন নি থোও! বর্ণ মরিগী নিয়ম মতুংইন্না সংস্কার তৌরবা অহুদা বৃত্তিগী ভেদ অহু লৈত্রবদি মাখোই অহু য়াম্না য়ানসিন্নরে হাঙ্গীনা খংগনি।৩৬।

হে লিন অথোইবা! নহাক্না পুকনিংদা লেপপিয়ু সত্যনাচিংবা গুণ, যাজনচিংবা বৃত্তি তৌরবদি, মী অহু ঐনা হাঙ্গীখরে, ব্রাহ্মণনি। ৩৭ ॥

সমীক্ষা.--

ঐখোইনা মহাভারত বনপর্ব্ব অজগর যুধিষ্ঠির সম্বাদ আলোচনাদগী

খংলে, মাহুদি,—মমাংঙৈদা বৈদিক যুগতা বর্ণ খাঙ্গবা অসি, মমাঙ্গপানা লোকপগী মতুংইন্না খাইবাদগী গুণনা খাইবনা অথোইবনি, হাঙ্গনা লৌই। মাসিগী মরমদা ডাক্তর মঙ্গলদেব শাস্ত্রীনা বেদগী মন্ত্রনা প্রমাণ তৌই,—

"কারুরহং ততো ভিষগুপলপ্রক্ষিণীননা"

( ঋগ্ ০৯।১১২।৩ )

( অর্থদি ঋষিকা অমনা হাঙ্গ,—মাহুদি,— ঐদি কবিনি, ঐগী ইপানা মাইবনি, অমসু ইমানা য়ামতকপীনি, (মিতৈরোন্দদি ফৌগুলল্লোনবীনি) মাসিদগী ঐখোইনা খংবা ঙমলে, মাহুদি,—ঋগ্ বেদগী মন্ত্র ময়ামগী ঋষিসীংবু মতুংগী লাইরিক লেংবাসীংনা চংনবী লোনগী মিঙ্গোদা বৈশ্যঋষি, রাজন্য মাহু হাঙ্গদ্রবা ক্ষত্রঋষী অসিনাচিংবা হাঙ্গনা কৌই। (১)

থাংগৈশেংবদা হাঙ্গরবদি, মতম অহু, তশেংতশেংবা প্রজাতন্ত্র অমসু সাম্যবাদ ওইবমই। মতম অদুদা আর্য মীয়াম্না মহাক মহাকপু 'বিশ' হাঙ্গবদি আয প্রজানি, হাঙ্গনা খংনবমই। মতম অহুগী মীনা মহাক মহাকনা পুরোহিত, রাজা ম্যাসুম্না লানমী ওইরমই। অমগা অমগা স্নমিৎ চুপ্পা নংনা করি, ঐনা কবি হাঙ্গনা পানবা পুনসি অসিদা ক্ষত্র অমসু ব্রহ্ম অনি অসিগী মশিনন৷ হেনবা ওইহনাসু বৈদিক কালদদি মীপুম্বাবু বিশ্ কৌনবনা লেম্নবা ওইরমই।

## মিতৈগী চান্নবা মশক।

ঐখোইনা 'যবিষ্ঠ' শব্দগী খবা শাংনা সমালোচনা তৌরকলে, মাসিদগী ঐখোইনা খংলে, মাহুদি মিতৈ জাতি অসি, কাংলুপ তরেৎথোক্না একযলাই

(১) রাজন্যবৈশ্যা ঋষিকাঃ স্ত্রিয়স্তাস্ত্রির্বগ্ যোনয়ঃ।
দেবাঃদেবাপ্ সবোনাস্ত্যো গন্ধর্বাস্তেস্বযন্তুবঃ ॥ ইতি

ক্ষত্রিয় ঋষি, বৈশ্যঋষি, স্ত্রীঋষি, পশুঋষি, দেবঋষি, অপ্ সরঃ ঋষি, নদীঋষি গন্ধর্বঋষি, মাখাই অসিগী ঋগ্ তি (ঋ০৪।৪২।২) (ঋ০৪।৪৩।১) ( ঋ০ ১০।৬৫।১ ) ( ঋ০ ১০।৬৬।১ ) ( ঋ০ ০।৬৬ ) ( ঋ০ ৫।২৮।১ ) ( ঋ০ ১০।১০৯।১ ) ( ঋ০ ১০।১০৮।২ ) ( ঋ০ ১০।১০৮।২ ) ( ঋ০ ১০।১০৮।৪ ) ( ঋ০ ১০।৮০।১ ) মন্ত্রসীং অসিদা হাঙ্গথবা ঋষিসীং অমু উগনি॥

অহুমথোক্না থাই। মাহ্ বেদগী থাজৈশেংবনি। তোঙাইগুম্বনু মিতৈগী আর্য গোত্র—শাণ্ডিল্য, কশ্যপ হাইবনাচিংবা গোত্রদি মহৌশাদি লৈরম্মে, মরম অহুবা, মিতৈসমাজদা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসু শূদ্র কৌবা বর্ণ-বিভাগ অসি মহৌশাদি এলহৌঙৈদগীনা লৈরমদে, হৃজিক লৈরিবা অসিদি মৈদিঙু গরিবনিবাজ মহারাজগী মাহাকথক্তাদগী কোম্না থাইবনি। মরম অসিনা মরেক্তা অরে মিতৈদি, ব্রাত্যনি।

মিতৈদা ব্রাহ্মণ্য ধর্মচংবা হৌবা ইতিহাসদা ভশেংনা চংবা হৌবদি মৈদিঙু ক্যাম্বগী মা মহাকথক্তা শ্রীবিষ্ণুবিগ্রহ লাৎপা হৌবদগী ব্রাহ্মণ্য ধর্মগী মঙান চংহুনা মথংমথং চাওখৎলকই, অহুনা মৈনিঙু গরিবনিবাজ হাকথক্তা আর্যগোত্রবরণ তৌহুনা মিতৈনা আর্য হিন্দু ওই, মৈদিঙু চিংথংখোম্বগী মাহাকথক্কগীনা গৌড়ীয় ধর্ম্ম চৎপা হৌই। অহুনা মিতৈদি থাজৈশেংবা ব্রাত্যনি। ১৬॥

ইদং বিষ্ণুর্বিচক্রমে ত্রেধানিদধেপদম্।

সমূহ্লমস্যপাংসুরে ॥ ১৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— বিষ্ণুঃ (ত্রিবিক্রম অবতার তৌবা—বামননা) ইদম্ (অসিগুম্বা জগৎ অসিবু) বিচক্রমে (থোইদোকনা খোংনা থাংহুনা নেৎ-তুনা চৎখি) ত্রেধা (অহুমথোকনা) পদম্ (মহাক্কী খোঙবু) নিদধে (থাখি) অস্য (মাসিগুম্বা বিষ্ণুগী পাংসুরে (উফুল লৈবা খোঙুলদা) সমূহ্লম্ (তাইবংপানবা পুম্বনা মনুংদা লৈ)। ১৭॥

অনুবাদ :— বামন অবতার তৌবা বিষ্ণু— তাইবংপুম্বদা সিনথুনা লৈবা পরমেশ্বরনা তাইবংপানবাবু কোঙ্গখি, মাহুদা মহাকনা মথল অহুম থোকনা খোঙ থাংখি, মহাক্কী উফুল লৈবা খোঙগুল মনুংদা তাইবংপুম্বসি লৈ। ১৭॥

ব্যাখ্যা :— আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিবু ব্যাখ্যা তৌবদা সাযণাচার্যনা যাস্কাচার্যগী বচন লৌহুনা শাকপুনি অমসু ঔর্ণনাভগী মতনা ব্যাখ্যা তৌই, মাহুদি বিষ্ণুগী খোঙনা অহুমথোকনা থাখি, হায়বসি, শাকপুনিনা হায়বদি

পৃথিবীদা অমা, অন্তরিক্ষ—পৃথিবীগা থন্নানমচাক্কা অনিগী ময়ক অহাংবা অমা মাস্থম তৌহনা দিবি—স্বর্গদা অমা অসুম্মা অহুমথোকনা থাই হাঙ্গী, ঔর্ণনাভনা হাঙ্গীবনাবু, সমারোহনদা অমা বিষ্ণুপদদা অমা অমসু গয়শিরদা অমা অসুম্মা মকম অহুম অসিদা থাই, অসুম্মা হাঙ্গী। হুজিকী কালগী পণ্ডিত হৈথোইসীংথোইবাসীংনা হাঙ্গীবনাবু, রমানাথ সরস্বতীনা মতম অসিগী পণ্ডিত হৈথোইসীংথোংবা ইউরোপিয়ানসীংগী মত এংলহুনা হাঙ্গী, মধ্য এসিয়াদগী আর্যসীংনা ভারততা লাকপদা বিষ্ণু কৌবা নিপা অমনা ওাক্কনা লাকই, লম্বেন্দা মকম অহুম পোংথাখি, অমসু মহাকনা মাখোইগী লোইনবা সীংনা চৎপদগী থোকপা খোঙ্গুলগী উফুল ময়াম্মা তাইবংপানবা অসি কুপ-সিনখি, অসুম্মা ব্যাখ্যা তৌই। মত অসিবু রেভরেণ্ড কৃষ্ণমোহনবন্দোপাধ্যায়না সমর্থন তৌই। অমসু মত অসি ইউরোপিযান স্কোলার অয়াম্বনা য়াই। মতম অসিগী স্কোলাবসীং অসিদি মাখোইগী ভাবনা সাবনা অয়াম্বা ওই। মাখোইগী ভাবনা সাজনবা মংক্রোংহাক্রোংগুম্বা য়াসীং অসিদি মতম থরদা মাংখি মধ্য এসিযাদগী আর্যনা থুন সন্দোকপা পৃথিবীগী মকম মকমদা চৎনাখি, হাঙ্গীবা য়া অসিদি অওইবা নত্তে,- লৌবা হৌনদে, চুমদবনি। অসুম্মা পণ্ডিতসীংনা লৌনদরে, অহুনা ওইদবগী মথক্তা থমহুনা হাঙ্গীবা অর্থ অসি হুজিক্তি কনাসু যানাদরে।

য়াকম অসিদা ঐতরেয ব্রাহ্মণদা য়াবি অমা হাঙ্গী,—মাহুদি,—ঐতরেয় ব্রাহ্মণ ( ৬।১৫ ) লাইগা হিংচাবগা তাইবং এন্নভেদা হিংচাবদা ইন্দ্রনা হাঙ্গী, বিষ্ণুনা মখোঙনা কান্দুনা নেৎপা ওয়াগী মথে, লম অহু লাইগী ওইবা, অবেস্বনা হিংচাবগী ওইবা, অসি হাঙ্গীবদা হিংচাবনা যারে। মাহুদা বিষ্ণুনা খোঙথাং অহুমলক থাংহুনা চৎপদা বেদ অমসু রাহৈগা লোইনমা সীনখুংনা লৌখি। শতপথনা ( ১।২।৫ ) হাঙ্গীবনাবু হিংচাবনা হাঙ্গী, বিষ্ণুনা বামোন ওইহুনা থনবাগীমথে লম অহু লাইগী ওইবা অবেস্বনা হিংচাবগী ওইবা অসি হাঙ্গীরবদা লাইনা য়ারে, বিষ্ণুনা হিপতুনা তাইবংপানবাপুম্বা থনথহুনা লাইনা তাইবংপানবা পুম্বা লৌখি, অসুম্মা হাঙ্গী। হাঙ্গীরিবা য়া অসি পৌরাণিকী কথা ওাক্তনি, মহাক্তি বৃটার্থ কাল্পনিক কথানি, চান্নবা অর্থনা মনুষ্য চেংনা থমগা মপান্দা য়াকম ৩৮। পান্দুনা হাঙ্গীবা ওাক্তনি, ঐথোইনা

মন্ত্রংগী অর্থ অসু লৌগদবনি। মাহুদি, বিষ্ণু হাঙ্গৈবদি সুমিৎপু হাঙ্গৈবনি, বিষ্ণুনা খোঙথাং অহুম থাংবা হাঙ্গৈবদি সুমিৎনা উদয় চীঙদা থোকপনা অহানবা খোঙথাংনি, অনিসুবা খোঙথাংনা সুমিৎ মু বা মতমদা অন্তরীক্ষদা লৈবাবু অনিসুবা খোঙথাং কৌই, অহুমসুবা খোঙথাং হাঙ্গৈবনা অস্তগিরিদা লৈবা—তাবা সুমিৎপু হাঙ্গৈবনি।

ত্রীণিপদাবিচক্রমে বিষ্ণুর্গোপাঅদাভ্যঃ।

অতো ধর্ম্মাণিধারয়ন্॥ ১৮॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— অদাভ্যঃ ( কনাগুম্বা অমত্তনাসু মহাকপু হিংসা তৌবা ঙমদবা ) গোপাঃ ( জগৎপুস'' মানা ঙাকপিবা ) বিষ্ণুঃ ( বিষ্ণুনা ) ধর্ম্মাণি ( অগ্নি হোত্রানাচিংবা ধর্ম্মবু যোক্কুনা ) অতঃ—এতেষুস্থানেষু ) ত্রীনি পদানি ( খোঙথাং অহুম্সু ) বিচক্রমে ( নেৎখি )। ১৮॥

অনুবাদ ঃ— বিষ্ণুনা তাইবং অসিবু কনবি, মাবুদি কনা অমত্তনাসু মাংহনবা ঙমদে, মানা ধর্ম্ম পুম্নামকপু যোকপিদুনা পৃথিবীনচিংবা মফম পুম্নামক্তা খোঙফম অহুম নেৎখি। ১৮॥

ব্যাখ্যা—বিষ্ণুনা খোঙা অহুমলক থাংদুনা নেৎখি, হাঙ্গৈবাসি,—ব্যাখ্যাকার পুম্নামকনা বিষ্ণুবু সুমিৎনি, সুমিৎনা অহানবা উদয চীঙদা থোকপা অনিসুবনা যুংবা, অমসু অগুমসুবনা সুমিৎ তাবাবু হাঙ্গৈবনি, অসুম্বা ব্যাখ্যাকার ঋষিসীংনা ঙম্না হাঙ্গৈ। অদুদা এখোইনা এগদবদি- উদযচীঙ, সুমিৎকী থোকফম চীঙ কদাইদনো ? হাঙ্গৈনা থিফম থোকই। তৌইগুম্বসু মাহুদি, থিবা যাবা হৌনদে। মবমদি অঙাংফাউবা ইরাইলাইনা খ ই, মাহুদি পৃথিবী গোলাকার অসিগী আহ্নিকগতিনা মরম ওইদুনা মফম পুম্নামক উদয়চীঙ, ইওইত্তা ওইদুনা লৈবা যাই। মবম অসিনা শাস্ত্রনা মাসি উদয় পর্ব্বতনি. অসুম্না চৎনবা মফম অমা লৈবা তাই। মাধবভাষ্যদা স্কান্দপুরাণগী বচন অমনা হাঙ্গৈ,—"ঋগ যজুঃ সমাথর্ব্বচ ভাবতং পঞ্চরাত্রকম্। মূলবামায় শৈব শাস্ত্রমিত্যাভিধীয়তে॥ যতোহন্যো গ্রন্থবিস্তারঃ নৈব শাস্ত্রং কুবর্ত্মতৎ॥" অর্থাৎ,

ঋগ্, যজুঃ, সাম অথর্ব্ব, মহাভরত, মূল রামায়ণ, পঞ্চরাত্র. মখোই অসিবু শাস্ত্র কৌই, মাখোই অসিগী মত নত্তবদি শাস্ত্র কৌদে, মাখোই অতুদি শাস্ত্র নত্তে, কত্তবা লম্বেন কুবর্ত্ম কৌই। রামায়ণ কিষ্কিন্ধকাণ্ডদা সুগ্রীবনা সীতা থিনবা শ্লোক ময়াম থাবদা হাঙ্গী,—

উত্তরেণ পরিক্রম্য জম্বুদ্বীপং দিবাকরঃ।
দৃশ্যো ভবতি ভূয়িষ্ঠং শিখরংতন্মহোচ্ছ্রয়ম্॥

অর্থ ঃ— সুমিৎনা উত্তরাযণ লোইবদা উদয় চীঙগী স্বাংলবা ফত্তববা মতোনদা থোকপা উই। মাসিনা উদয় চীঙগী অব্বাংগী লমথৈ তাকই, মাতুদি, উত্তরায়ণ লোইবা হাঙ্গীবদি কর্কটক্রান্তিবু হাঙ্গীবনি। মাসুম্না অবাংগী লমথৈ তাক্লগা নো পোক নোংচুপকী লমথৈসু তাকই, মাতুদি, রামায়ণ অতুদা মতাং অতুমক্তা হাঙ্গী,— "অত্রসুদর্শনোদ্বীপঃ পুরোযক্ষপ্রকাশতে।"

অর্থদি ঃ—উদয় চীঙগী মনাক্তা সুদর্শনদ্বীপ কৌবা ভারতবর্ষ অসি লৈ। রামায়ণগী ব্বাহৈ অসিগী অর্থদি,—সম্না হাঙ্গীরবদা রামায়ণগী মতমদা কলার্দ্ধ অমামম চপসিনবা কর্কটক্রান্তি অসি, অব্বাংগী অক্ষাংশ ২৪ নি, হাঙ্গীবা য়াই, হাঙ্গীরিবা সৌমনস কৌবা চীঙদোন অসিনা সুদর্শনদ্বীপ কৌবা ভারতবর্ষগী মনাক্তা লৈ, হাঙ্গীবদি ভারতকী নোংপোকথংবা লমথৈ কর্কট ক্রান্তিদা লৈবা চীঙ 'সৌমনস' কৌবা হাঙ্গীববদি, 'সোমরা' চীঙদোনবু রামায়ণ যুগতা, সৌমনস কৌরমই, হুর্জিক্ত লোন থৈনরকতুনা 'সোমরা' হাঙ্গীবদা বুদ্ধি লৈবা তাইবং মী কনানা ঙক্কদগে? মতাং অসিমক্তদা ঋষি বাল্মীকিনা ব্বাকম অসি মাসু হাঙ্গী মাতুদি— "অত্র পূর্ব্ব পদং কৃত্বা পুরা বিষ্ণুঃ ত্রিবিক্রমে।"— মমাঙৈদা ত্রিবিক্রম বিষ্ণুনা তাইবংপানবা থুংনবা খোঙথাং অহুম থাঙৈদা— বামোননা বলিদা খোঙথাং অহুমগী লম পিয়্ নিতুনা খোঙথাংবদা উদয়চীঙগী চীঙদোন সোমরাদা অহাংবা খোঙ থাখি অসুম্না হাঙ্গী,—মাতুগী অশংবা অর্থদি মণিপুরগী সোমরা চীঙদা লৈবা খাঙ্গোই মন্দিরদা বামনাবতার বিষ্ণুগী শ্রীচরণনা অহানবা নেংথি হাঙ্গীবনি।

মাতুগী তাৎপর্য্যার্থদি— তাইবংপানবা সেম্বা হৌগৎপদা সোমরা চীঙ-দোনদা খাঙ্গোই মন্দিরদা সুমিৎনা ইখ্াইমক্তগী ইহানহান্না থোকখি, হাঙ্গীবনি। মরম অসিনা উদয় চাঙ অসিবু মহাভারততা আদিপর্ব্বদা রাজসূয় যজ্ঞদা

যুধিষ্ঠিরদা পোৎএংবা ভাকপা লিংথো ময়াম থারকপদা লোমবা চীঙবু "সূর্যো-দয়গিরি" কৌই। মাহুদা হায়ী,— হিমালয়গী মখাথংবা, ব্রহ্মপুত্রদগীদি লোংলোকথংবাদা লৈবা সূর্যোদয় গিরিদা লৈবা হাও থুলাকপা লিংথোলা সামুময়া, কৈ মণ্ডল, পুহুনা যুধিষ্ঠিরদা কংকদবগীদমক ওাইহুনা লৈ, হায়ী। অসিগুম্বা হুমিংকী অহানবা থোকনফম যুমফাল মণিপুরবু মহাভারততা ভগবদ্‌যানসন্ধিপর্ব্বদা মথাদা লৌথংলিবা শ্লোকসীং অসি হায়ীহুনা বেদব্যাসনা থাগৎলি,—

যস্যামুদয়তে পূর্ব্বং সর্ব্বলোকপ্রভাবনঃ। সবিতা যত্র সন্ধ্যায়াং সাধ্যানাং বর্ত্ততে তপঃ। ১॥ যস্যাং পূর্ব্বমতির্যাতা যয়াব্যাপ্ত মিদংজগৎ। চক্ষুষী যত্র ধর্ম্মস্য যত্রবৈস্থপ্রতিষ্ঠিতে। ২॥ হুতং যতোমখেহব্যং সর্পতে সর্ব্বতোদিশং। এতদ্দ্বারংদ্বিজশ্রেষ্ঠ দিবসস্য তথাধ্বনঃ। ৩॥ অত্র পূর্ব্বং প্রসূতাবৈ দাক্ষায়ণ্যঃ প্রজাস্ত্রিয়ঃ। অস্যাংদিশি প্রবৃদ্ধাশ্চ কশ্যপস্যাত্মসম্ভবাঃ ৪॥ অতো মূলং সুরানাঃ শ্রীর্যত্র শক্রোহভিবিচ্যতে। সুরবাজ্যেন বিপ্রর্ষে দেবৈশ্চাত্রতপশ্চিতম্। ৫॥ এতস্মাৎকারনাৎ ব্রহ্মন্ পূর্ব্বেত্যোষাদিগুচ্যতে। যস্মাৎ পূর্ব্বতরে কালে পূর্ব্বমেবাবৃতাসুরৈঃ। ৬॥ অত এবচ পূর্ব্বেষাং পূর্ব্বামাশাং প্রচক্ষ্যতে। পূর্ব্বং সর্ব্বাণিকার্যণি দেবানাং সুখমীপ্সতা। ৭॥ অত্র বেদান্ জগৌপূর্ব্বং ভগবান্ লোকভাবনঃ। অত্রৈবোক্তা সবিত্রাসীৎ সাবিত্রী ব্রহ্মবাদিষু। ৮॥ অত্র দত্তানি সূর্যেণ যজুংসিদ্বিজসত্তম। অত্র লব্ধবরঃ সোমঃ সুরৈঃক্রতুষু পীয়তে। ৯॥ অত্রতৃপ্তাহুতবহা হুতভুক্ স্বাংযোনিমুপভুঞ্জতে। অত্র পাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিয়মাপচ। ১০॥ ইতি।

বিষ্ণোঃ কর্ম্মাণি পশ্যতযতো ব্রতানি পস্পশে।

ইন্দ্রস্য যুজ্যঃ সখা ।১৯॥

অন্বয়ানুবাদ :— হে ঋত্বিগাদয়ঃ (হে ঋত্বিক্‌নাচিংবসা!) বিষ্ণোঃ (বিষ্ণুগী) কর্ম্মাণি (পালন—ভাকপনাচিংবা থবক থিবিকপু) পশ্যত (এংউ) যতঃ (যেঃ—অহুগুম্বা ভাকপিবনাচিংবা থবকসীংনা) ব্রতানি (অগ্নিহোত্রনাচিংবা থবকপু) পস্পশে (যজমানপুম্বনা শোকই, হায়ীবদি বিষ্ণুগী

থৌজনদগী তৌই ) ইন্দ্রস্ত ( ইন্দ্রগী ) যুজ্যঃ ( মতিকচানা ) সখা (সখানি)।১৯॥

অনুবাদ :—হে ঋত্বিক্‌নাচিংবাসা। বিষ্ণুগী তাইবংপুম্ববু ঙাকপিবনাচিংবা গুণ ময়াম লৈ, এংউ, মাদু লৈবাগী মপাননা যজমাননা অগ্নিহোত্রনাচিংবা থবক তৌবা ঙমই। ১৯॥

তদ্বিষ্ণোঃ পরমংপদং সদা পশ্যন্তি সূরয়ঃ।

দিবীব চক্ষুরাততম্।২০॥

অন্বয়ানুবাদ :—সূরযঃ ( ঋত্বিক্‌নাচিংবা পণ্ডিতসীংনা ) বিষ্ণোঃ (বিষ্ণুগী সম্বন্ধ ওইবা ) পরমম্ ( অথোইবা ) পদম্ ( স্বর্গস্থানবু ) সদাপশ্যন্তি (শাস্ত্রগী মীৎএংনা মতম পুম্নামক্তা উই ) দিবি ( অতিয়াদা ) আততম্ ( মফম পুম্নামক্তা কোইনা লৈহনা এংবা ) চক্ষুঃ ( মীৎনা ) ইব ( উবাগুমই )। ২০ ॥

অনুবাদ :— অতিয়াদা মাইকৈপুম্বদা এংবা মীৎনা পুম্নামক উবাগুম্না পণ্ডিতসীংস্‌নু মতম পুম্নামক্তা বিষ্ণুগী অথোইবা মফম উই। ২০ ॥

তদ্বিপ্রাসোবিপন্যবো জাগৃবাংসঃ সমিন্ধতে।

বিষ্ণোর্যৎপরমংপদম্ ॥২১॥

অন্বয়ানুবাদ :— বিপন্যবঃ ( লৈসিলৈথোনবা হৈবা ) জাগৃবাংসঃ (শব্দনে অর্থনে অনিমক্তা অঙকপা লৈতনা থংবা ) বিপ্রাসঃ ( শাস্ত্রগী বুদ্ধি লৈবা-সীংনা ) বিষ্ণোঃ ( বিষ্ণুগী ) যৎ ( অদুগুম্বা ) পরমম্ ( অথোইবা ) তৎ পদম্ ( পদবু ) সমিন্ধতে ( চংখোম্না ঙানহনলি )। ২১ ॥

অনুবাদ :— লৈসিলৈথোনবা হৈবা শাস্ত্রগী জ্ঞান লৈবা মীনা বিষ্ণুগী অদুগুম্বা অথোইবা পদবু মাখোইগী থমোইদা ঙানথোকহনলি। ২১ ॥

——:(০):——

## ২৩ সূক্ত। বায়ুনাচিংবনা দেবতানি। ছন্দনা গায়ত্রীনাচিংবনি।

তীব্রাঃসোমাস আগহ্যাশীর্বন্তঃ সুতাইমে।

বায়োতান্ প্রস্থিতান্‌পিব ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— বাযো! (হে বায়ু।) ইমে (অসিগুম্বা) সোমাসঃ (সোমরস অসে) সুতাঃ (সুম্লবনি) আশীর্বন্তঃ (নিংথিনা লোন্দুনা শেম্লবনি) তীব্রাঃ (য়াম্লবা ওইবনা মহাও কম্লহুনা থকপদা পেনলগদবনি) আগহি (তৌরিবা থবক অসিদা লাও) প্রস্থিতাম্ (উত্তর বেদীদা থম্লবা) তান্ (সোমরস থিবিক অসি] পিব [থকউ]। ১ ॥

অনুবাদ ঃ— হে বায়ুদেব। সোমরস অসি, যাম্না যাম্লহুনা মহাও যাম্না কম্লে থকপদা যাম্না পেল্লগনি, লাওও। উত্তর বেদীদা থম্লবা সোমরস অসি থক্লো। ১ ॥

উভা দেবাদি বিস্পৃশেন্দ্র বায়ূ হবামহে।

অস্য সোমস্য পীতয়ে ॥ ২ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ— দিবিস্পৃশা (দ্যুলোকতা লৈবা) উভাদেবা (ইন্দ্র, বায়ু, লাই অনিবু) অস্য সোমস্য পীতযে (সোমরস অসি থক্লাবগীদমক) হবামহে (ঐখোইনা কৌরি) ॥ ২ ॥

অনুবাদ ঃ— দ্যুলোকতা লৈবা, ইন্দ্র অমসু বায়ু কৌবা লাই অনিবু সোমরস অসি থক্লাবগীদমক ঐখোঙ্গৈনা যজ্ঞ অসিদা লাও হাঙ্গৈদুনা কৌরি ।২॥

ইন্দ্র বায়ূ মনোজুবা বিপ্রাঃহবন্ত উতয়ে।

সহস্রাক্ষাধিয়স্পাতা ॥ ৩ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—বিপ্রাঃ (হে লাইরিক হৈবা! যজমানসা!) উতয়ে

( ঐখোইবু ঙাকপিনবগীদমক ) মনোজুবা ( পুকনিং মরুম য়াংবা ) সহস্রাক্ষা ( মীৎ লীসিং অমা পানবা ) ধিয়স্পতী ( থবক অমসু বুদ্ধিবু ঙাকপিহৈবা ) ইন্দ্রবায়ূ ( ইন্দ্র অমসু বায়ু অনিবু ) হুবন্তে ( কৌই )। ৩ ॥

অনুবাদ :—হে লাইন্নিকহৈবা ঋত্বিক্‌সা। যজমান্‌সা! ঐখোইগী কর্ম্ম অসিদা ঐখোইবু ঙাকপিনবগীদমক, পুকনিংমরুম য়াংবা, মীৎ লীসিং অমা পানবা, থবক অমসুং বুদ্ধিবু ঙাকপিহৈবাবু ঐখোইনা কৌরি। ৩ ॥

ব্যাখ্যা :—মীৎ লীসিং অমা পানবদি রূপনাগী ইন্দ্রতনি, বায়ুদি পান্দে, অহুবু ইন্দ্রগা পুন্না হাঙ্গমন্নবাদগী বায়ুবুসু মীৎ লীসিং অমা পানবাগুম্না ভাবনি। ৩॥

মিত্রং বয়ং হবামহে বরুণং সোম পীতয়ে।

জজ্ঞানা পূতদক্ষসা ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :- বযম্ ( থোঁ তৌরিবা ঐখোঙ্গনা ) সোমপীতযে (সোমরস থকপিনবগীদমক ) জজ্ঞানা ( থবক তৌফমদা লাকপা ) পূতদক্ষসা ( অশেংবা পাঙ্গনকনবা ) মিত্রম্ বরুনম্ ( মিত্র অমসু বরুণবু ) হবামহে ( কৌই ) ।৪॥

অনুবাদ :—সোমথকপিবনবা হাঙ্গদুনা যজ্ঞ—তৌফমদা লাকপা, পাঙ্গন অশেংবা কনবা, মিত্র অমসু বরুণবু যজ্ঞ অসিদা লাকপিয় হাঙ্গদুনা কৌরি। ৪।।

ঋতেন যাবৃতাবৃধাবৃতস্য জ্যোতিষস্পতী।

তা মিত্রা বরুণাহুবে ॥ ৫ ॥

অন্বায়ানুবাদ :— যৌ ( অদুগুম্বা মিত্রাবরুণ অনিনা ) ঋতেন ( অওইবা ৱাহৈ হাঙ্গদুনা ) ঋতাবৃধৌ ( সোইদনা ওইগদবা ওইবা কর্ম্মগী মহৈবু চাও-খৎহনলি ) ঋতস্য ( অওইবা ) জ্যোতিষঃ ( মঙান ) পতী ( ঙাকপানি ) তা মিত্রাবরুণা ( অদুগুম্বা মিত্রাবরুণ অনিবু ) হুবে ( ঐনা কৌরি )। ৫ ॥

অনুবাদ :— মিত্র অমসু বরুণ কৌবা লাই অনিনা যজমানবু থৌজাল-বিদুনা অচুম্বা ৱাহৈনা সোইদনা ফংগদবা ওইবা, যজ্ঞগী মহৈ চাওখৎহনলি,

অমসু অচুম্বা অফবা মঙালবু ঙাকপি অহুত্তবা মিত্রাবরুণ অনিবু লাক্নবগীদমক ঐখোইনা যজ্ঞ অসিদা লাও হাঙ্গৈচুনা কৌরি। ৫ ॥

বরুণঃ প্রাবিতাভুবন্মিত্রো বিশ্বাভিরূতিভিঃ।

করতাংনঃ সুরাধসঃ ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—বরুণঃ ( বরুণনা ) প্রাবিতাভুবৎ ( যাম্না কন্না ঙাকপিসনু) মিত্রঃ ( মিত্রনা ) বিশ্বাভিঃ ( অযাম্বা ) উতিভিঃ ( রক্ষা ঙাকনবা থিবিক তৌদুনা—প্রাবিতাভুবৎ—ঙাকপিসনু ) নঃ ( ঐখোঙ্গৈবু ) সুরাধসঃ ( লন যাম্না লৈবা ) করতাম্ ( মাখোই অনিনা তৌধিসনু ) । ৬ ॥

বরুণনা ঐখোঙ্গৈবু যাম্না কন্না ঙাকপিসনু, মিত্রনা ঐখোইবু ঙাকনবা থবক মযাম তৌদুনা ঙাকপিসনু, বরুণ মিত্র, অনিনা ঐখোইবু লন যাম্না লৈহনবিসনু। ৬ ॥

মরুত্বন্তং হবামহ ইন্দ্রমাসোম পীতয়ে।

সজূর্গণেনতৃংপতু ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—মরুত্বন্তম্ ( মরুৎগণগা লোইনবা ) ইন্দ্রম ( ইন্দ্রবু ) সোমপীতযে ( সোমথক্নবগীদমক ) আহবামহে ( ঐখোইনা যজ্ঞ অসিদা কৌরি ) গণেন ( মরুৎগণগা ) সজুঃ ( লোইনাদুনা ) তৃপন্তু (পেনবিসনু) ।৭॥

অনুবাদ ঃ—ঐখোইনা মরুৎগণগা লোইননা ইন্দ্রবু সোমথক্নাবগীদমক যজ্ঞ অসিদা লেংবিরক্নবা কৌজে, মহাকনা সোমরস থক্কুনা পেনবিসনু ।৭॥

ইন্দ্রজ্যেষ্ঠা মরুদ্‌গণা দেবাসঃ পূষরাতয়ঃ।

বিশ্বেমমশ্রুতাহবম্ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—দেবাসঃ ( হে লাইসা! ইন্দ্রজ্যেষ্ঠাঃ ( ইন্দ্রনা লুচিংবা ওইবা ) মরুদ্‌গণাঃ ( মরুৎ কাংবু ওইবা ) পূষরাতয়ঃ ( পুষানা পীবা )

মিথো ( য়য়াম ওইবা নখোইনা ) মমদবম্ ( ঐনা কৌবা ) শৃণুত (তাউ)।৮॥

অনুবাদ ঃ—হে মরুদ্‌গণ কৌবা লাইসা ! মরুৎ কৌবা লাই কাংবু নখোইদি পুমনা নখোইবু পীবনি, ইন্দ্রনা নখোইগী লুচিংবনি, নখোইপুম্বনা ঐনা কৌবা অসি তাউ। ৮ ॥

হতবৃত্রংসুদানব ইন্দ্রেনসহসাযুজা।

মানো দুঃ শংস ঈশত। ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— সুদানবঃ ( ফজবা দানতৌবা হে মরুৎ কাংলুপ ! ) সহসা ( পাঙ্গনবা ) যুজা ( মতিক চাওবা ) ইন্দ্রেন ( ইন্দ্রগা লোইনহুনা ) বৃত্রম্ ( এক্লাববু ) হত ( নখোইনা মাংহল্লু ) দুঃশংসঃ ( ঐখোইগী ফত্তবা ভাংবা এরুবনা ) নঃ ( ঐখোইবু ) মাঈশত ( ভম্বা ওইদসন্নু )। ৯॥

অনুবাদ ঃ—ফজবা নিংথিবা পীবা ! হে মরুৎ কাংলুপও ! নখোইনা অকনবা মতিক চাওবা ইন্দ্রগা লোইনাহুনা ঐখোইগী এরুবা মাংহনল্লু, এরুবনা ঐখোইবু থিনা ভাংহুনা ঐখোইগী ইথকথোংবা ওইহনবিগনু। ৯ ॥

বিশ্বান্ দেবান্ হবামহে মরুতঃ সোমপীতয়ে।

উগ্রাহি পৃশ্নিমাতরঃ ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—মরুতঃ ( মরুৎগণ কৌবা ) বিশ্বান্ দেবান্ ( লাই পুম্না-মকপু ) সোমপীতয়ে ( সোম থক্লাবাগীদমক ) হবামহে ( ঐখোইনা কৌই ) [ তেচহি ( ইখ্বাইনা খংহুনা ফাওরিবা মরুতসীং অহ্ ) উগ্রাঃহি ( এক্লাবনা খাঙবা ভমদবা পাঙ্গল লৈ ) পৃশ্নিমাতরঃ ( পৃশ্নি—পৃথিবী, আকাশ নত্রগা মেঘ—নোংগী মচানি )। ১০ ।

অনুবাদ ঃ—ঐখোইনা মরুৎগণবু সোমরস থক্লাবগীদমক কৌরি, মাখোইদি উগ্রওইবা য়াম্না কনবনি, পৃশ্নি হাঙ্গৈবদি পৃথিবী নত্রগা আকাশ নত্রগা মেঘ-নোংগী মচানি। ১০ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—সায়ণনা পৃশ্নিবু পৃথিবীনি, হাঙ্গৈ, বি, সি, চাযণ্ডা চাতক্লকী মমাংদা লেংবা সংস্কৃতভাষাগী নিঘণ্টু (কোষ) দা পৃশ্নিগী অর্থদি. আকাশনি হাঙ্গৈ। হুজিকী মতম অসিদা লেংবা নিরুক্তগী টীকাকার Roth নাদি পৃশ্নিগী অর্থদি মেঘ নোংনি, অমুম্না হাঙ্গৈ। ঋগ্‌বেদগী টীকাকার লাংলো-য়ানাস্থ পৃশ্নিগী অর্থদি নোংনি হাঙ্গৈ। ১০ ॥

জয়তা মিবতন্যতুর্মরুতামেতি ধৃষ্ণুয়া।

যচ্ছুভং য়াথনানরঃ ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—নরঃ (হে নেতা মপু ওইবা মরুৎসা।) যূযম্ (নখোইনা) যদ্—যদা (মতম অমুদা) শুভম্ (ফজবা লাঙ্গৈড়াৎফমদা) যাথন (চত্তুনা য়োবা) তদা (মতম অতুদা) জযতাম্ (লান ঙম্নবা লানমীসীংগী খোঞ্জেন) ইব (মতৌগুম্না) মরুতাম্ (মরুদ্‌গণ—দেবতাসীংগী) ধৃষ্ণুযা (নাপনতৌবগা লোইবা) তন্যতুঃ (খোঞ্জেননা) এতি (লাকই)। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—মপু ওইবা। মরুৎগণসা। নখোঙ্গৈনা ফজবা যজ্ঞ তৌফমদা লাকতুনা হেক যৌবা মতমমক্তদা লানঙম্নবা লান্মীসীংগী খোঞ্জেনগুম্বা, নাপন তৌবগা লোইনবা, নখোঙ্গৈ লাকপগী খোঞ্জোন হেক্তা লাকই। ১১ ॥

হস্কাদ্বিদ্যুত স্পর্যতো জাতা অবন্তুনঃ।

মরুতো মৃলয়ন্তুনঃ ॥ ১২ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—হস্কবাৎ (ঙানথোকহনবা) বিদ্যুতঃ (যাম্না ঙানবদগী) অতঃ (অন্তরক্ষদগী) পবিজাতাঃ (মফম পুন্নামক্তগী পোকপা) মরুতঃ (মরুৎসীংনা) নঃ (ঐখোই পুন্নামকপু) অবন্তু (ঙাকপীসনু) মাহুম্না নঃ (ঐখোইবু) মৃলযন্তু (নুঙাইহনসনু)। ১২ ॥

অনুবাদ ঃ—ঙানথোকহনবা, যাম্না ঙানবা নোংথাংদগী অতিযা অহাংবদা পোকপা মরুৎসীংনা ঐখোইবু ঙাকপীসনু, মামুম্না ঐখোইবু নুঙাইহন-বিসনু। ১২ ॥

আপূষঞ্চিত্রবর্হিষ মাঘৃণে ধরুণংদিবঃ।

আজানষ্টং যথা পশুম্ ।। ১৩ ।।

অন্বয়ানুবাদ ঃ—পূষণ্ ( হে মুমিৎ ! ) চিত্রবর্হিষম্ ( ফজবা দর্ভময়ামগা তিন্নরবা ) ধরুণম্ ( যাগবু মহাক্না পুবা ) সোমম্ ( সোমরসবু ) দিবঃ আ ( দ্যুলোকুগী লৌরোলাও ) আঘৃণে ( হে অরাকপা মঙাম্না তিনবাও ! ) অজ ( হে চৎতুনতা লৈবা ! ) যথা ( মাদুম্না ) নষ্টম্ ( মাংখ্রবা ) পশুম্ ( শাবু ) আ ( অবাপ্পদগী উরগা লৌবা ) তথা ( মাদুগুম্না লৌ )। ১৩ ॥

অনুবাদ ঃ—হে অঙানবা ! হে থুনা চৎপা মুমিৎও ! কনাগুম্বনা মষণ মাংখরগা থিদুনা লৌবাগুম্না কুশ মযাম যাওবা, অমসু যজ্ঞবু মহাকনা পুবা সোমবসবু অতিযাদগী লাকতুনা লৌবোলাও। ১৩ ॥

পূষারাজানমাঘৃণিরপগূহ্লংগুহাহিতম্।

অবিন্দচ্চিত্রবর্হিষম্ ।। ১৪ ।।

অন্বয়ানুবাদ ঃ—আঘৃণিঃ ( অঙানবা ) পূষা ( সূর্যনা ) অপগূহ্লম্ (য়াম্না থুপখরবা ) গুহাহিতম্ ( গুহাগুম্না চংঙমদবা দ্যুলোকতা লৈবা ) চিত্রবর্হিষম্ ( ফজবা দর্ভগা তিন্নববা ) রাজানম্ ( সোমবু ) অবিন্দৎ (ফংখি) ।১৪।।

অনুবাদ ঃ—অঙানবা পুষা—সূযনা যাম্না থুপখরবা, গুহাগুম্না চংঙমদবা দ্যুলোকতা লৈবা, ফজবা দর্ভ কুশ তিন্নববা সোমরস ফংখি। ১৪ ॥

উতোসমহ্যামন্দুভিঃষড্যুক্তাঁ অনুসেষিধৎ।

গোভির্যবং নচর্কৃষৎ। ১৫ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—উতো ( অমসু ) সঃ ( পুষা—সূর্যনা ) মহ্যম্ (যজমান ঐগীদমক ) ইন্দুভিঃযুক্তান্ ( যোগগী হেতু ওইবা সোম খিবিক্তা তিন্নারবা) ষৎ ( বসন্তনাচিংবা ঋতু খিবিকপু ) অনুসেষিধৎ ( মথংমনাও নাইনা হম্না

হন্না ওইহনা লৈ ) গোভিঃ ( ষণলাবাসীংনা ) যবম্ ( যব ফংনবগীদমক ) চর্কৃষৎ ( চহি খুদিংগী খোইহনা উবা , ন ( মাহুত্তুমই ) । ১৫ ॥

অনুবাদ :—লৌউবাসীংনা ষণলাবগা লোইনাহুনা যব ফংননাবগীদমক যবকী লৌবুকপু হন্না হন্না খোইবাগুম্না পুবা—হুমিৎনা ঐখোইগীদমক সোম—থাপা লোইনাহুনা মথং মথং ঋতু তরুকমক হন্না হন্না লৌই। ১৫ ॥

অম্বয়ো যন্ত্যধ্বভির্জাময়ো অধ্বরীয়তাম্ ।

পৃঞ্চতীর্মধুনাপয়ঃ ॥ ১৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—জাময়ঃ ( ঐখোইগী ফনবা তৌবিবা বন্ধু ওইবা ) মধুনা ( মহাও অথুম্বনা তিন্নবা ) পয়ঃ ( মখোম্বু ) পৃঞ্চতীঃ ( ষণবীনা-চিংবদা লৈহনবী ) অধ্বরীয়তাম্ (যজ্ঞ তৌনিংবা ঐখোইগী ) অম্বযঃ (ইমাগী মশক ওইবী ঈসীংনা ) অধ্বভিঃ ( লাই ঈডাৎপা লম্বৈননা মরম ওইহনা ) যন্তি ( চৎলি ) । ১৬ ॥

অনুবাদ :—যজ্ঞবু ঐখোইগীনি, হাঙ্গনা নিংবা ঐখোইগীদি ঈশিংনা ইমানি, অমরোমদা হাঙ্গয়গা ঈসীংনা ঐখোইগী ফনবা তৌবি, মাদোমদা হাঙ্গয়গানা ঈসিংদি ঐখোইগী চাম্নবা মরুপনি, মহাকী অথুম্বা মহাওনা ষণবীনাচিংবদা অহাওবা মখোম ওইনা লৈ, অহুগুম্বা ঈসিংনা লাইঈড়াৎপ্যাগী লম্বৈনদা চৎলি—হোম তৌবা মফমদা চৎলি। ১৬ ॥

অমূর্যাউপসূর্যে যাভির্বাসূর্যঃ সহ।

তানোহিন্বন্ত্বধ্বরম্ ॥ ১৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—যাঃ অমূঃ ( অহুগুম্বা ঈসিংসীংনা ) সূর্যেউপ (হুমিৎকী মনাক ওইনা লৈ ) যাভিঃ ( ঈসীং খিবিক্কা ) সহ ( লোইনাহুনা ) সূর্যঃ ( সূর্যনা লৈ) বা ( অমদি ) তাঃ ( অহুগুম্বা ঈসিংসীং অহুনা ) নঃ ( ঐখোইগী ) অধ্বরম্ ( যজ্ঞবু ) হিন্বন্তু ( পেনসনু ) । ১৭ ॥

অনুবাদ :—ঈশিংনা হুমিৎকা লোইনাহুনা লৈ, মাহুম্না নত্রগা হুমিৎনা

ঈসিংগা লোইনাহুনা লৈ, অহুগুম্বা ঈসিংনা ঐখোইনা তৌরিবা যজ্ঞসিবু চানাযসন্থু। ১৭ ॥

অপোদেবীরুপহ্বয়ে যত্রগাবঃ পিবন্তিনঃ।

সিন্ধুভ্যঃকর্ত্বংহবিঃ ॥ ১৮ ॥

অন্বযানুবাদ :—নঃ (ঐখোইগী) গাবঃ (ষণবীসীংবা) যত্ত (অহুগুম্বা ঈসীংদা) পিবন্তি (থকই) তাঃ অপঃ দেবীঃ (অহুগুম্বা ঈসিং দেবীবু) উপহ্বয়ে (ঐনা কৌই) সিন্ধুভ্যঃ (মহীচেনবা ঈসিং কৌবা লাইসীংগী দমক) হবিঃ কর্ত্তম্ (হবিঃ পীগদবনি)। ১৮ ॥

অনুবাদ ঃ—ঐখোইগী ষণসীংনা ঈসিং থকই, ঈসিং অহুবু ঐখোইনা লাও হাঙ্গীহুনা কৌই, মহিচেনবা ঈসিং কৌবা লাইদা ঐখোইনা হবিঃ পীগদবনি। .৮ ॥

অপস্ব ১ন্তরমৃতমপ্ সুভেষজমপামুতপ্রশস্তয়ে।

দেবা ভবতবাজিনঃ ॥ ১৯ ॥

অন্বযানুবাদ :—অপ্সু (ঈসিংদা ( অন্তঃ (মনুংদা) অমৃতম্ (শিদ হিদাক লৈ) অপ্সু (ঈশিংদা) ভেষজম্ (হিদাক লৈ) উত (অমসু) অপাম্ (ঈসিং লাইসীংগী) প্রশস্তযে (থাগৎনবগীদমক) দেবাঃ (হে ব্রাহ্মণসা!) বাজিনঃ (য়াম্না থুবা) ভবত (ওইয়ু) হাঙ্গীবদি লৈসি-লৈথোনলু)। ১৯।

অনুবাদ ঃ—ঈসিংদা অমৃত লৈ মাতম্না অনাঅয়েক কোক্নবা হিদাকসু লৈ, অহুনা হে ব্রাহ্মণ লাইসা! থিল্লগম্ব—থুরো—লৈসিলৈথোনলু। ১৯॥

অপ্সুমেসোমো অব্রবীদন্তর্বিশ্বানি ভেষজা।

অগ্নিংচ বিশ্বশংভুবমাপশ্চবিশ্বভেষজীঃ ॥ ২০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অপ্সু ( ঈসিংদা ) অন্তঃ ( মনুংদা ) বিশ্বানিভেষজা ( হিদাক পুন্নামকন্সনা লৈ ) মে ( মন্ত্র উবা ঐঙোন্দা ) সোমঃ ( সোম কৌবা লাইনা ) অব্রবীৎ ( হাঙ্গী ) মাহুম্না বিশ্বশংভুবং ( তাইবং পুম্বাবু মুঙাই-হনবা ) অগ্নিম্‌চ ( মৈবুম্ন ঈসিংদা লৈ হাঙ্গীনা সোমনা হাঙ্গী ) বিশ্বভেষজীঃ ( হিদাক পুন্নামকী মশক ওইবা ) আপঃচ ( ঈসিবুস্ন হাঙ্গী ) ২০ ॥

অনুবাদ ঃ—মন্ত্রউবা ঐঙোন্দা সোমনা হাঙ্গী, মাহুদি ঈসিংদা হিদাক পুন্নামক লৈ, তাইবং পুম্বাবু মুঙাইহনবা মৈম্ন ঈসিংদা লৈ, হাঙ্গী, ঈসিং হাঙ্গীবাসি হিদাক পুম্বাগী মশকনি, হাঙ্গী। ২০ ॥

আপঃ পৃণীতভেষজং বরূথংতন্বেতমম ।
জ্যোক্‌চসূ সূর্যংদৃশে ॥ ২১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—আপঃ ( হে ঈসি সা ) মম ( ঐগী ) তন্বে ( হকচাংগী দমক ) বরূথং ( অনাবচংদনবা ) ভেষজম্ ( হিদাক ) পৃণীত ( যামথৎহল্লু ) জ্যোক্ ( কুইনা ) সূর্যম্ ( নুমিৎপু ) দৃশে ( উনবগীদমক ) । ২১ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ঈসিংও ! ঐগী হকচাংগী অনাবা কোকুবা হিদাক য়ামথৎহল্লু, মরমদি ঐনা নুমিৎপু মতম কুইনা উনবগীদমকনি। ২১ ॥

ইদমাপঃ প্রবহতযৎকিঞ্চ দুরিতংময়ি ।
যদ্বাহমভি দুদ্রোহ যদ্বাশেপ উতানৃতম্ ॥ ২২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ময়ি ( যজমান ঐঙোন্দা ) যৎ কিঞ্চদুরিতম্ (থংদনা তৌখিবা পাপ ) বা ( অমদি ) অহম্ ( ঐনা ) অভিদ্রোহঃ ( থংনা থংনা অতোপ্পবু ফত্তনবা তৌখিবা পাপ ) বা ( অমদি ) শেপে ( সাধুজনদা চৈথিবা) উত ( অমসু ) অনৃতম্ ( চুমদবা হাঙ্গীখিবা ) [ ইদং ( সর্ব্বাপরাধজাতং —( অসিগুম্বা অপরাধ ময়াম্বু ] আপঃ ( হে ঈসিং ! ) প্রবহত ( ঈচেন ওইনা পুথোকপিখরো ) । ২২ ॥

অনুবাদ ঃ—হে ঈসিংও ! ঐঙোন্দা লৈবা থংদবদগী তৌখিবা পাপ,

উতয়ো মানুষেষ্বায়শশ্চক্রে অসাম্যা।

অস্মাক মুদরেষ্বা। ১৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—উত ( অমসু ) যঃ ( বরুণনা ) মানুষেষু ( মীপুন্নামক্তা) যশঃ ( চানবা চীঙাকপু ) আচক্রে ( পুন্নামক্তা বাংতনবা তৌবা ) সঃ ( অদুগুম্বা বরুণনা ) আ ( পুম্নমক্তা ) অসামি ( রাংহনদে ) অস্মাকম্ ( ঐখোইগীনা ) উদরেষু আচক্রে ( ঐখোইগী পুকথম্নবাবুনা থোইদোকনা তৌই ) । ১৫ ॥

অনুবাদ :—বরুণদেবনা থবাইপানবাপুম্বগী অমসু থোইদোক্নমক ঐখোই পুম্নামক্কীদমক চীঙ্গাক য়াম্না থৌরাং তৌদুনা থমই। ১৫ ॥

পরামেয়ন্তিধীতয়ো গাবোনগব্যূতীরনু।

ইচ্ছন্তীরুরুচক্ষসম্। ১৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—উরুচক্ষসম্ ( ময়াম্না এংনবা ওইবা ) বরুণম্ (বরুণবু) ইচ্ছন্তীঃ ( পাম্বা ) মেধীতয়ঃ ( শুনশেপ ঐগী বুদ্ধিনা ) পরায়ান্ত ( মাই ওন্থোকপা লৈতনা চংলি ) গাবঃ ( ষণবী ময়াম্না ) নগব্যূতীঃ অনু ( যজোন তম্না চংপাগুমই )। ১৬ ॥

অনুবাদ :—পুম্নামক্না বরুণবু এংগদবনি, ষণ পুম্নামকনা যজোনগী মাইকৈ অকোইবদা এংতুনা চংপাগুম ঐগী রাখম্না হন্দোকপা লৈতনা বরুণগী মাইকৈ অকোঙ্গবদা চংতুনা লৈ। ১৬ ॥

সংনুবোচাবহৈপুনর্যতোমেমধ্বাভৃতম্।

হোতেবক্ষদসে প্রিয়ম্॥ ১৭ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—যতঃ ( মরম অদুদগী ) মে ( ঐগী হিংনবগীদমক ) মধু ( অহাওবা হবিবু ) আভৃতম্ ( চংখোম্না লেমলে ) হোতা ইব ( হোম

তৌবনা তৌবগুমা ) প্রিয়ম্ ( পান্নবা ওইবা হবিবু ) ক্ষদসে ( নংনো চাই ) চান্নুনা পোন্নবা নহাকহ্ন হিংলেবা ঐহ্ন 'মু' ( সোইদনা ) সংবোচাবহৈ ( চংখোম্না ব্বাম্নি শানসি ) ।। ১৭ ।।

অনুবাদ :—হে বরুণ ঐগী হিংনবগীদমক নত্তোন্দা পিনবা হাওয়বা হব্য অসি সেমলে, ময়ম অসিনা হোম তৌরিবা মী অসিগুম্বা নংনা অহাওবা, হব্য অসি চাও, অদুগা ঐখোই অনি মুত্তাইনা য়াত্তাংনসি । ১৭ ।।

দর্শংনুবিশ্বদর্শতংদর্শংরথমধিক্ষমি ।

এতাজুষতমেগিরঃ ।। ১৮ ।।

বিশ্বদর্শতম্ ( পুম্নামক্না উনিংবা ঐখোইবু থৌজান্দুনা উহনবিবা বরুণবু) দর্শংনু ( ঐ উরে ) ক্ষমি ( থৌজানবী পৃথিবীদা ) রথম্ ( বরুণনা তোংবা রথ ) অধিদর্শম্ ( ঐ য়াম্না উরে ) এতাঃ ( হাঙ্গৈরিবা ) গিরঃ ( ঐগী লৈসিলৈথোনবা য়াহৈ আস ) জুষত ( বরুণনা লৌবিরে ) । ১৮ ।।

অনুবাদ :—ঐ, পুম্নামক্না এংনিংবা—ফজবা বরুণ উরে, লৈপাক মথক্তা ঐ বরুণগী রথ উরে, ঐনা লৈসিলৈথোনজবস্তু বরুণনা লৌবিরে । ১৮ ।।

ইমংমে বরুণ শ্রুধীহব মদ্যাচ মৃলয় ।

ত্বামবস্যু রাচকে ।। ১৯ ।।

অন্বয়ানুবাদ :—বরুণ ( হে বরুণ ! ) মে ( ঐগী ) ইমম্ হবম্ ( কৌজবাসিবু ) শ্রুধি ( নহাকনা তাবিয়ু ) অদ্য (ঙসি ) মৃলয ( ঐখোইবু মুত্তাইহনলু) অবস্যুঃ ( ঙাকপিবা পামদুনা ঐনা ) ত্বাম্ ( নহাকপু ) আচক্রে ( মাইওনশিন্দুনা লৈসিলৈথোনজরি ) । ১৯ ।।

অনুবাদ :—হে বরুণ ! ঐনা কৌরিবা অসি তাবিয়ু, ঙসি ঐবু মুত্তাইহনবিয়ু, ঐবু কনহনবিংদুনা ঐনা নহাকপু লৈসিলৈথোনজরি । ১৯ ।।

ত্বং বিশ্বস্যমেধিরদিবশ্চগ্মশ্চ রাজসি ।

সয়ামনিপ্রতিশ্রুধি ।। ২০ ।।

ঐনা অশ্রাবদো তৌখিবা পাপ, মীবু মাওবা, কস্তুৰবা তৌখিবা পাপ ঐনা অকবা মীবু চৈখিবা পাপ, কন্দিগুবা ওইকবা ভাংখিবা পাপ, অসিগুবা ঐগোন্দা লৈবা অয়ানবা পুৰবু নংগ্ৰা কোকপিয়ু। ২২॥

আপো অস্মান্ব্রহ্মচারিণং রসেন সমগস্মহি।

পয়স্বানগ্ন আগহি তং মা সংসৃজ বর্চসা ॥ ২৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অদ্য (ওসিগী মুমিত্তা) অবভৃথশীদমক 'আপঃ' (ঈসিংদা) অনুব্রচারিণম্ (মনুংদা কুমলে) রসেন (ঈসিংচাইছুনা) সম্ অগস্মহি (চংখোয়া ঈসিংগা তিন্নাবে) অগ্নে (হে মৈও!) পয়স্বান্ (ঈসিংদা লৈরু বন্দিন্দ পয়ঃগা তিন্নারবা নংনা) আগহি (অবভৃথগী থবক অসিদা নং লাক্ত) তম্ মা (অদুগুম্বা ঐবু) বর্চ্চসা (নঙাননসানা) সংসৃজ (তিন্নয়ে)। ২৩॥

অনুবাদ :—ঐ ওসিদি অবভৃথস্নান তৌগে হাঈছুনা ঈসিং মনুংদা লৈরে, মাহুম্না ঈসিংগী রসগা ঐগা তিন্নারে, হে ঈসিংগা তিন্নদা লৈবা হে মৈও! অসিগুম্বা ঐগী থবক অবভৃথ কৌবা ঈরুবা অসিদা ঐগোন্দা ইভিক-ইগুন লৈহনবিয়ু। ২৩॥

সংমাগ্নেবর্চ্চসা সৃজ সং প্রজয়া সমায়ুষা।

বিদ্যুর্মে অস্য দেবা ইন্দ্রোবিদ্যাৎ সহঋষিভিঃ ॥ ২৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—অগ্নে (হে মৈও!) বর্চ্চসা (ইচা পুমসিবনাচিংবনা) মা (ঐবু) সংসৃজ (তিনহল্লু-লৈহনলু) দেবাঃ (সোম থকপা লাইসীংনা) অস্য মে (যজমান ঐগী) অস্যু: (ঐগী অনুষ্ঠান—তৌরিবা থবকপু খংবিনয়ু) ইন্দ্রঃ (ইন্দ্রনা) ঋষিভিঃ (ঋষিসীংগা লোইনাহুনা) বিদ্যাৎ (ঐবা তৌৰবা অনুষ্ঠান—থবকসিবু খংবিবা ওইসনু)। ২৪॥

অনুবাদ :—হে মৈও! ঐবু ইভিক-ইগুন লৈহনবিয়ু, ইচা-ঈমচা, পুন্নসিনবিয়ু, মাহুসি ইন্দ্রনা ঋষিসীংনাহু ঐবু ইথৌ তৌরিবনি, হাঈবা খংবিনবনি।২৪॥

মাসিদা মঙাসুবা অনুবাক লোইরে।

## ৬ অনুবাক। ২৪ সূক্ত। অগ্নিনাচিংবনা দেবতানি, মাসিদগীনা ৩০ সূক্ত ফাউবা অজিগর্তগী মচা শুনশেপনা ঋষিনি।

কস্য নূনং কতমস্যামৃতানাং মনামহে চারুদেবস্যনাম

কোনো মহ্যা অদিতয়েপুনর্দাৎপিতরংচদৃশেয়ং মাতরংচ ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—[ বয়ম্ – শুনঃ শেপ কৌবা ঐখোইনা ,—অমৃতানাম্ ( লাইসীংগী মরক্তা ) কতমস্য ( ব৭২। জাংকী ) কস্য ( কবস্বা ) দেবস্য ( লাইগী ) চারুনাম ( ধজবা মিং ) নূনম্‌মনামহে ( ঐখোইনা সোনসিবা ) কঃ ( করম্বা লাইনা ) নঃ ঐখোই শিগদোববা ঐবু ) পুনঃ ( অমোকহন্না ) মহ্যে ( মতিকচাওবা ) অদিতয়ে ( পৃথিবীগীদমক ) দাৎ ( পিগদবা ওইবা, হাঙ্গীবগী অর্থদি,– মাহুন্না পীবিবা অহুনা পৃথিবীদা লৈহনবিহুনা শিত্রবা ঐনা ) পিতরম্‌চ ( ইপাব্ মাতরম্‌চ ( ইমা ( স্য ) দৃশেয়ম্ ( উগনি ) ॥১॥

অনুবাদঃ—লাইসাংগী মবক্তা ববম্বা লাইমিং শোনাসবা, কবম্বা লাইনা বলি তৌহুনা হাৎতুনা শিগদোববা ৫ন মালেম লৈমাও মথক্তা লৈহনবিহুনা ঐনা ইপা ইমাবু উবা ফংজগবা? ১ ॥

ব্যাখ্যা— ২৪দগীনা ৩০ সূক্ত ফাউবাগী বক্তাদি শুনশেপ (ফ) ঋষিনি। মহাকপু বলি তৌহুনা বরুণদা পীথোক্লমদাইদা মানা শিনিংদাহুনা তেংথাহুনা কপ্পা অহু ওইনা ঋগমন্ত্র অসিনা হাঙ্গরি, ঋগমন্ত্র অসিগী মিতৈ লৈপাক মণিপুর অমস্য মাডোন্দা লৈবা মিতৈসীংগা যাম্না নকবা থানবা যাদবা মড়ী লৈনৈ, অহুনা রাফম অসিব পুবাণনাচিংবনা ব্যাখ্যা তৌবা অহু সন্দোক্না ইবি। শ্রীমদ্ভাগবত নবমস্কন্ধদা সূর্যবংশগী নিংথৌসীং থারকপদা ৭ অধ্যায়দা হাঙ্গী। মাহুদি ত্রিশঙ্কুনা হরিশ্চন্দ্র পোকই, নিংথৌ অসি মচা পোক্তে, যাম্না ৱারে, নারদনা বরুণদা হাঙ্গীজে অহুগা পোকনি তাকপিরে, হরিশ্চন্দ্রনা বরুণদা ইচানিপা পোকচগে, বর নিরে, মাসিবু হরিশ্চন্দ্রনা বরুন্দা হাঙ্গীজে, মাহুদি, ঐগী ইচা নিপা পোক্লগা ইচা অহুনা পশু ওইহুনা বলি তৌহুনা নংবু ঈড়াৎচগে হাঙ্গীরে, অদি হাঙ্গীহুনা ৱাশকলে,

বরুণ লাকতুনা হরিশ্চন্দ্রদা হাঈরে নচা পোকলে, ঐরু লাংলো, অভাং পোকলে, হুজিক য়ুমাংলি, যাদরি, খুমই, য়ুমশেংলগা বরুণনা হাঈরে. য়ুমশেংলে, নচাপিরো, হাঈরে, হরিশ্চন্দ্রনা খুমই, পশু ময়া হৌদরি মাংই. য়াদরি, বরুণনা ময়াহৗরে পিবো, হাঈরে, ময়া সিনলগা শেংগনি, মাংলি, হাঈরে, শাগী ময়া শিনলে পীবো হাঈব, ক্ষত্রিয় মচাদি লানগী ফিজোন কবচ লিংতুনা খুংলাই পাইদরিবা মখৈ মাংই, মাসুম তৌতুনা মথং মথং হেনগৎলকপা মচাগী প্রেমনা মপুকনিং সুমহৎতুনা হাঈবা অদু বরুণনা ভাইখি। মচা রোহিতনা মপানা তৌনিংলিবা থবক অদু থংলতুনা মথন্নাই হিংনবগীদমক বনদা চেনখবে। মপা হরিশ্চন্দ্রবু বরুণনা মীনমই, হাঈতুনা সাওরতুনা মপাবু মপুক কংথৎপা লাইনা ফ্গাম থংহনলে,। মপাগী অন্নাবা্ তাবে হাঈবা বোহিতনা তাবতুনা ৶ য়ুমদা চৎলগে হাঈতুনা খুদংতান্না লাকখি। মাতু উবদা ইন্দ্রনা বোহিতপু য়ুমদা হল্লকনু, চৎলু হাঈতুনা খামখি। ইন্দ্রনা রোহিতপু পৃথিবীদা তীর্থসেবা তৌতুনা কোইবদি পুন্যনি, তাকই, রোহিতনা ইন্দ্রনা খাম্বা যারতুনা চহি অমা চুপনা বনদা লৈখি। মাসুম তৌতুনা বোহিতনা চহি অমা সুবগা মযুমদা চৎলগে হাঈতুনা হল্লকই, মাদুম্না হল্লকপদা ইন্দ্রনা হল্লকনু, হাঈতুনা খামই, মাসুম্না চহি অমামম লৈরগা অমোক অমোক হল্লকই,—ইন্দ্রনা বোহিতবু হল্লকপা খুদিংদা খাল্লকই, মাসুম্না চহিমঙা তৌবকই। তরুকসুনা বনদা লৈরবদা অকোনবা তরুকসুবা চহিদামপাগী কোনুংদা হল্লকই, অদুগা অজিগর্ত কৌবা দেশদগী শুনঃশেপ কৌবা মাগী মচুৎ সিন্নবা ব্রাহ্মণমচা অমাপী অদুনা মচাগী মচুৎসিন্দুনা নবমেধযজ্ঞ তৌদুনা মপানা বরুণনাচিংবা দেবতাবু ঈডাংখি। মাসুম তৌতুনা হরিশ্চন্দ্রগী মপুক কংথৎপা অনাবা অদু কোকখি। অসিগুম্বা হরিশ্চন্দ্রগী অচৌবা কথা অসি থোকখি। অসিগুম্বা কথা অসিদা হাঈরিবা শুনঃশেপ কৌবা হরিশ্চন্দ্রগী মচা রোহিতগী মচুৎসিনবা ব্রাহ্মণ মচাবু হরিশ্চন্দ্রনা তৌবা নবমেধ যজ্ঞ অদুদা বলি তৌগদবগী বলি তৌফমদা পুসিল্লবদা "শুনঃশেপ" ব্রাহ্মণ মচা অদুনা—মাবু বলি তৌরমদাই ওইববদা হাঈবা য়াফম অদু আলোচা খাগ অসিনা হাঈরিবা অসিনি। শ্রীভাগবত নবমস্কন্দদা অধ্যায় ১৬তা হরিশ্চন্দ্রগী যজ্ঞদা বলি

তৌগদৌরিবা শুনঃশেপবু বিশ্বামিত্রনা তাকতুনা শুনঃশেপনা বরুণবু আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিনা লৈসিলৈথোনবদগী বরুণনা শুনঃশেপবু হাংকদবদগী কনবিখি। অদুগা মহাকপু বিশ্বামিত্রনা মচা ওইনা লৌশিনখি। অসুম্বা শ্রীভাগবতনা হায়ী।

হরিশ্চন্দ্রগী মচা রোহিতনা মমুমদা হন্নকপদা ইন্দ্রনা ব্রাহ্মণ হমুম্বা সাহুনা থাম্বগী ৱাকম অসি ঋগ্‌মন্ত্রগী ঐতরেয় ব্রাহ্মণদা ৱাকমসি কৌ-থংতুনা মতাং অসিবু সন্দোক্না ব্যাখ্যা তৌই,—

রোহিতনা বন চৎপদগী ৱারহুনা মমুমদা হন্নক্লবদা ইন্দ্রনা লিপা সাহুনা লম্বেনদা কৌহুনা হায়ী,— "চরৈবেতি চরৈবেতি"— চৎলু, চৎলু, হন্নকনু লম্বেনদা চৎলু। "ইন্দ্রঃ ইচ্চারতঃ সখা।" লম্বেন চৎলিবগী ইন্দ্রনা সখানি।

ইন্দ্রনা হায়ী,—মানা শ্রান্তায় শ্রীরস্তীতি রোহিত শুশ্রুম।

(১) পাপো নৃষদ্বরোজন ইন্দ্র ইচ্চরতঃ সখা, "চরৈবেতি"

হে রোহিত! ঐখোইনা কুইরে, তারকপা, পংচৎতা চৎতুনা ৱারবা, মীদী, মথমথা থামলবা শ্রীসম্পত্তি থোবকই, অথোইবা মীসু ওইসনু কুমতনা হিপতুনতা লৈরবদি মী অদু কৈন্নলৈতবা তুচ্ছ ওইরকই। লম্বেন্দা চৎলু, চৎলু, মহাক্কী ইন্দ্রনা সখানি, লম্বেনদা পংচন্তা চৎলু, চৎলু।

(২) পুষ্পিণ্যৌচরতোজঙ্ঘে ভূষ্ণুরাত্মাফলেগ্রহিঃ।

শেরস্যসর্ব্বেপাপ্মানঃশ্রমেণপ্রপথেহতাশ্চরৈবেতি ॥

হে রোহিত! ঐখোইনা তারকপা কুইরে লম্বেন চৎপা মীগী খুকঙ অমিদা মপান শাৎলি, মাগী আত্মাদি চাওই, মাসুম্বা ভৌহুনা মাহুগী মহৈদি মামা চাওনা য়াম্লি, মী অদুগী পাপতি লমচৎপগী চোকথহুইথাবনা হাং-তোকতুনা লম্বেনদা তাহনা তুমতুনা লৈহৌই। লম্বেনদা চৎলু, চৎলু।

(৩) আস্তেভগআসীনস্যোর্দ্ধস্তিষ্ঠতিতিষ্ঠতঃ।

শেতেনিপদ্যমানস্য চরাতি চরতো ভগশ্চরৈবেতি ॥

কম্মহুনা লৈবা মীগী মরাইপক্তি ফমই, হৌরংতুনা লেপজগা মরাই-পকনু হৌরংতুনা লেপই, হিপতুনা লৈবগী মরাইপকনু হিপতুনা লৈ, অদুচৎপা মীগী মরাইপকনু চৎলি, লম্বেন্দা চৎলু, চৎলু।

(ঙ) কলিশয়ানো ভবতি সঞ্জিহানস্তু দ্বাপরঃ।
উত্তিষ্ঠন্ ত্রেতা ভবতি কৃতং সম্পদ্যতে চরংশ্চরৈবেতি॥

হিপদুনা লৈবদা কলি, মীকপথোকপদা দ্বাপর, হৌগৎতুনা লেপ্পদা ত্রেতা, মথোৎথাংতুনা চৎপদা কৃত—সত্যনি, মখৈনদা চৎলু, চৎলু।

(চ) চরন্‌বৈ মধুবিন্দতি চরন্ স্বাদুমুদুম্বরম্।
সূর্যস্য পশ্য শ্রেমাণং যোনতন্দ্রায়তে, চরংশ্চরৈবেতি।

অচৎপনা অথুবা অমৃত ফংই, হুমিৎ অসি এংউ, হুমিৎনা পুম্নামক্কী ইহেন লেমাইকৈ, মান্না হুমিৎচুপ্পা চত্তুনদা লৈবনা ওহাকনু অন্দে অবেন্না চৎলু, চৎলু।

অথক্তা উৎলিবা ঋগ্বেদ ঐতরেয় ব্রাহ্মণগী বচনশিং অসিদা মায়া পুক্কথবা অর্থ অমা থংহনলি, মাহুদি,—পদ্য অসিগী অনুবাদ মথিংবা পদ্যদা হাইবা, কলি, দ্বাপর, ত্রেতা অমসুং কৃত—সত্য অচুবা মাহে মরি অমি, মসিগী অসিদা ইথ্বাইনা থংনরিবা কলিনাচিংবা যুগ অসিগী মমিংনি, তৌই-থবগী অর্থাদ চৎনরিবা ইথ্বাইনা থংনরিবা অর্থ অসিগদি বেদনা হাইরিবা অর্থগা মান্নদে। পাঠকশিংনা বেঙ্কটেশ বাপুজীগী ইন্ডিয়ান এণ্ড ফোরেন ক্রোনোলোজীদা পাবিয়ু। ঐখোইনা মতাং অসিদা থিতেগী পুয়ানা ব্যাখ্যা তৌরি, মাহুদি কলি, দ্বাপর, ত্রেতা অমসুং কৃত = সত্যবু মিতৈ পুয়ানা হয়িচক হয়াচক, থুনংচক অমসুং লাংবাচক কৌই। অহুনা মরি অসিবু চক মরি কৌই। চক্ হাইবদি জগ = যগ = যজ্ঞ হাইবনি, আর্যশিংগী গবাময়ন যুগতা হুমিৎ ৩৬৫¼ না সৌরবৎসর অমা ওইবা অসিগী প্রুতংবৎসরদা হুমিৎ ৩৬৬ গা চহি ওইবাগী কোয়বগীদমক কলি, দ্বাপর, ত্রেতা অমসুং কৃত মাহু হাইত্রগা সত্য কৌবা চহিহৌবা হুমিত্তা আর্যশিংনা যজ্ঞ মথল মরি তৌরমই। অহানবা চহিদা হুমিংতাবদা চহি হৌবগী যজ্ঞ তৌই, মাহুবু কলি কৌই, মথংগী চহিদা নোংয়াইদা চহি হৌবগী যজ্ঞ তৌই, মুম মহুবু দ্বাপর কৌই। অহুমশুবা চহিনা হুমিৎ থোকপদা চহি হৌবগী যজ্ঞ তৌরমই, মাহুবু ত্রেতা কৌই, মথংগী চহিদা হুমিৎয়ুংবদা চহি হৌবগী যজ্ঞ তৌরমই, মাহুবু কৃত মাহু হাইত্রগা সত্য কৌরমই। মাসি বি, সি, ৩১০০ দগীনা ১২০০ ফাওবা চৎলারমই, মাসি ইন্ডিয়ান ক্রোনোলোজিদা হাইরবনি।

লোৎথরবা ঋগ্বেদ ঐতরেয় ব্রাহ্মণগী মন্ত্রসুবা "কলিশয়ানঃ" হাইবা

শ্রুতি অসিগী বৈজ্ঞানিকভিত্তিদা ব্যাখ্যা তৌবদগী মহাকী তাৎপর্য চিংনবা লৈতনা খংলে, মাহুদি, মীওইবনা তুমদুনতা লৈরবদি, মশা পুম্মাং মাংলে, মাপোকপগী মপোক অসিদা মাংবা নত্তনা করি অমত্তা ওইদরে। হিপতুনা লৈরবমু তুম্বা তৌদাদুনা মাখন তৌতুনাত্তা লৈরবামু খরা অফবা লৈ, মাহুদগী কমুৎ থাদোকতুনা হৌগৎলবদি লাইপক ফবাগী মকন্থনলে, চৎতবু চৎলবদি সোইদনা মী অহু লাইপকফবা মহৈ যানলে, মাসিনা শ্রুতিগী তাৎপর্যনি। *

ঐথোইনা প্রসঙ্গসঙ্গতিন্যাযনা হরিশ্চন্দ্রগী মচা রোহিতনা মপাগী মুগাম থুংহনা যাম্না ৱারে, হাঈবা তাদুনা বনদগী চহি খুদিংগী অমোক অমোক হন্নকপদা ইন্দ্রনা বনদা ব্রাহ্মণ হনুবা ওইনা লাকতুনা খামলবদা ইন্দ্রনা হাঈবা ঋগ্বেদ ঐতরেয ব্রাহ্মণ শ্রুতি খরা লৌখৎতুনা মাহুদা হুজিক্তি হরিশ্চন্দ্রগী মচা রোহিতনা মাগী মহুৎসিন্নাবা শুনঃশেপ (ফ) কৌবা ব্রাহ্মণ মচাবু বলি তৌরমদাইদা বিশ্বামিত্রনা তাকতুনা শুনঃশেপনা বরুণদা হাঈজহনা ব্রাহ্মণ মচা অসি হিংই, অসুম্না শ্রীভাগবতনা হাঈ। আলোচ্য ঋগ্মন্ত্র অসিনা মাবু হাৎপিদনাবগীদমক শুনঃশেপনা দেবতাদা লৈসিলৈথোনলি, হাঈরি।

ঐথোইনা মথক্তা লৌখৎলিবা ব্যাখ্যা অসি শ্রীভাগবতনা তৌবা ব্যাখ্যাগী মত ইন্না ঋগ্মন্ত্রসিবু ব্যাখ্যা তৌই, অদুগা মাসি ঋষি বাল্মিকিনা রামাযণদা

---

* ইথ্বাইনা হাঈনাবাদদি ১ সত্য-কৃত, ২ ত্রেতা, ৩ দ্বাপর অমসুং ৪ কলি, হাঈনৈ, শ্রুতিনা ১ কলি, ২ দ্বাপর, ৩ ত্রেতা অমসুং সত্য হাঈনৈ মাসি ওন্নতৈনবাগুম উবে. ওন্নবা নত্তে, মাসি অনিমক অচুম্বনি, অরানবা নত্তে। মাসিমাসুং খংদবা যাদে, মাহুদি,—সত্যগী পরিমান চহি ১৭২৮০০০। ত্রেতা চহি ১২৯৬০০০। দ্বাপর চহি ৮৬৪০০০ অমসুং কলিগী চহি ৪৩২০০০ নি,—অসুম্না চতুর্যুগ পরিমাণ চহি অসিদি— অসাবা কাল্পনিকনি, মাসি ব্যবহারদা চৎনাবনি। মফম অসিদা হাঈবিবা কলি, দ্বাপর, ত্রেতা অমসুং কৃত হাঈবাসিদি চহি মওানা সাবা বেদাঙ্গ জ্যোতিষগী গণনাদা কল্পনা তৌবদি, মসুংদা মশা অমত্তনি, বেদাঙ্গ জ্যোতিষাধ্যাযি সম্প্রদাযগী চৎনবিনি।

তৌবা ব্যাখ্যাগদি চাওরাক এংবদা য়াম্না মান্নাদবগুম্না উই। মাহুস্থু তাৎপর্যদদি মসা অমত্তনি, হাঙ্গৈবা খংনবগীদমক ঋষিবাল্মীকিগী ব্যাখ্যাস্থু মতাং অসিদা থরদং লৌখৎহুনা তুলনামূলক সমালোচনা তৌবি।

রামায়ণ বাল্যকাণ্ড সর্গ ৬১।৬২ দা হাঙ্গৈ,—বিশ্বামিত্রনা তপোবনদা তপঃ তৌহুনা লৈরিঙৈদা অম্বরীস নিংথৌনা যজ্ঞ তৌই। ইন্দ্রনা অম্বরীসকী যজ্ঞগী পশু হুরানখরে। যজ্ঞগী ব্রাহ্মণনা অম্বরীসদা হাঙ্গৈরে, যজ্ঞগী পশু মাংখরে, নংগী যজ্ঞ অসি মাঙ্‌লগনি। যজ্ঞ কাঙ্গৈরবদি নং শোইদনা মাংলগনি, প্রায়শ্চিত্ত তৌনবগীদমক মী অমা বলি তৌবা তারে, থুনা পুরকউ। অম্বরীষনা যজ্ঞদা বলি তৌনবা মী অমত্তা থিবা ফংদরে। অম্বরীষনা লৈপাক, খুন, সহর, বন, তীর্থ পুম্নামক কোঙ্গৈহুনা যজ্ঞদা বলি তৌনবা মী অমত্তা লৈগে থিবদা ফংদরে, মমৈদা তপোধন ঋচীক কৌবা মুনি অমা উনরে, মাগী মচা নিপা অহুম পোকই, অম্বরীষনা মুনিগী মচা অহুমদগী অমত্তা পীয়্‌, যণবী লৌসিং চামা পীগে হাঙ্গৈজে। মুনিনা হাঙ্গৈরে, ঐগী ইচা অহনদি পীবা ঙমলোই, মচাদি অহনতনা মচানি, হাঙ্গৈরে, মাহুদা মতু ব্রাহ্মণীনা হাঙ্গৈরে, ঐদি ইচা অতোনবদি থাদোকপা ঙমলোই, মাবুনা হুহেন হেন্না নুংশিজে হাঙ্গৈরে। মাহু তারগা মচায়াইমা শুনঃশেপনা অম্বরিষ নিংথৌদা হাঙ্গৈরে, ইপানা ইচা অহনদি য়োনবা য়াদে, হাঙ্গৈরে, ইমানা অতোনবদি নুংসি, হাঙ্গৈরে, ঐ খংলে, নুংসিদবা য়োনবা য়াবদি ঐ থোকলে, ঐবু পুরো, অসি হাঙ্গৈরবদা অম্বরীষ নিংথৌনা মপা মমাদা সন, মণি, রত্ন ময়াম পীরে, যণবী লৌসিং চামা পীরে, শুনঃশেপপু রথতা হাপতুনা পুরকলে। মাম্নম্না লাকপদা নুমিৎ খুংবা মতমদা পুষ্কর তীর্থ মনাক্তা তপোবনদা থুংহুনা থোৎখাহুনা নিংথৌগা লোইনাহুনা লৈরিঙৈদা মাগী মাম থোকপা বিশ্বামিত্রগা উনবহুনা ব্রাহ্মণমচানা মাবু হাৎকদবদগী কনবিয়ু অম্বরীষ নিংথৌবুস্থ ফহনবিয়ু, হাঙ্গৈজরে, বিশ্বামিত্রনা মাগী মচা মধুচ্ছন্দঃনাচিংবদা হাঙ্গৈরে,—ইচাসা! মীওইবনা মচা পোকপদি মপাগী পরলোকতা নুঙাইনা অফবা ফংনবা পোকপনি, মুনিগী মচা শুনঃশেপনা মাবু মমামপানা য়োনখোকলক্লে, অম্বরীষগী যজ্ঞদা মাবু বলি তৌবা তারে, মাবু কনবিয়ু

হাঈরে, নখোঙ্গ অমনা মাগী মহুৎসিন্দুনা শিবিয়, নপা ঐগী পরলোকতা কনবা [illegible]ডাইনবা, সেয়ঔ, শুনঃশেপবুস্থ হিংহনলু, অম্বরীষবুস্থ যজ্ঞ তৌহনলু, হাঈগি, মচাসীংনা মা অহু ভাবদা নাপন তৌবগা লোইনবা নোঙ্গহুনা খুমই,—ইপানা কৈদৌহুনা নচা অপোকপবু হন্দোকতুনা মীগী মচাবু কনগা-তৌগিনবো ? ঐখোইনা উবে,—ইপানা হন্দক তৌরিবা অমিদি নখন্তগী নশা চাবগনা থবকনি, তৌহেদে। বিশ্বামিত্রনা মচাসীংগী ব্যবহার অহু উবনা যাউরে। নখোইনা ঐনা হাঈবাবু উশিন্তহনা তুজুংমাজুংবা থবক তৌরে, অহু ওইরবদি নখোইস্থ বসিষ্ঠগী মচাগুম্না মুষ্টিক জাতি ওইনা পোকতুনা হজন হজন হুইশা চাবা ওইনা চহি লীসীং অমা পৃথিবীদা লৈয়, অসিহাঈনা চৈরে। বিশ্বামিত্রনা শুনঃশেপবু থিম্ন কোক্লবা রক্ষা তৌতুনা হাঙ্গৈ,—মুনিমচা! নং অম্বরীষগী যজ্ঞদা লৈপরেং অভাংবা শিতুনা নশাদা অভাংবা তৈতুনা বৈষ্ণব যূপ ( চুপ ) তা অশেংবা থৌড়ীনা পুনগনি, মতম অহুদা মৈবু লৈসিলৈথোনজু, অমহু দিব্যগাথা ছকউ, অহু ওইরবদি নং সিদ্ধ ওইগনি। শুনঃশেপনা গাথা অমি লৌরে, অহুগা অম্বরীষদা মহাবাজ চৎলসি হাঈহুনা নরষজি, তৌমম যজ্ঞদা নিংথৌপা লোইনাহনা লাকই, অম্বরীষনা হবাওনা শুনঃশেপ পুহনা লাকলে। যজ্ঞগী সদস্য ব্রাহ্মণসীংনা শুনঃশেপ মুনিমচাবু কী অভাংবা লেৎলীরে, কুশগী থৌড়ীনা বলিগী চূপতা পুনলে, মতম অহুদা শুনঃশেপনা মৈ থুরমলপা ইন্দ্রনে অমস্থ মনাও বিষ্ণুনে লাই অনিবু বিশ্বামিত্রনা ভক্তি-রকপা গাথা অনি অহু ছকতুনা পেনহনলে। লাই অনিনা পেল্লহনা য়াম্না সাংনা পুনসিবা বর পীবে, অম্বরীষস্থ যজ্ঞগী মহৈ য়াম্না কংলে।

কথাক্রা লৌখৎলিবা রামায়ণগী কথা অসিবু ঋগ্বেদগী অহানবা অষ্টকগী ২৩ ভগীনা ৩৬ সুবা সূক্ত কাণ্ডবগী ঋষি শুনঃশেপকী ময়মদা ব্যাখ্যা তৌবগি। তৌইওবস্থ ভাগবতকা রামায়ণগদি ইমান মাম্নাদবে অম্নুমা উরে, শুনঃশেপপু বলি তৌনবা লৈবা নিংথৌদি অম্বরীষমি, মহাত্তি মচাগীদমক নত্তে, মশাগী-মমকরি।। শ্রীভাগবতনা হাঈবনাবু শুনঃশেপপু রোহিতকী মহুৎ সিনবা মপা হরিশ্চন্দ্রদা পীহুনা বলি তৌরমদাইদা বরুণদা হাঈজহুনা কনখি*; হরিশ্চন্দ্র নিংথৌস্থ অমানা কোকই, মচা রোহিতস্থ হিংই, শুনঃশেপস্থ বিশ্বা-মিত্রনা [illegible] হিংই, অম্নুশকী মশৈ মাম্নাদরে। অম্বরীষকি [illegible]

লিংথো হরিশ্চন্দ্রগী মহুৎথোসীং থোকই, অদি অদি কনানা অরানবনো? কনানা অচুম্বনো? হায়রিবা ওকদে। মাস্থম তৌত্থনা শ্রীভাগবতনা শুনঃশেপপু অজিগর্তগী মচানি, হায়রি, রামায়ণনা ঋচীককী মচানি। মহাভারতনাস্থ (শান্তিপর্ব্ব ২৯২।১৪ দা) ঋচীককী মচান, হায়রি। অহুনাদি শ্রীভাগবতনা মায়াক্রবনিনা শ্রীভাগবতনা হায়রিবসি লাক্লে, হায়রিবাস্থ য়াদে।

বেদদি শরুক অনিথোকই, মন্ত্রভাগপু সংহিতা কৌই, মহাকপু ব্রাহ্মণ ভাগনা ব্যাখ্যা তৌই। ঋগ্বেদগী ঐতরেয় ব্রাহ্মণ ভাগতা রোহিতনা বনদগী মযুমদা হল্লকপদা ইন্দ্রনা ব্রাহ্মণগী মূর্তি ওইত্থনা থাম্বগী য়া হায়রি, মাস্থ লৌথৎখরে। মাস্থদি শ্রীভাগবতনাদ হায়রি, রামায়ণনাসি হায়রিদে। মরম অসিনা অহানবদা ঐথোইনা এংবদা শ্রীভাগবতনা হায়রিবা হরিশ্চন্দ্রোপাখ্যান অসিনা ঋগ্বেদগী য়া ওইবনা প্রমাণ ওই, অস্থুমা লৌই। তৌইস্তবস্থ মাস্থমা লৌত্থনাস্থ রামায়ণবুস্থ অরানবনি,— বেদগী মান্নদবান, হায়রিনা ঐথোইনা লোদে, মরমদি রামায়ণদি মশা পুম্নামক প্রামণনি, ভ্রম, প্রমাদ, করণাপাতব অমস্থ বিপ্রলিপ্সা য়াওদবা ঋষিপ্রণীতশাস্ত্রনি, মরম অসিনা ঐথোইগী মাধ্বগুরুনা মখাদা ইরিবা স্কান্দগী বচন অসি, মহাকী বেদান্তভাষ্যদা লৌথৎলমই,—

ঋগ্ যজুঃ সামাথর্ব্বচ ভারতং পঞ্চরাত্রকং।
মূলরামায়ণঞ্চৈব শাস্ত্রমিত্যভিধীয়তে॥
যচ্চানুকূলমেতস্য তচ্চশাস্ত্রং প্রকীর্তিতম্।
অতোহন্যগ্রন্থবিস্তারো নৈব শাস্ত্রংকুবর্ত্মতৎ॥

মাস্থম তৌত্থনা প্রামাণিক গ্রন্থসীংদা বেদগী ব্যাখ্যা তৌবদা মায়াক্রবদি কল্পভেদ, অমস্থ শাখাভেদনা তৌবনি অস্থমা খংনাগান, অস্থুমা শিষ্টসীংনা ব্যাখ্যা তৌই। থূদমগীদমক মহাভারততা শান্তিপর্ব্বদা মোক্ষধর্ম্মপর্ব্বদা দক্ষযজ্ঞ থুগাইখাবু অনিরকথোক্না ইমানমাম্নাদনা হায়রিবা অহুমাচিংবা অস্থ ব্যাসদেবনা কল্পভেদ অমস্থ শাখাভেদনা তৌবনি, অস্থুমা শিষ্টসীংনা চংলৈ।

মাস্থম তৌত্থনা তাৎপর্যদদি মশা অমত্তা ওইরগা মপানদদি মায়াকনা ওইনা উবা অসি হৌজিককালগী য়াহৈদদি মাইথোলোল কৌই, মহাক

পৌরাণক কথা হাঙিবদি "কূটার্থকাল্পনিক কথা" নি, খুদমগীদমক মিতৈগী "মুমিংকাপ্পা" লাইরিক অসি ইউরোপিয়ান স্কোলারসীংনা ভাইবংপানবদা চেনথোকতুনা অফাউবা মিতৈগী লাইরিক অমনি, লাইরিক অসি, হাঙ্গৈরপ হাঙ্গৈরপ্পা ইমামান্নাদবাগুম্না উরা মথল য়ামই, অদুগা তাৎপর্যদা মশা অমত্তা ওইবা অদুগুম্বনি। মাসিদা মিতৈগী পণ্ডিতসীংগীদি মাথোইগী মনাৎনিনা কুরিমু শুরুবা নত্তে।

অগ্নের্বয়ং প্রথমস্যামৃতানাং মনামহে চারু দেবস্যনাম।
সনোমহ্যাঅদিতয়ে পুনর্দাৎপিতরং চ দৃশেয়ংমাতরংচ।২॥

অন্বয়ানুবাদঃ—বয়ম্ (ঐখোইনা) অমৃতানাম্ (লাইসীংগী মরক্তা) প্রথমস্য (অহানবা) দেবস্য (লাই) অগ্নেঃ (মৈগী) চারুনাম (নিংথিবা মিং) মনামহে (লৌরগে) সঃ (মহাকনা) নঃ (ঐখোইদা) মহ্যৈ (মৃতিকচাওবা) অদিতয়ে (লৈপাক) দাৎ (লৈহনবা পীগনি) পিতরম্চ (ইপাবু) মাতরম্চ (ইমাবুসু) দৃশেয়ম্ (ঐনা উগনি)।২॥

অনুবাদঃ—লাইসীংগী মরক্তা মৈগী মমিংবুনা হান্না লৌরগে, মহাকনা ঐবু পাক্লবা লৈমাইদা লৈহনসনু, ঐনা ইমাবু ইপাবু উবা ঙমগনি।২॥

অভিত্বাদেব সবিতরীশানং বার্যাণাম্।
সদাবন্ভাগমীমহে॥৩॥

অন্বয়ানুবাদ:—হে সদাঅবন্ (মতমপুম্নামক্তা ঙাকপিবাও!) সবিতঃ দেবঃ (সবিতা কৌবা লাইও!) বার্যাণাম্ (মাবু নিননবাওইবা লনথিবিরী) ঈশানম্ (মপু ওইবা) ত্বা (নহাকঙোন্দা) ভাগম্ (চাননবা ওইবা লন) অভিঈমহে (ঐখোঙ্গৈনা নিজরি)।৩॥

অনুবাদঃ—হে মতম পুম্নামকত্তা ঐখোইবু ঙাকপিবা মুমিং কৌবা লাইও! নহাক্তি পুম্নামকনা মহাক্কী ওইনিংবা লনপুম্বাগী মপুনি, পুম্নামকনা চানবা লনপুম্বাবু নহাক্তী মফমদা ঐখোইনা নিজরি।৩॥

যশ্চিদ্ধিতইৎথাভগ শশমানঃ পুরানিদঃ।

অদ্বেষো হস্তয়োর্দধে ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—যঃভগঃ ( পুন্নামক্না মাবু লুনা তৌনবা ) চিৎহি (পুন্না-মক্তা ইথ্ৱাইনা থংনবনি ) ইথাশশমানঃ ( মথলমথা য়াম্না মাবু থাগৎলবা ওইবা ) নিদঃপুরা ( নিন্দা তৌদবিডৌদা ) অদ্বেষঃ ( ঐগী ওইনা লৈতুনা এরুবা লৈতবা ) তে ( নহাক্কী ) হস্তযোঃ ( খুৎঅনিদা ) দধে ( হাপ্পা ) অহুগুম্বা লনবু ঐখোইনা নিজরি )। ৪ ॥

অনুবাদ ঃ— হে সবিতা দেব। নুমিৎ কৌবা লাইও। লুনা তৌনবা, থাগৎননা ওইবা, অমসু এংথিবা লৈতবা লনবু নখুৎ অনিনা পুই, অহু-গুম্বা লন অহু ঐখোইনা নিজরি। ৪ ॥

ভগভক্তস্যতেবয় মুদশেমতবাবসা।

মূর্ধানংরায় আরভে ॥ ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— হে সবিতঃ ( হে নুমিৎও। ) তে বযম্ ( নহাক্কী ওইবা ঐখোই—শুনঃশেপ কৌবনা ) ভগভক্তস্য ( লন লৈবা ) তব (নহাক্কী) অবসা ( ঙাকপিবনা ) রাযঃ ( লনগী) মূর্দ্ধানম্ ( অথোইবাবু ) আরভে ( ফংনবগীদমক ) উদশেম ( থোইদোকনা চাওখৎলগনি )। ৫ ॥

অনুবাদ :— হে নুমিৎ কৌবা লাইও।— শুনঃশেপ কৌবা ঐখোই অসি, লন লৈবা নহাক্না ঙাকপিত্না লন চাওখৎপা ওইরগনি। ৫ ॥

নহিতেক্ষত্রং নসহো নমন্ত্যুংবয়শ্চনামীপতয়ন্তআপুঃ।

নেমা আপোঅনিমিষংচরন্তীর্নযেবাতস্যপ্রমিনন্ত্যভ্বম্ ।৬॥

অন্বয়ানুবাদ :—হে বরুণ। ( হে বরুণও। ) পতযন্তঃ ( মাংনা পাইরিবা) অমী ( উরিবা ) বয়শ্চন ( থুনথ্রংনাচিংবা উচেকসীংনা ) তেক্ষত্রম্ ( নহাক্কী

হুকচাংগী পাঙ্গলবু ) নহি আপুঃ ( ফংবা ঙমদে ) সহঃ ( নহাকী তৌবাঙম্বা পরাক্রমবু ) ন আপুঃ ( ফংবা ঙমদে ) মন্যুম্ ( নহাকী অসাওবাবু ) নচ ( ফংবা ঙমদে ) অনিমিষং চরন্তীঃ ( ঈচেল ওইনা তত্তনা চৎলিবা ) ইমাঃ আপঃ ( ঈসিংসীং অসিনা ) ন ( নহাকী পাঙ্গনবু ফংবা ঙমদে ) বাতস্য ( নুংসিৎকী ) যে ( অতুঙবা খোঙচৎ খিবিকনা ) অভ্বম্ ( নহাকী অইনবাবু ) ন প্রমিনন্তি ( মাংহনবা ঙমদে ) । ৬ ॥

অনুবাদ ঃ হে বরুণ ! মাংবরেনও ; মাংনা পাইরিবা উচেকসীং অসিনা নহাকী হুকচাংগী পাঙ্গনবু ফংবা ঙমদে, নহাকী তৌবাঙম্বাবু ফংবা ঙমদে, নহাকী অসাওবাবু ফংবা ঙমদে, ঈচেল ওইনা তত্তনা চেল্লিবা ঈসিংসীংনাসু নহাকী পাঙ্গল ফংবা ঙমদে, নুংসিৎকী খোঙচৎ খিবিকনা নহাকী অইনবাবু মাংহনবা ঙমদে । ৬ ॥

অবুধ্নে রাজাবরুণোবনস্যোর্ধ্বংস্তূপংদদতেপূতদক্ষঃ ।

নীচীনাঃস্থুরুপরিবুধ্নএষামস্মে অন্তর্নিহিতাঃ কেতবঃস্যুঃ ॥৭॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—পূতদক্ষঃ ( অশেংবা পাঙ্গলকনবা ) বরুণঃ রাজা (বরুণ কৌবা নিংথৌনা ) অবুধ্নে ( হৌরককম লৈতবা হাঙ্গবদি ওমখৈ লৈতবা অতিয়াদা লৈহুনা ) বনস্য ( মঙানগী ) স্তূপম্ ( মপৈবু ) ঊর্ধ্বম্ ( মথক-লোমদা ) দদতে ( পুই ) নীচীনাঃস্থুঃ ( মথক্তা লৈবা বরুণগী মঙানসীং অহুনা লৈপাকলোমদা মখা ওন্থাতুনা লৈ ) এষাম্ ( মঙানসীং অসিগী ) বুধ্নঃ (মরুনা) উপরি ( মথক্তা লৈ ) কেতবঃ ( প্রান— থরাইনা ) অস্মে ( ঐখোইদা ) অন্তর্নিহিতাঃস্যুঃ ( হাপতুনা লেংদনা থমই, হাঙ্গবদি সিদবা ওইগনি । ৭ ॥

অনুবাদ ঃ—অশেংবা পাঙ্গললৈবা বরুণনা হৌরকফম লৈতবা অতিয়াদা লৈহুনা মাগী অখোইবা মঙান্গী মপৈবু মথক্তা পুহুনা লৈ, অহুঙবা মঙানগী মপৈ অহুনা মচানবা মখাদা মরুমা মথক্তা লৈ. মঙান অহুনা মরম ওইহুনা মীওইবা ঐখোইগী থরাইপুবা হিংহনলি । ৭ ॥

মীওইশিংগী দশা এবেদা নবগ্রহনা পিদবা মহৈ কয়ামরুম মীওইবনা হেক হেক ফংবা ঙমই। বেদদগী ফংবা গ্রহ অসুম অসিনা হাপচিনলবদি মী ওইবনা হিংহনা পানবদা ফংবা মহৈ পুম্বা মুরে, অমুম্না পৃথিবীদা ফাউম্বিবা পাণ্ডিতপুম্বনা য়ানরে।

আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিদা বরুণবু মহাক্কী মঙাননা মীওইবাবু অক্বা নত্রগা ফজবাসু ওইবা মহৈ পীবনি, হায়রিবদি গ্রহ অমনিম্না তশেংতশেংনা হায়রে, মাসি কলিযুগ অসিদা বেদ কাওনাখিহনা ঐখোইনা মতম কুইনা খংলুদরে, হৌজিকতি—অমোকহন্না বিজ্ঞান যুগতা ঐখোইসু পণ্ডিতসীংগী খৌজাম্বগী খংলে, অদু ওইরবদি মিতৈ ইপাইপুসীংদি খংখিববা হায়বাসু ঐখোইনা এংখিকম থোকই।

বরুণবু মিতৈনা ব্রাংবরেণ কৌই। মিতৈগী ভাষাবিজ্ঞাননী ব্যাখ্যা তৌরবদি—ব্রাংবরেণ হায়বদি ঈশ্বর বরুণ হায়বনি। পতঞ্জলিনা পস্প-সাহুদা হায়,—"লক্ষ্যলক্ষণে ব্যাকবণম্"—অর্থদি লোন অদুগী লোন মশা অহুনা ব্যাকরণনি। ঈশ্বর=শ্বাব=শ্বাং=ব্রাংনি। মিতৈরোনদা স্বরবর্ণ-গী মখাদা লৈবা অন্ত্যস্থরনা ব্যঞ্জনবর্ণনা মখাদা লৈববদা নত্রগা অন্ত্যবর্ণ—ওইরবদা ং অনুস্বার ওই। মাহুদি দ্বার=থোং অসিনচিংবনি, মাসুমতৌহনা দ্বারকা=থাঙ্কা। হৌজিকফাউবা— চকপাসীংনা "লাইস্বাং" অমুম্না হায়রি। মিতৈলৈপাক মণিপূরদা মিতৈনা বরুণবু ঈশ্বর বরুণ হায়বদগী ব্রাংবরেণ কৌই।

মণিপুরদা ব্রাংবরেণগী মতিক মগুণদি অঙকপনি, হৌজিক ফাউবা মহাক্কী মগুণদি—মিতৈতা নত্তনা মণিপূরদা লৈবা পুন্নামক্লা ঈথংখংনারিবা অসিনি, মাসুম্না খংবদা মহাকপুদি মপুকখাবা লাইনি, হায়না খংমৈ। মহাক্কী অসি-গুম্বা মগুণ অসি, মমাংঙৈদা মহাভারতকী যুগ ফাউবদা ভারতবাসীপুম্বনা লোইনা খংলমই, মবম অসিনা মহাভারত, উদ্যোগপর্ব্ব, ভগবদ্ যানসন্ধি পর্ব্বদা ১০৮ অধ্যায়দা মিতৈলৈপাক মণিপুরগী বর্ণনাদা বেদব্যাসনা হায়,—

"অত্রপাতালমাশ্রিত্যবরুণশ্রিয়মাপচ।"

মুমিংকী অহানবা থোক্কম মণিপূর অসিদা বরুণনা পাতালদা লৈহনা মাগী সম্পত্তি ফংই অসিনি।

পুক মথক্তা কোঙ্গরককোইনা খোঙ্গদোনা লৈবাগুম্বা সমুদ্রদা চীঙ ময়াম্না কোইসিন্দুনা লৈবা লৈপাক অসিবু পৃথিবীগী নাভিস্থাননি, হাঙ্গদুনা কৃষ্ণদ্বৈপায়ন বেদব্যাসনা মণিপুর হাঙ্গমা মমিং থোনলমই, অদুনা চীঙনা কোঙ্গশিনবা সমুদ্রগী লৈখাবু পাতাল কৌই। মরম অসিনা অমনা মাবু থিংবা গুমদবা মতমগী খোংলৈনা সমুদ্রগী ঈসিংনা মথংমথং কংথারকপদা লুমন্দুনা কংবা লোইদবা মফম লৈহৌবাবু পাতাল কৌবদগী হুজিকফাউবা পাত কৌরিবা অসিনি। পাত পুম্নামক্কগী মানা ইহেনহেম্না চাওবদি লোক-তাকপাত অসিনি। লোকতাকতগীনা চীঙনুংহুৎ তান্না চৎথিবা মণিপুরগী ঈসিংপুম্বাগী চেস্থাফম সুগ্নুগী তুরেল লৈখাদা হুজিকফাউবা লৈরিবা ব্রাংবরেণগী খুবম অসিবু বেদব্যাসনা মহাক্কী কাব্য অথোইবা মহাভারতত্তা মণিপুরগী বর্ণনাদা ব্রাংবরেণগী সম্পত্তি ফংকম অসি, মহাভারতত্তা ইরম্বা অহু লৌখৎখ্রবা পচ্ছ অসিনি।

উরুংহিরাজা বরুণশ্চকার সূর্যায়পন্থামন্বেতবাউ।

অপদেপাদাপ্রতিধাতবেকরুতাপবক্তা হৃদয়াবিধশ্চিৎ ।৮॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বরুণঃ রাজা ( ব্রাংবরেণ নিংথৌনা ) সূর্যায় ( নুমিৎকী) পন্থাম্ ( উত্তরায়ণ অমসু দসিনায়ণ লম্বেনবু ) উরুম্ চকার ( সন্দোকই ) হি ( ইখ্রাইনা খংনবা অফাউবানি ) মরমদি,—অন্বেতবাউ = অনুক্রমেন—উদয়াস্তমযোগন্তুমেব ( মথংমথং ওইনা অমোকথোক অমোকত্তা তৌনবগী-দমক্কনি ) মাস্থন্না—অপদে ( খোঙথাফম লৈতবা অতিয়াদা ) পাদাপ্রতিধাতবে ( খোঙথানবগীদমক—লম্বেন সেমই ) উত ( অমসু ) হৃদয়াবিধশ্চিৎ (ঐথোইগী থম্মোই থিঙ্গাইবা একনবাবু ) অপবক্তা ( লৈহন্দবা ওইসনু )। ৮।।

অনুবাদ :—লাইনিংথৌ বরুণদেবনা নুমিৎকী থোকপা তাবদা চৎনবা লম্বেন সেমই, খোঙথাফমলৈতবা অতিয়াদা নুমিৎকী খোঙথানবগীদমক বরুণনা লম্বেন পী, অদুগুম্বা লাইনিংথৌ বরুণনা ঐখোইগী থমোই থিঙ্গাইবা এক্কাবদু মাংহনবিসনু। ৮ ॥

শতংতেরাজন্‌ভিষজঃ সহস্রমুর্বীগভীরাসুমতিষ্টেঅস্তু।

বাধস্বদূরেনির্ঋতিংপরাচৈঃকৃতংচিদেনঃ প্রমুমুগ্ধ্যস্মৎ ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— রাজন্ (হে লাইনিংথৌও!) তে (নহাকী) শতম্ (চাম) সহস্রম্ (লীসিং) ভিষজঃ (অনাবা কোক্লবা হিদাক লৈ) তে (নহাকী) সুমতিঃ (ঐখোইবু থৌজানবা বুদ্ধি) উর্বী (য়াম্না পাকচাওবা) গভীরা (য়াম্নাসূকপা) অস্তু (ওইসনু) নির্ঋতিম্ (ঐখোইগী কক্তনবা তৌবী, নির্ঋতি কৌবী পাপকী লাইরমাবু) পরাচৈঃ (মমাই ওনখোকহন্দুনা) দূরে (ঐখোইদগী য়াম্না লাপ্না মফমদা থমদুনা) বাধস্ব (নংনা থিংবিয়ু) কৃতংচিৎ (ঐখোইনা তৌখিবা) এনঃ (পাপপু) অস্মৎ (ঐখোইদগী) প্রমুমুগ্ধি (য়াম্না কপ্পা তৌদুনা মাংহনবিয়ু)। ৯॥

অনুবাদ :—হে লাইনিংথৌ বা'বরেণও! নহাকীদি অনাবা কোক্লবা হিদাক লীসিং লীসিং চামচাম লৈবনে, ঐখোইবু থৌজানবীবা নহাকী বুদ্ধি অদু পাকথোক চাওথোকপা ওইসনো, নহাকী বুদ্ধি অদুনা য়াম্না সূকনা ওইবনা ওইসনো, পাপকী লাইরমা নির্ঋতিবু মমাই ওনথোকহনলু, অদুগা লাপনা তানথোকপিয়ু, ঐখোইনা তৌবা পাপপুম্বা নহাকনা কোকথোকপিয়ু।৯॥

অমীয়- ঋক্ষানিহিতাসউচ্চানক্তংদদৃশ্রেকুহচিদ্দিবেয়ুঃ।

অদব্ধানি বরুণস্যব্রতানিবিচাকশচ্চন্দ্রমানক্তমেতি ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— অমী (অহিংদাউবা) ঋক্ষাঃ (সপ্তঋষিসীং নক্ষত্রগা নক্ষত্রশীং) উচ্চা (অতিয়াদা) নিহিতাসঃ (থম্বা) যে-সন্তি (মাখোই লৈ) তে (নক্ষত্রসীং অদু) নক্তম্ (অহিংদা) দদৃশে (মুয়ামকনা উই) দিবা (অভানবা অয়ুক মুথানদা) কুহচিৎ (করিগুম্বদা) ইয়ুঃ (মাখোইনা চৎখিবরা ?—উদে) বরুণস্য (বরুণ নিংথৌগা) ব্রতানি (নক্ষত্র উবনাচিংবা থবক) অদব্ধানি (কনানা হনাসু মাংহনবা ঙমদে) চন্দ্রমা (থানা) নক্তম্ (অহিংদা) বিচাকশৎ (ঙালবাসু) এতি (চৎই, হাইবদি বরুণগী য়াথংনা ঙানদি)। ১০ ॥

অনুবাদ :—ঋক্ষ কৌবা থৱানমচাকসীং অসি, অৱাংবা অতিয়াদা থোকপা অহিংদা উই, অয়ুক মুংথিলদদি কদাইদা চৎখিবনো উদে, লাইনিংথৌ বরুণগী থবক অসি কনা অমত্তনাম্ন মাংহনবা গুমদে, মহাকী য়াথংনা অহিংদা থানা ঙানলি।। ১০ ।।

ব্যাখ্যা,—

আলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিবু ঐখোঈনা গুরু পরম্পরাগী মতুংইন্না ব্যাখ্যা তৌই, অহুনা মন্ত্র অসিগী তাৎপর্যদা য়াম্না জটিল ওইনা তারগনি, তৌই-গুম্বস্ন মাহুগী মতুংইন্না তৌরবদি মফম অতৈদা থিবাফংলরোইদবা মণিময়াম থোরকই, অহুনা এখোইনা গুরুপরম্পরাবু থাদোক্তে। হুজিকীকালগী গুরু পরম্পরা য়াওদবা কাংবুনা আলোচ্য ঋগ্ অসিবু অনুবাদ তৌবদি, মাসুন্না তৌই, মাহুদি,—"থৱানমচাকসীং অসিবু অতিয়া মথক্তা ঈরেংলেংদনা লৈহনলি, অহিংদানা ঈরংলংনা উই, অয়ুক মুংথিনদানা কদাইদবু চৎখিবনো উদে, অমসুং য়াম্না ইরংহেকলংনা থানা অহিংদা থোবকই, মাখোই অসিনা তাইবং-পানবগী মপুইবুঙোগী রাএন মাংহনবা গুমদে।"

ঐখোইদি পরম্পরাগী মতুংইন্না অলোচ্য ঋগ্ মন্ত্র অসিবু অনুবাদ তৌখরে, মাহুগী ব্যাখ্যাদি, ঋক্ষ হাঙ্গীবাসি, চুম্নাগী থৱানমচাক পুম্বাগী মিং নত্তে, ক্রান্তিবৃত্তগী খা. ৱাংদ' অংশ ৮।৮ দগী থোকপা থৱানমচাকসীংবু ঋক্ষ কৌই। মরম অসিনা "ঋক্ষাঃস্তৃভিরিতি নক্ষত্রানাম্" অমুম্না য়াস্কাচার্যনা হাঙ্গ অমুম্না সায়নাচার্যনা নিক. ৩.২ গী বচন অসি লৌখৎলি, মাহুগী অসম্বা ৱাদি ঋক্ষ হাঙ্গরগা অশ্বিনীনাচিংবা অভিজিৎ থারগা নক্ষত্র ২৮বু থংনৈ। অহুগা ঐখোইনা মতাং অসিদা ঋক্ষশব্দগী অর্থ অসি, সায়ণাচার্যনা লৌখৎপা বাজসনেয়ীসীংগী বচন "ঋক্ষাইতিহস্মৈপুরাসপ্তঋষানাচক্ষতে" অসিনা মরম ওইহুনা 'সপ্তঋষি' কৌবা উত্তরধ্রুবকী মনাক্তা থোকপা থরানমচাকসীং অসিবু খংনাগনি। মরমদি থাইনা কুইতাকুইথ্রবা মতম বৈদিক যুগতা আর্যসীংনা চৎলম্না হুজিক্তি মাহুনা মাখোইগী কৃষ্টি—সংস্কৃতি ওইহুনা লৈরবাসীংগী লীচৎনা বাজসনেয়ীগী বচন অসিবু প্রমাণ তৌই। মাহুদি ইউরোপতা লৈখিবা আর্যসীংনা সপ্তঋষিমণ্ডলবু গ্রেট বীয়ার ( Great Bear ) কৌই, মহুম্না ধ্রুবমৎস্যবুসু লিটল বীয়ার কৌই মাসিদগী ঐখোইনা

খংলে, মাহুদি চিত্রদা ধ্রুবগী মথক্তা ওইরোমদা ক্রতু, পুলহ, অনিদগী মায়াংপারেলোনা পুলস্ত্য, অত্রি, অঙ্গিরা, বশিষ্ঠ, অমসু মরীচি, মাখোইতরেং অসিবু সপ্তঋষি কৌবা থরানমচাকনি, অসুম্না খংনাগনি। মাখোই অসিবু ইউরোপিয়ানসীংনা Bear কৌরুবদি, মাখোইনা সওম হায়বনি, মরমদ 'ঋক্ষ' হায়বদি অর্থ অমদা সওম কৌই। অতুনা মাসিদগী চিংনবালৈতনা খংলে, মাহুদি, বৈদিকালদা মীপুম্নামকনা সপ্তঋষিতারামণ্ডলবু ঋক্ষ কৌরমই, ঋক্ষবুদি সওম কৌবা মরম্না ইউরোপিয়ানসীংনা Bear কৌখিবনি। ১০ ॥

তত্বায়ামিব্রহ্মণাবন্দমানস্তদাশাস্তেযজমানোহবির্ভিঃ।

অহেলমানো বরুণেবোধ্যুরুশংসমানআয়ুপ্রমোষীঃ ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—বরুণ ( হে বরুণ ! ) শিগদৌরবা ঐনা ত্বা ( নঙোন্দা ) তৎ ( পুনসি ) যামি ( নিজরি ) ব্রহ্মণা ( স্তোত্র— লৈসিলৈথোনবা ময়াম হায়দুনা ) বন্দমানঃ ( লৈসিলৈথোন্দুনা ) যজমানঃ ( ঈড়াৎপানা ) হবির্ভিঃ ( হব্য থিবিক পিদুনা ) তৎ ( পুনশিবু ) আশাস্তে (—নিজরি ) ইহ ( থবক অসিদা ) অহেলমানঃ ( লুনা থোওইনা তৌবিদবা তৌদানা ) বোধি (ঐখোইনা পাম্বাবু খংবিয়ু ) উরুশংস ( হে য়াম্না থাগৎনফম ওইবও ! ) নঃ ( ঐখোইগী) আয়ুঃ ( পুনসি ) মা প্রমোষীঃ ( মাংহনবিগনু )। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—ঐনা নহাকপু লৈসিলৈথোন্দুনা নঙোন্দা পুনসি নিরি, যজমানসু নঙোন্দা হব্য পিদুনা পুনসি নিরি, হে বরুণ নহাকনা মরম অসিদা থোওইদবা তৌবিগনু, ঐখোইনা পাম্বা খংবিয়ু, হে য়াম্না থাগৎনফমওইবাও! ঐখোইগী পুনসি মাংহবিগনু। ১১ ॥

তদিন্নক্তংতদ্দিবামহ্যমাহুস্তদয়ংকেতোহৃদআবিচষ্টে।

শুনঃশেপোযমহ্বদ্‌গৃভীতঃসোঅস্মান্‌রাজাবরুণোমুমোক্তু ॥১২॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—তদিৎ ( অতুগুম্বা বরুণবু থাগৎপাবু ) নক্তং (অহিংদা) মহ্যন্ ( শুনঃশেপ ঐঙোন্দা ) আহুঃ ( ভৌগদবনি হায়না অথংবাসীংনা ভাকই )

তং ( মাহুবু ) দিবা ( অয়ুক মুংথিন্দাস্থ ভাকই ) হৃদঃ ( ঐগী থমোইদগী থোকপা ) অয়ংকেতঃ ( প্রজ্ঞাসিনাস্থ মাসিভা তৌগদবা ওইনা ) আবিচষ্টে ( পুম্নমক্তগী থোইদোকপা ওইনা ফোংদোকতুনা ভাকই ) গৃভিতঃ ( বলি তৌনবা চুপতা পুল্লবা ) শুনঃশেপঃ ( শুনঃশেপ কৌবা মী অসিনা ) যম ( বরুণবু ) অহ্বৎ (কৌই ) সঃ রাজাবরুণঃ ( অছুগুম্বা বরুণ নিংথৌনা ) অস্মান ( শুনঃশেপ কৌবা ঐখোইবু) মুমোক্তু (হাৎনরা পুনবাসি থাদোকপিসন্থু)। ২॥

অনুবাদ ঃ—অহিংদাস্থ অয়ুক মুংথিনদাস্থ শুনঃশেপ কৌবা ঐনা তৌগদবদি বরুণবু লৈসিলৈথোনবা অসিতনি, অসুম হাঙৈছুনা অহৈঅসিংপুম্বনা তাকপী, ঐগী থমোইদা লৈবা জ্ঞাননাস্থ তৌগদবদি মাসিতনি, হাঙৈনা ঐবু থংহনলি, বলি তৌছুনা হাৎকদবগীদমক পুন্দুনা লৈরবা শুনঃশেপ ঐনা বরুণবু কৌজবি, মহাকনা শুনঃশেপ ঐখোইবু হাৎকদবগী পুনবা অসি থাদোকপীসন্থু। ১২ ॥

শুনঃ শেপোহ্যহ্বদ্গৃভীতস্ত্রিষ্বাদিত্যংদ্রুপদেষুবদ্ধঃ।

অবৈনং রাজাবরুণঃসসৃজ্যাদ্বিদ্বাঁ।অদব্ধোবিমুমোক্তু পাশান্ ।১৩।

অন্বয়ানুবাদ ঃ—গৃভীতঃ ( পুম্নবগীদমক মাবু ফাববা ) ত্রিষু ( অহুম-থোকপা ) দ্রুপদেষু ( উগীচুপকী মফমদা ) বদ্ধঃ ( পুল্লবা ) শুনঃশেপঃ (শুনঃ শেপনা ) আদিত্যম্ ( অদিতিগী মরুণবু ) অহ্বৎ ( কৌথিরমই ) হি (মাহুম তৌববদগী ) বরুণঃরাজা সঃ ( বরুণ নিংথৌ অতুনা ) এনম্ ( অছুগুম্বা শুনঃশেপবু ) অবসসৃজ্যাৎ ( পুনবাদগী কোকহনবীসনু— থাদোকপিসন্থ ) মাহুদি,—বিদ্বান্ ( পুনবা থাদোকনবগী মরমথংবা ) অদব্ধঃ ( কনামত্তনাস্থ মহাকপু মাংনবা তৌদবা ) বরুণঃ ( বরুণনা ) পাশান্ ( পুম্নানবা থৌড়ী খিবিকপু ) বিমুমোক্তু ( থদৎতুনা পুনবা থাদোকপিসন্থু )। ১৩॥

অনুবাদ ঃ—মহাকপু বলি তৌনবগীদমক ফাবিরবা অমস্থ উচুপতা অহুমথোকনা মাবু পুনসিনবিববা শুনঃশেপনা অদিতিগীমচা রাংবরেনবু কৌথিএ, মরমদি, লাইনিংথৌ রাংবরেণনা শুনঃশেপবু পুনবদগী থাদোকপিসন্থু, লাই-নিংথৌ মহাক্তি থৌড়ীনা পুনবা মপুন পুম্নামকপু থাদোকপা ঙৈবনি, মাবুদি

ফনাপুম্বা অমত্তনাস্থ রাংহনবা ওম্বফদবনি। ১৩ ॥

অবতেহেলো বরুণনমোভিরবযজ্ঞেভিরীমহেহবির্ভিঃ।

ক্ষয়ন্নস্মভ্যমসুরপ্রচেতারাজন্নেনাংসিশিশ্রথঃ কৃতানি ॥১৪ ॥

অন্বয়ানুবাদঃ—বরুণ ( হে ব্রাংববেণও ! ) তে (নহাক্কী) হেলঃ (অসাওববু) নমোভিঃ ( খুকমজবনা মরম ওইদুনা ) অবেমহে ( কোকহনজগে ) যজ্ঞেভিঃ ( অঙ্গগা লোইনবাযজ্ঞ তৌদুনা ) হবির্ভিঃ ( হবি: খিবিক কৎতুনা ) অবেমহে (বরুণবু পেলহন্দুনা অসাওবা কোকহনগে ) অসুর ( হে ফত্তববু কোকহনবাও !) প্রচেতঃ ( অথোইবা জ্ঞান লৈবাও ! ) রাজন্ ( হে অঙানবা ! হে লাইনিংথৌ ব্রাংবরেণও ! ) অস্মভ্যম্ ( ঐখোইগীদমক ) ক্ষয়ন্ ( থবক অসিদা নহাকনা লৈবিদুনা ) কৃতানি ( ঐখোইনা তৌবা ) এনাংসি ( পাপখিবিকপু ) মিশিশ্রথঃ ( কোকপীয়ু )। ১৪ ॥

অনুবাদ :— হে লাইনিংথৌ ব্রাংববেণও ! নহাকপু খুকমদুনা অমস্থ যজ্ঞদা হব্যময়াম কৎতুনা নহাক্কী অসাওবাবু কোকহনজগে, হে অসুর— ফত্তবা পুম্বাবু কোকহনবাও ! হে প্রচেতঃ !— অথোইবা জ্ঞান লৈবাও ! হে রাজন্— অঙানবাও ! লাইনিংথৌ নহাকনা ঐখোইগী ফনবগীদমক অসিদা লৈবিদুনা ঐখোইনা তৌবা পাপপুম্বা কোকহনবিয়ো। ১৪ ॥

ব্যাখ্যা—আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিদা ব্রাংবরেণবু 'অসুর' হায়বা মিংথৈ এসি কৌদুনা লৈসিলৈথোনলি। ঐখোইনা হুজিক চৎনরিবদি অসুরবু হিংচাবা কৌই। তৌইগুম্বসু বৈদিককালদদি অসুরশব্দ অসি, দেবতাগী মিংসু ওইরমই, অসুম্বা থংনৈ। মরমাদ, অস্‌ধাতুদগী 'অসুর' শব্দ ওই। মাগী অর্থনা ক্ষেপন, ইনথোকপা অমসু ভানবা অর্থ অনি, হায়। বেদদদি ভানবগী অর্থ হায়রবদা অসুরনা দেব লাই, হায় অমস্থ অসুরনা ইনথোকপা অর্থ হায়রবদা হিংচাবা হায় । মরম অসিনা বেদদা অসুর অসি, লাই অমস্থ হিংচাবা অনিমক্তা সিজন্নৈ। খুদমগীদমক ঋগ্‌বেদদা অসুরশব্দ লেংবা মন্ত্রপুম্বা মখাদা লৌখৎলি,—

| মণ্ডল | সূক্ত | ঋক্ | কনাদালেংই |
|---|---|---|---|
| ১ম, | ২৪শ | ১৪শ | বরুণ |
| ,, | ৩৫শ | ৭ম | সূর্যরশ্মি |
| ,, | ৩৫ | ১০ম | সবিতা |
| ,, | ৫৪ | ৩য় | ইন্দ্র |
| ,, | ৬৪ | ২য় | মরুদ্‌গণ |
| ,, | ১০৮ | ৬ষ্ঠ | ঋত্বিগ্‌গণ |
| ,, | ১১০ | ৩য় | ত্বষ্টা |

২। দ্বিতীয় অষ্টক,—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১ম | ১২২ম | ১ম | রুদ্র |
| ,, | ১২৬ম | ২য় | ভাবযব্যরাজা |
| ,, | ১৩১ম | ১ম | সূর্যলোক |
| ,, | ১৫১ম | ৪র্থ | বিত্র, বরুণ |
| ,, | ১৭৪ম | ১ম | ইন্দ্র |
| ২য় | ১ম | ৬ষ্ঠ | রুদ্র |
| ,, | ২৭ম | ১০ম | বরুণ |
| ,, | ২৮শ | ৭ম | বরুণ |
| ,, | ৩০শ | ৪র্থ | বৃকদ্বয়,হিংচাবা |
| ৩য় | ৩য় | ৪র্থ | অগ্নি। |

৩। তৃতীয় অষ্টক,—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৩য় | ২৯শ | ১৪শ | অরনি,মৈবা |
| ,, | ৩৮শ | ৪র্থ | ইন্দ্র। |
| ,, | ৫৩শ | ৭ম | |
| ,, | ৫৫শ | ১ম,১০ম | অসুরত্ব-বল |
| ,, | ৫৬শ | ৮ম | সংবৎসর-চহি |
| ৪র্থ | ২য় | ২৫শ | অগ্নি |
| ,, | ৫৩শ | ১ম | সবিতা |
| ৩য় | ৫৬ | ৮ম | সংবৎসর-চহি |
| ৪র্থ | ২য় | ২৫শ | অগ্নি |
| ,, | ৫৩শ | ১ম | সবিতা |

৪। চতুর্থ—অষ্টক্

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৫ম | ১২শ | ১ম | অগ্নি |

| মণ্ডল | সূক্ত | ঋক্ | কনাদালেংবো |
|---|---|---|---|
| ৫ম | ১৫শ | ১ম | অগ্নি |
| ,, | ২৭শ | ১ম | ত্র্যারুণ, অগ্নি, রাজপুত্র |
| ,, | ৪১শ | ৩য় | বরুত্র,সূর্য,বায়ু |
| ,, | ৪২শ | ১ম | বায়ু |
| ,, | ৪২শ | ১১শ | রুদ্র |
| ,, | ৪৯শ | ২য় | সবিতা |
| ,, | ৫১শ | ১১শ | পুষা |
| ,, | ৬৩শ | ৩য় | মিত্র, বরুণ, |
| ,, | ৬৩শ | ৭ম | মিত্র ১ম্ বরুণ |
| ,, | ৮৩শ | ৬ষ্ঠ | পর্যণ্য-লোং |
| ,, | ১২শ | ৪র্থ | অসুরত্ব-ইন্দ্র |

৫। পঞ্চম অষ্টক,—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৬ম | ২য় | ৩য় | অগ্নি. |
| ,, | ৬ষ্ঠ | ১ম | বৈশ্বানর |
| ,, | ১৩শ | ১ম | অসুরত্ব-ইন্দ্র |
| ,, | ৩০শ | ৩য় | অগ্নি। |
| ,, | ৩৫শ | ২য় | মিত্র, বরুণ, |
| ,, | ৫৬শ, | ২৪শ | বীর, |
| ,, | ৬৫শ, | ২য়, | মিত্র, বরুণ |
| ,, | ৯৯ম, | ৫ম, | বটী |

৬। ষষ্ঠ অষ্টক,—

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৮ম | ১৯শ, | ২৩শ, | সূর্য |
| ,, | ২০শ, | ১৭শ, | মেঘ, বল |
| ,, | ১৪শ, | ২০শ, | দেবগণ |
| ,, | ৪২শ, | ১ম | বরুণ |
| ,, | ৯০শ, | ৬ষ্ঠ | ইন্দ্র |
| ,, | ৯৬শ, | ৯ম | বলবান্ শত্রু |
| ,, | ৯৭শ, | ১ম, | বলবান্ শত্রু |

৭। সপ্তম অষ্টক

| | | | |
|---|---|---|---|
| ৯ম | ১৩-১৪শ | ১-৭ | সোম |

| মণ্ডল, | সূক্ত | ঋক্ | কনানালেংবা |
|---|---|---|---|
| ৯ম | ৯৬শ, | ১ম | সোম |
| ,, | ১০ম, | ২য় | স্বর্গপুবালাই |
| ,, | ১১শ, | ৬ষ্ঠ | পুরোহিত |
| ,, | ৩.শ, | ৬ষ্ঠ | যজ্ঞ |
| | ৮। অষ্টম অষ্টক | | |
| ১০ম | ৫৩শ, | ৪র্থ | বলবান্‌শত্রু |
| ,, | ৫৫শ, | ৪র্থ | অসুরত্ব-ক্ষমতা |
| ,, | ৫৬শ, | ৬ষ্ঠ | সূর্য |
| ,, | ৭৪শ, | ২য় | পবন |
| ,, | ৮২শ, | ৫ম | দেবগণ |
| ,, | ৯২শ, | ৬ষ্ঠ | মেঘ |

| মণ্ডল | সূক্ত | ঋক্ | কনানালেংবা |
|---|---|---|---|
| ১০ম | ৯৩শ, | ১৪শ | রামরাজা |
| ,, | ৯৭শ | ১১শ | ইন্দ্র |
| ,, | ৯৯শ, | ২য | অসুরত্ব-বল |
| ,, | ৯৯শ, | ১২শ | ইন্দ্র |
| ,, | ১২৪শ, | ৩য | দেবগণ |
| ,, | ম২৪শ | ৫ম | দেবগণ |
| ,, | ১৩২শ, | ৪র্থ | মিত্র |
| ,, | ১৩৮শ, | ৩য, | দেবশত্রু |
| ,, | ১৫১শ, | ৩য, | ,, |
| ,, | ১৫৭শ, | ৪র্থ, | ,, |
| ,, | ১৭০শ, | ২য | ,, |
| ,, | ১৭৭শ, | ১ম | ,, |

ঐখোইনা লৌখৎলিবা ঋগ্‌মন্ত্রসীং অসিদা অসুরশব্দবু দেবতা অমসু শত্রু নত্রগা দুষ্ট ফত্তবা হাঙৈবা অর্থদাসু সিজন্নে। ইথ্রাইনা হাঙৈনবা লৈ, মাহুদি বৈদিকযুগ্‌কী মমৈদা আর্যসীংনা খংনাবকখি। আর্যকাংবু অমনা পারস্যদা চৎখি। পারস্যদা চৎখিবা আর্যসীংনা অসুর মাহু হাঙৈদ্রগা অহুববু পূজা তৌই। ভারততা লৈহৌবা অবসীংনা দেববু পূজা তৌই। পারস্যদা চৎখিবা আর্যসীংনা মাখোইগী লাইরিক্তা দেববু নিন্দা তৌই, অমসু ভারততা লৈহৌবা আর্যসীংনা অসুববু নিন্দা তৌই। পাবস্যদা চৎখিবা আযপার্শিযান্‌সীং অমসু ভারততা লৈহৌবা আর্যসীংনা ঈডাৎপা দেবতাদি, ইন্দ্র, বরুণনাচিংবা বৈদিক দেবতা মশা অমত্তনি। মাসিদা পণ্ডিতসীংনা অনুমান তৌই, মাহুদি ভারত আর্যবর্তবাসী—আযসীংনা মতম অমদা যুথকপা মা ই অমসু মাংদে অসুরা কাংলুপ অনি খৎনখি, যুথক্তবা কাংবুনা লাইবু অসুব কৌখি, মাহু পার্শিয়ানসীং অসিনি। মাখোই অসিগী বেদদি মূলবেদদগী মওং য়াম্না হোংদোকখি, মাহুবু হুজিক জেন্দ আবেস্তা হাঙৈনা খংনৈ, মাখোই অসি মমৈদা কাংবু অমা লাকতুনা ভারততা লৈরৈ, মাখোই অহু বখেদা পার্শি হাঙৈহুনা খংনারি। মাসুম তৌহুনা ভারততা লৈহৌবাসীংনা দেবতা পূজা তৌবদা য়ু সিজন্নে। খুদমগীদমক, শ্রীরামনা বন চৎপদা গঙ্গানদী লানবদা

সীতানা হাঙ্গৈরমই, ইমা! ঐনা অযোধ্যাদা মহারাণী ওইরবা মতমদা মুথরুং চামা মাচুনী মভিকচাবা সজিগী পলাওগা কৎকুনা ঈড়াংকে, হাঙ্গৈরমই, মাতুদগী থংলে, ভারত আর্যবর্তবাসীসীং অসি,—মুনা ঈড়াংলি, ছজিক হিন্দুনা মুগী তৌরিবা ব্যবহার অসি মহৌশা লৈরমদে, মমৈদা মাবু থক্লগা অমাংবা শোকপা য়াদবা ওইনাখিবনি। শ্রীভাগবতনা হাঙ্গী,— "লোকেব্যবায়ামিষমদ্য সেবাঃ নিত্যাহিজন্তোর্ন হিতত্রচোদনা।" লোকতা ব্যবায়, আমিষ অমসু সুরাপান তৌবা অসি,—বেদনা তৌহাঙ্গৈবা অদু, পরিসংখ্যা বিধিনি, চোদনা নত্তে। স্যমন্তক মণিগী ম্বাথোকতা সত্রাজিৎনা শ্রীকৃষ্ণদা স্যমন্তক মণি কৎপাদা শ্রীকৃষ্ণনা হাঙ্গৈরমই, নংগী মণি অসি কায়দে, ঐদি মুপী লৌনবা য়াদবা লৌই, দাওজী বলদেবসু সুঙাইদুনা মুথকই, সত্যভামাদি মণিধারণ তৌবা য়াই, অদুবু নংদি নচানিপা লৈতবনিনা শিরগা নহাকী স্বত্বাধিকারিণীদি সত্যভামানি, মাগী ওইবগী ওইবা নহাক মণিথমলু, হাঙ্গৈখি, মাদুনা থংই, মুথকপদি মাংই—মণিধারণ তৌবা য়াদে। দ্বারকাদা শ্রীকৃষ্ণগী স্বর্গারোহণগী মতমদা উপদ্রব য়াম্না তৌরবদা মী পুন্নামক অসি মুতা পংথক্লা থকলে, মাদু উবদা মু মাসুম থক্লবদি লৈপাক মাংলগনি, হাঙ্গৈদুনা মুথকপা মীতানা লেংদুনা হাৎকনি, হাঙ্গৈনা য়াথং পিথোকই। সৌত্রামণি কৌবা বৈদিক যাগদা চোদনা বিধিনা হিন্দুপুম্বা মুথকই। মাসি পুন্নামক অসিনা ভারতীয় আর্যদি যাগদা চোদনা বিধিনা হিন্দুপুম্বা মুথকই। মাসি পুন্নামক অসিনা ভারতীয় আর্যদি মুথকপা আর্যকাংবুনি।

উদুত্তমং বরুণপাশ মস্মদবাধমংবিমধ্যমংশ্রথায়।

অথাবয়মাদিত্যব্রতেতবানাগসো অদিতয়েস্যাম। ১৫॥

অন্বয়ানুবাদঃ— বরুণ (হে বরুণও!) উদুত্তমম্ (কোক্তাপুনবা) পাশম্ (থৌড়ীবু) অস্মৎ (ঐখোইদগী) উৎশ্রথায় (থকলোমদা ছুক-কত্তুনা লৌথোকপীয়ু) অধমম্ (অতোনবা খোঙলোমদা পুনবা থৌড়ীবু) অবশ্রথায় (মখারোমদা ছুকথাদুনা লৌথোকপীয়ু) মধ্যমম্ (খোইদোমাপুনবা থৌড়ীবু) বিশ্রথায় (কিশিথোকতুনা কোমহল্লগা লৌথোকপীয়ু) অথ

( অহুম্নী মতুংদো ) আদিত্য ( হে অদিতিগী মচা-বরুণও ! ) বয়ম্ ( ঙুনঃশেপ কৌবা ঐখোই ) তবব্রতে ( নহাক্কী থবক-থৌদা ) অদিতয়ে (থদত্তনবাগীদমক) অনাগসঃ স্যাম: ( অপরাধ লৈতবা ওইগে )। ১৫ ॥

অনুবাদ ঃ—হে বরুণও ! ঐগী কোক্তা পুনবা থৌড়ীবু থক্তা হুকত্তুনা লৌথোকপীয়, খোঙদা পুনবা থৌড়ীবু মখায়োমদা হুকথাত্তুনা লৌথোক-পীয়, মাত্রুম্না খোইগী মপাদা খ্বাংদা পুনবা থৌড়ীবু কিশিথোকত্তুনা কোম-থোকহন্দুনা লৌথোকপীয়, হে অদিতগী মচা বরুণও ! ঐখোইনা নহাক্কী থবক তৌবা তোক্তনবগীদমক, নঙোন্দা অপরাধ লৈতবা ওইগে। ১৫ ॥

——:(০):——

২৫ সূক্ত। বরুণনা দেবতানি।

যচ্চিদ্ধিতেবিশোযথা প্রদেব বরুণব্রতম্।

মিনীমসিদ্যবিদ্যবি ॥ ১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ— বরুণ ( হে বরুণ ! ) দেব ( হে লাইও ! ) বিশঃ ( প্রজাসীংনা ) যথা ( মাদুম্না তৌবা ) তথা ( মাদুগুম্বা ) তে ( নহাক্কী ) যৎচিৎহি ( করিগুম্বা ব্রত—থবক ) দ্যবিদ্যবি ( নুমিৎ খুদিংদা ) প্রমিনী-মসি ( শোইদুনা মাংহনখি,—অসোইবা অদু কোকহন্দুনা নহাকনা সোইদবা ওইহনবিয় )। ১ ॥

অনুবাদ ঃ—হে বরুণ ! হে লাইও : তাইবংমীওইবনা বরুণদেব নহাক্কী ব্রত পূজাতৌবা কাওই, মাদুগুম্না ঐখোইস্যু নুমিৎখুদিংগী অসোইবা অকাওবা ওই, মাদু ইবুঙো নহাকনা ঐখোইবু মপুংফানা তৌবা ওইহনবিয়। ১ ॥

ব্যাখ্যা—"ব্রত" হাঙ্গবদি থবক হাঙ্গবনি। আলোচ্য ঋগ্ অসিগী—অসম্বা অর্থদি, মীওইবা হাঙ্গবাসিদি অসোইবাগী মশকনি, নুমিৎচুপ্পা সোই-দুনাত লৈবনি, অদুনা ঐখোইস্যু মীনিনা নহাক্কী পূজা তৌবা নুত্তিখুদিংগী সোইবামক্তনি, অদুবু নহাক্কী অচৌবা নত্তিকনা ঐখোইনা মীওইবগী হৌনবী, নহাক্কী পূজা নুত্তিগী সোইবাপুম্বা সোইদবা ওই হাঙ্গবিয়, নংবু ঈড়াৎচবগী মহৈ অদু নুত্তিগী মপুংফানা কংবা ওইজগে। ১ ॥

মানোবধায়হত্নবেজিহীলানস্যমন্যবে।

মাহ্বণানস্যমন্যবে ॥ ২ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— হে বরুণ (হে বরুণও।) জিহীলানস্য (আনাদর তৌবদগী) হত্নবে (পাপী হাৎপা নহাক্তা মড়ী লৈনবাবু) বধায় (নহাকনা হাৎননবগী দমক) নঃ (ঐখোইবু) মাবীরধঃ (হাৎনবা ওইহনবিগনু) হৃণানস্য (সাওরবা নহাক্কী) মন্যবে (সাওনবাগীদমক) মা (ঐখোইবু সাওনবা ওইহনবিগনু)। ২ ॥

অনুবাদ :—হে বরুণ। নংনা ঐখোইবু থৌওইবিদত্নুনা অমসু হংকনবা ওইহনা ঐখোইবু হাৎপীগনু। ২ ॥

বিমৃলীকায়তেমনোরথীরশ্বংনসংদিতা।

গীর্ভির্বরুণসীমহি ॥ ৩ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—বরুণ (হে বরুণ।) মৃলীকায (ঐখোইগী নুঙাইনবগীদমক) তে (নহাক্কী) মনঃ (পুকনিংবু) গীর্ভিঃ লৈসিলৈথোনবা রাহৈংথিবিক্কা) বিসীমহি (থোইদোক্কা পুনগে,—থৌজানহনগে) রথীঃ (রথমপুনা) সন্দিতম্ (লাপনা চৎলাহ্নুনা রাববা) অশ্বংন (সগোনবু তৌবগুম্না)। ৩॥

অনুবাদ ঃ—হে বরুণ। বথকী মপুনা লাপনা চৎলহ্নুনা রারবা সগোনবু সজিক পীজ, ঈসিং পীথক তৌত্নুনা নুঙাইহনবাগুম্না ঐখোইনা নুঙাইবা পামহ্নুনা নহাকপু রাহৈ থিবিক্কা লৈসিলৈথোন্দুনা নহাক্কী পুক্কিং পেলহনগে ॥৩॥

পরাহি মেবিমন্যবঃ পতন্তিবস্য ইষ্টয়ে।

বয়োনবসতীরুপ ॥ ৪ ॥

অন্বয়ানুবাদ :— হে বরুণ। মে (শুনঃশেপ ঐগী) বিমন্যবঃ (অসাওবা রাওদবা বুদ্ধি থিবিক্কা) বস্যইষ্টয়ে (লন রামনা লৈনা হিংবা ফংনবগীদমক)

হি ( লেপ্না ) পরাপতন্তি ( হল্লকপা লৈতনা চংসিনলি ) বসতীঃ ( যুম্নী মনাকপু ) বয়নঃ ( উচেকনা থাদোক্লবাগুমই )। ৪ ॥

অনুবাদ :— উচেকসীংনা মহুম মনাক্তা পাইসিনবাগুম্না ঐখোইগী অসাওবা য়াওদবা খ্বাথনসীংনা লন ফংনবারোমতদা চংসিনলি। ৪ ॥

কদাক্ষত্রশ্রিয়ং নরমাবরুণংকরামহে।

মৃলীকায়োরুচক্ষসম্ ॥ ৫ ॥

অন্বয়ানুবাদ : —মৃলীকায় ( ঐখোইগী নুঙাইনবগীদমক ) ক্ষত্রশ্রিয়ম্ ( অকন্নবা ) নরম্ ( মপুওইবা ) উরুচক্ষসম্ ( পুন্নামকপু মানা এংবিবা ) বরুণম্ ( বরুণবু ) কদা ( করম্বা মতমদা ) আকরামহে ( থবক অসিদা লাকনবা কৌসিবা )। ৫ ॥

অনুবাদ :—বরুণ কৌবা লাইদি অকনবা মপুনি. মসীংলাকঙমদ্রবা পুম্বাবু মানা য়েংবিবনি, ঐখোইনা নুঙাইনবা ফংনবা, করম্বা মতমদা যজ্ঞ অসিদা মহাকপু লাকহনবা ঙবগবা ? ॥ ৫ ॥

তদিৎ সমানমাশাতে বেনন্তানপ্রযুচ্ছতঃ।

ধৃতব্রতায়দাশুষে ॥ ৬ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—ধৃতব্রতায় ( যজ্ঞ তৌরিবা ) দাশুষে ( হবিঃ পীরিবা যজমানগীদমক ) বেনতা—বেনন্তৌ ( পেনবিরবা মিত্রবরুণ অনিনা ) সমানম্ ( মান্না ) তদিৎ—তদেব ( ঐখোইনাপী হবি অদুমক ) আশাতে (লৌই) ।৬॥

অনুবাদ :—হবিঃ পীরিবা যজমানবু পেন্দুনা মিত্রাবরুণ লাই অনিনা চপমান্না—যজমাননা পিবা হবি লৌই,—হন্দোক্তে। ৬ ॥

বেদাযোবীনাং পদমন্তরিক্ষেণ পতভাম্।

বেদনাবঃ সমুদ্রিয়ঃ ॥ ৭ ॥

অন্বয়ানুবাদ —যঃ ( বরুণনা ) অন্তরিক্ষেণ ( অকাশগী লম্বেলনা ) পতন্তাম্ ( চৎপা ) বীনাম্ ( উচেক্কী ) পদম্ ( লম্বেল ) বেদ ( খংই ) সমুদ্রিয়ঃ ( সমুদ্রদা লৈবা বরুণনা ) নাবঃ ( ঈসিংদা চৎপগী লম্বেল ) বেদ ( খঙই ) । ৭॥

অনুবাদ ঃ—বরুণনা অতিয়াদা উচেক্কী চৎনবা লম্বেল খংই, মাহুমা সমুদ্রদা লৈহনা সমুদ্রদা চৎনবা হিপ্পী লম্বেল খংই । ৭ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—অনৌবা পণ্ডিতসীংনা হাঙ্গী, মাহুদি 'আলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্র অসিনা তাকই, আর্যসীংনা অতিবাদা চৎপা হৈরমই,'—মাসি চুমদে, মাহুদি পণ্ডিতসীংগী ভাবতা বেদবু আর্যসীংনা লেংবনি, নিংহুমা হাঙ্গীবনি। কেদি মাবু মীনা লেংবা নত্তে, মহাক্তি অবেপ্পনি, মরম অসিনা অর্যসীংনা হৈরমদবা বিত্তা বেদনা হাঙ্গীবনি । ৭ ॥

বেদমাসোধৃতব্রতো দ্বাদশ প্রজাবতঃ ।

বেদাযউপজায়তে ॥ ৮ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—ধৃতব্রত: ( ব্রতকাইদবা বরুণনা ) প্রজাবতঃ ( মতম মতমদা থোরকপা প্রজাগা তিন্নবা ) দ্বাদশ মাসঃ ( চৈত্র—বচিকুনা হৌবা কালগুন—লমদানা লোম্নবা থা তরানিথোইবু ) বেদ ( খংই ) যঃ (অহুগুবা তরাহুমদোইস্নবা—অহেনবা থানা ) উপজাযতে ( চহিগী মনাক্তা মথন্তা পোকলকপাবু ) বেদ ( বরুণনা খংই ) । ৮ ॥

অনুবাদ ঃ—মহাক্কী তৌগদবা মথৌতৌবা বরুণনা মতম মতমদা থোরকপা প্রজাবু মানা পুবা, থা তরানিথোইবু মশক খংই,—চহিগী মনাক্তা থোরকপা অহেনবা থাবুসু খংই । ৮ ॥

ব্যাখ্যা ঃ—পৃথিবীবু সুমিৎনা অমোক কোইবা থুংবাবু চাহ অমা কৌই, মাহুদা অমাবস্থা তবানিথোইনি, হাঙ্গনা লৌই । মাহুদা সুমিৎ শরদি রাৎলি, মরম অসিনা সৌর অমসু চান্দ্রবর্ষগী সামঞ্জস্য তৌনবগীদমক চান্দ্রবর্ষগী অহুম অহুম সুবদা থা অমামম হেন্দোক্লকই হেন্দোকপা থা অহুবু মলমাস মাহু হাঙ্গীব্রগা মলিম্লুচ কৌই । অলোচ্য ঋগ্‌মন্ত্রনা মাসিমাহু হাঙ্গীরি, মাহুদি, অহেনবা থা—মলমাস অহুনা চহিগী মনাক্তা লোকই

হাঙ্গৈবগী অমদি—চহি অমা লোইরমদাইগী থা অহুদা অহুম, অহুমম্নবা চহিদা থা অমামম পোথাহুনা—থা অহুদা তৌগদবা থবক অহু লেপ্লুনা মথংগী থাদা তৌই, থবক লেপ্লুনা লৈগদবা থা অহুবু মিতৈনা ফাইরেল থা কৌই। মাসিনা খংহল্লিবা অমদি, বৈদিকযুগ্‌তদি, মলমাস থোকপা থাদি মুপনগী ফাইরেনভদা মলমাস ওই, অসুম্না চংনারমই, মাহুনা মতম অসিদদি, চৈত্র, বৈশাখ, জ্যৈষ্ঠ, আষাঢ, শ্রাবণ, অমসু ভাদ্রদা থা তরুক অসিগী মহুংদা থা অমদা মলমাস থোকপা ওইনা চংনৈ, মাসিদি মতুংদা স্মৃতিগী বিচারনা সূক্ষ্মগাণত তৌবদা সুর্ষনা কানথোকতুনা মাগী মহুংদা সংক্রান্তি ওইদবাবু মলমাসান, হাঙ্গৈনা চংনবে। হুজিক হিন্দুপুম্বনা চংলিবা মলমাসগী লম্বেন অসিদি বৈদিককালদদি চংনবমদে। মাসি মহাভাবতকী যুগফাউবা হুজিকী ঐখোইনা চংলিবা মলমাসগী ব্রাযেন অসি চংলমদে। মাহুগী লেংবা য়াদবা সাক্ষীদ, মহাভারত বিরাটপর্ব্বদা বৃহনালগী বেষদা অর্জ্জুননা উত্তরগা লোইননা লানলাকপদা কৌবব তেঙ্গোনদা দুর্যোধননা পঞ্চ-পাণ্ডব চহি মুদনা থোরকলে, অমোক হন্না বন চংপাতাবে, হাঙ্গৈরবাদা—ভীষ্মনা হাঙ্গৈরমই, "পঞ্চমেবর্ষেব্বোমাসাবুপজায়তে" অসুম্না হাঙ্গৈবমই— অহুনা চহি মঙাদা থা অনি চোংথোকই, হাঙ্গৈবদি, চহি অহুম অহুমদা ফাইরেন থা অনি, অনি ওই, হাঙ্গৈবনি। অহুনা লমদা থগী মথকথংবা থাবু—মিতৈনা মলমাসগীদমক ভাইহুনা লৈবা থানি, হাঙ্গৈহুনা "ফাইরেন" কৌরমই। মিতৈগী এলহৌতৈংদা চংপা ধর্ম্মদি বেদমুলকনি।

বেদবাতস্য বর্তনি মুরোর্ঋষ্বস্য বৃহতঃ।

বেদা যে অধ্যাসতে ॥ ৯ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—উরোঃ (যাম্না পোকপা) ঋষ্বস্য (ফজবা) বৃহতঃ (মগুণ য়াম্না লৈবা) বাতস্য (মুংসিংকী) বর্তনিম্ (লম্বেনবু) বেদ (বরুণনা খংই) যে অহুগুম্বা— লাইসীংনা) অধ্যাসতে (মথক্তা লৈ) [তানপি বেদ (বরুণনা মাখোইবুসু খংই)]। ৯ ॥

অনুবাদ ঃ— বরুণদেবনা য়াম্না পাকপা, ফজবা মগুণ য়াম্না লৈবা, মুংসিংকী লম্বেন খংই নিংথৌলৈপাক মথক্তা লৈবা লাইবুসু খংই। ৯ ॥

নিষসাদধৃতব্রতো বরুণঃ পস্ত্যাস্বা।

সাম্রাজ্যায়সুক্রতুঃ ॥ ১০ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—ধৃতব্রতঃ ( মথোৎতৌবা ) সুক্রতুঃ ( ফজবা থবক তৌবা ) বরুণঃ ( বরুণনা ) পস্ত্যাসু ( মাগী প্রজালাইসীংদা ) সাম্রাজ্যায় ( সাম্রাজ্য ওইনবগীদমক ) আনিষসাদ ( লাকতুনা ফমলৈ )। ১০ ॥

অনুবাদ :—মথোৎতৌবা অমসু ফজবা থবক তৌবা, মহাক্কী লাইওইবা প্রজাসীংগী মরক্তা সাম্রাজ্য—মাগী অৗৗবা সম্পতি ফংনবগীদমক লাকতুনা ফমলৈ। ১০ ॥

ব্যাখ্যা—আলোচ্য ঋগ্ অসিদা বরুণনা ইন্দ্রমক্তগী হেনবা প্রতিষ্ঠা ওইনা হাঈ। গ্রীক্ অমসু পার্শিসু বরুণগী ভক্তনি, ইন্দ্রদি চুম্লাগী লাইগী নিংথৌনিতা হাঈ, বরুণদি সম্রাট্‌নি। মহাভারততা মণিপুরগী থূদম থারকপদা "অত্রপাতালমাশ্রিত্য বরুণঃ শ্রিয়সাপচ" অসুম্না হাঈ।

অতোবিশ্বান্যদ্ভুতাচিকিত্বাঁ অভিপশ্যতি।

কৃতানিযাচ কর্ত্বা ॥ ১১ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—অতঃ—অস্মাৎ ( বরুণদগী ) বিশ্বানি ( অয়াম্বা ) অদ্ভুতা ( ওনথোকপা থিবিকপু ) অভিপশ্যতি ( উই ) যা—যানি ( অদুগুম্বা ) কৃতানি ( বরুণনা তৌবাবু ) চ ( সু—অর্থদগী—ওতোপ্পনা তৌবসু ) কর্ত্বা ( অসিগী মতুংদা তৌরকদবাসু ) [ অভিপশ্যতি ( উই ) ]। ১১ ॥

অনুবাদ ঃ—জ্ঞানলৈবা মীনা বরুণগী থৌজানদগী ওইরিবা ওইরকদবা অঙকপা পুম্নামক উই। ১১ ॥

সনো বিশ্বাহা সুক্রতুরাদিত্যঃ সুপথাকরাৎ।

প্রণআয়ুং ষিতারিৎ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ানুবাদ ঃ—সুক্রতুঃ ( অকবা থবক তৌবা থংবা ) আদিত্যঃ (আদিতিগী মচা ) সঃ ( বরুণনা ) বিশ্বাহা ( চুমিৎ পুম্নামক্তা ) নঃ ( ঐখোইঁবু ) সুপথা ( অকবা লম্বেন চৎপা ) করৎ ( তৌবিসন্নু ) নঃ ( ঐখোইগী ) আয়ুংষি (পুনসিবু ) প্রতারিষৎ ( শাংদোকহনবিসন্নু )। ১২ ॥

অনুবাদ ঃ—অক্ষবা থবক্তা পুক্নিংচংবা, আদিত্তিগী মচা বকণনা ঐখোইবু অকবা লম্বেন চৎহনবিসন্নু, ঐখোইগী পুনসি শাংহনবিসন্নু। ১২ ।।

বিভ্রদ্দ্রাপিং হিরণ্যয়ং বরুণোবস্তনির্ণিজম্ ।

পরিস্পশোনিষেদিরে ।। ১৩ ॥

অন্বয়ানুবাদ :—হিরণ্যয়ম্ ( সনাগী মশক ওইবা ) দ্রাপিম্ ( কবচ ) বিভ্রৎ ( লিৎতুনা ) বরুণঃ ( বরুণনা ) নির্ণিজম্ ( অনোইবা মাগী হকচংবু) বস্ত্র ( কুপসিল্লি ) স্পশঃ ( সনাগুম্বা মঙান ) পরিনিষেদিরে ( অকোঙ্গবা মাইকৈদা থোরকই ) । ১৩ ॥

অনুবাদ ঃ- বরুণনা সনাগী মশক ওইবা ফুরিৎ লিৎতুনা মহাক্কী হকচাং নোইবা কুপসিনলি, ফুরিৎ অত্তুদগী সনাগুম্বা মঙান মযাম মাগী অকোঙ্গবদা থোরকই। ১৩ ॥

নয়ং দিপ্সন্তি দিপ্সবোন দ্রুহ্বাণোজনানাম্ ।

নদেবমভিমাতয়ঃ । ১৪ ॥

অন্বযানুবাদ ঃ—দিপ্সবঃ ( মাবু মাংহনিংবা সন্নবনা ) যম্ ( বরুণবু ) নদিপ্সন্তি ( মাংহনিংবা কিহ্নবা তৌদে ) জনানাম্ ( থব্বাইপানবাসীংবু ) দ্রুহ্বাণঃ ( মাংনবা তৌবাসীংস্মু ) যম্ ( বরুণবু ) ন ( মাংনবা তৌদে ) অভিমাতয়ঃ ( পাপচেনবসীংনা ) দেবম্ ( বরুণবু ) ন ( শোক্তে ) । ১৪ ॥

অনুবাদ ঃ- বরুণদেববু এরুবাসীংনা এংথিবা ঙমদে, মীওৎপাসীংনাসু মাবুদি ওৎপা ঙমদে, পাপচেনবাসীংনাসু মহাকপুদি পাপকী থবক তৌসিনবা ঙমদে। ১৪ ॥